**Eedhougee Thaang (The Grandfather's Sword)**

A collection of Manipuri Short-stories
by Rajmani Ayekpam,
Published by Ayekpam Ongbi Irungbam Ningol Purnima,
Sagolband Tera Keithel Loukrakpam Leikai,
Imphal - 795 001, July, 2005.

অয়েকপম ওংবী ইরুংবম নিঙোল পূর্ণিমা, তেরা কৈথেল লৌক্রাকপম লৈকায়,
ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১ না জুলাই ২০০৫ তা ফোঙবা।



মখূম: হিজম সদানন্দ, কাংঙবম লৈকায়, ইম্ফাল

কোপি মশীং ১,০০১ (লীশিং অমগা অমা)

মমল: লুপা ১০০/- (লুপা চামা)

নম্ফম: কংলা প্রিন্টর্স, গভর্নর রোদ, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১, মণিপুর।



অইবগী হান্না ফোঙখ্রবা লাইরিক :
**নাথেক্করবা ঈচেল, (রারীমচা, ২০০৩)**



ইমা ৺লৈমহল,

নফমদদি—

চাংদম্ননিংঙাই লৈতে

পোৎশক অমত্তগা।

অঙাওবা নচানা

কচ্চরি ইমাগী নফমদা

নচাগী অনীশুবা লাইরিক

'ইধৌগী থাঙ'।

# হায়জনিংবা খরদং

মমাঙদা ঙাউরি-ঙাউরি ৱারীমচাগী লাইরিক অমখক ফোঙলুবদুনা ঐবু অইবা অমা ওইনিংবৈ নেশা কাহনখি। নুংশিবীবা য়াও, থাগৎপীবা য়াও, অশোয়বা হায়বীরকপা য়াও, ময়ামদুনা ঐবু তশেংনা ময়ায় কাহনখি। হন্দক্তি পান্দম অমা থল্লগা ইবা হৌরগে খনখি। অদুবু সমাজগী, ইমুং-মনুংগী তৌদবা য়াদবা কয়ানা ঐবু তোয়না অপনবা ওইহল্লি।

কৈদৌঙৈদসু ঐ অইবা অমা ওইরক্কনি হায়বগী মঙ মমাঙদা মঙখিবা লৈখিদে। ঐনা পামজখিবদি অফাওবা এঠলেট অমা ওইবদুনি। এঠলেট অমা ওইনবা হোৎসু হোৎনজরম্মী। অদুবু খঙহৌদে অইবা খরা থেংনরুবদগী জ্ঞান ইতা তাদনা, ইঙাও ঙাওনা খবরগী, মেগাজিনগী আর্টিকল ইবা হৌজিনখি। মতমদুদা করম্না ইনৈ হায়বসিফাও খঙদনা ইবা হৌখিবনি। ৱারীমচা ইবসু, রেডিও ড্রামা ইবসু, ষ্টেজ প্লে ইবসু করিসু খঙদনা মীনা তৌনবদু খরা পারগা, য়েংলগা হেক্তা তৌশিনখিবনি। অদুবু ঙসিদি মযাম্না ঐনা ইজখিবা খরদু খরা খরা পাবা য়ারে তাকপীরকপসু য়াওখি। লাইরিক য়োনবা দুকান অমা-অনীদা য়েন্থোকচবদসু খরা খরা অদুম শীৎলি হায়দুনা তাকপীরকখি। ময়ামগী নুংশিবীবদুনা পাঙ্গল ওইরগা ঙসিসু মখা তানা ইজনবগী খৌদাংদু লৌজরি।

ঐনা ৱারীমচা ইজরিবগী পান্দমসু পাবীবিবশিংগা নুংঙাইবা ৱারী অমা লীজরগা পূন্না মহাও লৌমিন্নবনি। অখঙ-অহৈ শাদুনা অখঙবা অহৈবদু উৎথোকচবদু নত্তে। পাবীরিবশিংনা ঐনা থমজরিবা ৱারীমচা ২২সিগী মনুংদা অমখক্তংবু নুংঙাইবা ফাওবীরবদি ইজরিবা ঐগী ইজবগী মমল খজীক্তা ওইরবসু ফংলে হায়না খঞ্জগনি।

খঙন-চান্নবশিংনা হায়বীরকপসু য়াওই— নঙদি নুপা নুপীগী মরীসিদদি মাষ্টর তারে। নঙগী ৱারীগী তাইবংদুনা নঙগী অশেংবা তাইবংদগী হেন্না মপুং ফাই। ঐসু খল্লি— হায়রিবশিংসিবু ঐবু থাগৎপীরিব্রা নৎত্রগনা ঐগী অশোনবদু হায়বীরিব্রা?

মরকসিদা মরূপ-মপাঙশিংনা অসুম্না তাকপীরকপসু য়াওই— ঐখোয়গী

লমদমসিদি অৱা-অনাতনা পীক থল্লে। অদুনা নুংঙাইবা ৱারীসু খরা ইয়ুবা। ঐসু হোৎনৈ, অৱাবা য়াওদবা নুংঙাইবা ৱারী ইগে হায়দুনা। অদুবু ঐখোয়গী নাক-য়েত্তা উরিবশিংসি অৱাবগী শক্তম ঙাক্তেনি। অকোয়বগী অৱাবা শক্তমশিংসি হুন্দোক্লম্লগা নুংঙাইবা ৱাবী করম ইগনি? খরবুদি ইদুনা হোৎনখি। পাবীরিবশিনা নুংঙাইবা ফাওবীৱা য়েংবীয়ু।

লাইবিক নম্বগী তাঞ্জা য়ৌরকপদা লাইরিক অসিগী অফ-ফত্ত অমদি বানান্নচিংবা তাথোক-তাশিন তৌমিন্নখিবা ইনাও ইমোজীৎ নিংঙোম্বমবু থাগৎপা ফোঙদোকচরি। লাইরিক অসিগী প্রুফ লৌবগী ষ্টেজদা লৈরিঙৈদা পাবীদুনা বানান্নচিংবগী অচৌবা থৌদাং লৌবীবতা নত্তনা সজেশন পীবিখিবা ঐগী মরূপ ডা: এল বিশ্বনাথ, ফিলোসোফি ডিপার্টমেন্ট, মণিপুর য়ুনিভর্সিটিবুসু থাগৎপা ফোঙদোকচরি। লাইরিক অসিগী মখূম য়েকপীখিবা হিজম সদানন্দবুসু থাগৎপা ফোঙদোকচরি। মখোয়শিং অসিগী নুংশিনা পাংবীরকখিবা মতেংশিংদু য়াওরমদ্রবদি ঙসিগী ফীভম অসি য়ৌরক্লবা হোৎনবদা ওম্থোক্লা ৱারমগনি।

ঐবু তাঞ্জা কয়াদা অইবা অমা ওইরক্লবা পূক্লিং থৌগৎপীবদা নত্তনা অইবা কয়াবু পাবীদুনা ঐবু মখা তানা ইথনবা থৌনা পীবিখিবা ইচে বরকন্যাবু থাগৎচনবা তাঞ্জা অদু লৌজরি।

অরোয়বদা ঐগী থবক থৌরম কয়াদা পূক্লিং থৌগৎপীখিবা মরূপ-মপাং, খঙন-চান্নবা পূম্নমকপুসু থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

—ৱাজমনি অয়েকপম

MA

# য়াওরিবশিং

## মমা অমগী মিনুংশি

শাগৎলকখিবনি তাইবংপালসি
শিয়োম্মুংদা মমা কয়াগী
অদুবু ঙসিদি–
তাম্হোরক্লি লাপ্পা
মহাক্কী ঈগী মণি মতুম্মু
মিনুংশিগী ৱাংমদা মমা অমগী

– মমা অমা, মিনুংশি অমা

শুমাঙদা থবক তৌদুনা লৈরিবা মমাদা রাকেশ নুংশিনা মমীৎ তৃকথনা য়েংলল্লগা ইমুংদা চঙখি। শখি মীৎকৃপ খরগী মতুংদা থোক্লক্কদবা লাঞ্জাওদু মমীৎতা শং-শং উবকই।

খনবগা তৌবগা ইকুই কুইনদে। ইমুংলোমদগী গ্রোং-গ্রাং, ধুপ-ধাপ তৌনবগী

মখোল থুনা তারকই। চেনশিন্দুনা খাম্লিংই অদুবু অমুকসু তৌনিংলগা তৌজরো হাযদুনা খন্দোবকই। মমাঙৈদা ওইবল্লবদি ঙসায়না কৈদৌবে, কৈদৌরে হাযদুনা ইমুংদা চেনশিন্দুনা খাল্লমগদবনি। ঙসিদি অসিগুম্বা থৌদোকসিদি নুংতিগী থোকমন্দুনা মহৌশা মহৌশা হায়দুনা ইযাং য়াংনা খন্দোবক্লে। মপূক্লিংদা অসুম্না খঞ্জে হায়বদনি ইমুংদগী থোরক্লিবা গ্রোং-গ্রোং, ধুপ-ধাপকী মখোলদুনা মাগী থম্মোয়দু পীং-পীং লাউনা পানবদৌনা খাঙমদবা চৈনাখোল অমা ফাওহল্লি। করিবুদি তৌকনি, নুংশিখ্রবা মপৃক্তগী তাবা মচানুপা অনীদুনা মহাভাবতকী লাঞ্জাও নুংতিগী শোক্লবসিদা কনাগী মীচঙদা লেপ্লগনি। মহাক্তি মচীন-মনাও মঙাগী মমা কুন্তিগুম্বসু নত্তে। মখোয় অনীগী লাঞ্জাওসিদা ইমুংসিগী মী অযাম্বসু ভুম্ফম চাফম খঙদদুনা, ফেরে-ফেবে হাইদুনা খাঙনববনি। মখোযগা পূন্না যূমজাওসিদা লৈমিন্নবম্না মখুবা মতোনশিংসু ইঞ্জোল লৈদুনা মযূম শাদুনা হোংদোক্লখ্রবনি। মখোযগা লৈমিন্নরিবা হাযববু পৈশা পাযজদবা মখুবা য়াইমদুদা ঙায়হৌবে। মখুবা য়াইমদুসু লৈমিন্নৈ হাযবদনি, মাঙ্গোল শুমাঙলোমদা থোক্লক্লে অনকপা লৈবক্লোমদা কোম্ব্লোং ফাত্তুনা থোকখ্রে।

শখি খোঞ্জেলদু ঙাইহাক তাবম্বদগী তাবা ঙম্লক্লে, ইমুংদা চেনশিন্দুনা মচানুপা অনীদুনা খৎনবদু খাল্লুই। চাকশঙগা শম্নবা দলান কাফমগী অহাঙবা জগাদুদা মচীন-মনাও নম্নদুনা লৈবম্মী। মনাওনুপা সুনিলনা খরা কনবা হেনবনিনা ময়াম্ববু নমশিন্দুনা ফুরম্মী। শখিনা খামদুনা হায়বকই, "ফরে, ফরে খরা তৌনববদি তোক্ল রোসে। সুনিল নঙনা মনাওনি, মানা ময়াম্বনি খরা হল্লোসে।"

সুনিলনা ময়াম্ববু লাক্তুনা ইনবদা ফুট তবেৎ নিপাল চৎলগা রাকেশ লোংখাক লোংনা পদ্রাক লাউনা তাই। সুনিল মমাদা শাউরপ্লা য়েংলগা হায়রকই, "ইমা নখোযসি হাক্তি হাকমল্লবা জাৎনি। নহান্না হাৎতোকপা য়ারবা মীশি নখোয়না হাকন চঙদুনা কবি শাবে ঙসিদি। খবা খজীক্তং শোক্লির্বাসি মবায়বক ফরিবনি, ঐদি নহান্না মকোক অসি থুগাইদুনা হাৎতোক্লিংলবনি।"

"অদুবু নয়াম্বনিনে সুনিল... অদুম্না হায়গনু পাপ পুগনিনে।"

"অদুগা মানা ঐগী ইয়াম্বা ওইরগা... মথীবোং থক্লবা, চানবা পৈশা পীযু য়াদ্রগা করিগী নিংঙাই তৌবদা মীগী তূম্নবা কাংথোল থুদেক্লম্মীবা... করিগী মীগী তূম্নবা মোম্পাক শেগায়রম্মীবা...।"

## মমা অমগী মিনুংশি

শখিসু খঙই মদুদি মচানুপা অতোম্বা সুনিলনা হায়রিবা ময়ামদু অচূম্বা ঙাক্তনি, অরানবা অমফাও য়াওদে। করি খুমগদবনো হায়বা মা খঙদে। তশেংনা মচানুপাগী মমাঙদা মা মায়থীরে। অসিগুম্বা থৌদোকসি থোক্কনি হায়বসি ঙসায়না খঙলবনি। মখোঙ-মখূৎ তিংথোক্লুনা ও খোংনা কপ্লিংলবনি অদুবু মদুনা করি তৌরুনি। মদুনা থম্মোয়গী মৈচাক্তু ঙাইহাক ফাওবদি মাঙহনবা য়াই অদুবু থংনবা মীৎকূপ কযাদা অসিগুম্বা থৌদোক কয়াসি থোক্কদবা লৈবনা করিসু অর্থ থোক্তে খল্লক্লে।

"কৈনো, কৈনো তৌদুনা ঐগী তূম্নবা কাংথোল, মোম্পাক থৌবাং তৌদুনা থনমগদবনি, ঐনা হায়রিবসিনি ঐদি উপাক মথক্তা হীপ্লা ঙল্লোই... ঐ অস্বায ফাওবদা থোক্লুখিগে ইমা.. ঐনা স্বায়দা কুইনা লৈরবদি মসিগী মীসি ঐগী খূৎতা থৱায মাঙব্রা করিনোমদি তৌবা য়াই।"

ৱাহৈ খবসি হায়রল্লগা সুনিল ময়াম্বদা খানা য়েংলল্লগা ইমুংদগী খোঙথাং জম জম থাংদোক্লুনা মপান থোকখি।

মচানুপা অতোম্বা সুনিলনা ইমুংদগী থোকখিবদু শখি মীৎকূপ খবদি শান্তি ফংবদৌনা তৌই অদুবু কয়াবু কুইরগবনো? ঙাইহাক লৈরগা বাকেশসু ৱা-লান অমত্তা ঙাঙলমদনা ইমুংদগী থোকখি।

শখি মচানুপা পোকচবগী খমথেংনা নুংঙাইজবা হাযবদু ফংজরে। মতম অমদদি মচানুপী মযাম অমা মরী-মরী পোকথরকপদগী মচানুপা অমখক্তংবু য়াওজরবদি হায়দুনা লাইফম কয়ানি চঙদুনা খুকুমজখিবা। মাইবা, পাঞ্জি কযাদনি ইরাৎ-থৌনি তৌখিবা, ডোক্টর কয়াদনি লায়েংখিবা, পৈশানা লেপ থুম্না চঙখ্রিবা...। অদুক ৱানা পোকচখিবা মচানুপাদুনা ঙসিনা নিশাগী মঙলান্দা, নম্বর ফোরদা লায়চূববা মীশক অমা ওইরবা... মদুদগী মরী-মরী দাউ য়াদুনা মখা তারকখিবা মনাওনুপাদুনা ঙসিনা ময়াম্ববু হাৎনিংবা ফাওরবা...?

ফব-ফত্তবগী ৱাদি তরাইথোকখ্রদনা ঙসায়না লুপা চনীরা, চহুল্লা কোক হেক পীরল্লবদি অসুক চাউবা ৱাসি থোক্লল্লোইদবনি হায়বদু মাসু খঙই। মদু খঙই হায়দুনা করি তৌরুনি, নুংতিগী চাদবা য়াদ্রবা ইঙ্গাং ফাওবা থোকঅ-থোকঅবা তৌদুনা লেল্লবা মতমসিদা মচানুপাদা নম্বর ফোর লৈদুনা চাকুনবা লুপা চনী চহুম কদায়দগী লৌদুনা পীরুগনি। লৈতে খঙল ফাওবা পীয়ু পীয়ু হায়দুনা নিংঙাই তৌবদগী শাউদুনা নুংশিখ্রবা ঈ

তিন্নবা মনাওনুপানা তৃমজবিবা কাংথোল থাঙনা য়ানথত্তুনা শীংকৃপ শারে। মদুদসু নত্তনা মোম্পাক, মোন পৃম্বসু থাঙনা মতৎ-মতৎ ককথত্তুনা লৌবা য়াদ্রে। ফীভম মতাসিদা খরদং খৎনরগা তোক্লিবসি মচানুপা সুনিলবু মপৃকচেল তপ্পী হায়দুনা থাগৎনিংই। কনাগুম্বা ঈ শাবা মশেল ওইরম্লবদি ঙসায়না অমদি মথ্বায় মাঙনবা য়ারবনি।

থেঙজিল্লক্লে, করি তৌগদবনো খঙদে শখি। মীগীদা থবক শূবা চৎলুবা মপাগা তান্নবগা শখি মশানা তৃমজরিবা ফমুং কাংথোলদু মচানুপা সুনিলগী কাদা থাংজিল্লক্লে। মহাক মশানা লৈমায় মথক্তা উবাক অনী অহুম চেক মথক্তা থাঙ্গৎলগা তৃম্নবা শেম শারে। নুমিদাংগী চাক চাবা তোক্তুনা তৃম্নবা হোৎনরে অদুবু মীৎ কক্লা অমফাও উইশিনবা য়াদ্রে। তাঙনা পোকচবা মচানুপা অনীদু হৌজিক ফাওবা হঞ্জিল্লক্ত্রি, তৃম্বা নুংঙাইবা নুংঙাইতবগী ৱাদি শুকখনবু খল্লুদ্রে। মতম অমদা লাইফম কযা খুরুমদুনা তাঙনা পোকচখিবা মচানুপা অহল ৱাকেশগী মবমদদি থোইদোক্লবু ৱাকদ্রে মরমদি মাগীদি য়ূমদা হল্লকপা হল্লক্তবা হায়বসি অমহা-অমহা হাযবদুনি। হল্লক্লিংলগা হল্লকপা, হল্লক্লিংদ্রগনা লমহাঙদা নৎত্রগা লম্বী মচী অমদা নিশা কাদুনা তৃমদুনা লৈথোকপা...। মদুদবু অমুক থিকদুনা করিবু কান্নখিগদগে? হৌজিক অমুক নুংশা থীবক্লিবনা মতম অমদা মা পোক্লকখিবদা থোইদোক্লা খনখিদবা মচানুপা অতোম্বা সুনিলগীনি। মতম অমদা মচানুপা কোকহন লাইহন্নি হাযদুনা লুনা তৌজখিবা ৱাকেশনা নিশাগী মঙলান্দা তাউদুনা লৈখ্রবনিনা মখোযগী অমত্তা ঙায়রবা আশা হায়ববু হৌজিক্তি মচানুপা সুনিলদা অমুক তারবে। মথক্কী মচে মখৈদি লোইনা মযূম পানখ্রবনি। মচেশিংদুনা খবা খরা যেংলকপদুননি মখোয়না ঙসি মপান খরা খরা থোক্লিবসি। মতম অমদা কাববার তৌদুনা পৈশা নীংথিনা পায়রম্বা ইমুংসি ঙসিদি কীন্থুগদবগী ঙাইদুনা লৈরবা ইমুং অমা ওইবে। করিগুম্বা সুনিলসু ময়াম্বদৌনা তৌরক্লগদি শখি মশা মতোমতা করিনোমা তৌদুনা শিজগনি। লাইবক ফাওদি খরদি লৈরিমাল্লে, ময়াম্বদৌনা তৌরক্ত্রি। ময়াম্বগী মওংসি উবদা ঙাওগদৌগা তল্লব্রা খঙদে।

গ্রোং-গ্রোং থোঙ হাংদোকপগী মখোলদুদা শখি ঙাইহাক্তা উইথগে তৌকবদু মমীৎ মনা শিংহল্লি। মচানুপা অতোম্বদু হল্লক্লে খঙবদা ঙাইহাক্তং হরাওজে। কুইদে।

"কদায়দৈ কাংথোল, মোম্পাক্লো ইমা?"

মাগী কাদগী মচানুপা সুনিলনা হংলকপদু শখি হৌনা তায়। মপূরোইবদা তপ্না

হায়, "মখোয় ববা, নচানুপাদা করমহায়' হায়সিগে?"

কম্পোরনা মমায় খুমজিন্দুনা তৃম্লিবা মপৃবোইবনা কম্পোর খজীক্তং হাংদোক্লগা তপ্লপ্লা, "কৈদৌরুনি, অশেংবদু হায়দোকখ্রোদনা...।"

"মদুবু হেক য়াগদ্রা?"

"কৈদৌরুনি অমুক লোৎলুদনা। হয়েং অদুম খঙদৌ লৈরবদুদা।"

মচানুপাগী ৱাহংদু মখা চত্থরকই, "সিদি ইমাগী কাংথোলগা মোম্পাক্কা নৎত্রা?"

"ইবুংঙো মখা য়াম তারগনু নঙগী চাগদবা চাক্তু চারগা তৃম্নবা তৌরো, মতমসি থেঙলবনি।"

"নচানুপা ওক্তবদু লাক্লবা ঙমদ্রগা ইমাগী ফমুং কাংথোল মুল্লগা তৃম্বা ঐ ঙম্লোই। ঐ চৎলে, ৱার্কসাইটতা ওইনা তৃমজরুরগে।"

সুনিলদু ইমুংদগী গ্রোং-গ্রোং অমুক থোকখি। শখিনা ইবুংঙো, ইবুংঙো সুনিল, সুনিল অথেঙবসিদা হায়দুনা ফনা যাম্না কৌজৈ অদুবু তারমদনা অদুম জম জম থোকখি।

উইথগে তৌরম্বা শখিদু থৌদৌদুদা তৃমথবা য়াদদুনা হৌগত্তুনা মপাল থোবক্লে, মপৃবোইবদি থবক শৃরুবগী ৱারব্রা করিনো মখা অমুক ওন, অৱাং অমুক ওন তৌদুনা তৃম্বা থেম্নবা হোৎনহৌই। শুমাঙদা মোড়া পুথোক্তুনা ফম্মী। শেংফাত্তবা থাবলগী মঙালদা পোৎ অয়াম্বা ময়েক শেংনা উদে। মরক মরক্তা অনকপগী সড়ক্তা গাড়ী চৎপগী মখোল তায়। কাপ্লরেগা, শিনবেগা তৌরবা মতমসিদা মচানুপাদু ৱার্কসাইটতা য়ৌরম্লবদি ফৈ। মদু নত্তদুনা লম্বী লমখাঙদা মী ফত্তবা নৎত্রগা য়ুঙাওবা সিফাই থেংনদুনা ফৃবিরক্কদ্রা হায়দুনা নুংশা থীবা পোকচৈ। মচে অহল লৌবা মবায় অহন্দুনা মখোয়গা খঙনবা ঠিকা চাউনা তৌবা মমান্নবা অমগীদা সুনিলবু পৈশা খরসু ফংজনবা অদুগা থবক ইনখাংসু খবা খবা তমজনবা হায়দুনা মুহোরি ওইনা শীজিন্নবনি। মদুসু খরা মফৈ, মদু নৎত্রবদি তৌফম খঙদদুনা ঙাওচৎনদুনা ময়াম্বদৌনা তৌরকপসু য়াই। মচানুপা পোকপগী নুংঙাইজগদ্রা হায়রগা নুংশা থীবনা ঙাইহাক্তং ফাওবা নে তানা পোথাজবা ফংদ্রে।

হৌখিবা চহী মঙা তরাসিদা কয়াদা ওনখ্রবা? মখোয়গী অকোয়বদা লমহাঙ ওই করি ওই লৈরম্বা মফম কয়াদুদগী ৱাংখৎলক্লিবা দলানশিং, মদুদগী ৱাংখৎলক্লিবা দলানশিংদুনা মখোয়বু নুংশা মঙাল ফংহন্দনবা হোৎনরক্লি। মতম অমদা মশেক মঙাল নাইরম্বা মখোয়গী য়ুমজাওদু ঙসিদি মমি শাম্লবা, মতম অমগী ইতিহাসতমক লীরিবা

অমনবা য়ুমজাও ওইবে। দুকান অমা তেক-তেক ফমদুনা য়াম্না ইনাক কৈরাক খুল্লুদ্রগসু খুয়া তুশিংনা পান্নম্বদু ঙসিদি মীগী য়ুমদা থবক শৃবা চৎলেদনা। মরায়বক থীরগদি তাঙনা ফংজবা মচানুপাসিগী হাক্তক্তা য়ুমজাওসিদগী অতোপ্পা মফম অমদা চেনখিবসু য়াই।

করিগুম্বা মচানুপা রাকেশনা লাইবক থীদুনা মফম অমদা শিদুনা তাদুনা লৈরম্লবা, মদুদা মা করিসু নুংঙাইতবা লৈররোই, মদুনা মঙোন্দা শান্তি হেন্না লৈগদবোই নীংলক্লে। মপৃক্তগী তাবা মচানুপাদুনা শিদুনা লৈরম্বদা করিগীদি নুংঙাইতবা ফাওরোই অদুবু লম্নক্কী শানা য়ৃম্লক্তা চঙলক্লুনা মীওইবদা অপনবা, অকায়বা কয়া থোকহনবগা চপ মান্নরবা মঙোন্দদি ধর্ম্ম থোকপা থোক্তবা চপ মান্নববনি। মা অমা হিংবনা লৈমিন্নরিবা মী পৃম্নমক্তা তৃম্ফম চাফম খঙদদুনা হিংবগী মহাও খঙহন্দ্রবদি মহাক অমা শিদুনা লৈরম্বদা কবি নুংঙাইতবা ফাওনিংঙাই লৈ। পৈশা তিংনা ডি-এডিক্সন সেন্টরদা অহুম্লক মরিরক থম্লরে, মদুসু করিসু কান্নদে। খরা ফবে হায়দুনা থোরক্লগা হান্নগীদুদা অমুক হেক্তা হঞ্জিনখি। মী অতৈগীদি ডি-এডিক্সন সেন্টবদা লৈকবদগী ফবক্তুনা ময়ূম মকৈ পান্দুনা মচা-মশূ পোক্তুনা নুংঙাইনা লৈখিবসু য়াওনখ্রে। মদুগী লাইবক্তু মখোয়দদি তম্লমদ্রমাল্লে। ওভরডোজ ওইদুনা ঙস্তানা লৈখিদবসু যাওনৈ অদুবু পৈশা নুংশা মরাঙ কায়দনা চাবদুনরা রাকেশতি নোংমফাওবা ওভবডোজ ওইদুনা ব্রাম্বদুনা তাদুনা লৈবম্বা অমুক ফাওবা থেংনদে, নিশা ব্রাৎপদগী ময়া কোঙ্গোল কাদুনা লৈরম্বদি মরক মরক্তা থেংনৈ। মানা হৈবিবা হায়ববু ইমুংদগী মীরক নারক যেংলগা পোৎচৈ য়েপ্পুনা পুথোকখ্রগা য়োম্মোক্লুবা অদুগা অফংবা পৈশাদুনা নিশা চাশিন্দুনা লাকপনি। মবায়শিংনা শীন্দুনা জেলদস্ম অনীরক অহুম্লক থম্লরবনি অদুবু কুইদে হেক্তা থোরকই, অঙম-অথৌশিংদা অথেনপোৎ কৎলুদবনরা? হৌজিক্কী মতমসিদদি অসিগুম্বা অঙাও-অফৈশিংসি জেলদা কুইনা থম্বা য়ানবা অথেনপোৎ কৎপা চঙই। করি করম তৌরগা চাবা চাদবা ইমুংসি শান্তি লৈনা হিংগদবা হায়বদু খনফম খঙলক্লুবনি।

হন্দক্তি শখি মপৃবোইবগা চাম্মবক হন্না খন্নরবা মতুংদা থবকসি পাঙথোক্লুবা লেপ্লরে। থবকসি পাঙথোকপদা থম্মোয়দা করিসু নুংঙাইতবা লৈখ্রররোই হায়দুনা খা চীক্তুনা ব্রাশক্লে। অহোয়নদুম মসিনসু খরা ফগদবোই নীংলক্লে। খনবমখৈ খল্লুরগা মসি

নত্তনা অতৈ উপায় অমা করি অমা লৈতবদৌনা তৌরম্মী।

হৌখিবা হাপ্তা অমা অনীসিদা শখি মচানুপা রাকেশকী মতাংদা পাউ অমা তাগদ্রা হাযদুনা লাঙতক্লে। থবক অসি পাঙথোক্লবা লৈকায়গী মশক খঙবা নহা অনী অহুমদা পৈশা তিংনা শিন্নখিবনি। মদুসু মপৃরোইবগা মাগদনি খঙলিবা, মচানুপা সুনিল ফাওবা মৱা মশোল অমফাওবা তাহন্দ্রিবনি। থবক্তুসু নাকোং অনী শুখিবদা ৱা থোক্কদৌরিবনি।

লাঙতক্লনা ঙাইবিবা পাউ তাগদ্রা তাগদ্রা ইতা তাদে শখি। মখোয়গীদুবু কবি তৌরবা জাৎনো, শোযববা জাৎলা হায়দুনা মপৃক্লিংদা লাঙতক্লবসু মরক মরক্তা ফাওই। মখোয়নবু তৌগে হাযরবদি ইবায লায়বা জাৎনি, তৌররোই হায়রগদি খঙদ্রে। তৌজিক্কী মতমদা অসিগুম্না থবকর্সিদি পৈশা পীদুনা অমুক নেক্লদ্রবসু অতৈ খরদদি পংতৌদা তৌনবসু য়াওবিবনি।

"করিনোমতা হংজগেবা?"

শুমাঙদা ফমদুনা মশম হাৎলিবা শখিদু খোঞ্জেলদু তাবদা খংপ্রেক খংবদৌনা তৌই। শুমাঙ মতোন্দা চঠী কুস্থামঙা কুম্থাতকক্কী নহা অমগা চঠী কুন্মাথোই কুন্নিথোইগী নহা অমগা লেপ্লিবদু উবকই। শখি পাখৎপগুমসু তৌই, লাঙতক্লবসু ফাওগুম তৌই। নহা অনীদু জেকেট লীৎলি। হৌজিক্কালগী নহাগুম ইহা হাবা তৌদে, ঈং-তপ্পা উই। ঈং-তপ্পা উবগসু শাথীবা থবক তৌবা ঙম্লগদৌবা শক্তা ওইনা তৌই। মমাঙদা মশকশিংদু অমুক্তসু উখিদ্রি।

"কনা হংবনো ইবুংঙো?"

খজীক্তং লিবদুনা "যুমসিবু ইনে শখিহোয়গী?"

"মানি, মানি ইবুংঙো, কবি হায়গদবনো? শখি হাযবদু ঐ ইশানি।"

"য়াম্না নুংঙাইজরে ইনেগা উনজবা, ইমুংদা অকুবা ৱারী শারুসি।"

খজীক্তং লিবদুগা শখিগা ইমুংদা চঙলকই, মাগা লাকমিন্নবা নহা অমর্দুদি মপান্দা শুমাঙদা কোয়চৎ চত্তুনা লৈহৌই। চঙখ্রিবা নুপাদুগী গার্ড ওইবম্নসু যাই।

অমনবা, শেগাইবা ইকোক কোকপা সোফাদুদা ফমথবতা ঙায়রি, চঙলক্লিবা নহাদুনা নমহং হংজিল্লকই, "ইনেগী ইচারা রাকেশ হায়বদু?"

শখি পাখৎনা অমসুং লাঙতক্লনা খুমখি, "মানি ইবুংঙো, মাবু কৈদৌববগে?"

নহাদু মমায় হাইগৎলক্তে।

"ঐখোয়দা অদুগুম্বা পাপ চেনগদবা থবক অদু তৌনবা করম্না হায়রক্লিবনো? ইনেনা ঐখোয়সিবু কবম্না উবগে?"

নহাদুগী ব্রাতাদুদা শখিদু হেন্নদুম অকিবা পোক্লকই।

"ইবুংঙো উপায় লৈতদুনা... মদুনা খবা ফগদ্রা খল্লুবনি।"

ঈং তপ্না উরম্বা নহাদু নোংশাগুম্না ঙংবা হৌরকই।

"নচানুপাদু ব্রারকপা ঙমদ্রগা ঐখোয়দা ব্রাবকউ সিনিনে?"

শখি ব্রা ঙাঙদে, তূমিন্না লৈ। খল্লু-খল্লুরগা মশাদা হূমাং অনপ্পী কারকই।

"মতম অমদদি নচানুপা পোকই হায়দুনা য়াম্না হরাওরমগনি। অদুদগী মানা অপাম্বদা তৌহল্লমগনি। ঙসিনা লৈখা তানা মাঙলবা কালসিদা নচানুপাদু হাৎপগী পাপতুবুনা ঐখোয়বু পু সিনিনে... ঐখোয়না খৃত্তা খৃৎলায় পায়দুনা লান হৌরিবসিদি অসিগুম্বা পাপ অসি পুনবা তারেনে... নখোযবু করম্বা মমা মপানো? মসিবু মমা অমগী মিনুংশি..."

নহাদুনা অপনবা লৈতনা ঙাঙথবকই। শখি মনাকোংদা অহৌবা খোঞ্জেলশিংদু তপ্না তপ্না তপথরকপগুম তৌরকই, মমীৎতা তাইবংপান অসি মশেন মরাং ওইনা উরকই।

শখি জ্ঞান তারকপদা মল্লি মল্লি তৌরম্লে অদুবু মতম অদু ফাওবা ইমুংদগী চৎথোকখিবা মী অমফাও হঙিন্নরক্ত্রি। ইলেক্ট্রিক মৈসু লাক্লমদে, ইমুংসু মপানসু ইমম মম্মি। ঙসাইগী নহা অনীদুসু লৈরমদ্রে, চৎখিরম্লে। মকোক ময়াদা মাশিল্লুবদা ঈংলি-ঈংলি তৌরম্মী, ঈ খরসু থোক্কুনা লৈরম্মী। স্পোঞ্জ য়াওদবা সোফাদুদা য়েশিল্লম্বসু য়াই। মল্লি মল্লিবদুদা অকনবা খোঞ্জেল অমখক্লা কন্না লাউরকপগুম তৌরকই, মসিবু মমা অমগী মিনুংশি।

ইবাই
ওগষ্ট ১৫, ২০০৩।

## পোনগী চেক্লা

অশৈবা কনানা শৈথাই
‘খোঙদা ঝিঞ্জুব থাংলবী
পোনগী চেক্লা, লাইবক চাউবী।’
অদুবু–
লাইবক ফদুনা নোংমা
পাইথোকখ্রবা অহাঙবা অতিয়াদা,
অমুক হল্লকখিদে মফমদুদা
মতম চূপ্পগী ওইনা।
— পোনগী চেক্লা অমা

লাঙলম্বা, নিল্লম্বা পূন্নমকসু তপ্না তপ্না ঈংথনখ্রে। মখোয়গী ওজা ডিরেক্টরসু হয়েং ফজনা ব্নারী শারসি, ঙসিগীদি পোখাহৌরো হাযরন্নগা চৎখ্রে। খঙনা চান্নবা

অয়াম্বসু মাগী ঙসিগী পর্ফোমেন্স অদুগীদমক মাবু থাগৎপীরম্লগা ময়ূম ময়ূমদা হন্নখ্রে। মাসু ময়ূমদা হনগদবদু থেঙজিল্লক্লবনিনা থিন্দোক থিঞ্জিন নাতৈ চাররোই খন্দুনা কমপ্লেক্সতা চঙদুনা মানা নহানমখৈ থবক চিল্লক্লবা কালদা হেক হেক লেকপা কাদুদা পোত্থারুনবা চঙলক্লে। বিনা মাগী কাদা চাগদবা খরা চারগা পোত্থারগে হায়দুনা হেক হীপথবগা খজীত্তুং শান্তি ফংবোই নীংই। অশাংবা নিংশাস্বর অমখক্তুং শাংনা হোন্দোকচৈ।

ঙাইহাক্কী মমাঙদদি মহাক্না ঙসি ষ্টেজ ময়ায়দা উৎখিবা লম য়ৌনা ফজখিবা পর্ফোমেন্স অদুগীদমক মাবু থাগৎপীবা, খূৎ শোক্লবা কয়ানা নিংশাস্বর ফাওবা ফুনগে তৌরুরবনি। চিনখ্রবা মরক অদুদা খরা অমনা ওটোগ্রাফতা সাইন তৌবীবস্মু হায়বনা মরোল অমা। মদু পূন্নমক অদু ব্লাজরগসু মহাক ঙসিদি মপৃক্লিং পেন্না নুংঙাইবা পোকচৈ মরমদি অসিগুম্বা নুমিৎ অমগীদমক মহাক্না হৌখিবা চহী কয়া অসি মঙ মঙদুনা লাকচখিবনি। আর্টিষ্ট অমগী পুন্সিদবু মসিদগী হেন্না নুংঙাইবা নুমিৎ অমা কদায়দৈ লৌরুনি। নুংশিদুনা পৈশা কয়া পীবীরকপদগীদি মাগী পর্ফোমেন্সতা ভাবোকশিংনা পেনবীদুনা হবাওনা খূবাক মখোল হৌনা খূবীরকপদুনা চাম্মরক হেন্না পামজৈ। ঙসি মানা ফংলিবা ইকাযখুম্নবা, থাগৎপীবগী ব্লাহে, অহৌবা খূবাক মখোলদু পোৎশক অমত্তনা মমল লেপ্পা য়ারোইদৌবি, ঙসিগী অসিনা অদুম হেন্দুনা লৈবগনি।

হৌখিবা চহী অমা মখায়রোমসি অচেৎপা সাধনা অমগা লোয়ননা ঙসিগী পর্ফোমেন্স অসিগীদমক হোৎনদুনা চেন চোংদুনা লাকখিবনি। অয়ূক ঙন্না হৌদুনা মখল কয়াগী শাজেল তৌখি। মদুদা হকচাং থীন্দোক্তুনা মশল চীক্তুনা নুমিৎ কয়ানি অমা তূম্ফম চাফম খঙখিদে। নুমিৎ কয়ানি অমনা খোঞ্জেলগী এক্সরসাইজ তৌবদা খোঞ্জেল তাদুনা ব্রা ঙাঙবা ফাওবা থোকখিদে। ওজা কয়াগী মফমদা চঙজদুনা তাথোক তাশিন তৌখি। মাগী অদুম্না অতৈগা তাথোক তাশিন তৌনবদু মাগী বোস ওজাদুনদি কয়া পামদে হায়বা মহাকসু খঙই। অদুবু হন্দক্কী পর্ফোমেন্স অসিদি টীম ব্রর্ক নত্তে, সোলো পর্ফোমেন্সনি অদুনা চেকশিন্দবা য়াদবনি খন্দুনা মানা লোন্না লোন্না তাথোক-তাশিন তৌবা কোয়চেন চেঞ্জরিবনি। মখোয়গী ওজাদি আর্টিষ্টশিংগী বোয়ফ্রেণ্ড, গর্লফ্রেণ্ডনা উনবা লাকচবা ফাওবা পংশাউদা শাউই। মানা হেক পামজবা হায়ববু মখোয় মশানা শাজবা কমপ্লেক্সতুদা মী কনামত্তা চঙহন্দনা মখোয় মখৈ কলাদুদা ঙাওদুনা লৈজবদুনি।

পর্ফোমেন্স নুমিৎশিংদা মখোয়সু মপানগী মী অতৈগা শম্নদনবা য়ারিমখৈ কন্না হোৎনজৈ।

ফমুং মথক্তা লোংনা হীপ্লবা কালদা ঙসাইগী মশক ফজবা প্রেসমেন নহাদুগী মশক্তু তরং তরং চোংথোবকই, ঙসাই মখৈদি মীনিলদুনা নীংবু নীংশিংলুদে। 'এক্সক্লুসিভ ইন্টরভিয়ু অমত্তা লৌজগে, ঙসাই মখৈসু অদোমগী পর্ফোমেন্সতু উবদা পূমঙাও ঙাওববনি' হায়বগী খোঞ্জেলদু মাগী নাকোং মনুংদা হৌজিক অমুক তারকপগুম তৌরকই। মদুদা মহাক্না ইকায়না 'ঐখোয়গী ওজাদা অমুক্তা হংলকখিগে?' হায়বা মহাক্কী পাউখুমদুদা পেনফাৎত্রবা ৱাকৎ ওই, ইনশিনবোই তৌবা মাগী ৱা "ইশাগী সোলো পর্ফোমেন্স উৎতুনা অসুক ৱাংলবা, ফাওরবা আর্টিষ্ট ওইরবা অম্নবু অমুক মীঙোন্দা হংলুখিদ্রো?' 'ওজানা শেম্বী-শাবীবকপনিনা ওজাদা হংদ্রবদি নুংঙাইদৌ মান্দে' হাযবা মাগী পাউখুমদুদা মদুদসু মানা ৱারৌনা হায়বকখি, 'আর্টিষ্ট অমনা পাক ঙম্নদবা সোলো পর্ফোমেন্স অমা অসুক মায় পাক্লা উৎপা ঙম্লবা আর্টিষ্ট অমনা কবিগী অদুক তোনথরিবনো? হৌজিক্তি নহাক্কী তোঙানবা শক্তম অমা শাগৎপা মতম ওইরবনি। মদুগীদমক্তি ঐনা ঙসি লাক্লিবসিসু।'

রিনা প্রেসমেন নহাদুনা হায়বকপগী ৱা ঙাক নত্তবীদা মহাকসু খরা খবদি খনবা হৌরবনি। আর্টিষ্ট হায়বসিদি মনীং তম্না কলাগী ফম্বাক্তা চোংজরগা অনৌ অনৌবা কলাগী ফজবা পোৎশক কয়া পুথোকপা ঙম্মী হায়নবিবনি। ইতিহাসকী তাঙ্কক কয়াদা আর্টিষ্টশিংনা মীচম প্রজাশিংনা খন্নদ্রিঙৈদা মখোয়না হান্না খঞ্জিল্লদুনা অনৌবা কলাগী পোথোক কয়া পুথোরকপদা ভাব তাবা ঙম্নদদুনা নিংথৌগী অহকপা চৈরাক ফংখিবা আর্টিষ্ট কয়াসু য়াওখ্রবনি। আর্টিষ্ট অমগী পুন্সিদি মানা পুথোক্লিবা কলাগী পোৎশক অদুখক নত্তনা আর্টিষ্ট অদুগী পুন্সিদুমক কলাগী মশক অমনি। অমুকসু মশা মথন্তা খল্লুবদা ভাব তাবা ঙমজদে মদুদি মখোয়গী ওজা ডিরেক্টরদুনা হায়বা তম্বীবা অদুদগী হেন্না এক্ট তৌবা য়াদবসিবু আর্টিষ্ট অদুগী মনীং তম্বা মাঙবা নৎত্রা? অদুবু অমবোমদা মখোয়গী ওজা ডিরেক্টরদুসু লাইদা লাই হায়বা য়ারবনি। মানা শোক্লু শোক্লুবসি ইফদা ফজৈ, সনাগী খূৎ হায়বদুনি। মানা তাকপী তম্বীবা অদুখক্তা পাড়া নীংথিনা ফাবা ঙম্বদা অফবা আর্টিষ্ট অমনি মীয়াম্না থাগৎপীরিবনি। মহাক্না উৎখিবা সোলো পর্ফোমেন্স অদুগী মচাক মরল পূম্নমকসু মাগী ওজাদুনা শেম্বী শাবীখিবনি। মদু নৎলমদ্রবদি ঙসি মানা

ফংলিবা ইখায়খুম্নবা, থাগৎপীখিবা পুম্নমক অসি ওইথোক্লমদবসু য়াই। মসিগীদমক নৎত্রা মহাক্না ওজা অসিগী মখাদা হৌখিবা চহী কয়া অসি লীলা য়াওদুনা, মানা হায়বদা ইন্দুনা লাকখিবনি।

নুমিৎ হুম্নি, মরিনিগী মতুংদা প্রেসমেন নহাদুগী তকশিল্লকপদুদা নাম্থোকপা য়াদ্রদুনা রিনা নহাদুনা শীন্দুনা রেষ্টুরেন্ট অমদা ইনফোর্মেল ওইবা এক্সক্লুসিভ ইন্টরভিয়ু অমা শীল্লি। প্রেসমেন নহাদু মশক ফজে, প্রেসমেন ওইবগী মীকি লাইকিদবা মওংদু মঙোন্দসু অদুম লৈ। রিনাগা লেঙ্গা ওইনসু তৌই। মহাক্না রিনাবু আর্টিষ্ট অমা ওইবগী চুম্না খঙনবগী মথক্তা পাখঙ লৈশাবীগী মওংদা হেঞ্জিল্লকপসু য়াওরকই। ইথা থাজদনা হংলিবা ৱাহংশিংগী মরক্তা নোংগী মরক্তা নোংথাং কৃপ্লকগুম,

"বোয়ফ্রেণ্ডগদি লৈবীরব্রা?"

রিনা ৱাহংদু তাবদা ইঙক ঙকই, মতম অসুক কুইবসি মসিগী মরমদা থোইদোক্না খল্লুদবনি। মানা পামজরিবা কলাদুদা অতৈ থোইদোকপা খল্লুদনা ঙাওদুনা লৈজবনি। প্রেসমেন নহাদুগী ৱাহংদুনা মাবু মীৎকপ থোকহনবগুম তৌই।

"লৈতে, মদু লৈনবগী তাঞ্জাসু ফংদে।"

"অদুবু ইশাদা করিগুম্বদা নহা ওইবগী ইথিলগসি ফাওবীদ্রা? নৎত্রগনা কলাদা ঙাওবিঙৈদা অসিগুম্বগসি নীংশিলুদ্রে সিবা?"

"নত্তে, মদুসু নত্তে।"

"অদুদি করি?"

"ঐখোয় আর্টিষ্ট মরক্তগী কনাগুম্বা অমনদি মপৃক্লিংগী ৱা ফোঙদোরকপা লৈখ্রে। মদুসু ঐনা পামখিদে। মদুগী মথক্তা ঐখোয়গী ওজানসু অসিগুম্বা থবকসি খঙলবদি য়াম্না শাউই। তান চাদ্রগনা গ্রুপ অসিদগী তাম্থোকপসু য়াওই।"

"ৱাসিনদি নখোয়না লৈরিবসিদি রেজিমেন্টতা লৈবগা চপ মান্নরেনে।"

রিনা করি খুমগদবনো খঙদে। মানা খঙবা হায়ববু প্রেসমেন নহাসিনা মাবু তৃম্লুবদগী হৌদোকপদৌনা তৌবা মানবা অমদি য়াওরি। অমুক অনম কনশিন্না হংলকই, "ফোরেন কন্ট্রিদগা চৎলগা পর্ফোমেন্স য়াম্না পী তাজৈ। ঐখোয়দগসু খরা খবা তাকপীরকউ, পাউ ফোঙজগে। মীদিয়ানা মী অমা ফাওহনগে, হাৎকে য়াম্না লায়খ্রবজাৎনি।"

মসিগী মতুংদগীদি রিনা মখোযগী গ্রুপকী নৎত্রগা মশামক্কী মপান লমদা পর্ফোমেন্স পীবা চৎলুরগা হেক হল্লকপগা প্রেসমেন নহাদুনা মাবু হেক্তা থিরকই। মখোযগী ওজাদা হংদুনা নৎত্রগা মঙোন্দগী হংদুনা মখোয়না চৎলুবা খোঙচৎতুগী পাউদমদু ফজ ফজনা খবরদা ইরকই। মসিদগী মখোযগী ওজাগসু নহা অদুগসু য়াম্না নকশিন্নরে। হৌজিক্তি ফীরাল মমায় চুপ্লিবনিনা প্লে অয়াম্বদা লীড রোল লৌদুনা কৃল্লবনিনা মাগী মরমদসু মবীক চুম্না চাউনা চাউনা ফোঙলক্লে। ফাগি ফাগিদগী প্রেসমেন নহাদুগা তোয়না সুম উনবকপদগী নহাদুনা মাগী মরমদা খঙদবা লৈশিল্লক্লে। মাগী থম্মোয়গী কাচিন্দা কবি কবি খল্লিবগে হায়বা ফাওবা লোইনা খঙদোকখ্রে।

খজীক খজীক্তগী প্রেসমেন নহাদুগা বিনাগা নকশিন্নখিদুনা লৈশাবী পাখঙগী মওংদা ওইনা চঙশিল্লক্লে। মাগী জেম্সতি প্রেসমেন ওইজরগসু তোপ তোপ্পা মগুণ অমা লৈজে। মখোযগী ওজাগী ওপোজিট নম্ববগুম্বনি। নহানি, মশক ফজে, খীং-খীং লাউই, পৃকচেল চাউই, পুন্সিসি পৈশা পায়দ্রবসু মিংচৎ লৈত্রবসু নীংতম্না হিংগদবনি হাযবা মীতানি। মখোয় ওজা ডিরেক্টরদি লাইগুম্বা অচৌবা ওজানি, মঙোন্দা হাযজরবা, চঙজরবা খৃদিংদা মিনুংশিগা লোয়ননা যেংবী। আর্টিষ্টশিংনা মনীং-মখা তম্না হিংবা হায়বসি ডিসিপ্লিন লৈতবনি হাযনা খনবা মীতানি। অরীবা চৎনবীদা থাজবা মীনি। অমুকসু গুরু সেবা হাযবসি আর্টিষ্ট অমগী তৌদবা যাদ্রবা মথৌ অমনি খনবা মীওই অমসুনি। অদুবু জেম্সতি আর্টিষ্টশিংগী মনীং তম্না খনবা ৱাখলদগী কলাগী ঙক্ল-ঙক্লবা পোখোক কয়া থোক্লক্কদবনি খনবা মীওইনি। আর্টিষ্ট অমনা মনীং তম্না থবক তৌদনা মীশক অমনা হায়বা তাকপা অদুখক তৌদুনা লৈবগদি মহাক অদু অশেংবা আর্টিষ্ট নৎত্রে, মেকানিকেল ওইরবা আর্ট ৱর্কব হায়বদু ওইরবনি।

হৌজিক বিনাগী মকোক মনুংদা লাস্থেংনরিবা অচৌবা লাঞ্জাও অমদি মহাক্কী জেম্সনা হায়বা ৱাফমগা মখোয়গী ওজানা হায়বা ৱাফমগা কনানা হেন্না লূম্না লৌগদগে হায়বসিনি। মঙোন্দদি অনীমক চপ মান্নবগুম তৌরি, অমনা পুন্সিগী খোঙলোই ওইমিন্নগদৌবি, অমনা মাবু শেম্বী শাবীবকপনি। অদুবু জেম্সনা মহাকপু মখোয়গী ওজাগী মনাক্তগী নোংম-নোংমগী চিংথোকপগুম তৌরি। মহাক্কী মমীৎতসু কমপ্লেক্সকী অচৌবা হোলশিংদু রেজিমেন্ট অমগী বেরেক ওইনা উরক্লম্মী। মরক মরক্তসু মশা পান্দুনা পাইথোক্কদবগী হোৎনরিবা উচেক অমগুম্নসু মশানা মশাবু উজবগুম তৌবম্মী। নোংমসু

জেম্‌সনা হায়, "ঐদি নঙবু নুংশিবগী হায়বনি। নঙনা অপাম্বদু তৌখিবদা ঐ করিসু হায়দে। গুরু সেবা য়াম্না ফরগা অতোম্বী ওইগে মঙায়।"

জেম্‌সকী ৱাদুদা রিনা মমায হাইফেৎ ঙাঙই। মাসু খঙই আর্টিষ্ট অমা ওইনা পুক্সি চৃপ্পা যৃম-কৈ পান্দনা লৈবা য়াবসু নত্তে। খরা লৈরগদি মীনা থীনা ঙাঙনরকপসু য়ারি। নোংমা ফাগি ওই, করি ওই হৌজিক্তি লৈখিদ্রবা ওজা অমনা হায়খিবদু মহাক হৌজিক ফাওবা ময়েক শেংনা নীংশিংই– লীলা য়াওবী আর্টিষ্টশিং ময়ূম পানবা খঙদে হায়দুনা য়াম্না ঙাঙনৈ। মদুবু অদুক লায়বা পোত্তুবু লীলা তৌবা ঐখোয়না অতোম্বী ওইনা অমমম কোক লৌশিনবীরগা লোইরবা পোৎতুবু। ওজাদুগী ৱাদুনা রিনাবু মরক মরক্তা অকিবা পোকহল্লি। মখোয়গী ওজাগী মফমদদি মহাক্কী লৈজবা পূম্নমক অখাকপা লৈতনা কৎথোকশ্রবীনি। করিগুম্বা জেম্‌সনা মসি খঙলক্লবদি কমদৌবা...? জেম্‌স অদুক পূকচেল পীকপা মীতাসু নত্তে, মোডর্ন লাইফ হায়বসি করিনো হায়বা চপ চানা খঙলবা মীনি, করিসু হায়রক্তবা য়াই। অদুবু করিগুম্বদা খঙলক্কদ্রা হায়বগী মিপাইবা অমদি অদুম লৈবি।

জেম্‌সকা উনবা খুদিংগী মাবু মনীং তম্না পাইবা চেক্লা অমা ওইয়ু হায়না কন্না ইনশিল্লকপগুম তৌরি। নৌরিঙৈ পুক্সিদা ওজা গুরু কয়ানা তাকপী তম্বীরক্লগসু মপূং মরৈ ফারক্লবা মতমদদি মশা মতোমতা পাইবা ঙম্নবা হোৎনগদবনি। মসিদি ওজা গুরুবু থৌওইদবগী ৱা ঙাকসু নত্তে, মহৌশা লাইরেম্বীগী মচৎ অমসুনি। উচেকশিংসু পীক্লিঙৈদা মমা মপানা মচীঞ্জাক খুনবা, পাইবা তম্বী। অদুবু চাউরক্লবা মপূং-মরৈ ফাবক্লবা মতমদদি মশা মশাগী খোঙবু শেমদুনা পাইখি। মদুদা কনানা কনাদা লমন তোল্লিবা...?

রিনা অঙাং ওইরিঙৈদা অফাওবা মীয়াম্না শকখঙনবা আর্টিষ্ট অমা ওইবা পামজরকখি। মদুদগী মানা ওজাসিগী মখাদা চঙজদুনা আর্টিষ্ট অমা ওইবগী মহৈ-মশিং তমজরকখি। ঙসিদি মহাক লৈবাক্লা শকখঙনরবী আর্টিষ্ট অমা ওইবা ঙমজরে। মসি পূম্নমক অসি মাগী ওজাগী মপান্ননি। মহৈ চারবা কালসিদা মাগী ওজাবু থাদোক্লম্লগা মনীং তম্না পাইখিবা হায়বসি গুরুগী মফমদা লঙজবা ওইনা থোক্লোইদ্রা? অসুম্না খল্লিঙৈ তাঞ্জা অমদনি নোংমা জেম্‌সনা য়োৎকী পোন মনুংদা লৈবা চেক্লা অমা উরগা মাবু লক্লদুনা হায়খিবদু।

"রিনা নঙগী পুন্সিগা পোন মনুংগী চেক্লাসিগা করি খেন্নে?"

রিনা জেম্‌সকী ৱাহংগী পাউখুম পীরুদে, তৃমিন্না ৱাখল খন্দুনা লৈ। মাগী পাউখুম ঙাইকন্দনা জেম্‌সনা মখা তাথবকখি, "চেক্লাসিসু পোন মনুংদা অহাও অহাওবা মচীঞ্জাক চায়। অদুবু মহাক নোংমা ফাওবা অহাঙবা অতিয়াদা পাইবগী নুংঙাইবদুদি ফংদ্রি। নোংমা ফংবা নুমিত্তদি পোন মনুংদা অমুক অহাওবা চীঞ্জাক চাগে হায়দুনা হল্লক্লবোই।"

"নঙনা হায়রিববু ঐসি পোন মনুংসিদা লৈরে সিরা?"

"হাযদে, নহাক নশাগী অমসুং অকোয়বগী সংসাবগী ফীভমসি করিগুম্বদা যেংখিবা লৈব্রা হায়বনি?"

মহাকসু খঙই, জেম্‌সকুম্বা পৃথিবীগী ঈ-পাউ পুন্নমক খঙবা, মী কয়া উশিৎকন্দবা প্রেসমেন অমদদি মহাক্লা নুংঙাইনা লৈজরিবা সংসার অসি বেজিমেন্ট মনুংদা লৈবা সিফাইগুম্না উবম্না য়াই। অদুবু মী পুন্নমক্লদি মাগী ওজাবু ডিসিপ্লিন লৈনা থম্বা ঙম্বগীদমক থাগৎনৈ। অদুবু জেম্‌সনদি মাগী ওজাবু অরীবা চৎনবীদা থাজবা, ডিক্টেটবনি হায়। থায়না গ্রীক, রোমানশিংনা মীনাই ময়াম অমা লোইরম্বগুম্বনি। কয়াদা খেন্নখ্রবা ৱাখল্লোন্নো?

তাঞ্জাসি রিনাগীদি মীনসু লাইনসু পাম্বা মতাংনি। অফাও অফাওবা মীওই কয়া, ইনাক কৈরাক খুল্লবা কযানা মাগী নুংশি ঈরিক অমত্তং থকচনিংবগী ভিক্ষা নিরবা তাঞ্জানি। মানা মখূৎতং লাম্হোক্লবদা মাগী মখোঙদা পৃথিবীগী নিংথৌরেল তুগদৌরিবনি। মানা হৈজহৌরবদি মহারাণীগী ফমথোন কাবা য়াবিবা তাঞ্জানি। হৈজদ্রগনা লুখাক কোমদা তাগদৌরিবনি। তাঞ্জা অসিদদি মাগী ওজাসু মাবু চেকশিনবা হান্নদগী হেল্লক্লে। মাগী অয়াবা য়াওদনা কনাগসু উনবা য়াদ্রে। অদুবু জেম্‌সতি করিসু নাচুংবীদে। উননিংবা মতমদা ফৎ লাক্লম্লগা শঙাইশেলগুম্না অমুক ফৎ মাঙখি। মান্না কন্না উননিংলক্লবা মতমদা মশকপু শুকউৎ ঊৎলদে, ৱা অমফাওবা হায়রক্তে। মবক মবক্তা থৌ-ৱা ইশা শাদনা কার্ডতা অসুম্না ইরগা থারকপসু য়াওই— পৃথিবীগী সুপর পৱার অমগী প্রসিডেন্টমক্লা মখোঙদা তুখিবা শকহেনবী ফিল্ম ষ্টার মেরিলিন মোনরোদু কমদৌখি অরোয়বদদি... নঙসু খল্লু, নঙ হয়েং কবি ওইবক্কনি। ঐগী ৱাদি থোইদোক্লা লুনা খল্লুরনু। কয়াদা চাউথোক্লা ইরক্লিবা? ঐবু মাগী কনানো? অদুবু ঐবু মানা মফম কদায়দনো অমা চিংদুনা পুরি। মসিদা ঐ করিসু তৌবা ঙমদ্রি।

"নঙনা ঙসি ফাওরিবা অসিগুম্না ফাওদুনা কয়াম কুইনা লৈখিগদগে? হয়েংতা ঙায়রে লৈহী য়াওদ্রবী লৈরাং ওইদুনা লমজাও সড়ক্তা লংথোরক্কদবা। নপান ফরিঙৈদা কদায়দনো নহূম অমদি শাজহৌদনা।"

জেম্‌সকী মচীল থৌরবা তেঞ্জৈগুম্নবা ৱাহৈশিংনা থূম্না লেংদুনা মাবু ৱা ঙাঙবা থোকহন্দে। কবিগুম্বা মতমদনা মাগী মচীল থৌরবা ৱাহৈশিংনা মাবু অকিবা পোকহল্লি। অমুকসু মখা তারকই, "ইনাক খুনবা, অফাওবা কনাগী গল্লাগী লৈরাং ওইদৌ শরুক, ঐখোয়গুম্বা লায়রবা কনাগী শমজিরৈ ওইবনা শরুক চামা হেন্না ফগনিদা।"

অমবোমদা মখোয়গী ওজাগী চেকশিনবসু হেনগৎলকই। নোংমসু রিনাবু মাগী কাদা কৌরগা হায়রকখি, "নঙগী প্রেসমেন নহাদুদগী থাপতোক্লবা হোৎনৌ। ঐনা হায়রিবসিদা য়াদ্রগনা নঙসু নোংমদি মমাঙদা তৌখিবগুম্না কমপ্লেক্স অসিগী মপান্দা থোকখিবা তাবা...?"

বিনা ৱাহৈ অমত্তসু হঙ্গৎনা খুম্লুদে অদুবু মপূক্লিংদদি খল্লি— জেম্‌সনা হেক হেক হায়বা ঐখোয়সি রেজিমেন্টতা লৈ হায়বা ৱাফমদু চুমগদৌরিমাল্লে।

মতম অমদা মানা চঙবা মতমদা লাইবক কত্তুনা লাইশঙ অমগুম খঞ্জখিবা কমপ্লেক্সতুদগী থাপতোক্লিংবগী ঈহূল অমনা মাবু খূৎলাম তোয়না কৌথোকপগুম তৌরি। মসিবু জেম্‌সনা মাবু লালহৌবী অমা ওইহল্লিব্রা নৎত্রগা মা মশাগী মনীং তম্বা পুন্সিদু উহল্লিব্রা হায়বা মা খঙদে। অমরোমদা মাগী গুরুগী দক্ষিনানা কমদৌবা? অদুবু অশেংবা গুরু অমগী অশেংবা ধর্ম্মদি মহৈ-মশিং তম্বীবা মপূং ফারে, মপাঙ্গল চাউরে খল্লগদি অহাঙবা অতিয়াদা মনীং তম্না পাইদুনা তাইবং চীঞ্জাক চাজকুরো হায়দুনা থাদোকপীগদবনি।

ঙসিদি জেম্‌সনা রিনাদা অশেংবা অমা খঙনবা কন্না তকশিল্লকই, "নঙগী অরেপ্পা ৱা অমা ঙসি খঙবা পাম্মী। নঙগী ওজাগী মনাক্তা অসুম্মক লৈখিগে হায়ব্রা? নৎত্রগনা মনীংতম্বা চেক্লা অমা ওইনা পোন মনুংদগী পাইথোরক্কে হায়রিব্রা?"

রিনা করি খুমগদবনো মা খঙদে, মাগী মকোক মনূংদা থেংনরিবা লাঞ্জাওদু কদোম থংবা মায়কৈদা মা লেপকদগে ভাব তাবা ঙমদে। অমুকসু থৌনা ফনা জেম্‌সতা হংনিংই, "অদুক ভাব তাবা, খঙ-হৈবা নঙনা নুপা থোক্লা নথৌনা ফনা ঐবু খূজেং পায়দুনা মনীং তম্না শান্নবা য়াবা মফম অমদা পুদ্রিবা করিগীনো?"

হৌজিক্তি রিনা মাগী অরোয়বা ব্বারেপ্তু লৌগদবা নুমিৎ খরনিতা ঙায়শিল্লক্লে। জেম্সনা চৎলমদাইদা অরোয়বা ওইনা হায়রম্বা ব্বাদু মনাকোং মনুংদা ঙংদুনা লৈবগুম তৌরি– মথঙগী ইরাই নুমিৎতদি অরোয়বা ব্বারেপ্তু ঐঙোন্দা হায়গদবনি। মদুদা হায়বা ঙমদ্রগদি নুমিৎতুনা নঙ ঐগী উনবগী অরোয়বা নুমিৎ ওইবসু য়াই।

লৈবাকপোকপা

সেপ্টেম্বর ৩০, ২০০৩।



# যাত্রাপুবী

লৈরিবমখৈ চৎনবীসিনা ঐখোয়গী ইবক্তা
ফজবা পূম্নমক্রা য়োমশিল্লদুনা নাৎকী
ফজরবা শক্তম, যাত্রাপুবী নঙগী
চেন্থখিনি লমদমসিগী ইতিহাসসু
চহী কয়া, যুগ কয়া লাল্লদুনা।
— শক্তম অমা, খুন্নাই অমা

অয়ূক ঙল্লিঙৈদগী চাক ঈশিং থোংবা লোইশিল্লগা হোরেন নুংথিল অৱাং লৈকায়গী লুহোংবা অমগী যাত্রা পুবীয়ু হায়রম্বদগী ঙন্না চৎনবা হায়দুনা সোবিতানা লোইশিন খোমজিন তৌরিবদু মপূরোইবনা ওফিস কারমদাইগী টয়ারি তৌনা তৌনা ফল্লপ ফল্লপ য়েংই। হোরেল লুহোংবা লোইরগা হল্লকপদা য়ূমদা থবক ইনখাং অমত্তা ঙাইনদুনা লৈরমদনবা লোইশিল্লম্বা তাবনি। য়ূমসি সোবিতা লৈরমদ্রবদি ক্বাক্রা চেনগদৌ

হেক তৌই। থবক ইনখাং পাংবীনবা লৈরিবা নুপীমচাদুসু সোবিতানা সি তৌ, সি তৌ হায়দুনা তাক্লবা কালদতা তৌবনি নৎত্রবদি করি তৌগদবনো খঙদে।

নহানমখৈ উরুদবা মীদৌনা মপূবোইবা রতন্না সোবিতানা তৌরিবদু মরক মবক্তা মুনা মুনা হেক হেক য়েংই। অমুকসু মরক মরক্তা খল্লি– ঐখোয় সোবিতাসি ফদি ফজবজাৎনি। মচানুপা অনী মতুম-মতুম পোক্লবা মতুং মচানুপী অমসু যাওরে। অমত্তসু তীঞ্জঙ কায়জংবা য়াওদে। মশক্লগা ফজরে, চাউয়োক-নাউয়োক্লগা ফজরে মসিদা ওইরমগনি মাবু যাত্রা পুবীনবা হায়রল্লিবনি। ঐতনবু মা লৌবা খৃৎলৌদ্ খজীক্তং ফজদবদুদা ইপেন হেক পেন্দবগী ব্রানি।

রতনগা সোবিতাগা নুপা নুপী ওইনা য়ৃম্বাল্লকখিবদু হান্না খঙনা চান্নদুনা নৎত্রগা অহল মশেল হায়না শীংনদুনা মওং মরীল তানা লাকখিবসু নত্তে। মঙ হাগুম ইথা থাজদনা লাকখিবনি। অমরোমদা হায়রুরবদি রতনহোয়গী ইমুংনা সোবিতাহোয়গী ইমুংবু চামরক হন্না দণ্ডবত তৌবা য়ারিবনি চিরবা তাঞ্জাদুদা মায় ঙাকপীবকখিবদুগী। তাঞ্জাদুদবু সোবিতাহোয়গী ইমুংনবু মায় ঙাকপিরমদ্রবদি রতনহোয়গী ইমুং ময়াম মমাঙদা চঙশি শিরবনি।

নৌনা মরায়বক ফদুনা সেকেণ্ড ক্লাস গেজিটেট ওফিসার মচা অমা ওইবদুদা বতনহোয়গী মমা মপানা অচৌ-অশাং, অৱাংবা সঙ্গ তৌর্জনিংদুনা ইনাক কৈবাক খুনবা ইমুং অমগী নিংঙোল অমবু মচা-মমৌ ওইনবা হায়রুবনি। নুপীদুগী মমা মপানসু হবাও হবাও য়াবিরক্লুনা চাউনা লুহোংনবা থৌরাং পূল্লোই লোইরুরবনি। অদুবু লুহোংবা হয়েংতা ঙায়ববা তাঞ্জাদা নুংশিনবা নুপা লৈ হায়দুনা চেল্লোকখিবদগী ইমুং অনাদ্ চঙশি শিখিবনি। লুহোংনি হায়দুনা কোয়রাঙ লাঙলুবগা লুহোংবা কাযবদু নৎঙাইতে, ইথায় হায়দুনা ইমুং মনুং হুপ্পা খন্নরবা মতুংদা কনা কনা, মচা নিংঙোল অমা লৈবগে থিনরকপদা তান চাকদুনা সোবিতাবু থেংনরুবনি। বতনহোয়গী মমা মপানা সোবিতাহোয়গী মমা মপাদা কন্না হায়জবতা নত্তনা সোবিতা মশাদসু হায়জদনা লুহোংবদু পাঙথোকখিবনি।

সোবিতানা লুহোংবদু হবাও হবাও য়াবকখিবগী মরমসু লৈ। নুপী অমনা পামদ্রে হায়দুনা হুন্দোক্লল্লবা নুপা অমগী মায় ঙাক্লবা হায়রুরগা 'হোয়' হায়দুনা তেক্তা য়াবী মমল অদুক হোঙবী নুপী অমসু নত্তে। মা অহেনবতা পাম্বা, মশাগী খুদোংচাবতা য়েংদুনা

থম্মোয়গী মপাউ কয়াবু নমহত্তুনা মাবু নাথৈদুনা চৎখ্রবা ধর্মজিৎকী মমাঙদসু মাগীসু অসি ফাওবদি ঙম্মী, অসি ফাওবদি লৈ হায়বদু উৎনিংই। কোলেজগী শাংলবা পুন্সিদু ধর্মজিৎ মখোয় অনীগীতা ওইরবোই নীংখি। ধর্মজিৎনা মপান লমদা ট্রেনিং চৎলুরবা মতুং মণিপুরদা হল্লক্তুনা সরকারগী থবক তৌবা মতমদু মখোয় অনীগী পম্বুংদু নকশিল্লক্লবোই নীংখি। অদুগদি মখোয় লৈকায়গী ইনাক খুনবা ইমুংগী নুপী অমা লৌদুনা চাউনা লুহোংখি। নুংশিববু থম্মোয়গী অশেংবা মরলনি হায়দুনা চেৎনা থাজরুবা সোবিতা অপঙবী তাহৌই। ধর্মজিৎকী মমাঙদা চাং তাহৌবদু মা মফম চাবা অমদা লমন শিংনিংই অদুবু করম্নদি শিংলুগনি। তাঞ্জাদুদা রতনগী মমা মপানা কন্না হায়রবদুগা মপা মপা চাদুনা য়াখিবনি। মহাক্লা য়ারকখিবদুনা রতনসু ময়াম মমাঙদা মময় খঞ্জীক্তসু পাকচরে।

হৌজিক্তি সোবিতাগী নুপী অমা ওইবগী করিবু ব্রাৎলিবগে? মাগী মপূরোইবা রতন য়াম্না চাউরুদ্রগসু সেকেণ্ড ক্লাস গেজেটেট ওফিসার অমদি ওইরে, ফজরবা মচানুপা অনী, মচানুপী অমগসু ফংজরে। মব্রা মপূবোইবা, মনেম-মকৃনা লুনা তৌবীরি। মসিদগী হেন্দোক্তুনা মাগী মওংসিবু পামজদুনা মখোয় মখোয়দসু মাগী অসুম্না থোকহনবীয়ু হায়দুনা মচা-মশূ লুহোংবগী যাত্রা পুবীয়ু হাযদুনা হায়ররি। মৈতৈগী সমাজদা নুপীশিংগী মরক্তা যাত্রা পুবী হায়বসিদগী হেন্না লেমজবা করিমুক লৈরিবগে?

ওফিস চৎলমদাইদা সোবিতাবু কৌশিল্লগা বতন্না হায়রকই, "নঙবু ঙসি অব্রাংলোমগী লুহোংবগী যাত্রা পুরুদোই নৎত্রা?"

"নহান্না মখোয়-বাদা হায়রবদুদি। হৌজিক অমুক ইনৌ নৌনা হায়রক্লিবসিবু?"

"লুহোংবা লোইরগা ঙন্না হল্লকউ। নঙগী অদু অদা তৌদুনা কোথদুনা লৈথোরক্নু"

'ব্রা অমা হায়বীগেনে, ইনাক্তা চঙশিল্লকউ' হায়দুনা সোবিতাবু মনাক্তা চিংশিল্লগা চেৎনা কোনশিল্লি। অদুগা ঙৌরবা মখজায় অনীদুদা নুংশিনা চূরুপ-চূরুপ চূপ্লকই।

সোবিতা মপূরোইবগী নহানমখৈগা ইমান মান্নদবা মওংদুদা ঙাইহাক্তং ঙকচান্নে। 'হনুবা কালসিদা মতা অমনিনে' হায়রগা মনাক নক্লা লৈবা সোফাদুদা ফমথৈ। রতন সোবিতাদা মোমোন নোক্লম্লগা ওফিস চৎখ্রে।

নহানগী অৱাংলোমগী লুহোংবগী যাত্রা পুরুবদগী মতা অমা ওইনা ফজরুরব্রা খঙদে লৈকায়দুদা লুহোংবা, দেব-কর্ম্ম অমত্তং থোকপা য়াদ্রে সোবিতাবু যাত্রা পুবীদবা য়াদ্রে সি ঙাক্তনি। অহানবদদি খরা হরাওরম্লবসু থবক থৌরম তোয়শিল্লকপদগী থবক শীংলি হায়দুনা ফনা কনথোকচবনি অদুবু য়াদদুনা হেক্তা চংলি। মকৃ-মনেম্লবু লাই য়াওই, থবক লৈ, অদু অদা খজীক্তং পল্লুবদা 'কৈনো মীনা অসুক থৱায় য়াওনা হায়জরবদুবু চংলু। যাত্রা পুবা হায়বসি নুপী অমনা পুনিংই হায়দুনা পাক হেক য়াবা নত্তে। ইমুং মনুংগী থবক্তুদি নোংফাদোক্তি ঐখোয়না তৌরম্বসু য়াই।'

সোবিতাবু লৈকায়গী লুহোং-খোংদোংবা দেব-কর্ম্ম অমত্তং থোকপদা যাত্রা পুবীযু হায়রবগী মরমসু চাউনা লৈ। মশক মতৌ ফজৈ, চৃং-ফীরাল চায়, শেংপা-চাবদা পকচৈ হায়দুনা হায়রবগী ৱা ঙাক নত্তে। যাত্রা পুগদৌরিবা নুপী অমা হায়বদুদি গুণ কয়ামুক্লা লৈতেংলবী চনু-নিংঙোল অমা ওইবা তাই। মৈতৈগী সমাজদা নুপী অমগী মগুণ শৈথারকপদা যাত্রাপুৰী অমগী মগুণদগী হেনবা পংলৈ লৈররোই। হৌজিক কালগী ৱাং চাউবা, মশক ফজবী কাঙবুনা তুকা থিনদনা পংপুদা পুনরবগী ৱানি। নীংথিনা কৃপ্না থিনরবদি যাত্রা পুবা য়াবী নুপীসি পঙলৈ লৈরম্লোই।

যাত্রা পুগদবী নুপী অমগী মগুণসি ওম্থোক্লা য়ামখ্রে। হৈজীং-খরাই পুদুনা অহল-লমন মশক খঙনা হায়ন-শীংনদুনা লুহোংলকপী চনু নিংঙোল ওইগদবনি। মচানুপা মচানুপী পোক্তুনা হৈখন শুবী মমা অমসু ওইগদবনি, মপা-মপৃগী চারোল শুরোলদা তৃমন খুনবা য়াওরোইদবনি। ইকাই-হঙ্গোইদনা হায়নরবদা মরক্তা কশা চংপা ফাওবা য়াওবা য়াদবনি। পৃম্নমক অসিগী মথক্তা মশক-মতৌ ফজবী, মীয়াম মরক চঙবদা লেম্বী চঙখোনবী নুপী অমসু ওইগদৌরিবনি। হৌজিক্কী মতমসিদদি মথক্কী মগুণ ময়ামসি শুনা তিনবী নুপীসি মশীং য়াম্লক্তবনি, তাঙশিল্লক্লবনি।

রতন অহানবদদি মাগী নুপীগী মরমদা থোইনা লুনা খল্লুদবনি। চিরবা তাঞ্জাদুদা মায় ঙাকপীরকপগী ৱাদি খল্লুদনা মমল হোঙবী, মশাগী ওইবা ৱাগা ইরৈ লৈজদবী, হেক হায়রুবগা য়ারকপী মমল খরা হোঙবী নুপী অমা ওইনা উরম্বনি। ওফিসকী থবক ইনখাং খরা চিন্দুনা থেঙলক্কদবা লৈরবসু মানা থোকপা লৈজরমগনি হায়দুনা পাউ-ঈগা অমত্তা পীরক্তনা ইয়াং য়াংনা লৈথোকপনি। হন্দক মাগী নুপী সোবিতানা যাত্রা কন্না পুখংলকপদগী মীনা মাগী নুপীবু ফজৈ, লেম্মিকা হায়নরকপদগী মপৃক্লিংদা খম্বনবা অমা

কন্না ফাওরকই। থবক-ইনখাং চৎলবসু মী-নুং, মরূপ-মপাঙ উনদুনা কুইনা ৱারী শাদুনা লৈথোক্কে। যুমদা ঙন্তা হেক্তা হল্লকই। সোবিতনা লুহোংবা চৎপদা খঙন-চান্নবা থেংনদুনা ঙাইহাক্তুংগা ৱারী ৱাতাই শাদুনা খজীক থেঙলক্লবদি 'কৈদৌনা থেঙলক্লিবনো' হায়দুনা পঙশাউদা শাউই। সোবিতা মপূরোইবগী মওংদুদা তন্দুনা লুহোংবা লোইবগা ঙাইঙমদনা ময়ূমদা চেল্লকই। মাগী মওংদুদা অখঙবা কাঙবুনা সোবিতাদা লক্লরকপসু য়াওই।

"কৈনো সোবিতা ঙৈহাকসু ফমদুনা পোত্থাদুনা লৈথোকউ। হেক লোইবগা হোবে-হোবে চেনগদৌ হোৎনবিসিবু।"

"হো ইবেম্মা, নখোয়নদি খঙদ্রিবা। মখোয় ববাননে খজীক্তং থেঙনগা য়ূমদা চঙলুরবদি কৈদৌদনা লৈ হায়দুনা পঙশাউদা শাউই। হনুথংসিদা মানা ঐবু কন্না পান্নখৎলকইয়ে।"

"শাউরুনু, শাউরুনু ইবেম্মা। ঐখোয়সু নঙগী লাইবক্তু অমুক্তং চূরুংজগে হায়দুনা নঙোন্দা নোক্লরিবসিনি।"

মীনা মাগী নুপীগী মগুণগী মরমদা ঙাঙনবদু পাউ ওইনা মনাকোংনা তারম্বদগী হেন্দোক্তুনা মমীৎনা উরকপা, তারকপদুনি রতন্না পাখৎচরিবসু। মরী-মতা অমগী মাসু য়াওনা লুহোংবা অমা চৎপদা, সোবিতানা লুহোংবদুগী যাত্রা পুবনি। মহাক লৈ হায়বগী থোইনা খল্লুদনা লুহোংবা লাকপা নুপা খরনা 'মসিগী যাত্রা পুবী নুপীসি ফজেহে, লেম্মীহে। মসিগুম্বা নুপী লৌহৌদবসি চাকইহে।' মখোয়গী থৌ-শাদবা ৱাবীদুনা রতনবু মিপাইবা পোকহল্লি। মাগী ওইদুনা লৈরবী, মাগী মচাশিংগী মমা ওইদুনা লৈরবী মাগী নুপীবু মীনা মাগী মখূত্তগী অমুক মুনখিদ্রা হায়দুনা পাখৎচবা পোক্লকই।

নুমিত্তু লুহোংবা হল্লক্লগা মরম ইচা চাদনা মাগী নুপীদা খৎনবা হৌই।

"নুপী নঙ খৎমল্লিকো।"

মপূরোইবগী নহানমখৈগা ইমান মান্নদবা ৱাতাদুদা সোবিতা ইঙক ঙকই।

"করিনো মখোয় ববানা হায়রিবদুবু। নহাক্কী নচা নশু পোক্তুনা লৈরিবী ঐসিবু কনাদা অমুক ঈরাং তৌরুদোইনো, খৎলুদোইনো?"

"মীনা হায়রিবসি করি লৈবগে হায়বদি খন্দ্রদুনা মানা থোকপা অমা ব্রেং-ব্রেং ঙাঙলিনে।"

"ঐবু মখোয় ববানা হায়রিবশিংসে ভাব অমত্তা তাদ্রে।"

সোবিতা মপূক্কিং নুংশিরক্তুনা হীক হীক কপ্লকই। রতনসু সোবিতানা কপশিল্লকপদুদা ভাব তাদনা 'করি নুংগী হায়জরুবনো' খল্লকই। তৌফম খঙদনা 'মীনা ফাগি তৌরগা হেক্তো কপ্লিসিবো। তোকও তোকও' হায়দুনা থেমজিল্লকই।

থা অমগী মমাঙদা হায়বদুনা ঙসিদি সোবিতা মখোয় কেন্দ্রগী মন্ত্রিগী মচানুপা লুহোংবগী যাত্রা মানা পুগদৌরি। কনানা হায়দুনবু তারিবনো খঙদে সোবিতানা যাত্রা পুবসি ফজৈ হায়বসি। মশক মতৌ ফজবগী ব্রা ঙাক নত্তবীদা সোবিতানা যাত্রা পুদুনা লুহোংখিবা নুপা নুপী কয়া মচা মশূ পোক্কুনা কাঞ্জুল লিংদুনা নে তানা পুন্সি লেনখ্রে। মসিদনি মাবু খঙবা কাঙবুনা মখোয় মখোয়গী লুহোং-খোংদোংবা, দেব-কর্ম্ম অমত্তং থোক্লকপদা সোবিতাদা যাত্রা পুবীয়ু হায়দুনা হেক হেক হায়রিবসি।

মন্ত্রিগী মচানুপা লুহোংবা চুম্না লুহোংবা নত্তে লৈবাক কুমহৈনি। মাগী অরৈবা মতীক মগুণদু লুহোংবসিদা উৎথোক্কদৌরিবনি। লৈবাক্কী অচৌ-অশাং, ইনাক কৈরাক খুনবা, কেন্দ্রগী মচীন তোঙবা পূম্নমক মশীং শুনা তিনগদৌবিবনি। মচানুপাগী লুহোংবসিদা তৌবা ঙস্বা কয়া উৎথোক্কুনা মথঙগী ইলেক্সনদা মহাক্কা লম্বা ওইমিন্নগদবা কয়াবু অকিবা ফাওহন্দুনা নীংহন্নবা ফাওহনগদৌরিবনি।

অচৌবা থৌদোক্লিনা সোবিতাসু ঙল্লিঙৈদগী চীংহি উত্তি লুদুনা তপ্না তপ্না শেম-শাবা হৌই। ঙসিগীসিদা মানা অমুক্কা হেন্না নুংঙাইবিবদি মতম অমগী থম্মোয়গী মীচেন ধর্মজিৎ ঙসিগী লুহোংবসিদা শোয়দনা লাকপা য়াই খঙবসিনি। মন্ত্রিগী ইমুংসিগা ধর্মজিৎহোয়গা করিনো মরী অমা থোক্লবনি।

সোবিতানা শেম শারিবদু রতন্না মরক মরক্তো মূনা মূনা য়েংজৈ। শেম শাবা হেনগৎলিবমখৈ সোবিতাদু ফজবা অসুম অসুম হেনগৎলকপদৌনা তৌবস্মী। ঙসিগী লুহোংবদুদা মখোয়গী নৌনা লৈরুবা সন্ট্রো কারদু শঙ্গাগদৌরিবনি। সোবিতাগী মায়থোঙদু তারমরিনি পানবা থাজগুম অসুম অসুম লংখৎলকপগুম তৌরম্মী। লুহোংবা চৎনবা শেম শাবা লোইশিল্লগা মাগী নুপীবু ঙাইনা ঙাইনা রতন্দু ব্রাখল মচা অমা অনী খন্দুনা ব্রাখলগী ঈপাক্তা চোংথদুনা শান্নে।

লমদমসিগী ফজরবা চৎন-লোনচৎসিনা মপূং ফারবা নুপী অমগী চরিত্রবু কয়াদা ফজনা য়েক্লিল্লিবা। মসিনি ঐখোয়গী নাৎ, সংস্কৃতিনা নুপীগী মফম্বু সমাজসিদা কযাদা

ব্রাংনা, কয়াদা মশক ফজনা থাংগৎলম্লিবা...। করম্বা মালেমগী মফমদা ঐখোয়গী যাত্রা পুবীগুম নুপীগী ফজরবা মশকপু মরোল নাইনা, মপূং ফানা য়েক্লমগদগে? ঐখোয়গী যাত্রাপুবীদি মপূং ফারবা মৈতৈ নুপী অমগী শক্তম্নি। ঙসি ঐখোয়না চাউথোকচরিবসিসু ঐখোয়গী অহল-লমনশিংনা থনম্বা ফজত্রবা লীক্লমসিননি। লাক্কদৌরিবা মীরোলনা লীক্লম অসি চহী কয়া যুগ কয়া পুথহৌবা তাবনি।

"তারিব্রো, তারিব্রো, মখোয়'বা। লুহোংবা চৎনি হায়রগা সুম উংদুনা লৈরিবসিবু।"

খোঞ্জেলদুনা রতনবু জ্ঞান খংতা তাহনবগুম তৌই। ইখং খংনা খুমখি, "কয়াম থেঙম্রবগেনে?"

"থেঙবুদি থেঙদ্রিদা। অদুদা যাত্রা পুগদবনিনা খরা ঙন্না চৎনিংবগী ব্রানি।"

লুহোংফমদু য়ৌবদা খজীক্তং ঙল্লবসু মী ফনা য়াম্না তিল্লম্লে, জীপ কার ফনা য়াম্না লৈরম্লে। সোবিতানা চঙখিবদা যাত্রা পুবী লাক্লে হায়দুনা ইরাং লাঙনরকই। অবাংফম্না 'ইবেম্মা নঙ ঙন্না য়ৌরকপা য়াম্না ফরে। ঐখোয় মন্ত্রিনসু লুহোংবসি খজীক্তং ঙন্না চৎনিংই হায়।' কনা কনা খঙনবা য়াওবগে হায়দুনা নাকন্দা হাইফেৎ য়েংথোক্লবদা শুমাঙগী মখা থংবদা লুহোংবা চৎনবা পূময়াৎ ফৈজোম শেত্তুনা লেপ্তুনা লৈরিবা ধর্মজিৎনা মঙোন্দা শংত্রিক য়েংলম্বদু উরকই। সোবিতা থম্মোয়গী কাচিন্দা ইপোম খজীক হৌগে তৌরম্মী অদুবু 'মদুগী মতম হেনগ্রে' হায়দুনা মথম্মোয়বু ফাজিম্দুনা মায়কৈ অদোমদা অমুক হন্না য়েংথোক্লুদ্রে।

য়াম্লবা মীয়ামদু সোবিতানা যাত্রাগী ফীরুক্তু মকোক্তা হাপ্লদুনা মাঙ থাদুনা থোরকই। লুহোংবা লাকপা য়াম্লবা মীয়ামদুনা মাগী মতুং তপ্না তপ্না ইন্নরকই। নীংথিনা কেরদুনা যাত্রা পুদুনা চৎলিবী মাগী নুপীদু উবদা রতন ঙসিদি মাগী নুপীগী ফজবা পূম্নমক্তু মপূং ফানা উরকপগুম তৌরকই।

ইরাই
—
ওক্টোবর ২৩, ২০০৩।

## লৈশাবী অহুম

তম্বা ঙমদ্রবা মতমগী ঈচেলনা
চিংদুনা পুরি লৈশাবী অহুমদু
হিদেন তাফম অমদগী অমদা।
লৈচিলগী মচুগুম
হোংলক্লি মখোয়গী পুন্সিসু
অমুক্লা ঙৌনা, অমুক্লা মুনা
করিগুম্বদনা মরাং-মরাংনা।
— পুন্সি খরা, শক্তম খরা

"করিনো রিতা থব্রায় নুংঙাইনা লাকইনা, নঙগী সেভেন্টি ইয়র য়ং মেনদু উনরকঅমদৌ মাল্লি।"

ময়েক শেংবোই শেংদবোই মচীন্দা লাকপা ঈশৈ অমা ঙংদুনা মাগী জগাদু তান্না

পরপ পরপ চঙজরকপা রিতাদু খোঞ্জেলদু তাবদা খোঙথাংদু খজীক্তং তপথৈ। ফমুং মথক্তা ফমদুনা মেগাজিন পারিবা শায়াগা কল্পনাগদা ওনশিল্লক্লগা হায়রকই, "হিংচাবীশিংসি খঙখ্রপোৎনি। লোন্না করিমত্তা তৌ য়াপোৎ নত্তে।"

"খঙদদি নঙগা ঐখোয়গা মফমসিদা লৈরক্লিবসি কয়ামদি কুইরে। চহী অহুমদি মপূং ফারবনি। মদু নৎত্রবদি মল্লি মল্লিবসিদা কদায় চৎতৌরিবা?"

রিতাসু চঙশিল্লক্তুনা মখোয়গী মনাক্তা ফমুং মথক্তা ফল্লরে। কল্পনানা পারিবা মেগাজিন্দু খুমজিল্লগা শায়াদা ওনশিল্লগা হায়রকই, "নঙগী হেন্দসম হীরোদু ময়ূম চৎলুই হায়বদুদি করি করি হায়রকই?"

"করিসু হায়বক্তে। চুম্না সুম ময়ূমদা চৎলুমাল্লে।"

রিতাদা অমুক ওনশিল্লগা হাযরকই, "কান্নদে রিতা, চাক্তুম চাথোক্লুরো, থেঙজিল্লক্লে। নঙগী চাকসু ডাইনিং টেবল মথক্তা কৃপ্তুনা লৈরবনি। চাবা লোইবগা নঙগী ঙসিগী খোঙচত্তুগী ৱারী অমুক তাগে।"

রিতা কিটচন কমদা চাক চাবা চঙখ্রে। কল্পনানা অশাঙবা নুংশা মপী অমত্তং শাংনা হোন্দোক্লগা তপ্না শোল্লকই, "খঙদে কমদৌদোইনো ঐখোয়গী পুন্সিসে। মতমদি নোংম-নোংমগী অসুম হৌজিনখি। অসুম্না অসুম পুন্সি চুপ্পা লেনবা য়াবদি নত্তে।"

শায়া কল্পনানা হায়রক্লিবদু মাসু ভাব তাদবা নত্তে। ভাব তাই হায়দুনবু করিবু তৌরুনি? হৌজিকমক্কীদি ফীভম অসিদা অসুমক লেনবা নত্তনা করিদি উপায় লৈ। হোস্টেল অসিদা লৈদুনা অঙাংশিং লাইরিক তম্বীবা তল্লে হায়দুনা ময়ূমদা হল্লুরগসু মরক মরক্তা অঙাংমচা খরা ট্যুশন তৌবীবা নত্তনা করিসু তৌনিংঙাই লৈতে। অঙাং লাইরিক তাকপীবগী হায়রুরবদি হোস্টেলসিদা লৈদুনা তাকপিবসিনা চামরক হেন্না ফৈ। মফম অসিদদি স্কুলসিদা লাইরিক তম্লিবা অঙাংশিং অসিখক্তা নত্তনা অঙাংশিং অসিগী মমা মপাশিং,খুলগী অহল-লমন, নহারোলশিং পূম্নমক্না মখোয়বু ব্যবহার ফজনা উৎপীরি। ময়ূমদদি মখোয়বু ফজনা ঙাঙনবীদবসু কোঙ্গায়নি, ময়ূম পান খঙদবী লৈশাবী শরীনি হায়দুনা নোক্লবীবসু কয়া অমা য়াওরিবনি। মশামক্কী ফাওবা খনবা শংজদ্রিঙৈদা ঈ তিন্নবা মনাওনুপীদুনা মাগী ওইবা ৱাফম অমসু থাঙ্গৎলকই, 'ইচে নঙদি পৈশা থোকপনিনা ঐগী অউনপোৎ লাঙনবা মরূপসু নঙনা য়াওবীগদবনি।' মনাওনুপীগী ৱাদুদা শায়া পীং লাউই, 'হে! ঐগী ফাওবা খনবা শংদ্রিঙৈদা নঙগীনা কদায়দৈ অমুক

কোৎশিল্লক্লিবনো' হায়নিংবনি অদুবু নিংশাম্বর অমা শাংনা হোন্দোক্লগা অমুক খম্থরুবদদি কপ্লিংবদুম ফাওরকই। মনাওনুপীদু মাগসু নাউরোল থংনর্বনি, মাসু লৈশাবী হায়বদু য়ঙ য়ঙ ফাবক্লবনি। অশোনবা মমা মপাদগী আশা উরক্তদুনা শেল খজীক্তং থোকপী মচেদগী আশা মচা অমদি তৌজরম্বা য়াই। মসিদবু শাউরুবা য়ারিব্রা? কল্পনাদা য়েংলগা তল্লপ্না শোল্লকই, "নঙবু শ্যামদু ঙসাই উনৈ হায়বদাইনে... নুংঙাই নুংঙাইবা ৱারীগা অমত্তা শারক্লো?"

"করি ৱারীবু শাকনি মাগা উনববু... লৈত-লায়রা, ইমুং-মনুংগী ৱাবী নত্তনা অতৈদি করি শানি।"

"নুংশিনবা পাখঙগা উনববু অদুগুম্বা ৱারী ঙাক্তা শাব্রনে? নুংঙাই নুংঙাইবা ৱারী শাদনা...।"

"অদুম্নবু তৌরবদি করিবু ৱাজরুনি ইবেম্মা। ইবেম্মা, মাগা উনরর্বদি মানা মচীন-মনাও ময়ামগী মনুংদা অহলনি। অদুনা মচীন-মনাও ময়ামদু মানা শেম শাবা তাবনি। হোষ্টেল অসিদা ৱার্ডেন ওইবগী তলব অসিনদি মী ওইবা য়াররোই। করিনো পৈশা খরা য়াম্না থোক্কদবা থবক অমা থিসি। অসিগুম্বা ৱারী ঙাক্তনি মাগা উনরবদি।"

"অদুবু মপৃক মপাওদি ফরিবা নৎত্রো?"

"ইবেম্মা মপৃক ফৈ হায়দুনবু করি তৌনদোইনো হৌজিক্কী মতম্মদবু। পৃক ফবনা পৃক থনবদি য়াবদি নত্তেদো।"

শায়া কল্পনাগী ৱাদু য়াম হায়দ্রবসু ভাব অদুম তাই মদুদি হৌখিবা চহী অহুম্লোমসি মখোয় অহুম পৃন্না লৈমিন্নবিবা অচৌবা কাসিগী মনুংদা নুমিদাং তৃন্নমদাই খৃদিংগী মাগী মাগী ফমুংদা ফম্নরগা পুন্সিগী অৱা নুংঙাইগী ৱারী কয়া শাদুনা লাক্লবনি। অমগী ৱাবী অমনসু অমনসু শীৎ নান্না খঙনরবা ঙাক্তনি। অসুম্না মেগাজিন পাবা, ৱারী শাবা নত্তনা হোষ্টেলসিদা করিসু তৌনিংঙাই লৈতে। নোং হেক ঙানবগা হকচাং শেংদোক্লগা চা থকপা, চাক-ঈশিং থোংদোকপা, চাথোকপা, অদুদগী হোষ্টেলগা ইনক নক্না লৈমিন্নরিবা বোর্ডিং স্কুলসিদা অঙাং লাইরিক তম্বীবা, নুংথিল ওইরক্লগা তন্দ্রগনা অনকপা জগা অমদা ৱার্কিং চৎলুবা, নুমিদাংগী চাক-ঈশিং থোংদোকপা, চাবা, ইরোই লোইবদা মখোয় মখোয়না তৃম্নরিবা ফমুং মথক্তা ফম্নগা মখোয় মখোযগী পুন্সিগী ৱাবী লীনবা নৎত্রগা ইম্ফাল চৎলুবদা লৈরকপা মেগাজিন, জর্নেল পাবা অসি নত্তনা অতৈদি

করি তৌনিংঙাই লৈ।

কল্পনাগী বোয়ফ্রেণ্ড শ্যামদু মপূক মপাউ ফৈ হায়বা শায়া শীৎ নান্না খঙই। ঙসিগীদু খঙনা খঙনা অদুম হংজিনবনি। শ্যামসু মখোয়না লৈরিবা অসুম হায়না অরাপ্পা খুনশিংদগী লাকপা নুপামচাশিং লৈনবা হোষ্টেলগী ব্রার্ডেননি মানা ওইরিবদু। মচীন-মনাও তরুক্কি, মানা অহলনি। মহাক্না পাখঙ পুংকক ফারকপা মতমদুদা মপা লৈখিদ্রে। মমানা মখোয় মচীন-মনাও তরুকপু ব্রানা য়োক্লকখিবনি। হৌজিক্তি মচীন-মনাওশিংবু শেম শাবগী ভারদু মথক্তা তাহৌরে। মহাক মশামক ফাওবা মী ওইবা ঙমদ্রিঙৈসিদা পৈশা য়াম পুথোক্নুনা মনাওশিংগীদমক থবক লৈবা মানা ঙম্লুবা পোৎ নত্তে। থবক লৈদ্রে হায়না খল্লবা ফাওবা ময়ূম-মকৈ পানবা, লুহোং-খোংদোংবগী পৈশা চঙগদবা কোকথোং অমা লৈরি। মসিদনি কল্পনানা শ্যামবু থম্মোয় শেংনা নুংশিজরবসু মঙোন্দা লুহোং-খোংদোংবগী ব্রা অমা খনবা ঙমদ্রিবসি। লৈশারিঙৈদসু ব্রাবা য়াবা ব্রারে, লুহোংলবা মতুংদদি খঙ্জীক্তুং কোম্না খুয়া তুশিৎনা লৈনিংই। মচীন-মনাও মঙা অসিনা ময়ূম-মকৈ পানবা লোইদ্রিমখৈদি কৈদৌঙৈদসু খুয়া তুশিৎনা পানবা হায়বদু ঙম্লোইদৌরি। থম্মোয় পান্দবা মীদৌনা নখোয় নখোয় নব্রাচা হায়দুনা ফৎ লংথোক্লক্লগা চৎখিবসু মখোয়না কৈদৌঙৈদসু ঙম্লোই।

"করি ব্রারীনো নখোয় অনীনা অদুক মথা শানা খন্নরিবদুবু?"

কিটচন রূমদা চাক চাবা চঙখিবা রিতাদু চাবা লোইরদুনা থোরক্লগা ফমুং মনাক্তা থারিবা চ্যেরদুদা ঙেক লাউনা ফমথরকই।

"নঙগীদি ব্রারী নুংঙাইরিনিনে। সভের্ন্টি ইয়রগী য়ং মেন ওইজরবসু মশক্না ফজরিবা, মশানা নাল্লিবা, মপূক মপাউনা ফরিবা! স্কুল মেনেজমেন্ট কমিটিগী চ্যেরমেনসু মানা ওইবনিনা খরা লৈরগদি স্কুলসিগী হেড মিষ্ট্রেসসু ওইবা য়ারেদনা।"

শায়ানা ব্রাশিংদু খৎ-খৎ লাউনা মরী-মরী ঙাঙথরকপনি। রিতা হংলক্লিবা ব্রাহংশিংদুগী পাউখুম পীরুবা তৌদে। রিতা শায়ানা মরী-মরী ঙাঙলিবদু থোইনা নাচুংলুদে অদুগা ঙাঙলিবদুদা থৎলুবসু তৌরুদে। মাগী ব্রা লোইনা শায়ানা খঙই হায়বসু মহাক খঙই। খঙনা খঙনা অনৌবা ব্রা ওইনা হংজিন্দুনা মখোয়গী মরেক-মহাও থোকচিল্লক্লুবা পুন্সিদা ঙাইহাক মোন্দ্রং শান্নদুনা তেকখৎনবা হোৎনবনি।

"ঐনা মখোয়গী পাবুঙহল হনুবদুগা লোয়নবদু উরগা হরাওগেদি হায়দ্রগা মনাও

নুপাগী মচাশিংদুনা ঐ হেক উবগা পঙশাউদা শাউই।"

রিতাগী ব্রাদুদা কল্পনানা মরক থৎচিল্লকই, "কৈনো ইবেম্মা, মখোয়না তৌরিবদুসু অমরোমদদি চুল্লিবনি, ঐখোয়না খজীক্তং শাউনিংবগী ব্রানি। ফাগি ফাগিদগী লেঙ্গা চান্নগে চান্নরোই তোকউ, মীনা থীনা ঙাওনগে ঙাওনজৌ নঙনা সার নিমাইদা ফৎ লাউনা লৈশিল্লবদি মখোয়না ফংজহৌগদবা সার নিমাইগী মরল ময়ামদু নঙনা ফংখি তারে হায়দুনা মখোয়সু পাখৎচরিবনি।"

"সার নিমাইগী মচানুপা অমা লৈ হায়বদুদি অমুক হল্লক্লরোই হায়ব্রো?"

শায়ানা রিতাদা য়েংলগা হংলকপনি। রিতাসু খঙই কনানা করি পাম্মী হায়বসি। সভেন্টি ইয়র য়ং মেনসিগা মহাক্কা লৈনরিবা মরীসিসু অচেৎপা নত্তে। অদুবু মরীসিনা মফমসিদা মহাক হাই-হুম্না পানবদি ঙম্লিবনি। ইপং পংনা মরীসিসু কোক হেক থদৎলুবসু য়াবা নৎত্রি।

"অমেরিকাদা চত্তুনা থবক তৌখ্রবনি, নুপী-অঙাংসু মফমদুদা লোইনা পুখ্রবনি। মপা অসিসু চৎলসি হায়দুনা কন্না তক্লস্বনি। মাগী পোকফম শাৎফম্নি, মফমসি থাদোকপা ঙম্লোই হায়দুনা মপাসিনা চৎহৌদ্রবনি। হৌজিক্লা মনাও নুপাগী মচাশিংসি কোন্দুনা লৈরিবসিনি। ঐখোয় স্বায়গী শিকি-অনাসি মচানুপাদুনা করিসু কল্লকপীদবা জাৎনি। সার নিমাইগী নুপীদুসু শিখিবা কুইরে হায়, মানা খুলসিদা লৈরিবা গভর্নমেন্টকী হায়র সেকেণ্ডরি স্কুল অসিগী প্রিন্সিপাল ওইনা থবক্তগী পোত্থাবা মতুং ইকুই কুইদনা অদুম লৈখিদমাল্লে। হনুবসিসু মবূক পঙফ-ফরবসু মরীল অমদি ইচুম চুমদ্রিয়ে। মাগা ঐগা মরী লৈনরিবসিসু ঐবু পামদুনা লৌগে খোৎকে হায়বগী ব্রা অমদি ইয়াও য়াওদ্রি। চুম্না সুম নহা ওইখোক্লবা, তেকখৎনবা শিদহীদাক্কী ফীভমদা অসুম দিল লেনবগী ভাবতা পঙতৌ তৌবা জাৎনি। ঐসু মদু খঙদুনা মঙোন্দগী য়ারিবমখৈ লৌথোক্লবা হোৎনরিবসিনি।"

অকোনবগী ব্রাদুদা শায়াগা কল্পনাগা ফল্লপ য়েংনৈ অদুগা ঙক্লপ্না হায়রকই, "ইস! নঙসিদি য়াম্না ঙক্লন্নিবা জাৎনিনা ঐখোয়দি নহানমখৈ খঙদে। নঙগী সভেন্টি ইয়র য়ং মেনদুদগী করি করিদি লৌথোকহৌরবা?"

"ঐখোয় নুপীদি করি ওইনি সনা নত্তনা। লিশিং কুন চঙবা সনাগী লীক অমা, লিশিং তরা তরাগী খূদোপ, খূজি, পাম্বোম ফাবী, লিশিং নিফুদি লৌথোকহৌরেদনা..."

ঋসি হায়রগা রিতাদু হাইফেত্তং মোমোন নোকই।

"ঐখোয়দি অমফাওবা খঙহৌদে, নঙদি মনুংদা য়াম্না তৌরম্মীবা জাৎনিনে। হৌজিকপু লৈরিব্রা ফজব্রা য়েংগেদনা?"

"য়ূমদা পুখ্রে, হয়েং নোংমা পুরক্লগা য়েংহনগেনে।"

ঋরী শাবমখৈ শারম্লগা থেঙলে তূম্লসি হায়দুনা ফৈজূপ চিংখত্তুনা তূম্মখ্রে।

রিতা, শায়া, কল্পনা মখোয় অহুমসি ঙসিদি কয়া নক্না অচৌবা কাসিগী মনূংদা ইমুং মনূংগুম্না লৈমিন্নরিবা! য়ুনিভরসিটিগী হোস্টেলগী পুন্সিদদি হোস্টেল অমদা পূন্না লৈমিন্নরবসু সবজেক্ট তোঙান তোঙানবগী মথক্তা কাদু পূন্না লৈমিন্নদবনা মশক মশা হাইফেৎ লাকফেৎ খঙনবা নত্তনা নোংমতা নক্না শেগ-মাইগা তাথোক তাশিন তৌনবসু লৈখিদে। তম্বা ঙমদ্রবা পুন্সিগী ঈরৈ অমনা ঙসিদি ইম্ফালদগী থাপ্লবা খুঙ্গংগী বোর্ডিং স্কুল অসিদা মতম খরগীদি ইতিনফম ওইদুনা লৈরি। মাষ্টর তন্লিঙৈ পুন্সি মতেক খরদুদা অচৌ অচৌবা মঙ কয়া মঙলম্লগসু মাষ্টর হেক লোইবগা থবক থিবগী কোয়চেন চেনবা হৌরকপা মতমদুদগী লমদমসিগী চৎনরিবা অশেংবা মশক্তু খঙবা হৌরকখি। মতম খরা করিসু তৌদনা ময়ূমদা চা-থক্তুনা লৈবা মতমদুদা ইমুংগী মীশিংনা ফাওবা মখোয়বু করিসু তৌবা ঙমদ্রবা মীরেম অমগুম উবা হৌরকখি। মতম অমদদি ইখ্খোন্নুংদুদা ইহান হান্না লাকখিবা অঙাংনি হায়দুনা রিতাবু ইবেম্মা, ইবেম্মা হায়দুনা কয়াদা লূনা তৌবিখিবা। ঙসিনা ইখ্খোন্নুংদুদা অঙাংনা পৃক-পৃক শৌরক্লবদুদদি মাবু লৈশাবী শরী ময়ূম পানবা খঙদবী ওইনা ঙাঙনবীরকপগী ঋানি। মশামক্কী ঈরেমখাক্না পোল্লকখিবী অপোকপী মমাদুনা 'নয়ূম পাঞ্জখ্রো, হৌজিক ফাওবা করি তৌরিবগে? ইচাসি নঙ খক্তা নত্তে, নচীন-ননাও ময়াম অমা লৈরি। লাইরিক-লাইশু হৈহল্লেদনা হৌজিক্তি য়ারে... নঙগী থবক অমা লৈবা খোৎপা ঐখোয় ঙম্লরোই। নয়ূম পাল্লগা নপূরোইবদুদা থবক থিহল্লুরো' হায়দুনা হায়রকখিবা কল্লবা ঋাহৈশিংদুনা মাবু থাপ্লবা খুঙ্গংসিদা শীংনবা ওইনা লাকহনখিবনি। অদুগা মফমসিদনা স্কুল মেনেজমেন্ট কমিটিগী চ্যেবমেন মপলগুম্না হনুবসিগা নুংশি মরী থম্নরি। মসিদা মা করিসু নুংঙাইতবা পোক্তে মরমদি থায়নগী য়াম্না আইদিয়েলিষ্ট ওইবা পুন্সি মরেলদুনা ঙসিগী থেংনরিবা সমস্যা ময়ামসি করিসু কোকহনবা ঙমগদবা নত্তবনিনা। হনুবদুসু দিল লেনবনি, মাসু দিল লেনবনি হায়দুনা ইচম চম্না খন্দোক্লগা লোইরেদনা। মফমসিদা লৈবা নুংঙাইনবা তৌবা তাৎ মচা মচানি।

শায়াগী পুক্নিসু অদুমঙায় রিতাগী পুক্নিদগী মাগীনা করিসু হেন্না ফগৎপা নত্তে। মবুং-মৌপ্বা, মচে-মচল পূম্নমক মাগী মাগী খন্নবদা কনা কনানা করি তৌরি হায়বা করিসু য়েংনদ্রবনি। মপানথোঙদা য়েংনবদদি মানবু খরবু ফরিবা জাৎনি। মহাক এম এ পাস তৌরে, মশা ঈৎপা ঙম্লবী, মতমসিগী খীং খীং লাউরিবী লৈশাবী অমনি। য়ুমদা করিসু তৌদনা লৈবদু বুদ্ধি-লৌশিং থোক্তে হায়দুনা পৈশা খরদবু থোক্লবদি হায়দুনা ময়ূমদগী থাপ্লবা খুঙ্গংসিদা থাদা লুপা লিশিং অনী চাবা ওজাগী শিনফম অসি পায়রিবনি। কোলেজ তম্লিঙৈদা মাগীদমক শিজরগে হায়রম্বা মাগী বোয়ফ্রেণ্ড সন্তোশসু ঙসিদি মঙোন্দগী লাপ্পা চৎখ্রে হন্না অমুক য়েংলকখিদ্রে। মীনা কৈনো কৈনো ঙাঙনৈ হায়বদগী মাদ্রাজদা মানা তম্লিবা কোর্সতু তোকথোক্লগে হায়দুনা থোক্লকখিবদা মানা সন্তোশপু কয়া ব্রানা থেমদুনা কোর্স লোইশিল্লুনবা অমুক হলহনখিবা। ঙসিদি মহাক মহাক্না তম্লুবা কোর্সসু লোইশিনখ্রে, ইনাক খুনবা মচানিনা থবকসু ফংখ্রে। মশক-মতৌ ফজবী, ইনাক কৈরাক খুনবী নুপী অমা লৌদুনা লুহোংখ্রে। মতম অমগী মাগী থব্রায়গী থব্রায় শায়াবু পূমকাউ কাউখ্রে, অকাওবগী লৈরোন্নুংদা চেৎনা ফুমজিনখ্রে। পুক্নিগী তাঙ্কক অমদা থাজদনা হুম্লকখিবা নোংলৈনা খুঙ্গংসিগী স্কুলসিদা ওজা ওইমিন্নরিবা শকহেনবা রোবিনগা নুংশি মরী অমুক থম্নরি। মসিনা পুক্নিগী করম্বা তোরৈ অমদা অমুক পুগদৌরিবা...?

কল্পনা, মাদি পুক্নিগী নোংলৈ কয়া নংলক্লদুনা অব্রাবা থৌদোক মচা অমা অনী থেংনবদি করিসু লৈতনা খল্লক্লবী, নোংজু-নুংশা কয়ানা চাম্বদা কোক্কুবা ঈশং কারবা নূংজাওগুম্বনি। মহৈ-মশিং তম্লিঙৈদসু ব্রাবা য়াবা ব্রারক্লে, মতুংগী পুক্নিদদি মহাক মখা তানা অমুক ব্রাবা পামদ্রে। মদুননি ময়ূম-মকৈ পানবগী মতাং য়ৌশিল্লকপদা মহাক্না শ্যামবু থম্মোয় শেংনা নুংশিজরবসু হেক হেক হঞ্জান্নবা অমা ফাওরক্লিবসি। লৈরবসু লৈত্রবসু, চারবসু চাদ্রবসু ময়ূম পাল্লবা মতূংদদি, খজীক্কং খূয়া তুশিৎনা পানবা হায়বদু কৈদৌঙৈদসু ওইরোইদৌরি। অদুবু মরায়বক্লদি হৌজিক ফাওবগীদি অসিগুম্বা নুপা অমা থেংনৌ তমখ্রবোইরে।

"রিতা, নখোয় ইমানা য়ুমদগী চিঠি অমা থারকই হায়বদুদি করি করি মরোল ইরকই।"

ব্রাদু শায়ানা রিতাদা য়েংলগা মানা পারম্বা মেগাজিন্দু মথবাক্তা খুমজিল্লগা হায়রকপনি।

"ঐবু য়ূমদা অমুক্তা লাকউ। অরুবা ব্রা অমা তান্নগদবা লৈ সিনি।"

"করি অরুবা ব্রানো খঙনিংখ্রেদা। অমদু ওইরমদনা তোক্লনি।"

"হো ইবেম্মা মানে, নঙসু খঙগনখ্রপোৎনি। সিফাই ওইমাল্লে, লংফৈদা অয়াম্বা লৈ হায়। ঐখোয় ইন্দোমচাহোয়দা করিদা ব্রারী সুম শারকপদা ব্রাসি লেপ্লমাল্লে। মাগী হন্দক ছুটি থোরকপদা কন্মসি লোইশিন্নিংই হায়।"

শায়ানা লাঙতক্লনা হংলকই, "নঙদি করি হায়খ্রে?"

শায়ানা খল্লম্বদি রিতানা মাগী ব্রাহংদুগী পাউখুমদু ব্রাখল খজীক খল্লগা খুল্লক্লদবোই নীংলুবনি অদুবু রিতাদি করিসু খনবীদনা ইয়াং য়াংনা খুল্লকই, "হোয় হায়খ্রে।"

"নঙগী সভেন্টি ইয়র য়ং মেন সার নিম্বাইদি কমদৌবা? মাদি ব্রাফমসি খঙখ্রব্রা?"

"কমদৌনি খঙবা, খঙদবা। মাসু মানা থোকপা অদুম লৈহৌবা তাবনি। মাসু দিল লেনবনি, ঐসু দিল লেনবনি। *ডিয়ার ইজ নথিং টু সিরিয়স।* ঐখোয় অনীগী এফ্যেরসসিদা মা করিসু সিরিয়স ওইদে। মানা সিরিয়স ওইনা লৌদ্রগা ঐনা করিগী লৌফম থোকই। চহী মতাঙসিদা দিল লেনবা য়াব্রনে। মাগীদি করিসু মাঙদবা য়াই অদুবু ঐগীদি মাঙজবা য়াম্না লৈ। ইপান ফরিঙৈসিদা ঐগীসু লেঙদবা মহূম অমা শাহৌবা তাবনি।"

"ছুটি নৎত্রগা থবক তোক্লগে হায়না এপ্লিকেশনগদি থাখ্রব্রা?"

"থাখ্রে।"

"মানদি করিমত্তা হায়রক্লা?"

"হায়রকই। লৈশাবীশিংনা থবক তৌবসি অসুম্না বেরা-বেরি, চক্রি-চরাং তৌখ্রপোৎনি হায়দুনা ফি ফি কাল্লকই।"

রিতা মচীন্দদি অসুম্না হায়জে হায়বদনি মপূক্লিংদদি সার নিমাইবু খজীক্তি খঞ্জবা জাৎনি। মখোয় অহুম্না স্কুলসিদা খজীক্তং মনীং মখা তম্না লৈজরিবসিসু মহাক্লা হনুবসিগা মরী লৈনবসিননি। হনুবসিসু নহাশিংদৌনা তথক তথকপা মীসু নত্তে, মপূক মপাউ ফৈ, মিনুংশি লৈ। অহল ওইজরগসু খুলসিগী অতৈ অহলগুম্না কোম্মুদুনা হনুবা মান্না লৈবা মীতাসু নত্তে। নহাগুম্না মশা চপ তিংই, মমল য়াম্বা ফিরোল শেৎ চায়, রোমান্টিক ওই।

মশা খীং খীং লাউই, খুলসিদা ক্বালিটি এড্যুকেশন পুরক্নবা হায়দুনা থবক্তগী রিটয়ার্ড তৌরবা মতুংসিদা সরকারগী স্কুলশিংনদি ওইররোই হায়দুনা খুলগী ব্রাখল মান্নবা নহা-অহল ময়াম অমা পূনশিল্লগা মানা লুচিংলগা বোর্ডিংগা পূনবা স্কুল অসি লিংখৎলিবনি। নুপী-অঙাং পুম্নমক অমত্তা লৈত্রবদুদদি হনুবসিসু নহা শাদুনা স্কুলসিদা ওজা ওইবী লৈশাবী রিতাগা নুংশি মরী থমদুনা হনুথংসিদা নুংশিৎ অমা কন্না হাইগৎলক্লিবসিনি। রিতাসু লেঙ্গা চানদ্রবসু হনুবসি নুংদি নুংশিবা জাৎনি অদুবু হনুবসিনা অরেপ্পা ব্রা অমা ইহায় হায়দনা মতম লেনবগী ভাব অমদা সুম চথ্থরকপা উরকপদগী মসিনদি পুন্সিসি মওং-মরীল অমা তাদবা তারে খন্দুনা ফরবসু ফৎত্রবসু, চারবসু চাদ্রবসু মফম খঙনা লৈখিবনা ফৈ খন্দুনা মপোকঙৈগী অমুক ফাওবা থেংনদ্রিবা, মশক মশাসু অমত্তা খঙনদ্রিবা সিফাইদুগা লুহোংনবা ব্রা হৌদোরকপদা 'হোয়' হায়দুনা য়াথোকখ্রিবনি।

রিতানা ইখঙ খঙনা হায়রকই, "নঙগী শকহেনবা রোবিনদু ছুটি লৌদুনা চৎখ্রিবা ফনদি কুইখ্রে, হল্লক্ত্রিব্রা?"

"হল্লক্ত্রি। করি তৌরবনো খঙদে।"

"লোন্না ময়ূমদা চেল্লগা লুহোংথোক্লম্লা, করিনো খঙদে।"

শায়াদু রিতাগী ব্রাদুদা শকফম হঞ্জিন্না হায়রকই, "ঐসু অদুম্না চিংনরিবনি। হৌজিক্কালগী নুপাশিংসে মরীল অমা ইচুম চুমদ্রবনি।"

"নঙবু খরা চেকশিনবা য়াদ্রো?"

"করম হায়' চেকশিন্দোইনো? ময়ূম চৎলগা য়েংলু হায়ব্রো?"

ব্রারীদা পূক্লিং চঙলম্বা লৈশাবী অনীদু মেগাজিন অমমম পায়নরগা মেগাজিনদু পারিব্রা পাদ্রিব্রা নৎত্রগা ব্রাখলগী ঈপাক্তা চোংথদুনা শান্নরিব্রা খঙদে পায়রিবা মেগাজিন্দু য়েংলগা তৃমিন তৃমিন লৈনখ্রে।

স্কুল ছুটি হেক থাবগা কোইচেন চেন্দুনা হোৎনরকপদু তপ্না তপ্না লোইশিল্লক্লে। হয়েংদি রিতা স্কুলসিদগী থবক তোক্তুনা ময়ূমদা লুহোংনবা চৎখ্রগনি মদুগীদমক ঙসি নুমিদাংসি মখোয় অহুমখক্তগী ওইবা পার্টি মচা অমা তৌগদৌরি। তৌবগীবুদি রিতা থবক তোকখিদৌরে তাবদা খুলগী খঙন-চান্নবা খরা, ওজা খরনবুদি চাক কৌদুনা চাবা চৎলুরবনি। ঙসিগীদি মখোয় অহুমখক্তগীনি, কনামতা য়াওহল্লোইদৌরি। মখোয় অহুম

শাংলবা চহী অহুম খরা হেনবা লৈমিন্নরকপগী থম্মোয়গী কিশি থোক্লগদৌরি। পার্টি অসিগীদমক খুল্লক্তা লোইবা য়েনবা ফজবা, লেক-লেক লাউবা অমা ফজনা থোংলে, হৱাই অমসু য়াওরে, য়োংচাক্কা আলুগা ফজনা ইরোল্লে, মনা-মশিংগী শলাদ অমসু য়াওরে। নুমিৎ অসিগীদমক অখন্ননা ইম্ফালগী সিফাইগী কান্টিনদগী লৈরকপা হুইস্কি বোটলদু অঙৌবদুনা খরা খরা মুল্লকপগী তাঞ্জা অদুৱাইদা গ্লাস অমমমদা খজীক খজীক হৈরে অদুগা ঈশিং খরা অমুক হৈজিল্লে। 'চিয়রস' হায়রগা লৈশাবী অহুমদু মখোয় মখোয়না পায়রিবা গ্লাসশিংদু থেংনদুনা টোস তৌনৈ অদুদগী গুৎ লাউনা থকচিন্নখি।

"ঐখোয়না তৌরিবসি স্কুল মেনেজমেন্ট কাঙবুনা থেংনরবদি কয়া নাতে চাদৌ মান্দে।"

কল্পনানা খজীক্তং চিংনরপ তৌনা হায়রকখি। শায়া কল্পনাগী মওংদু খঙলদুনা পূক্লিং হন্দনবা তাপ ওক্তুনা খুল্লকই, "ঙসি নোংমখক্তনি, মতুংদা অমুক তৌজগে হায়দুনা খুরুম্লবসু লাকপীগদবা মীশক অমফাও য়াওদে। হীদাক ঙাওরে হায়দুনা ঐখোয়বু লমজাওদা লাউদুনা চৎলুগদ্রা?"

"অঙাং লাইরিক তম্বীবা লাকপা ওজা নুপীশিংদু হীদাক থকহৌই হায়দুনা কনাগুম্বা অউবনা তমশল্লবদি কমদৌবা?"

"কনানা তমগদৌবিবা? কাসিদা লৈরিবসিদি ঐখোয় অহুমখক্তনি, তমশিনগে হায়বগা নঙনা চৎলগা তমগে মঙায়রে। তমশিল্লগা কমদৌনি থেংনবা তাবনি। ঐখোয় অহুম লৈমিন্নরম্বদগী হয়েংদগী রিঙআ চৎখ্রগনি, পুন্সিগী উনদবসু য়াই। কায়নরমদাইসিদা পার্টি অমা ফাওবা ইনীং তম্না তৌবফাও য়াদ্রবদি ঐখোয় লোইনমক মফমসি থাদোক্তুনা চৎখিবা তাবনি।"

প্লেটতা খাইদোরকপা অঙৌবশিংদু মতৃম অমমম পায়খত্তুনা চাবা হৌই। থক্তোকখিবগী অহাঙবা গ্লাসশিংদুদা রিতানা হীদাক খজীক খজীক অমুক হৈ। লৈশাবী অহুমদু কায়নরমদাই ওইবনরা মপূক্লিং নুংশিনৈ। করিগীদি নুংশিনরোই? শাংলবা চহী অহুম অসি কাসিদা ইমুং মনুংগুম্না লেনমিন্নরক্লবনি। অসুক কুইবসি অরৈ-লৈতা, অৱা-অনাগী, ইমুং-মনুংগী মশাগী ৱারী কয়া শানদুনা লাক্লবনি। ঙসি নুমিদাং হীদাক থকমিন্নবসিনা মখোয় অহুম পূনবগী অরোইবা ওইরবসু য়াই।

গ্লাসতা য়াওবা হীদাকশিংদু চপ মান্ননা অমুক্তং গুৎ লাউনা থকচিনখি। নিশা খরা খরা পান্নরকপগুম তৌরক্লে। রিতানা মখোল ফাইরপ্লা হায়রকই, "নুপানা হীদাক থক্লগা লমজাও সড়ক্তা লাউ-খোংদুনা ঙাওশিন ফৈজিন্নদুনা চৎপদি করিসু হায়দবা, নুপাদি শা-লান্নি মহায়বা। নুপীশিংনা লোন্না হীদাক খজীক্তং থকচবদি অফাওবী, লমহেনবীনি মহায়বা, কল্পনা অদুক কিনা হিংগদবা নত্তে। ঐখোয়সু মীনি কৈনো, মী অমনা তৌবা য়াবা পোত্তু অমনসু তৌবা য়াফম থোকইনা।"

"অদুবু ঐখোয় মফমসিদা অঙাং লাইরিক তম্বীবা লাকপনি। ঐখোয়গী মওংসি উরগদি করম্বা মমা-মপানা মফমসিদা মচা লাইরিক তম্বা থারক্কনি।"

কল্পনানা মখোয় অহুমদগী মহাক্লা জ্ঞান খজীক লৈবগুম তৌই। মহাক্লা নিশা খবা খরা পানখৎলক্কবা শায়াগা রিতাগসু ফাথনবা হোৎনৈ।

"ইবেম্মা করিসু কিরুনু, ঙসিগীসিনা লোইরবনি। হৌখিবা চহী অহুমসি ঙসিগী অসিগুম্না তৌব্রনে? ঙসিদি ঐখোয় অহুমগী অব্রাবা অমসুং নুংঙাইবা অনীমক পূনবা নুমিৎনি। ঐখোয়না সমাজনা করি হায়বক্কদগে হায়দুনা অসুক য়াম্না কিরিবসিবু সমাজনা ঐখোয়গী অব্রাবদা করি মতেং পাংলকপগে? নোক্লবীবা নত্তনা..."

"সমাজনা ঐখোয়গী করিসু তৌবীরক্রে হায়দুনা সমাজ অসিগী মথক মখা ওন্ন-তৈননা চৎপা য়াব্রনে?"

শায়া কল্পনাগী ৱাদুদা খজীক্তং শাউনিংনা হায়রকই, "ইবেম্মা নঙনা হায়রিবসিদি সমাজনা করি হায়রক্কদগে হায়দুনা ঐখোয় স্বর ফুন্দুনা শিয়ু হায়বনিনে?"

খজীক খজীক থকচিনখিবদগী লৈশাবী অহুমদুনা হুইস্কি বোটল ফূলদুমা হাঙহনখ্রে। কন্না কন্না ঙাঙলম্বা লৈশাবীশিংদু হুইস্কিগী নিশানা তপ্না তপ্না লৈথহনখ্রে। হৌজিক্তি হকচাং অহুমদু উতুপ তাবগুম তাখ্রে, কনাসু ৱা ঙাঙলকখিদ্রে। অথেঙবা অহীংসিদা তারিবা মখোল হায়ববু অরাপ্পদা খোংবা হূইগী মখোলগা মখোয়না কা মনুংসি অমুক অমুক শাংনা হোন্দোরকপা নুংশাস্বরগী মখোলগদমক ঙায়হৌরে।

রিতা লুহোংখিবা থা তরেৎ নিপাল হায়রক্লে। মপূরোইবগী মতুং ইন্দুনা মাসু লংফৈদা লৈপ্রে। নোংমা লংফৈদা লৈবা মপূরোইবগী ক্বার্টরদুদা চিঠি অমা লাকখি। মথক্তা মাগী মমিং ইরক্লিবা খূৎইদু উবদা চিঠিদু কনানা ইরক্লিবনো হায়বদু মা খঙই। চিঠিদু ফাক্তোক্তুনা পাবা হৌই,

ডিয়ার রিতা,

কমদৌরি, করম করম পাল্লি? নঙদি নঙগী নৌনা ফংজরিবা নপূরোইবগী নথানুংদা চেৎনা কোনশিঞ্জদুনা নিংশাস্বর শাংনা শাংনা হোন্দুনা লাকদৌরিবা পুন্সিগী মঙ কয়া মঙলম্বসু য়াই। ঐসু নঙোন্দা চিঠি অমত্তংদি ইগে খনবসি কুইরবনি অদুবু অমা-অমা হেক্তা তৌদুনা ঙমহৌদে। ঙসিদি মাগী নুমিৎ শুরমাল্লে। ঐগী থম্মোয়না নঙোন্দা চিঠি ইবা ঙম্বসিদা কয়াদা হরাওজরিবা? ঐনা ঙসি নঙোন্দা চিঠি ইরক্লিবসি ঐখোয় অহুম লৈমিন্নরম্বা খুঙ্গংগী বোর্ডিং স্কুলদুদগী নত্তে, ঐনা নৌনা জোইন তৌবা চীংগী স্কুল অমদগীনি।

পুন্সি হায়বসি কয়াদা মঙাও থীখ্রবা, তম্বা ঙমদ্রবা ঈচেল অমনো? ঙসি করি ওইনি, হয়েংনা করি ওইগনি হায়বগী অবেপ্পা কনানবু হায়বা ঙম্বগেনে? খুঙ্গংগী বোর্ডিং স্কুলদুদা ঐখোয় অহুম্না পূনখিবদুবু হৌখিবা যুনিভরসিটিগী পুন্সিদা নোংমতং ফাওবা খল্লুব্রনে? কয়াদা নুংঙাইনা লেনখ্রবা পুন্সিগী মতেক খরদু। অদুগা ঙসিনা অমুক কয়া লাপ্লববা, তোর্ব্বান উবা ফংনদ্রবা নাকল অমমমদা লেপ্লদুনা মঙ কয়া মঙনবি। অঙাং ওইরিঙৈ পুন্সিদু কয়াদা নুংঙাইখ্রবা! মতম অদুদা ঐনা খনখি— হয়েংব্রাই মপূং মরৈ ফারবা কালদা, ইনীং তম্না শান্নগনি। ফজরবা ইহুম কয়া শাগনি। হৌজিক মপূং মরৈ ফাববা কালসিদদি মচু-মমেল থোক্লবা ইহুম অমা শাবগী মহুৎ সমাজগী অথিংবা কয়ানা মায়কৈ খূদিংদগী লাউ-খোংদুনা চেনশিল্লকই। ঐখোয় অহুম্না নুমিদাং খূদিংগী চাক চাবা তোক্লগা ফমুং মথক্তা ফম্লগা মেগাজিন, জর্নেল পাবা নৎত্রগা পুন্সিগী ব্রারী কয়া শাবা হৌজিক্তদা ঙরাং নহাক্তা থোকখিবদৌনা মীৎসিদা শংশং উরি। ঙসিদি মদুগী পুন্সি মতেক খরদু অমুক হল্লক্লরোই খল্লুবদা থম্মোয়সিদা খাঙমদবা চৈনা অমা ফাওরি।

ঙাইখো নঙনা চৎখ্রবা মতুংগী খুঙ্গংগী স্কুলদুগী ঐখোয়গী ব্রারীদি তারব্রা? ফরে, তাবমদ্রবদি লীরগে। নঙনা চৎখ্রবা মতুং থা মরি মঙাগী মতুংদা ঐসু চীংগী স্কুল অমদা হেন্না তলব চাউবা ওজাগী পোষ্ট অমা ফংলে। নঙনা খঙলিবদুনি মতমদুদা ঐখোয়না ফংখিবা তলবতু থাদা লুপা লিশিং অনীখক্তনি অদুবু স্কুলসিদা ফংলিবসি থাদা লুপা লিশিং মঙানি। মসিনবুদি শীন্নবা খরবুদি কোন্নবে। অদুগা নঙগী সেভেন্টি ইয়র য়ং মেন সার নিমাই, ও! হৌজিক্তি মহাক নঙগী ওইদ্রবনি মীগী ওইখ্রবনি। মতম অমদদি নঙগী যং মেনদু মতাৎ চাউই, অরেপ্পা, অশেংবা অমা হায়দে হায়দুনা য়াম্না ব্রারৌখিবদায়...

নঙনা চৎখ্রবা মতুং থা মরি মঙা লৈরগা নোংমা নুমিদাংৱাই অমা সার নিমাইদু শাউনা লাক্লগা হোষ্টেলদগী কল্পনাদু কৌথোকখি। করম্বা অশাওবনো খঙদে, নোংঙাল্লগদি কল্পনাদু সার নিমাইদা চেল্লে হায়দুনা ৱা ৱা লাউখি। পুন্সিদা অৱা অনা য়াম্না থেংনরক্লে অদুনা লাক্কদৌরিবা তুংগী পুন্সিদদি অমুক হন্না অৱা অনা অমুক থেংনজরোই হায়দুনা য়াম্না পাখৎচখিবী কল্পনাদু ঙসিদি নুংঙাইবা থিবগী খোঙচত্তা খোঙথাং অমা হেন্না থাংজিনখ্রে। মসিবু নঙনা ঐনা করি অমুক ৱারৌফম থোকপগে?

শ্যাম, মতম অমগী কল্পনাগী হার্টথ্রোবতুগী ৱারীদি... ঐনা ৱারী অসি নঙোন্দা তম্বদা ইরিবা খূৎ অসিসু নীক্লক্লে, মীৎতগী পিসু চদুম চদুম শীন্থরক্লে। মরায়বক থীরবা, মচীন-মনাও ময়ামগী অহল শ্যামদু মাগী নুংশিবীনা অদুক থীনা নৈহৎলম্লবা মতুংদা থৌদোক্তু থোকপা নুমিত্তগী মথংগী নোংঙানবগী অয়ূক্তগী কনাসু তাক্লমদনা মানা লৈবিবা বোর্ডিংগী যূমদুদগী থোকখ্রগা অমুক হল্লকখিদ্রে, ঙসি ফাওবা কনানসু মাগী মৱা-মপাউ তাখিদ্রে। ময়ূম্লোমদা হংবদসু লাক্তে হায়দুনা য়াম্না নুংশা থীনহৌই। মহাক্না কয়া লাপ্না চৎখ্রবা...। তাইবংপান অসি মহাক্না তূক্কৎচরম্বসু য়াই মদুনা মা য়াম্না লাপ্না চৎলম্বসু য়াই। অদুগা কল্পনাদি ঐনা স্কুলদু থাদোকপা মতমদুদা হেড মিষ্ট্রেস ওইনি হাযদুনা ঙাঙনহৌরবনি, হৌজিক্তি ওইরম্বসু য়ারে।

মরকসিদা ঐ ইশাগী ওইবা ৱারী খবসু অমুক তমহৌগে। সন্তোশ অমসুং শকহেনবা রোবিন্না পুন্সি অসিবু কয়া লান্না উহল্লম্লবা? কনাগুম্বা পাখঙগা নুংশি মরী থমগে হায়বগী আশাসু থাদোকখিবা কুইরবনি। অদুবু থাপ্লবা চীংনুংসিদা লাই তিন কয়া থাজগন্দবা নাষ্টিক, উ লল্লোনবা পাখঙ গোপেগা অমুক উনবদৈদি ঐগী কংলুরবা আশাগী ময়োলদু অমুক য়েন্নীং হুল্লকপগুম তৌরি। মহাক মমাঙগী শকহেনবশিংদৌনা মশক্তি ফজদে অদুবু মশা-মউ ফৈ, অকি-অখং থোইনা লৈতে, মিনুংশি লৈ। সমাজগী অফা-অপুন্নবা কয়া থৌশাদবা মীতানি, লাই তিনগাসু কয়া নীংদে। মহাক থেংনবদৌদি ঐসু আশা খরা খরা চাউখৎলকপগুম তৌই। মাগী মমিং অশেংবদি গোপেশ্বর কৌই, ময়াম্নদি গেপেখক্তং কৌই। ঐখোয় অনী লাক্লিবা লমতা থাদদি নুপা নুপীগী ওইবা কর্ম্মদি লোইশিন্নবা হায়নদুনা য়ানরে। মসিনা মসি ওইরে... নঙগী অহানবা ওইনা তাইবং ফাওরক্কদৌরিবা নচা অদু তাইবং ফাওরক্কদৌবা কয়াম ৱাৎলি। ঐনা মফম অদুদা লাক্লুনা নহাক্কী নচাদুবু মঙ্গল অশীর্ব্বাদ পীবা ঙমদ্রগসু তাইবং ফাওরক্কদৌরবা নঙগী

## ইথৌগী থাগ

নচাদুগী তমদুনা শামতুগী ফূরিৎ অমা খোঙগ্রাও অমা লোল্লি। শক্কা শক্কা উনদুনা মরূপ-মপাঙ ওইবগী পুক্লিংগী ৱাফম ফোঙদোকপা ঙমদ্রবসু চল্লবা খূদোল মচাসিনা লমন শিংবা শকচগে। থীত্তুং শাংনা ইগ্রমাল্লে, লোইসিল্লগে। অনৌবা পাউ লৈরবদি তল্লকউ।

নহাক্কী মতম অমগী
শায়া।

থাংজ

ডিসেম্বর ১৩, ২০০৩

# অনৌবা কৈথেল শঙ শাদ্রিঙৈসিদসু

নুপী কৈথেল
শক্তিগী মশক্লি নুপী নঙগী।
পুরকখিবনি লমদমসিগী ইজ্জৎসু
হাপ্পুনা নরেঙজুমদা।
শীংনরক্লি ঙসিদি, নঙগী শক্তমসু
অনৌবা চাওখৎপগী মশক কয়ানা।
— কৈথেল অমা, শক্তি চাম্মা

"ইমা কদায়দনো অমম্বসিদা?"

রঞ্জিৎনা চৎকদবগী কন্না শেম শারিবা মমাদা হংলকপনি। ইবেনি মচানুপা রঞ্জিৎনা মা কদায়দা চৎকদৌরিবনো হায়বা ৱাফমসি খঙনা খঙনা হংলকপনি হায়বসি খঙই। মচানুপানা ওফিসতগী হেক হল্লকপগা চাকশঙদা চাক থোংদুনা লৈরিবা

মমৌনুপীগা খরা ঙরং-ঙরং ঙংনখিবদুনা মচানুপানা ব্রাহং অসি হংলক্কনি হায়বসি ঙসাইনা খঙলবনি।

"ঙসি ইমাগী লেকপগী পালি তাই। অদুনা লেক্লবা কৈথেলদা হাইগৎকদৌরিবনি।"

"কৈদৌবগী অহল অসুক ওইরবা ইমানা নুংশিৎ-নুংশা মরক্তা কৈথেলদা লেকপা চৎকদৌরিবনো? নচা-নশু চাউরবদি খরসু পোত্থারো কৈনো ইমাসু।"

মচানুপাগী ব্রাদু ইবেনি য়াম্না খুম্লিংবনি অদুবু ইখুম খুম্লুদ্রে। মানা য়াম্না শাউনিংলিবদি কৈথেল ফম্বা তোকও, কৈথেল চৎলুরনু হায়বসিনি। মদুগী মথক্তা মচানুপানা কৈথেল ফম্বা চৎলুরনু হায়রিবসিসু চুম্না মমাবু ব্রাহন্নিংদদুনা চৎলুরনু হায়বা নত্তবা মনুংদা কোচি য়াওরি হায়বসি মাসু খঙই।

"ইবোচৌবা নঙসু খঙলিবদুনি নঙনা ঙসি ওইবিবা ফীভমদু কৈথেল লাইরেম্বী ইমা অসিনা চানবীরমদ্রবদি কদায়দগী ওইগনি, ভাব তাউ।"

"অদুবু মীনা ঙাঙনরিবশিং অসিদি ইমাদি অমত্তা তাদ্রমাল্লে?

মচানুপাগী ব্রাদুদা ইবেনি ফ্রং লাউনা শাউগৎলকই। মচানুপাদা ওনশিল্লক্লগা হায়বকই, "মীনা করি করি ঙাঙনরিবা?"

"মচানুপা ওফিসার ওইরে, মমৌনুপীসু তলব চাবী অমা ফংলে। ময়ূম-মকৈ, পৈশা-নুংশানা অসুক মরাঙ কায়রবসিদা মমাসি কৈথেলদা অসুম চৎহল্লি। মমাগা অমত্তা নুংশিদমাল্লে হায়দুনা লৈকায়না ঙাঙনরিবসিদি ইমাদি অমত্তা তাদ্রমাল্লে।"

"ইবোচৌবা মীনা ঙাঙনবা পংতা তারুনু মী হায়বসিদি মেকপু লাউরবদি ঙাঙনজগে সি ঙাক্তনি... হাই, হাই, বিমোলা ইমাগী বেট্রিদু পুথোরকউ। ইমা থেঙঙেহে... কৈথেলদা ময়াম ঙাইরম্মনি।"

মমৌনুপীনা ইমুংদগী টোর্চলাইটতু পুথোরকই। মমৌনুপীদগী টোর্চলাইটতু লৌরগা ইবেনি ফিজাউ অমা ইল্লগা, ফেনাৎ অচৌবা অমা তোংলগা গেটলোমগা খোঙথাং গম গম থাংদুনা থোকখি। মল্লি-মল্লিবদুদা রঞ্জিৎনা মমাবু খাম্বসু ঙমহৌদা, চৎলুরো ইমা হায়বসু ঙমহৌদা ফুম্বংনদুনা লেপ্পুনা লৈহৌই।

মপান থোক্লা ঙাঙনদ্রগসু ইমুংসিদা ব্রা ঙাঙদনা ফুনগৎনরক্লিবসি ফনদি কুইরক্লে। সরকারগী মায়কৈদগী হৌজিক হৌজিক লৈরিবা অরীবা নুপী কৈথেল অহুমসি

শীদোল্লগা মতমগা চান্নবা মওংদা মথোল লোঙবা অনৌবা বিল্ডিং শাবীরগনি অদুগা অমরোমদনা কৈথেল ফম্বী ইমাশিংনা মথোল লোংবা বিল্ডিং পামজদে হান্নগী লৈরিবসিদা খরা শেমজিল্লগা খোঙহাম্ফম নাতৈ চাদ্রিবা, নালা ফৎত্রিবা, মৈ থান্দ্রিবসি খরা ফগৎহল্লগা অসুম ফমজগে হায়বা ব্রাফম থোরকপদগী ইমুংসিদসু খরা খরা ঙংনবা হৌরক্লবনি। লমদম অসিগী অতৈ ইমুংশিংদা তৌরমগদ্রা খঙদে ইমুংসিদদি অরীবা নুপী কৈথেল শীদোল্লগা অনৌবা মথোল লোঙবা কৈথেল শাবগী ব্রাফমসি ওহ্নোক্লা মতীক ময়াই লৈখ্রে। কৈথেল ফম্বী ইবেনিগা মপৃক্তগী হেক পোকচবা মচানুপা রঞ্জিৎকা ব্রাফমসিদসু মত মান্নদ্রি।

সরকারনসু ঙম্মী হায়দুনা কৈথেল ফম্বী ইমাশিংগী অয়াবা য়াওদনা হৌজিক হৌজিক ফম্নরিবা নুপী কৈথেল অসি শীদোক্তুনা অনৌবা বিল্ডিং অমা শাবসু ঙমদ্রি। ঙম্মী হায়দুনা পাঙ্গল ফৃদোল্লুবা য়াবা মতাংসু নৎত্রি মরমদি লমদম অসিগী ইতিহাসকী লুরবা তাঙ্কক কয়াদা লমদমসিগী নুপীশিংনা লুরবা থৌদাং কয়া লৌদুনা লাক্লি। লমদম অসিগী মীওই অমত্তনা নুপীগী থৌনা লিংজেলবু তবাইনা লৌবা ঙমদ্রি। মদুগী মথক্তা ইম্ফালগী ময়াই চবৃক্তা লৈরিবা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল অসিদা লৈরিবা নুপী কৈথেল অহুম অসিনা ইতিহাসকী লুরবা তাঙ্কক কয়াদা খোইদৌ ওইদুনা লাক্লি। ইং ১৯০৪ অমসুং ১৯৩৯গী নুপী লান্দুবু কৈথেলশিংসি লৈবমদ্রববু থোক্লমগদ্রা? পৃথিবী তঙ্খায় অমা জয় তৌদুনা লাক্লবা বৃটিশ মচাশিং ফাওবা লমদমসিগী ইমাশিংগী মগুণবু ইকায় খুম্নদুনা চৎখিবনি।

কৈথেল অসিদা ফল্লিবা ইমা কয়াগী মচা মশূশিংনা লৈবাক্কী অচৌ-অচৌবা ফম পায়বা কয়া থোকখ্রবনি। মখোয়গী লূ-তোংদা কৈথেল অসিগী ঈরিক কয়া য়াওখ্রবনি। মসিদগী হেন্দোক্তুনা মখোয়গী মচা-মশূ কয়া অমনা পৃথিবীগী মফম কয়াদা চত্তুনা তোঙান তোঙানবা শিন্‌ফম পায়নখ্রবনি। ঙম্মী হায়দুনা শীদোল্লুব্রা হায়ববু নাতৈ চাদ্রবদি লাঞ্জাও অমা থোকপসু য়ারিবনি।

"ইবোচৌবা, করি হায়গে নঙগী মরূপ ভোরোৎ হায়ব্রা করিনো, মানা নঙ উনবা তোয়না লাক্লিবসি করিগীনো?"

শুমাঙদা শমজেৎ-মিংশেল, চন্দোন-লুবাক পুথোক্তুনা মশম হাৎলিবী ইবেনিনা মচানুপানা মাগী মরূপ ভোরোৎ থিন্দোল্লুরগা হঞ্জিল্লকপগী দারি কাখৎলমদাইদা

হায়রকপনি। ইবেনিনা মচানুপাদু মমিং অশেংবা রঞ্জিৎ কৌজরগসু ইবোচৌবা অদুম কৌই। ইঙ্খোলনুংদুদা মানা কোকহন লাইহন্নি হায়দুনা ময়াম্না ইবোচৌবা ইবোচৌবা কৌনবদুদা মাসু অদুম মচানুপাদা ইবোচৌবা অদুম কৌরে।

"চুম্না সুম মরূপ-মপাঙ উনবা লাকপনিদনা...। ইমানা ঐগী মরূপ-মপাঙ উনবা লাকপা ফাওবা অসুক য়াম্না য়েংশিল্লিবা করিগীনো?"

"য়েংশিনবা নত্তেনে। নঙগী মরূপ অসি কৈথেল শানবগী মন্ত্রিগা চেপ্পোক চেনশিন তৌবা য়াওইনে।"

"কৈনো ইমানা হায়রিবদুবু, মী ইঞ্জিনিয়রনি। সরকারগী থবক তৌরিবনি। অচৌবনা হায়বদু মা তৌবা তাবনি।"

"অদুদা নঙগী ননাক্তা তোয়না লাক্লিবসি কৈথেল শানবগী তান্নবা লাক্লিব্রা হায়দুনা ইমানা চুম্না সুম হংবনিদা।"

মমাগী কোচি কোৎপা ৱাতাদুদা রঞ্জিৎ শাউরং-মৌরংননা খুমখি, "তান্নদে, তান্নদে। চুম্না সুম লাকপনি হায়রেদনা। ইমানা পংখন হেক খঞ্জিল্লে।"

রঞ্জিৎ মমাগী ৱাদু তাবোই তাদবোই শাউরং-মৌরংননা দারি কাখত্তুনা মাগী কাদা গম গম চঙখি।

ইবেনিসু অদুম খঙই মচানুপাগী মমান্নবা ভোরোৎনা মখোয়গীদা তোয়না লাক্লিবদু কৈথেল শানবগী মতাংদা মচানুপাগা ৱা তান্নবা লাকপা শোয়দনা ওইরমগনি হায়বদু। লৈকায়দুদা রঞ্জিৎ সরকারগী অচৌবা ওফিসার ওই হায়দুনা ব্যবহার তৌবগী মথক্তা অরুবা তাঞ্জাদা ৱা তান্নবদা ৱাখল বুদ্ধি থোকই হায়দুনা ব্যবহার তৌনরিবনি। অমুকখকসু লৈবাক্কী লুরবা তাংফম অমদা মঙোন্দা ৱা তানবা ময়াম অমা লাক্লম্মী। লৈবাক্কী লুচিংবা ফম্নাইবদগী ছাত্র-নহারোলগী লুচিংবনচিংবা মী মখল শুখি। মমৈথংদা থবক্তু ফল তারবা মতমদা মীয়াম্না মহাকপু মকোক লৈবা মীনি হায়দুনা মতমদুদা য়াম্না থাগৎনখি। ঙসিসু মচানুপাদা ৱা তান্নবা লাকপা শোয়দনা মওইরিনি।

হান্না লৈজরবা কৈথেল শীদোক্তুনা অনৌবা মথোল লোঙবা বিল্ডিং শাবা য়ারোই হায়বসি কৈথেল ফম্বী ইমাশিংগী ৱারেপ্নি। মসিগী মতাঙদা মীটিং অনীরক, অহুম্লক তৌখ্রবনি। অকোনবগী মীটিংদনি পালি নাইনা কৈথেলদা য়ারেক্তুনা কৈথেল শঙবা হায়না ৱারেপ তাখ্রিবসি। অয়ূক নুংথিলগী মতমদদি মীয়াম তিনবনিনা নম্ফু-হাফুদা

ইমাশিংনা ফম্লিবা কৈথেল অসি শীদোক্কে হায়দুনা কোক হেক তৌরক্লোই। নুমিদাংগী মতমদা মী অচীকপা, অচেংবা য়েংলগা অনেকপা খরা লাক্লগা গোং গাং হায়দুনা থুদেক্লমগদ্রা পাখৎচদুনা পালি নাইনা কৈথেল শঙসি য়ারেক্তুনা শঙলিবনি।

তাঞ্জা অসিদনি ইবেনিবু মমীৎতা লাইরিক খরা উহৌই হায়দুনা কমিটিগী প্রসিডেন্ট হাপখ্রিবসি। অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদদি চেম্থোক-চেনশিন ফৈ হায়রগসু লাইরিক লাইশু খরা হৈহৌবসিনা মফৈ। মদু নৎত্রবদি অঙম অথৌশিংনা ইমাশিংবু ইরায় লায়না নমথাক তৌবী। ইবেনিগী পুন্সি তঙ্খায় হেন্না কৈথেল শঙসিদা লেল্লকখ্রবনি। মশাগী চহী কুম্থ্রাহুমদোই কুম্থ্রামরি শুবা কালদগী কৈথেল অসিদা থোরক্তুনা পুন্সিগী লাঞ্জাও থেংনবা হৌখিবনি। রঞ্জিৎকী মপাবুংদুনা নেতা ইরাবতকী মতুং ইন্দুনা লৈবাক্কী ঈহৌ কয়া য়াওরুরবা মতুং মতম কুইনা করিসু তৌদনা পোথাদুনা লৈখি। মতম অদুদগী হৌদুনা কৈথেল লাইরেম্বী ইমাসিনা মখোয়গী মমা মপা শক্তুনা নাউকোল্লকখিবনি। নুংতিগী কৈথেল অসি য়ৌরকপগা অতৈ করিসু তৌদ্রিঙৈদা কৈথেল লাইরেম্বী ইমাগী মফমদা ঙমজবা কবোক-হৈবোক, হৈ-রা কত্তুনা খুরুমজৈ। ঙসিসু মহৌশাগী স্বভাবতু হোংবা লৈত্রি।

রঞ্জিৎকী মপাবুংদু মতমগী অহোংবা, চাওখৎপদা থাজবা মীশক্লি। মতমগী হোংলক্লিবা ঈচেলদুদা য়াওদুনা নেতা ইরাবতকী মতুং ইন্দুনা মতম কুইনা মীরোৎ ওইরুরে। মীরোৎ ওইদ্রবা মতুংদসু সমাজগী থবক ইনখাং কয়াদসু শরুক য়ারম্মী। ইম্ফালদগী লাপথ্রবা খুঙ্গং অমদা সরকারনা লৌশিন্দবা হায় স্কুল অমগী ওজা মতম শাংনা ওইরম্মী। য়ুমগী নুপী অঙাংবু শোয়দনা লাইরিক লাইশু হৈহনগদবনি খনবা মীতানি। মতমদুদা নুপীনা মপান থোক্লা লাইরিক লাইশু তম্বসি কন্না চৎনরমদে। অদুনা য়ুম পাল্লবা মতুংদা ইবেনিবু মানা খরা খরা তাকপীদুনা ঙসিদি য়াম্না হৈরুদ্রগবু বাংলা ময়েক্তা ইবা, মৈতৈরোল ইবা পাবা ফাওবদি হৈহৌরে। নৌনা কৈথেল থোক্তুনা ইবেনিনা জিবিকা তানবদু রঞ্জিৎকী পাবুঙনা পূক্লিং য়াম্না থৌগৎপীরম্মী। মীনা করি করা ঙাঙনরগসু ইশাগী হুমাংমলনা পুন্সি হিংনবা হোৎনবনি করিবু ইকায়ফম থোকপগে? হেন্না ইকায়ফম থোক্লিবদি মশাগী মপোৎ মরল নত্তনা ফোংনা শগুন তৌবশিংদুনি হায়দুনা হেক হেক হায়বীরম্মী। খজীক্তং নুংঙাইখিদবা হায়ববু মচা মশূগী মপাল চাবা হৌরক্লমদাইদা লৈখিদবদুনি। ইবেনিদদি কৈথেলনা মাগী পুন্সিনি, স্বর্গ হায়বদু লৈরবদি

মফমসিনি। ঙসিনা পুক্নিংগী নুমিদাংৱাই য়ৌরক্লবা মতমসিদা নুপী কৈথেল কন্নবা অমুক কৈথেল শঙদা য়ারেকপা চৎলিবনি।

হৌজিক্তি নুপী কৈথেল নৌনা অমুক শাবা, শাদবা হায়বসিদা অচৌবা রাজনীতি শান্নফম অমা ওইরক্লে। অনৌবা মওংগী বিল্ডিং শাসি য়াদবা কাঙবু অসিবু চাওখৎপা পামদবী, খুন্নুংগী নুপীনি হায়বা কাঙবু অমসু য়াওরক্লে। মখোয়তগী ওইবা মীটিং পাঙথোক্কুনা অরীবা শঙশিংসি শীদোক্কুনা অনৌবা মওংগী বিল্ডিং শাগদবনি হায়বগী ৱারেপ খবর, রেডিও, কেবল টি ভিদা লাউথোরক্লে। হান্নদগী কৈথেল ফমদুনা লৈরবা ইমাশিংগী ৱারেপসু কনশিল্লক্লে। করিগুম্বা মখলগী শক্তি অমত্তনা হান্না লৈরম্বা ফীভম অসি থুগাইহল্লোইদবনি হায়বা অকনবা ৱারেপনচিংবসু য়াওরক্লে। কৈথেল শাবগী ৱাথোকসিদা লৈবাক্কী লুচিংবা রাজনীতিৱালানচিংবদগী লালহৌবা নহারোল ফাওবা য়াওশিল্লক্কুনা অকনবা লাঞ্জাও অমা ওইরক্লে।

ইবেনিনা খ্বাইদগী চাক্লিবদি অতৈদি থোইনবু খল্লুদ্রে, মানা হেক পোকচবা মচানুপা রঞ্জিৎনা মাগী মরূপ ভোরোৎনা চিংদুনা কৈথেল শানবা সরকারগী মায়কৈদা য়াওদুনা কোইচেন চেনবা য়াওরকপসিদনি। হান্না লৈরম্বা মওংসি শীদোক্লগা অনৌবা বিল্ডিং শাগদবনি, শারোইদবনি হায়বগী সরকারনা শীনবা লৈবাক্কী অচৌবা মীফম অমদা মচানুপা রঞ্জিৎনা য়াম্না মরীক চুম্না মতমগী মতুংইন্না হোংলক্লিবা চাওখৎপদা ঐখোয় য়াওবা তাবনি। মরম অদুনা নুপী কৈথেলগী অনৌবা মওংগী বিল্ডিং অসি শাফম থোকই হায়রকপদা সভাদুদা লৈরম্বা মীয়ামদুনা মখোয় মমা মচাদা য়েংলগা মচীন খুম্লগা নোকখিবদুনি মানা চাক্লিবদি। খরনা তারসনু মতাগুম 'হন্দক্কী কৈথেল শাবগী ৱাথোকসিদি কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা কুন্তিগা অর্জ্জুনগা য়ানথৎনৌ তমখ্রবোইরে' হায়রকপসু য়াওখি।

"ইবোচৌবা নঙ ইমাগী মায়োক্তা তশেংনা লৈরগে খল্লেনে।"

শুমাঙদা চন্দোন লূবাক পুথোক্কুনা মশম হাৎলিবী ইবেনিনা মাঙ্গোলদা চেয়র অমদা ফম্লগা চা থক্কুনা খবর পারিবা মচানুপাদা মশম হাৎন-হাৎনা হায়রকই।

"লৈবা লৈতবগী ৱা নত্তে। ইমাবু কয়াম কুইনা কৈথেল ফম্বা ঙমখিগদগে। শাজখিসনু নচা-নশূ, নমৌ কনামত্তা ইমা লৈত্রবা কালদা কৈথেল ফমগদবা কনাসু য়াওদে।"

"মদু য়াবা নত্তেনে ইবোচৌবা। নঙ ঐনা ঙমদ্রগসু কৈথেল অসিদা মীওই কয়াগী জিবিকা তানফম ওইনরিবা মফম্নি। মফমসি কৈথেল নত্তেনে লাইশঙনিনে। য়াম্না শানিংলগা জগা অসিদা নৎত্রবসু মনাক নকপদা লমহাং ময়াম লৈরিবসিদা শাবা য়াদবা জাৎলা?"

"জিবিকা ওইনরিবা মফম্নি হায়দুনবু ইমা, অসুক চাওখৎলবা মতমসিদা ঐখোয়বু থায়না খোংদাই শেৎনরম্মী হায়দুনা খোংদাই শেত্তুনা অদুম লৈখিসি হায়রিব্রা?"

"নঙনা খঙদবা অমা লৈরিনে ইবোচৌবা। হৌজিক্কী সরকার অসিনা তৌরিবসিদি থায়না সাহেবশিংনা তৌরম্বা ফিরিংগি লম্লৌ হায়বদুগা চপ মান্নরিবনি। মনূংদা মখোয়গী কান্নবা খরা লৈতনদি শাবীগে, শাবীগে হায়দুনা অসুক কন্না তক্লক্লোই। মনূংদা ব্রা অমা শোয়দনা লোৎলমগনি।"

"মনূংগী ব্রা কৈসু লৈতে ইমা। থায়নগী অরীবা শঙশিংসিগী মহুক্তা মতমগা চান্নবা মওংদা বিল্ডিং শাবীগে হায়বনি। মসিদা য়াদ্রবদি চাওখত্তনা অসুম লৈজগে হায়বনি।"

মমা মচা ফনা কুইনা অব্রাই-অখুম তৌদুনা মরৈ য়েৎনৈ অদুবু ফলদি করিসু তাবা ঙমদে।

কৈথেল শাবগী ব্রাথোকসি অহানবদা কৈথেল ফম্বী ইমাশিংগা সবকারগগী মরক্তা ওইরম্বদগী হৌজিক্তি চাউথোরক্তুনা লৈবাক্কী অঙম অথৌ লুচিংবশিং, ক্লব ওর্গনাইজেশন কয়াগী লুচিংবশিং, ছাত্র-নহারোলগী লুচিংবশিং, লালহৌবা নহারোলশিং, মায়কৈ পূম্নমক য়াওশিল্লক্তুনা অকনবা লাঞ্জাও অমা ওইরক্লে। নাকন নাকল লেপ্লদুনা মরৈ কন্না য়েৎনরক্লে। মবক অসিদা হান্নগী ফীভম অসিদা অসুম লৈজখিসনু হায়বা কাঙবুগী ফিরেপসু হান্নদগী চেৎশিল্লক্লি, মীচঙসু য়াল্লক্লি। অমরোমদা হান্নগী অরীবা শঙশিংসি শীদোক্লগা অনৌবা বিল্ডিং শাগদবনি হায়বা কাঙবুগী মীশিংসু য়ামখৎলক্লি, অকনবা খোঙজং কয়াসু কনখৎলক্লি।

মশূনুপীনা গেটতা হোকরনা থেৎলম্বা খবরদু হৌনা পারদুনা চঙলক্লি— নৌনা শাগনি, শারোই কন্না য়েৎনরিবা নুপী কৈথেলগী বিল্ডিং মথক্তা লৈগদবা দুকান প্লোট ১৭৬কী মরী লৈনবা ডিপার্টমেন্টনা লোম্না মীওই খরদা পীথোক্লম্লে। লোম্না প্লোট ফংলম্লিবা মীওইশিংগী মরক্তা সরকারগী মরী লৈনবা ওফিসারশিং অমসুং লৈবাক্কী

য়াইতোং খমদোংবশিং য়াওই। মশূনুপীনা পারিবদু মুন্না তারগা ইবেনিনা মশূনুপীদা, "বেবে, প্লোট ফংলিবশিংদুগী মমিং মথাদি য়াওব্রা?"

"য়াওই, অবোক।"

"মথঙ মথঙ পাথরকউ।"

মশূনুপীনা প্লোট ফংলিবা কাঙবুগী মমিং মথঙ মথঙ পাথরকই... অসুম পাথরম্বদগী খংলাউ লাউরকই, "অবোক, ঐখোয় বাবাগী মমিংসু য়াওই।"

"করি হায়রিবা?"

"অতোম রঞ্জিৎ, অপোকপী ইবেনি, সগোলবন্দ, দুকান প্লোট অনী।"

ঙাইহাক্তুং তূমিন্না লৈরগা মশূনুপীদা হায়রকই, "বেবে, নপাদু অবোক্না লাউ হায়য়ু।"

খবর হৌনা পারম্বা মশূনুপীদু তিংঙক-মায়ঙক্লদুনা মবোক্তা মুন্না য়েংলম্লগা ইমুংদা মপা কৌথোকপা চঙখি।

রঞ্জিৎ ইমুংদগী থোরক্লগা মমাগী মনাক্তা লেপ্লি।

"করি হায়গে ইমা?"

"খবরদু অমুক্তা হান্না অমুক্তা পাউ।"

মমাগী মনাক্তগী খবরদু লৌখৎলগা মীৎকূপ অমা, অনীদং মুন্না পাই। শকফম হঞ্জিল্লি, ব্রা ঙাঙদনা তূমিন্না লেপ্লি।

"মদুগী ওইরমগনিনে নঙগী মরূপ ভোরোৎকা নহানমখৈ কোয়চেন চেল্লিবদু... হৌজিক্তি করি শারে, মায়দা লোইনা থী তৈনরেদনা। হৌজিক্তি নঙসু, ঐসু মপান থোকপা ঙম্লরোই। মসি ওইরিনি নহানমখৈ নঙনা পাম্লিবদু..."

মমাঙগী মতৌগুম ঙসিদি রঞ্জিৎ মমাগী ব্রাদা অচুম চুমদা বিচার তৌরদ্রে। মহাক মায়থীরবা লাম্নীগুম শকফম হঞ্জিন্না তূমিন্না লেপ্নুনা লৈরে। ঙাইহাক তূমিন্না লেপ্লম্লগা মমাগী মনাক্তগী অমুক মাগী কাদা তূমিন্না চঙখি।

নিংথৌকাবা

জানবারি ০৫, ২০০৪।

## গুদবাই নোংমৈ

লাকখিবা মতমদুদা নঙনা
তরাম্না ওকখিবনি,
ফত্তবা অরানবা পূম্নমক
মাঙহল্লনি হায়দুনা।
ঙসিদি— অমুক ওনশিল্লক্লি
নঙগী নোংমৈ মতোনশিংসিনা
মীচম প্রজাশিংদা।

— শক্তি অমা শক্তম অনী

নোংমৈ হায়বসি ঐনা অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সিদা খ্বাইদগী কিজখিবা পোৎশিংগী মনুংদা অমনি। নোংমৈ কাপ্পবগী অহৌবা মখোল তাবদা ইমাগী মথানুংদা কিবনা থক-থক নীকুনা চেৎনা কোনশিনখি নৎত্রগনা ইচেগী ফিজীদা কন্না য়ান্নখি। সেনিমা

## ইথৌগী থাঙ

নৎত্রগা লীলাদা নোংমৈ কাপ্পবগী মতাং য়াওরকপদা নাকোং মেন্দুনা খাঙখি। নোংমৈ মখোল নৎত্রগসু নোংমৈ মখোলগা মান্নবা বম্বুলা অহৌবা মখোল তাবা ফাওবা কিদুনা নাকোং মেন্দুনা খাঙজখিবা ঐনি। দূর্গা পূজাগী মতমদা ইমান-ইমান্নবশিংনা মখূত্তা বম্বুলা থারগা পোকখাইহনবদা ঐনা মীৎ উইশিন্দুনা খাঙখি।

ঐনা নোংমৈ নৎত্রগা নোংমৈ মখোলবু ওম্থোক্লা কিরুবগী মরমদি নোংমৈনা হৌজিক্তা লেঙ-লেঙ চৎলম্বা অহিংবা পুন্সি অমা খূদক্তা থব্রায় পান্দবা অশিবা জীব অমা ওইহনখিবদুনি। অহিংবা জীব অমবু খূদক্তা অশি লমদম পাংহনখিবা ঙম্বা অসুক কনবা খূৎলায়সিবু কিদবা তাইবংসিদা কনা লৈরিদগে? পূংকক চাউরকপা মতমদা নোংমৈ মরূনা য়োম্লবা হকচাং কয়া মরালগীদমক দন্দী পীরিবনি হায়দুনা থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাং কয়া লম্বীগী নাকন্দা নৎত্রগা লবুক-লমহাঙদা তারম্লে হায়দুনা মীয়াম হূপ্তুনা য়েংবা চৎনখি। ঐনা য়াম্না ঙক্লিবসি নোংমৈ মরূনা য়োম্লবা অথীবা শক্তম পুথোক্তুনা লবুক-লমহাঙদা তারম্বদা মীয়াম্না য়েংবা চৎনবদুনি। অথীবা শকফমদুবু মীয়াম্না করিবু য়েংনিংবা ফাওরিবা...? নৎত্রে হায়রগনা মখোয়গা নক্লবা মরী-মতা, খঙন-চান্নবা য়াওব্রা হায়দুনা খঙদোক্লবা চৎলিব্রা? অদুবু অদুক য়াম্বা মীয়ামদুগী মরী-মতা, খঙন-চান্নবা ঙাক্তদি ওইরম্মোইদা। অশিবা হকচাংসিবু য়েংবদা নুংঙাইবা পোৎ অমারনে? ব্রাহংসিগী পাউখুম ঙসি ফাওবদি ফংদ্রি অদুবু অশিবা হকচাং অমা লম্বীগী নাকন নৎত্রগনা লবুক-লমহাঙদা তাদুনা লৈরম্লে হায়রগদি ঙসিসু মীয়াম্না অদুমক য়েংবা চৎনরি।

ঐনা পাখঙ কাবক কাবক ফারক্তুনা হাল্ফপেন্ট শেৎলম্বদগী লোংপেন্ট শেৎলকপা মতমদুদনি ঐগী পুন্সিদা অসুক য়াম্না হোংখিবদু। নোংমৈবু অসুক কিজরম্বা ঐনা নোংমৈ পায়নিংবনা ঙাওদুনা চৎখি। লৈকায়দা এয়র গন পায়দুনা উচেক কাপ্পা লাকপা অহলশিংদুনা নোংমৈ অমুক্তং কাপ্পু হায়রক্লবা মতুং কোইন ইন্নখি। কাঙজৈবুংদা মেলা অমুক অমুক তৌরকপদা ইমাদগী লুপা অমা, অনী লৌরগা মেলাদা এয়র গন কাপ্পা চৎখি। য়াল্লিবা বোল অকাম্বীশিংদু চাউমল্লি কাপ্পা নুংঙাইতে হায়দুনা খরা পীকপা প্লাষ্টিক্কী শগোল মচা, য়োৎপীগুম্বদা এইম তৌবদা নোংমৈ শেন্নরিবা ময়াংমচাদুনা 'হান্না নোংমৈ খরা খরা কাপ্পীরকপ্রা' হায়রকপা তাঞ্জাসু য়াওখি। অতৈ অপীক-অপীকপা পোৎশক কয়া পানবা ঙম্লগসু য়াল্লিবা য়োৎপীদুদি পানবা ইঙম ঙমদ্রবদা অখঙবা কনানা

'বেরেলদো খোয়বনি, পানবা কৈসু ঙল্লোই' হায়রকপদা নোক্তুনা লাকপসু য়াওখি।

নোংমৈ পায়বা নহারোলশিংনা বেঙ্ক, পেট্রোল পম্প নৎত্রগা ওফিসতগী নোংমৈ নম্লগা অরৈবা পৈশা পুদুনা চেনখিবদা মখোয়দো ঐগী মীৎতা হীরো ঙাক্তা ওইনা উখি। ঐসু মখোয়গুম্না নোংমৈ পায়রবদি মখোয়গুম্না থৌনা ফবা থবক কয়া তৌবা ঙমগনি থাজখি। সেনিমাদা কাওবোয় ফিল্মশিংদা নোংমৈ কাপ্লবগী সীনশিংদা ঐনা ওম্বোক্লা থৱায় তানা য়েংজখি। নোংমৈ পায়বা সিফাইশিংনা লমজাওদা লম্বী অচৎ-অওক কয়া লেপহন্দুনা চেক তৌবদা কনাসু উশিৎ-থওইদবা ঙমখিদবা... মসি মখোয়না নোংমৈ পায়বদগী নৎত্রা? ঐখোয়গী মতমগী ইশুং ইমান্নবা ময়াম্না ডোক্টর, ইঞ্জিন্নিয়র, ওফিসর ওইনবা কন্না হোৎনরগসু ঐদি নোংমৈ পায়বা মিলিটরি নৎত্রগা পুলিস ওফিসর য়াম্নমক ওইনিংখি।

হৌজিক্কী মতমদা লৈবাক অমনা অমদগী কনবা হেল্লি হায়রিবসি অতৈদা নত্তে নোংমৈ অফবা পায়বা ঙম্বরোমদনি। মতম অমা পাঙ্গল কনবনা অকনবা শক্করম্লবসু মী হাৎপা ঙম্বা খুৎশু-খুৎলায় কয়া থোরকপদগীদি খুৎশু-খুৎলায় অফবা পায়বা ঙম্বনা অকনবা শক্করে। নোংমৈ অমুক থোরকপদগীদি নোংমৈবু ঙম্বীনবা কনাসু থোরক্রে। হৌজিক্তি অচুম্বসু নোংমৈগী বেরেলদগী থোরক্লে হায়বা ৱাফম ফাওবা অচুম্বা ওইনা লৌনরক্লে। চাইনাবু অনৌবা মপোক অমা পোকহল্লম্বা মাও-সে-টুংগী *পৱার কম্‌স আওট ফ্রোম দি বেরেল ওভ দি গন* হায়বা ৱাফমদু হৌজিক ফাওবগীদি লাইফাও ওইনা লৌনরি। মীনা মীবু নমথবদগী কোক্লবা নীংতম্বগী লানসু নোংমৈ পায়দুনা হৌদ্রবদি য়াদ্রে। ঈশ্বর হায়বদুদি চুম্নতগী তাইবংপান মপূ অমা লৈ হায়না থাজনবদুতা ঙায়হৌরে। মুসলমানশিংগী ধর্ম্মগী লান, জিহাদসু নোংমৈ পায়দুনা তৌবনা খ্বাইদগী ফরে খন্দুনা ইস্লাম ধর্ম্মদা চেৎনা থাজরবা মুসলিম নহারোল কয়া নোংমৈ পায়খৎনখ্রে। নহাক্কী ইকায় খুম্নবা, নীংতম্বসু হৌজিক্কী মতমদদি নোংমৈ পায়দুনা ঙাক্রবদি করিসু ঙম্লদ্রে। ঈশ্বর হায়বদু থাঙ্গেশেংনা লৈরগদি মাগী মথঙদা নোংমৈ হায়বা খুৎলায়সি লৈ হায়বদা করি কায়।

লাইরিক-লাইশু তম্বা লোইদুনা থবক-ইনখাং থিবা হৌরকপা মতম অদুৱাইদদি নোংমৈ পায়নিংবগী নেশাসি ফনা কুইনা কাউথোক্লরবনি। অদুবু কদোমদগীনো অঙাওবা নুংশিৎ অমনা ফৈনা হাইজিল্লক্তুনা সেকেণ্ড ক্লাস গেজেটেড ওফিসর ওইরবা

কালসিদা অমুক লোন্না নোংমৈ লৈনবা কন্না হোৎনরুরি। মসিবু কনানা ঙাওদে হায়গনি? থবক্লা অসুক তাঙলবা মতমসিদা নোংমৈ পায়দুনা চৎকদবা মিলিটরি নৎত্রগা পুলিস ওফিসর ওইরুবসু নত্তবা শূপ্লগী ইচম চম্বা সেকেণ্ড ক্লাস ওফিসর অমখক ওইরিবা ঐনা করিগী লোন্না নোংমৈ থম্বা পাম্লুরিবা... ঐগী করি ইতীক লৈদুনা? অদুবু হৌজিক্কী মতমদা শক্তি পায়রিবশিং অসিদি লোন্না নৎত্রগা ফোংনা নোংমৈ পায়বা ঙাক্তনি। নোংমৈনা লৈবাক কয়া, মীওই কয়া অৱা-অনা তাহল্লিবা, কাংখোং চাইহল্লিবসিসু নোংমৈগী অতোপ্পা শক্লোন অমনি। নোংমৈনা অচুম্বা ৱাফম কয়া মথক মখা ওলহল্লি, অরানবা তাহল্লি। মীওই কয়া অমনা নোংমৈগী শক্তিদা ঙাওখিদুনা তমথীরবা শা ওইরকই। নোংমৈ ইহান হান্না শাদুনা পুথোকখিবা মীদুনদি অসিগুম্বা ৱাফমশিং অসি মপূক্লিংদা খীত্তা ফাওবা খল্লমগদ্রা?

ফোংনা সরকারদগী লাইসেন্স য়াওবা নোংমৈ লৈগে হায়রুবদি ৱা য়াম্না পেৎলক্কদবা ময়ামদু খল্লুবদা মদোমদা থোইনা হোৎনরুদ্রে। মমল খরা য়ামজরবসু অরোনবা কৈথেলদা নোংমৈ লায়না ফংনৈ হায়। অদুবু কনা কনা নোংমৈ য়োল্লি, নোংমৈ অমত্তা লৈগে হায়দুনা কোইহং হংরা য়াবা ৱাফমসু নত্তে। অখঙবশিংদা লোন্না থূপ্লা হংনগদবা ৱানি। সিফাইনা চিংনবা নহারোলশিং ফারগা কাপথোক্তুনা হাৎতোক্লগা চাইনীজ মেড নাইন এম এমগী পিষ্টোল, গ্রেনেড, এক্সপ্লোসিভ দিভাইসেস য়াওরম্লে হায়রিবা ময়ামসি য়াওরমদ্রগসু য়াওই হায়দুনা প্রমাণ তৌবা ঙম্নবা সপ্লায় তৌবা মী ভারিদা লৈ হায় অদুবু ঐতদি মথেংনদ্রে। তান চাদ্রব্রা, থিবা হৈতব্রা অমদি মতৌরে। থবক হায়বসি চীন ওইনা ঙাঙনবদি পংলু লুদবনি, তৌরা কালদা য়াদবগী ৱানি। হৌজিক্কী মতমদা কাপ্পরেগা, শিনরেগা তৌরবা মতমসিদা তশেংনা নোংমৈ অমত্তং লৈগে হায়না থিরবসু অরাযবা থবক অমদি নৎলমদ্রে।

নোংমৈ অমা য়াম্না থম্নিংলুবগী মরমদি হৌজিক্কী মতমসিদা নোংমৈ পায়বা মীওইশিংসিনা অকন অকনবা, কির কিরবা থবক কয়া তৌবা ঙম্বসিনা ঐঙোন্দা অচৌবা ঈথিল অমা পীখিবনি। যুগসিদা নোংমৈ পায়বা মীবু কিদবা কনাসু লৈত্রে। নোংমৈ পায়বা সিফাইশিংনা কোয়শিন্দুনা যুম অমা চেক তৌবদা কনাসু করিসু চেক মোক লাউনদ্রে। মখোয়না থি-হুম্বদা চাইখাইরম্বা পোৎ-চৈশিংদুগী ৱাকৎলুবদি লায়রদনা থৱায় মচা অমা য়াওরিবদু মাঙহৌদ্রিবদু লাইবক ফরবনি খন্নরবা মতম্নি। অকি

অখং লৈত্রে হায়রিবা নহারোল ময়াম অমা নোংমৈ মমাঙদা ফোলিন তৌদুনা লেপহনবদা ব্রা মচেৎ অমফাওবা ঙাঙদ্রিবনি। করিগুম্বা কালদনা মশা-মউ ফরবা নহারোল ময়াম অমা নোংমৈ মক্লনা খঙ্জীক্তং থেংখিবদা উজাও তুবদৌনা দম দম হাইথখ্রিবনি। মাগা লোয়নবা মীশিংদদি হিংচাবদৌনা কন থৌবা, কিবনা থক থক নীক্লবা মীওই কয়া নোংমৈ মচা পায়বা নুপামচা খরগী মমাঙদদি মরাল লৈরবা মীওইদৌনা খুরুক-খুদক কুন্দুনা লঙজখিবা মরাল ঙাকপীনবা হায়জরিবনি। হৌজিক্কী মতমদদি নোংমৈনা ব্রায়েনবনা খ্বাইদগী মগুণ লৈবা ব্রায়েল ওইরে। মসিদবু নোংমৈগী অসিগুম্বা তাঙলবা মগুণসিদবু শুমহৎতবা য়ারিব্রা? ঐখক নত্তনা মীপূম খূদিংনা নোংমৈগী মগুণদা শুমহৎফম থোকই।

উচিন নাচিন্না লোন্না ফনা কুইনা হোৎনরবা মতুংদা মেগজিন য়াওবা পিষ্টোল অমা লুপা লিশিং কুন্দা ফংলে। মীনদি মমল খরা য়াম্মল্লি হায় অদুবু থোইনা খল্লুদ্রে অপাম্বদু ফংলবনিনা। ঐখোয় লৈকায়গা থংনবা লৈকায়দগী নহারোল য়াওরম্মী হায়, য়াওরমদে হায় তৌবা, সিফাইগসু অদুম শগ্নে হায়দুনা মীনা খরা খরা ঙাঙনবা নুপামচা অমদগী লৈবনি। ঐনা নোংমৈ লৈরিবা নুপামচাদুসু রেকোর্ডতি পংফ ফজবদি নত্তমাল্লে। অহানবদদি নুপামচাদুগী য়ূমদা মশক মশা খঙদবা নহারোলশিং তোয়না লাক্লম্মী হায়। মরক্তুদা সিফাইশিংসু মখোয়গী য়ূমদা তোয়না লাকই হায়। অমুকখক সিফাইশিং লাক্তুনা ফারুবগা নুমিৎ নীনি, হুম্নি লোক-অপতা থল্লুমাল্লে। লোক-অপতগী থোক্লক্লবা মতুং হাপ্তামুক্কী মতুংদা নুমিদাং অমা নোংমৈ পায়বা নহারোল তরেৎ-নিপালমুক লাক্লগা মাবু ফাদুনা পুথোকখ্রগা অনকপগী অমম্বা কোম্থোং অমদা কোম্থোং চৈ অমা তুম্বমখৈ ফূরম্মী হায়ব্রা করিনোমা নিংফূং-নিংফূং ঙাঙনবা তাখি। মদুগী মতুংদগী সিফাইসু লাকখিদ্রে, নহারোলশিংসু লাকখিদ্রে হায়। মরক মরক্তা কদায় কদায়দগীনো নোংমৈ পুরক্লগা সপ্লায় তৌরিমাল্লে।

নুপামচাদুগা ঐগা খঙনবগী নুংঙাইবা ব্রারী অমসু লৈ। কনা কনাদা হংলগা নোংমৈ অমত্তং ফংগদগে হায়দুনা কন্না লৈখৎলিঙৈ তাঞ্জাদুদা নোংমা নুমিদাংব্রাইরম অমদা ঐখোয় লৈকায়দা লৈবা লম্পাক মচাদুদা ঙাহৌ-ঙাহৌ ব্রাকিং চৎলুবদা লম্পাক্তুদা হান্না ফমদুনা লৈরম্বা নুপামচা খরনা অনৌ অনৌবা থোরকপা নোংমৈশিংগী মতাংদা হৌনা হৌনা ব্রারী শাদুনা লৈরম্মী। ঐসু কদায়দগীনো কোক হেক হংলুই, "নখোয়না

হৌজিক ব্রারী শারম্বদুবু নোংমৈগী ব্রারী নৎত্রো? ঐসু অমত্তা পাম্মীনে। কদায় কদায়দা ফংগদগে?"

নোংমৈগী ব্রারী শারম্বা নুপামচাশিংদু ব্রারী শাবদু তোল্লগা ইঙক ঙক্লা য়েংখৎলকখি। করি খল্লুরবনো খঙদে অদুগা হায়রকখি, "ককাসু নোংমৈ দরকার ওইব্রা? ওইরবদি ইরায় লায়না অদুম ফংবা য়াবা জাৎনি।"

"ওইবা, ওইদবা হৌজিক্কী মতমসিদদি নোংমৈ অমদি থমদবা য়াদবনি। হৌজিক্কী মতমদা ফাওরিবা ময়ামসি নোংমৈ পায়বা ঙাক্তনি।"

ঐগী ব্রাদুদা নহারোলশিংদু করি খল্লুরবনো খঙদে, মখোয় মশেল য়েংনরগা মোমোন নোক্লখি।

"ককা মখা লৈকায়গী লৈরক মচাগী রিঙ্গোদু খঙঙিদনা। মঙোন্দা হায়রগা ইরায় লায়না অদুম ফংবনি। মমলদবু খরা য়াম্বনি।"

ঐনা লুপা লিশিং তরামঙা পীব্রগা অব্রাৎপদু পোৎ ফংলগা হাপকে হায়থ্রবা মতুং নোংমা নুমিদাংব্রাইরম অমা মল্লি-মল্লিবদুদা 'ককাগী পোৎতু পুরক্লবনি সে' হায়দুনা চেনা য়োমদুনা পোৎতু ঐগী খূত্তা দং হেক থাদরম্বদুদা ঐঙোন্দা স্বায় লাউবা ফাওখি। স্বায় লাউবা অমা ফাওখিবদু নহানমখৈ ঐনা ব্রানা তান্নজরকপা পোৎতু ফংবগীরা নৎত্রনা পুন্সিদা অমুক্তা পায়দ্রিবা খূৎলায় অমা পায়বগীরা ভাব অমত্তা তাখিদে। অদুবু মীহুলদি দং-দং চোংখি।

নুমিৎ মঙানি তরুক্লিদি নোংমৈ অহানবা পায়বগী নেশা অমা কন্না লৈখি। নুমিদাংগী মতমদা লমজাওদা, লৈরক্তা নহারোল লাঙবা, খৎনবা, হূই খোংবগী মখোল তারবদি ফূরিৎ মনুংদা নৌনা লৈরুবা পিষ্টোলদু য়েপশিল্লগা ফন্দুনা থোক্লম্মী। হান্না ঙাঙলমদবা ব্রাগসু চাউনা চাউনা মূক্তুনা ঙাঙলম্মী। লৈকায়দা ব্রাথোক-লাম্থোক মচা অমত্তং থোকপদা অখঙবা, অহৈবা শাদুনা মূক্তুনা ঙাঙলম্মী। ঐগী ইতৌদুদা চিংনবা য়াওরব্রা নৎত্রগনা ভাব অমা খল্লব্রা নুমিদাং অমা লমজাওদা নহারোল খরা লাঙই, খৎনব্রা কৈনোমা তৌই হায়দুনা খামদোকপা থোকউবদা ঐখোয়গী থংনবগী খুরা চাউবনা 'অতো নঙ হন্দক মরকসি মওং অমা ইতৌ তৌই। নহা ওল্লক্লব্রা কৈনোমা তৌই' হায়না হায়রকখি। ঐ খুরা চাউবগী ব্রাদুদা মখা তানা খুন্নুদে অদুবু থম্মোয়নুংদা হায়নিংবা য়াম্না লৈখি। 'খুরা মরক অসিদা ঐসু য়াম্না ফাওগৎলক্লবনি। ফাওগৎলক্কদবা

য়াম্না লৈরি, ঐ নোংমৈ পায়রবনি। খুরা সংসারসি নঙনা খণ্ডদবা য়াম্না লৈরিবনি' হায়নিংখিবনি অদুবু হায়বমক্তি হায়খিদ্রে।

অসুক য়াম্না মশোং ফজ্জিনৈঙে তাঞ্জাসিদা ঐঙোন্দা খংকি কিখিবা অমা ফাওরকখিবসি নহারোল য়াওই হায়, করি তৌই হায় খরা খরা ঙাঙনবা ঐখোয়গী অৱাংদা লৈবা নুপামচাদু সিফাই লাক্লগা মোম্পাক মখাদা নোংমৈ থনম্মী হায়দুনা কাওবগা, নেৎপগা তৌদুনা ঈনা পূমঙাঙ ঙাঙবমখৈ শুগাইখিবদু উহৌবদগীনি। দোলান মথক্তগী সিফাইনা কাওবগা, শুজিনবগা তৌবদা চেম্থূরকপা ঈনা দোলান মখাগী মবোক্লা লৈরিবা কাদু ঈনা পূমঙাঙ ঙাঙখি। ঈদু উরুবদগী মখাদা তৃম্লগদা লৈজবা মবোক্তু পাখৎতুনা লাক্লখি। নুপামচাদু দোলান মথক্তগী কাওথরকপদা দোলান কাফমগী থাক সিড়িদুদা শীৎথরক্তুনা মখাগী কাদুদা উচেক অশিবগুম পদ্রাক লাউনা তাখি। লৈমিন্নবনি নুংঙাইতে হায়দুনা হংবা চৎলুবদা লৈরম্লিবা ফীভমদু উবদা লৱাই শাৎখি। ঐসু নোংমৈ থনম্মে হায়দুনা নুপামচাদুনা তৌরিবা অদুগুম্না ঐঙোন্দা তৌরবদি হায়দুনা কোকচাউবী কাখি।

উপু মনুংদা থম্মী মদুসু পেন্দে, কোৎনুঙ্দা অমুক থম্মী মদুসু চিংনদবা ঙমদে। ইঙ্খোলদা ফুমজিন্দুনা থমশিরা, হুম মদুসু থাজবা ঙমদে। করিগুম্বদা গ্রোং-গ্রাং তৌদুনা সিফাই চঙলক্তুনা থি হুম্লরো মদুদা কোক হেক থেংনরো, মদুদা কমদৌবা...? কিবনা মিহুল ফাওবা থুগৎলক্লবোই নীংখি। নৎত্রগনা লেট্রিনগী টেঙ্কি মনুংদা য়েপশিন্দুনা থম্লবদি কমদৌই? সিফাইশিংসি নাতৈ হুক্তে হায়, মখোয়দি নাতৈ চাদবা লেট্রিন, খোংবান-লূক্লাং, য়ুমগী শাইজিনগুম্বদনা হেন্না থিগল্লি হায়। মদুদা কোক হেক থেংনরো, কমদৌবা... থৱায় মচা অমা য়াওজরিবসি হকচাংগা পূন্না লৈমিন্নবগী ৱাদি লৈত্রে। লাই লাক্তুনা কল্লরবসু ঙল্লরোই। মতম খরগী মমাঙদা সিফাইগী লেট্রিনগী টেঙ্কি মনুংদা অশিবা মীগী শরদ্ধ পোলাং অমা লৈরম্মী হায়দুনা ৱা থোক্লখি। শিরল্লিবা মীদুনা মথন্তা শিজরগে হায়দুনা লেট্রিনগী টেঙ্কি মনুংদদি চঙলম্লোই। মখোয়বু লাক্লবদি লেট্রিনগী টেঙ্কি য়েংবদি শোয়দ্রে... অদুদি কদায়দা থমগনি।

দযাসি তাবা হৌরবদি মরী-মরী হৌনদুনা লাকই হায়বদুনি। তুশিনবগী শোক্তুনা লৈরিঙৈদা হূইনা অমুক লাকই হায়দুনি। নোংমা অয়ূক অমা খবর পাদুনা লৈরিঙৈদা নহারোল অহুমখক গ্রোং-গ্রাং চঙলক্লগা 'ককাগী নোংমৈ অমা লৈ হায় মদু ঐখোয়দা

পীরো' হায়দুনা গ্-গ্ তক্লে। ইবুংঙো ঐদি ইচম চমজবা মীনি, নোংমৈগা থমজবা ঙম্বা নত্তে হায়বা ঐগী ব্রাদু মখোয়না তাদে। মখোয় অমুক লাকখিনি মদুদদি অতাবী অমা খঙদবা য়ারোই হায়দুনা শাউনা হায়রম্লগা চৎখি। ঐ খনফম খঙখিদে, বুদ্ধি মমদুনা লৈহৌই। খোঙ-খৃৎ তিংথোক্লুনা কপ্লিংই।

করিনুংগী চহী মতাঙসিদা নোংমৈ থম্বা পাম্লুরিবা... ইথন্তা থম্মোয়দা খুদুম শুদুনা কপচৈ। হিংচাবনা পীক থল্লবা ঙসিগী সংসারসিদা চম্ফৃৎ ঐনা নোংমৈ মচাসিমা পায়রগা করিবু তৌদৌরিবা...? নোংমৈ পায়রে হায়দুনা মফম মতম নাইদনা পুথোক্লুনা কাপ্লুবা য়ারিবরা? কাপ্লুরে হায়না খল্লো, মদুসু অকিবগী মশক্তি। ক্রিমিনেলশিংনা নোংমৈ পংকাপ্তা কাপ্পা য়াবগী ব্রানি, মীচম প্রজা ঐখোয়দদি নোংমৈ কাপ্পদি হায়রুনু নোংমৈগা নক্না লৈমিন্নবা হায়বসি লাইগী শাপ মখল অমনি। নোংমৈবু অমুক্তং কাপ্লুরো য়ূমদা নুংঙাইনা তৃম্বা হায়বদুদি অমুক হন্না ফংলরোই, ঐ ক্রিমিনেল ওইদুনা সমাজ অসিদগী মপান থোকখিবা তাবনি।

অহীংদা লমজাওদা লংথোকখ্রসিরা, মদুদি কমদৌই... অমনা মরাইনা খুঞখিনি। অদুম তৌরবদি মথা শাবদু কোক্লেদনা। নোংঙাল্লগা লমজাওদা নোংমৈ অমা তারম্লে হায়দুনা ব্রা ব্রা লাউবা, পুলিসনা লাক্লগা ইরেঞ্জনা পুখিবা। হুম! মদুম তৌরবদি মমল অমফাওবা ফংলরোই, মমল য়াম পীদুনা লৈরুবনি। মদু ইনৎ নৎত্রদুনা অখূনবদুনা ঐদৌনা মথা শানিংদদুনা ঐখোয়গী ইন্থোলদা অমুক লংশিল্লক্লবদি কমদৌবা...?

মসিবু য়োনফমদি লৈরোইদ্রা? লৈনি করিগী লৈরোই, দরকার লৈবা মী অসুক য়াম্না লৈরিবসিদি। অদুবু মনা-মশিং, চান-থক্লবা পোৎকুম তাপ হেক য়োনবদি কদায়দগী য়াগনি। লুরিবদি ঐ ফাওবা থম্ফম লৈত্রবা কালসিদা কনানা লৈগদৌরিবা...? নহান নোংমৈ পীয়ু হায়দুনা লাক্লম্বা নহারোলশিংদু অমুক লাক্লবদি মখোয়দা পীথোকখ্রসিরা...? হুম! মদুসু য়াদে। মখোয়দি চহী নৌরিবা নহারোল ঙাক্তনি, ব্রাখল লৌশিং মপৃং ফারমখিরোই। মখোয়দা নোংমৈ পীশিল্লুরগা লান্না শীজিন্নরকপা য়াই। মখোয়না লান্না চৎখ্রগা মদুগী দোষ ঐ পুবা ঙল্লোই। ঐনা নহান লৈরকপা নুপামচাদুদা অমুক মঙোন্দা য়োনবীয়ু হায়সিরা... মদুবু মানা য়াবীরক্কদ্রা? মাদি দরকার লৈবা, অপাম্বা মীদা নোংমৈ সপ্লায় তৌবা মীনি। ঐ নত্তবা মী ভারিদা লৈজরমগনি। মদুদা মানা য়োনখ্রগা পৈশা পীরক্তে হায়রবদি কমদৌবা, ইথন্তা মাঙজবা তাব্রা? ফরেদা মদুনবু,

পৈশা ফংবা, ফংদবা। নোংমৈ থনম্বগী দশা তাগদবগী শরূক মদুনবু হেন্না ফরে। ঐ নোংমৈ পায়গদবা মী নত্তে, নোংমৈ থম্বা য়াদে। ঐ দশা তাবা য়াদে। নোংমৈ নঙ কায়নরসিকো... গুদবাই নোংমৈ।

লৈবাকপোকপা

ফেব্রুবারি ৩, ২০০৪।

## ইন্সরজেন্ট অমগী দায়রি

লমদমসিগী নহাশিংগী ৱারীদি
শান্নবনি নোংমৈ মরূশিংগা।
চৎখি খরনা
মার' খোঙ্গুল লীদুনা,
কেনখি খরনা
পোম্বদমক ঙায়রিগৈদা।
— নহাশিংগী ৱারী

ঐখোয় অহুম থবক অমগীদমক অতোপ্পা খুলদা চৎলুবনি। লম্বীদা ঙাওশিন্নবা নুপামচা খরা থেংনৈ। মখোয়গী মওং-মতৌদু উবদা খূৎ থানিংবনা মরেঙ-মরেঙ চৎলি। অসুম্মাইনা ঙাওশিন্নবা নুপামচা থেংনবসি হন্দক্কীসিনা অহানবা নত্তে অদুবু হন্দক্কী অসিগুম্না খাঙবা ঙমদবসি মমাঙদা খক য়াওখিদ্রি। ময়াং কংবা, মশম খোইবা,

মমীৎ উইরুম-উইরুম তৌবদুনা করিসু খন্দনা ঐখোয় অহুম্বু খাল্লগা, খোন্দি ইহৈ হাদনা হায়রকখি, "ইয়াম্বশিং ননাও করিগুম্বা অমত্তা হায়জগে?"

"করি পাম্মী?"

"মৈ য়াওবিব্রা? অমুক্তা লৌজহৌগে?"

ঐগী থায়নগী মিহুলদু কাঙলক্কে তৌই। ঐগী মওংদু উদুনা চৎমিন্নরিবা ইতাও অমনা ঐগী খৃত্তা কন্না পায়শিল্লকই। লেডর জেকেট লীৎপা, খরা পীকপা, শক খরা তাখৎনা উবদুনা অমুক হায়রকই, "ইয়াম্বশিং মৈ য়াওবীদ্রবনিনা অনোয়বদুদি য়াওবীরিব্রা?"

চৎমিন্নরিবা ঙসাইদগী ব্রা ঙাঙদনা তৌরিবা পূম্নমক্তু ভাবোক অমগুম য়েংলিবা ইতাওদুনা শাউনিংবা ফাথরগা হায়রকই, "চৎলসি ইতাও, মখোয়গা ওনশিন্নদুনা অসুম লৈরবদি নাতে কয়া চারক্কদৌ মান্দ্রে।"

মানা নমদুনা চিংদুনা ঐখোয় অহুম মফমদু থাদোক্নুনা লাকখি। থম্মোয়দদি পেন্দে, পাড়া অমতং তম্বীবা হায়বসি ঐগী অরেপ্পা ব্রাখলনি। চৎমিন্নরিবা ইতাও অনীদুনা ফাথরমদ্রবদি ঙস্তানা খৃৎ থারমগদবনি। মখোয়গী মতৌদুদা ঐনা খাঙবা ঙমদ্রিবসি মখোয়গী ইহৈ হাদনা, মী উশিত্তবা মতৌদুনি। মখোয়দু লোইশিনবদা মরূ মরি-মঙাদগীসু হেন্না চঙলোই। অদুবু ঐখোয়না চৎলুবদু অতোপ্পা থবক অমগীনি মখোয়গা খৎনবা লাকপা নত্তে।

— সেপ্টেম্বর ২৪, টু কে।

রাধেদু ঙসাই বাজারদা থেংনৈ, মহাক মশা খরা শোকচিন্না উরে। ঐবু ব্রারৌবগুমসু তৌই। ঐবু উরবসু উশিন্নদনা চৎখিগে তৌই। মহাক ঐনা চৎলিবা লম্বীসি খঙবগুমসু তৌই। তোয়না উনসি য়াদে হায়দুনা ব্রাকৎলকই।

"নঙগা মী খ্বাইগা ইমান মান্নদে। মওং অমা ইতৌ তৌই।"

"করি তৌরগেনে? ঐবু ভাব অমা ইতা তাদ্রেনে নঙনা হায়রিবদু।"

"ভাব তারোই, নঙদি ভাব সুংতা তাররোই। নুংশিনরগবু ঐ উদনবা হায়দুনা হূরানবদৌনা চেল্লবদি ভাব তাবগী ব্রা সুংলৈ লৈতে। হৌখিবা থা মরি মঙাসিদা নঙগা ঐগা কয়ারক উনখ্রে?"

"ঙসি উনরিবসি কৈদৌরগে?"

"তামোচা নঙ হন্দক মরক কৈনোমা ইতৌ তৌই। ঐঙোন্দা খঙহন্নিংদবা নবূক্তা ব্রা য়াম্লা লোৎলমাল্লে।"

মহাক নুংশিবগী লম্বীদা চাক্তারিবা প্রেমিকা অমনি। ঐগী খনবদা মহাকসু ফনা ব্রাজরবা জাৎনি। হৌজিক লৈরিবা মা ঐগী ফীভমসিদা য়ুম-কৈ পান্দুনা লৈমিন্নবা হায়বসি ওইথোক্কবা ব্রাফম্নি। নহান্না মাসু অতোপ্পা নুপা অমগা নুংশিনজরম্লবদি মরায়বক ফবী হায়বদু ওইরমগদবনি। অদুম তৌরম্লবদি মহাক নুংঙাইনা লৈবা ফংজরমগদবনি। ঐ অসি কয়াদা মথোঙ চাদ্রিবনো? ঐনা অসিগুম্বা লম্বীদা চৎকদবা লৈরবদি অসিগুম্বা লম্বী অসিদা খোঙ থাংজিল্লম্লোইদবনি।

– ওক্টোবর ০৫, টু কে।

বোয়কোট তৌখিবদগী মী চত্তবা, ইহাঙ হাঙবা লম্বীদা ইথন্তা ইনীং তৌনা চৎপসিসু মরক মরক্তা অকিবা ফাওরকখি। ঐখোয়না নুংঙাইজবা হায়ববু মী মরক্তা য়েপশিন্দুনা চৎপসিনি। লম্বী সড়ক্তা মী থোরক্তনবা অকনবা ব্রার্নিং তৌখিবদগী কনাসু থোরকখিদবনি। অদুবু চত্তবা য়াদবা কনাগুম্বা খরদি অত্ততাই ওইনা অথিংবা মরক্তসু অদুম চৎলিবসিনি। চৎমিন্নবিবা ইতাওদুদা হায়রুই, "মী চত্তবা লম্বীদা ইহাঙ হাঙনা তরক-তরক চৎপসিসু নুংঙাইতেদা...।"

"অদুবু বোয়কোট অসি তৌদ্রবদি ঐখোয় লৈরি হায়বসি কমদৌনা ফোঙদোক্কনি।"

"অদুবুদি চুম্বা... অদুদা সুম নুংঙাইজদবদু হায়বগী ব্রানি।"

"নঙনদি নুংঙাইতে হায়রিবা... মী চত্তবা লম্বীসিদা অঙাং খরনদি কয়াদা নুংঙাইনা ক্রিকেট, চেকলোন থুগাইবী শান্নরিবসিদি।"

"অদুবুদি অথিংবা মরক অসিদা নহা খরনা লম্বী মপান্দা, কোম্বোং মপান্দা ফমদুনা তৌদবা য়াদ্রবা মথৌদৌনা চিবোন-চিবোন ফমদুনা ব্রারী শানরি।"

মরক-মরক্তা সিফাইগী গাড়ীনা ঙংদুনা পেট্রোলিং লাকপদি হিংচাবনা ঙংদুনা লাকপগা চপ মান্নে। লৈরম্বা মীশিং কায়দুনা চেন্নে। মী মরক্তা হিংচাবা লাকপবু কনানা পাম্লবগেনে?

– ওক্টোবর ১৫, টু কে।

লম্বীদা মার্চ পাষ্ট য়াওবা চৎপা য়ুনিফোর্ম ফজনা শেৎপা অঙাং খরা থেংনৈ। মখোয়গী মশকশিংদু উবদা অসুক্কী মতীক চম্মী, করিগুম্বদসু পাপ অমত্তা লংশিন্দ্রিবা মশকশিং ঙাক্তনি। মখোয়দু উরুরগা ঐগী লৈখিদ্রবা ইপাদু নীংশিংহল্লি। ঐনা মতমদুদা নিংঙাই তৌখিবদুদা ইপাদুনা হায়খিবা ৱাফমদু ঐ নীংশিংলি।

"বোই নঙনা অতৈ-অতৈ শান্নপোৎতি লৈবীয়ু হায়দ্রদনা নোংমৈ লৈবীয়ু হায়না নিংঙাই তৌরিবসি করিগীনো? ইপাদি নঙনা নোংমৈ পায়দুনা শান্নবসি পামদেনে।"

"মখারোমগী দদা ননাও, রোসন, অৱাংলোমগী ইনাও, দুংদুং লোইনা নোংমৈ পায়দুনা শান্নরিবসিদি।"

"মখোয়না পায়দুনা শান্নরবসু ঐদি নঙনা পায়দুনা শান্নবসি পামদে। নোংমৈ অশেংবদি মী হাৎপা য়াবনি। নঙবু মী হাৎপা পাম্ব্রনে? ইচাদি অফবা মী ওইগদবনি।"

ইপানা ঐবু মতম পূম্বদা অপীকপা অঙাংগুম উখিবনি। শান্নপোৎ লৈবীয়ু য়াদবদগী, অপাম্বা ফূরিৎ-ফিরোল লৈবীয়ু য়াদবগী ঐনা ইপাদা মতম অয়াম্বদা নিংঙাই তৌখি। হৌজিক ফাওবা ইপাদু লৈরম্লবদি ঐবু চৎথোকখিদনবা কোইশেন শেন্নরম্বসু য়াই। ঐবু লমহেল্লি হায়দুনা থীনা ফূরম্বসু য়াই।

— ডিসেম্বর ১, টু কে।

মীওইবা হায়বসি দষাগী মনাইনি। ঙসিদি খীত্তদা থৱায় মাঙলমগদৌ খীত্তং ঙায়।

— ডিসেম্বর ৩, টু কে।

ঙসিদি মঙ নুংঙাইতে।

— ডিসেম্বর ২১, টু কে।

নিংথম থাগী অঈংবনা তাইবংপান পূম্ববু তপ্ন-তপ্না, অসুম অসুম চিংশিল্লকই। ইম্ফালদা কম্বল অমসুং জর্সী খরা লৈনবা চৎখিবা ঐখোয়গী মীদু হৌজিক ফাওবা হল্লক্ত্রি।

— জানুৱারি ১, টু কে - ১।

ঙসি অরাপ্পা মফম অমদা অরুবা থবক অমা চৎলুবদা লম্বী মপান্দা, তুরেল

খোংবান্দা, চীংয়াদা নুপামচা নুপীমচা ময়াম অনৌবা চহী লাকপগী হরাও-নুংঙাইবা ফোঙদোক্তুনা পিকনিক চৎনহৌই। লম্বীদা পিকনিক লাকপা নুপামচা খরদা হংলুই, "ইনাও নখোয়না চৎলিবসি কদায়দনো?"

অমনা ফৎ খুন্নকই, "চীংয়াগী লোকচপকা থেলগা তাইনবদুদনি। মীনবু পীক থল্লম্লগনি।"

"ইঙ্গ্লাংদি করি করি চাগদৌরি?"

"হৌজিক মতমগীদি করি ওইনি চিকন নত্তনা। ন্যু ইয়রনি হায়দুনা মমলবু ওম্বোক্লা হাইগৎথ্রে। কে জিদা লুপা ১১০ বু হায়নে।"

অসুক ৱারবা মতমসিদবু পিকনিক চত্তবা ইয়ামক য়াদবা জাৎলা? হরাও নুংঙাইথোকপা হৈবদগী লৈবাকসি নোংম-নোংমগী লৈখা তারক্লে হায়বসি কনাসু করিসু খল্লুদ্রি। মখোয়সি জ্ঞান তানবা থবক খরদি তৌবা চুন্মী... লম্বী চৎপসিসু য়াম্না লুরে। জগা খূদিংগী গাড়ী তপথনবা নূং লৈঙোয় থন্না হাপ্পা ড্রম কয়া খিনবা, লম্বী তোঙখৎহনবা কয়াসিগী মথক্তা জগা খূদিংগী চেক-পোষ্ট কয়া হাংদোকপসিনা লম্বী চৎপা য়াম্না নুংঙাইহন্দ্রে। অসিগুম্বসি ইম্ফাল মনূংদদি খরা ফৈ, লমশাং শাংনা চৎকদবা লম্বীশিংদনা অমুক্তা হেন্না তোয়না অসিগুম্বা কৈদা অসি তৌগল্লি।

— ফেব্রুৱারি ২, টু কে - ১।

অনৌবা থুংলবা নুপামচাশিং অদুগী মনুংদগী অমদি তশেংনা মপূক্লিং নুংশিদুনা কপ্লে। মমা-মপাগী মথন্তা পোকপা মচা ওইরমাল্লে। নুপামচাদুদা ঐনা হংঙি, "কৈদৌরে নপূক্লিং নুংশিদুনা কপ্লবরা?"

"অং ইয়াম্বা, পূক্লিং নুংশিদুনা কপ্লিবনি। ইমাদো ঐ হল্লক্তুবদি কৈদৌঙৈদসু চাক চাদবনি। নুমিৎ খূদিংগী ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্বনি। ইমাদো নুমিৎ কয়ানি চরা হেন্দুনা লৈরম্মনি।"

"নঙবু নথন্তা পোকপরা?"

"ইমা-ইপাগীদি ইথন্তনি পোক্লিবা। ঐ লৈত্রবদি মখোয়গীদি আশা লৈত্রবনি।"

অসিগুম্বা অৱা-অনা খাঙবা হৈরোইদবা তোনানবা মচাশিং অসি ঐখোয়গী থবক অসিদা খক পুশিল্লোইদবনি। মখোয়গী মতৌ অসিনা অতৈদা পূক্লিং হম্ভহনবা

য়াই। শিবা-চঙবা হায়বসি ঐখোয়দদি অমত্তনি। মাঙলোমদা চঙশিনবনা ঐখোয়গী অমত্তা ঙায়রবা পান্দম্নি।

— ফেব্রুৱারি ১৪, টু কে-১।

ঙরাং তূপ্লমদাইদা নিংকোক-নিংকোক লাউবা নুংঙাইতবা অমা ফাওই হায়বদু ঙসি অয়ূক থবক চৎখিবা ইতাও অনীদু সিফাইনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখ্রে।

— ফেব্রুৱারি ২৮, টু কে-১।

ঙসি ইচে লুহোংবা নুমিৎনি। ইমানা ঐবু অমুক্তা লাকউ হায়বা কুইরবনি। অদুবু ঐ ইমাগী মনাক্তা চৎলুদ্রে। চত্তবগী মরমদি মখোয়না তৌরিবা, লাঙলিবা ময়ামদু উরুরগা থম্মোয় পেৎথরকপা য়াই। ঐগী নুংশুক-নুংজান্ননা লৈবদু উরগা ইতাও নোংশাবনা হংলকখি, “কৈদৌরে, ঙসিদি মূড হন্থনা উই?”

“ঙসিদি ঐগী ইচেগী লুহোংবা নুমিৎনি। ইমানা ঐবু অমুক্তা লাকউ হায়বা কুইরবনি। ইচেগীদমক ঐ করিসু তম্বা ঙমদ্রে খল্লুবদা ঙসিদি ইমোশনল য়াম ওই।”

“পুন্সি হায়বসিদি অসিগুম্বা নুংঙাইতবসি চবুন চবুন থেংনগদৌরিবনি।”

ঐনা চঙশিল্লিবা লম্বেল অসিদি থম্মোয় পেৎপা য়াবসু নত্তে। ঐখোয়গী সেনিয়রশিংনা ঐখোয়বু য়ূমদা তোয়না চত্তনবা হায়খিবদু মরম অসিননি। চঙশিল্লুরবা লম্বী অমদা অমুক হন্দোরকপা হায়বসি মায়থীবগা চপ মান্নে। চঙশিল্লিবা লম্বীসিদগী খোঙফম অমত্তা হন্দবা হায়বসি ঐখোয় পূম্নমক্কী ৱাশক্নি। ৱাশক্তু ঙাক্তুনা ঙসি ফাওবা ঐখোয় হিংলিবনি।

— মার্চ ২৬, টু কে-১।

ঙসি অয়ূক অনকপা খুল অমদা ঐখোয়গী পার্টিগী মমিংদা পৈশা খায় হায়বা নুপামচা খরা থিবা চৎলুই। নুপামচাশিংদু ঙাওশিন-ফৈজিন্নবা, মমা মপানা ৱারকপা ঙমদ্রবা কাও থাবদৌনা থাদোক্লবা ঙাক্তনি। মখোয়না পার্টিগী মমিংদা পৈশা খায়রগা নিশা চাবা, নুপী অঙাংদা কারন তাবা থবক কয়া তৌই। অসিগুম্বা নুপামচাশিং অসিনা পার্টিবু মিংচৎ থীহল্লি। মখোয়বু মতম চানা ৱারকহৌদ্রবদি নোংমদি ঐখোয়গী পার্টি মীয়ামগী থাজবা মাঙলক্কনি। মখোয় অহুমদুগী লীদরনি হায়বদুদা হংঙি, “নখোয়না

খায়রিবসি পূন্না পৈশা কয়াদি শুরে?"

মনা কনবা শাদুনা তূমিন্না লৈ। হংলিবদু থৌ-ব্রা শাদবগী মওং অমা উই। খোল কল্লপ্রা, "ঐনা হায়রিবসি ননাদু তাদ্রা?"

"ঐখোয় কৈসু তৌদেনা। কনানা ঐখোয়বু পার্টিগী মিংদা শেল খায় হায়জিল্লক্লিবনো?"

অনম কনবা, মী উশিত্তবা মওংদু উবদা মিহুক কাঙলকই। ইনাক্তা তারিবা লীচৈ হুই-হুই লাউবদু খূনগৎলগা শাফ্ কন্না শেৎ-শেৎ কনথৈ। ঙাইহাক্কী মমাঙদা মরীল ফরম্বা নুপামচাদু চৈনা খাঙবা ঙমদদুনা লাউ-খোংই। 'হায়জরগে, হায়জরগে' হায়দুনা মরীল চুল্লকই, লীচৈনা কনবদু তোকই।

"মচীৎ-মচীৎ ওইনা খায়বদা লুপা লিশিং হুম্ফুমুক্তি শুরে। পৈশাশিংদু ঐখোয়দা অমতা লৈত্রে। ঐখোয়না খোঙউপ, ফূরিৎ, জেকেট লৈবদা লোইনা শীজিন্নখোকখ্রে।"

ঐখোয়না চঙশিল্লিবা খোঙজং অসিদা অসিগুম্বা ক্রাইম মচা মচা কয়াসিনা ঐখোয়না চঙশিনগদবা মপূং ওইবা খোঙজংদুদগী মতাইদা হাইদোকহল্লি। মখোয়বু মতম চানা ব্লারকহৌবা হায়বসিনা ঐখোয়গী খ্বাইদগী চুম্বা খোঙথাং ওইগনি।

— এপ্রিল ২, টু কে-১।

লমহেনবা নুপামচা অহুমদু মশাগী মরালনা মপোৎ ফারদুনা ঙসি অয়ূক অঙনবদা অহাঙবা লবুক্তা শেন্দ্রাং অশিবা তাবদৌনা তাদুনা লৈরম্লে।

— এপ্রিল ১৪, টু কে-১।

ঐগা ক্লাস অমত্তদা তম্মিন্নরকপা ইতাও মোহেন্দ্র জগাসিদা মিলিটরি ওফিসর ওইনা পোষ্টিং তারক্লে। মহাক্লদি ঐ মফম স্বায়দা লৈ হায়বসি খঙলমদবা য়াই। মা ঐ লম্বী তোঙান তোঙান চৎনখ্রবনি। লাম্থেংনবা তাবনি মাগী মাগী পম্বুংদুগীদমক।

— এপ্রিল ২১, টু কে-১।

ঐখোয়গী পার্টিগী কমরেড অমনা ঐখোয়না লৈরিবা খুলসিগী নহা অমবু শিবা মচেৎ খাক্লা, থীনা ফূরুবদগী খুলগী মীয়াম পূম্বা হৌরক্কুনা অচৌবা ঈরাং অমা

থোকখ্রে। ঐবু সেনিয়রশিংনা ঈরাংদু লোইশিন্নবা থবক শিন্নরকই। ঐ করি তৌগদবনে ভাব তাদে। অমরোমদা পাথৌগী ইন্টরেষ্ট ঙাক্কদ্রা নৎত্রগনা মীয়ামগী তাগদ্রা? ঐন পাথৌদা হায়, "পাথৌ, নঙ খুলসিগী মীয়ামদা লাল্লে অমুক্তং হায়য়ু, মখাদি ঐন থোকপা তৌখ্রগে।"

"ইতাওনা অপাম্বদু অদুম্মক তৌবীয়ু, মদুদা ঐ করিসু নুংঙাইতবা তৌরোই মতাংসিগীদি ইতাওনা কুশিনি। ঐদি থবক্তু ইশানা খঙনা তৌখিবনি।"

"মীয়াম হায়বসিদি লাইনি। মীয়াম্না য়াদ্রবদি ঐখোয় কয়াম কুইনা অসুম্না লৈব ঙমগনি।"

"লাল্লগসু মীয়াম্না য়াদে হায়দুনা অচুম্বা হেক্তা ওইহনগদ্রা? ঐ মদু য়াবা ঙম্মোই ইতাও।"

চৎমিন্নরিবা মরূপশিংগা মীয়ামগা খল ওন্নবা হায়বসি লুখ্রবা থবক অমনি। করম্ন চৎমিন্নরিবা মরূপ অমবু মানা ফনা লাল্লবা ফাওবদা করম্না হুন্দোক্লুনা চৎকনি অমরোমদা মীয়ামগী মরা তাদবসু য়াদবনি।

– মে ১৮, টু কে-১।

পার্টিদগী পোত্থাখ্রবা কমরেড অমনা পার্টিগী মমিংদা ঠিকা তৌই হায়বসি তাবা কুইরবনি। হৌজিক্কী মতমসিদা করি করি তৌদুনা পৈশা তানগদগে খনবদা ফনা লুবা থবক্লি। মহাক ঠিকা তৌদ্রবদি করি চাদুনা হিংগনি। পার্টিগী মমিং শীজিন্নদ্রবদি মহাক্তুম্বা অমনা হৌজিক্কী মতমদা ঠিকা ফংবা হায়বসি অরুবা থবক অমনি। মখোয়না ঠিকা তৌবা হায়বসিনা পার্টিগী মমিংদি নোংম-নোংমগী মিংচৎ থীজিল্লক্লি। ঐনা লুচিংদুনা চৎলগা ইয়াম্বদুদা হায়, "য়াবগদি ইয়াম্বা ঠিকা তৌবসি তোকপীরো, অতৈ লম্বী অমা থিবীরো। মসিনা পার্টি অসিবু মীয়ামদা লান্না উহন্নবা মরম অমা ওইরে।"

"ইনাও মসি নৎত্রবদি ঐদি করি তৌদুনা লেনগনি। চাউরবা ইমুং অসি ঐ নৎত্রবদি কনাসু মতেং পাংবীনিংঙাই লৈতে।"

"অদুবু অতোপ্পা উপায় অমা য়েংবীরো। পার্টিনসু হৌজিক লৈরিবা খরসি লোইশিন্নরগা মখাদি তোক্লরসি হায়দুনা ব্রাবেপ লৌরে।"

"ইনাও লৈবাক্কীদমক চেন চোংলিঙৈদা ঐদি শিন্‌ফম অমত্তসু হৈহৌদে। হেরা! ইনাও ঐঙোন্দদা পংয়েং য়েংশিল্লক্কনু পার্টিদা ঐগীসু মী য়াম্না য়াওরিদা...।"

ঐগা চৎমিন্নরিবা ইনাও অনীদু ফ্রুং লাউনা শাউগৎলকই। খূৎলায় শৎতোরক্কে তৌই। ঐনা 'ইনাও, ফত্তে ফত্তে অদুমাইনা তৌবা ফত্তে' হায়দুনা খামজিল্লি। মসিগী সমস্যা অসিসু ফনা লুবা সমস্যনি, পাক হেক লায়না সোল্‌ভ তৌবা য়াবা সমস্যাসু নত্তে। ৱাফম অসিদা ঐখোয় কোক থাদবা চুম্মী।

— জুন ১৮, টু কে-১।

হয়েংদি অরুবা থবক অমা অরাপ্পা মফম অমদা চৎকদৌরি। মসিগীদমক নুমিৎ কয়ানিগী মমাঙদগী শেম শাদুনা লাক্লবনি। হেড ক্বার্টরসতগী মীওইশিংনসু ঐঙোন্দা মিসন অসি লুচিংনবা শিন্নরকপনি। চৎলমদাইদা অহাওবা চরা অমত্তং চাননবা নৌনা থুংলবা নুপামচা অমদা খুলগী কৈথেলদা ইঙ্খাং অহাওবা অমা য়েনশারা, ওকশারা অমা লৈরুনবা থাখিবা নুপামচাদুনা ফংদ্রে হায়দুনা ঙানু লৈরগা লাকখিবদুদা ময়াম ইশুক শূকথনৈ। মরূপ নোংশাবনা কৈথেল চৎলুবা নুপামচাদুদা শাউরপ্লা হায়খি, "অসিগুম্বা থবক অমা চৎলমদাইদা ঙানু থোংবা চাবা ফত্তে হায়বসি ঐখোয়না অমুক হায়দ্রবসু নশানা খঙলবা নৎত্রা?"

নুপামচাদু খুল্লক্তে, তূমিন্না অদুম লৈ। ঐসু করি হায়গদবনো খঙদে, ঙানু থোংবা চাবসি করি তৌবগীনো ঐখোয়গদি ওস্থোক্লা পক্লখিদ্রে। করি পক্লদবা, য়াদবা লৈবনো নৎত্রগা তোয়না অসুম থোকচিল্লকপদগী ৱাফম অসিমদি থৌশাদবা য়ারক্ত্রে। নোংশাবনা মখা তারকই, "ইনাওশা নখোয়সি পঙঙিদকো। থবক অমা তৌরমদাইদা খরা খরা খল্লগা তৌনে।"

নুপামচাদু হন্দক্তি খুল্লকই, "ইয়াম্বশিংনা অহাওবা য়েঙ্খাং অমা, য়েনশাগুম্বা অমা চানিংঙি হায়বদুদা... অতৈদি থোক্তবদুদা...।"

মখোয় অনীগী ৱাদু মশা মশানা লান্দে হায়নবা মরৈগী ফীভম অমরোমদা লাকপদুদা খামজিনবা ওইনা ঐনা হায়রুই, "ইনাওশা, মরূপশিং, চাসি হায়রগা কোক হেক চাসি। চারোইসি হায়রগনা কোক হেক তোকসি। কৈদৌগে। অমসু অমসু ফনবা হোৎনবদা শোয়নবা ঙাক্তনি।"

নীংথিনা থোংলবা, উবদা তিল য়োৎলবা ঙানু থোংবদু ঐখোয় কনাসু চাদ্রে। খুলগী অঙাংশিংদা নখোয় চাজরো হায়দুনা পীথোকখ্রে। মনা-মশিংদা ঙা খরা থাক্লগা নুমিত্তুগী ইঙ্খাংদু অদুম্না লেনশিল্লে। হয়েং চৎকদৌরিবা খোঁঙচৎ অসিগীদমক 'ইমা অপোকপী নঙবু নচানা খুরুমজরি। নচাবু মায় পাকপা ঙম্নবা বর পীবিয়ু।'

— জুন ২৯, টু কে-১।

শাংলবা দায়রিদু পারুরগা ঐঙোন্দা হায়ফম খঙদবা ব্রাখলগী ঈচেল অমনা ঐবু ফুম্বংনহল্লি। ফোঙ-ফোঙ শারবা পিশিংনা করম্বা মতমদা শীন্থখিবনো, তম্পাক মথক্তু পূমচোৎ চোত্তুনা লৈরম্মী। কয়াম কুইনা তূমিন্না লৈরুরবনো খঙদে, মরূপ থৌবগী ইমানা হংলকপদুদা জ্ঞান খংলাক লাকই।

"নঙগী মরূপ্তুনা ইরম্বশিং মদুদা লোইরব্রা?"

"অং ইমা, মখাদি ইরমদ্রমাল্লে।"

"ইরম্মরোই মখাদি। মদুগী মতূংদদি, থোক্লিবা ময়ামসিনি।"

ঙাইহাক ব্রা ঙাঙনদে, তূমিন-তূমিন লৈনৈ। ঐনা মখা তানা হংলুই, "ইমানা বোয়সি করম্না ফংলুরিবনো?"

"নঙগী মরূপ্তুগী শোরাৎ লোইরবা মতূংদা ইচানা লৈরম্বা মফমদুদা চৎলগা করি করি লৈহৌরিবগে থিরুবদা নুপামচা অমখক্লা ইয়াম্বদুনা ইরম্বা বোয় ওইরমাল্লে হায়দুনা পীরকখিবনি।"

ঐ ব্রা মখা তারুদ্রে। মরূপ থৌবগী ইমাদা অমুক্তং য়েংলুবদা ঙাইহাক্কী মমাঙদা শীন্থখিবা পিশিংনা কংশিনখিবগী মমিশিংদু ইরং লংনা উরকই।

নোংমাইজিং

মার্চ ০৭, ২০০৪।

## য়ুখল মরুমদুগী ব্রাংমদা

শান্নরশ্মী মখল কয়াগী লীলা
য়ুখলদুগী মরুমদা
অঙকপা, অকিবা কয়া কয়া।
খরনা চৎখি
নীংশিং মমিগা লোয়ননা
মাঙখি খরনা
ইয়ায় থক্কী কোঙ্গোলগুম্না।
—অরোনবা থৌদোক

"ইবুংঙো এস টি ডি অমত্তা তৌগে?"
"য়ানি ককা, মনীং থংবদুদা চঙবীয়ু।"
লাক্কিবা নুপাদু টেলিফোন তৌনবা লৈরিবা কা মচা অনী লৈরিবদুগী মনীং থংবদুদা

চঙখি। মমাঙ থংবা কা মচাদুনা লোকেল কোল তৌনবনি। অপীকপা কা মচাদু গ্লাসনা খাজিনজৈ হায়বগী ব্রানি ইয়র টাইট নত্তবনিনা অহোবা খরদুদা লীৎথোরকপা খোঞ্জেলদুনা মপান্দা ফল্লগসু মনুংদা করি করি শান্নরিবনো হায়বদু অদুম তাবা ফংই।

"হায়জরিবসি নহান নোংমা হায়নখিবা কপ্লাইমেন্টকী ব্রাফমদুনি। অহোয়... অহোয়... ব্রাফমদুবুদি ভাব তাজরে। অসিগুম্বা খুদোংচাবসি পাক হেক লাক্কন্দে।"

অসোম নাকন্দগী পাউখুম লাকপগী বৃজ লাউবা মখোলদু তায়। ফোন তৌরিবা নুপাদু পৃক্লিং চঙনা তাবগী মওং উই। মখা অমুক চথ্থরকই, "থাজদবা তৌবীগনু কারবার অসি তৌরকপা চহী ফনা য়াম্লবনি। অতোপ-অতোপ্পা মীওই কয়াগসু কারবার অসি মায় পাক্লা তৌখ্রবনি... হোয়, হোয় মমাঙগী থৌদোক অমুরক, অনীরক্তি ফীভম্মা য়াদদনা তৌববুদি য়াওখ্রে।"

অসোম নাকন্দগী পাউখুম অমুক ঙাই।

"অদোমগী মরমদসু ব্রারী-ব্রাখোঙ কযা তাজরে। কারবার মায় পাকপা পাক্তবা হায়বসি *সমটাইমস ইট ডিপেণ্ডস ওন লক* হায়বদুনি। পুন্সি হায়বসি *গেম্বল* খরসু তৌবা তাবনি... ব্রাফম অসিদা করি করি লৈবগে হায়বদু মখা তানা অমুক য়েংশিল্লকখিগে।"

রবি শানরিবা ব্রারীদু অহানবদদি মুন্না তারম্বনি। অরোনবা ওই, করি ওই, ময়েক শেংনা ইহায় হায়দোক্তবা মওংগী ব্রারীদুদা মখা তানা তানিংলুবা ফাওদ্রে। ঙাইহাক্তং মোন্দ্রং তৌদুনা শান্নে।

ময়ূমদা টেলিফোন লৈরগসু পি সি ওদা লাক্লগা শেল তিংনা ফোন তৌরবা মীওই কোঙ্গায় অমা লৈ। মসিনা করম্বা নিশানো খঙদে? করম্বা অরোনবা, ময়ূমগী মীনা তাবা য়াদবা ব্রারীবু শারিবনো? ময়ূমদা, ওফিসতা, দুকান্দা টেলিফোনগী টেলিফোন ঙাক্তা খোঙনেৎনরবা ওফিসারশিং, শেঞ্জাও পায়বা কারবারব্রালা কাঙবুশিংসু পি সি ওদা লাক্লগা ফোন তৌরে। নুপী অতোনবীদবু ফোন তৌরিব্রা নৎত্রগনা অরোনবা চোর কারবারগী ব্রারীবু শারিব্রা? পাখঙ-লৈশাবীশিংসু ময়ূমগী ফোনদু তৌদ্রদুনা পি সি ওদা লাক্লগা কুইরেমখৈ নুংশি ব্রারী শাদুনা লৈথোকই। বিল লুপা চামা চনী তাবদু করিসু খন্দনা পীথোক্লম্মী, মখোয়না শানখিবা ব্রারীদুনা হেন্না মমল য়াম্মাল্লে। অমুকখক্তি পৈশা য়াওরমদদুনা খৃদাং ঘড়ী থনম্লগা চৎখি, কোন্না পৈশা পুদুনা লাক্লগা হন্দোক্লরে।

"ইবুংঙো বিল কয়া তারে?"

ঙাইহাক্তুং মঙগী লৈবাক্তা লৈরুবদু মাগী ব্রাহংদুনা তাইবংপালদা অমুক হল্লকহল্লি। বিলিং মেচিনদগী চেদু শেংলগা নুপাদুদা পী।

"চনীয়াইখ্রে তারমাল্লে।"

য়াম্মী য়ামদে থোইদোক্লা শোল্লমদে। ফ্রিংখাউদগী *পর্স* লৌথোক্লগা চামা চংপী অনীগা য়াইখ্রে চংপী অমগা লৌথোক্লগা রবিদা পীরম্মী। রবি পৈশাদু লৌরগা পাক্সিদা হাপচিল্লি।

রবিনা পি সি ও দুকানসিদা লৈরক্লিবসি চহী অনীরোমদি শুরক্লে। মাগী থবক হায়ববু কষ্টমরশিং লাক্লগা ফোন তৌরিবদু শঙদুনা লৈবা, ফোন তৌবা লোইরগা কম্প্যুটরাইজ বিলিং মেচিনদগী বিলদু শেংলগা কষ্টমরশিংদা পীবা, পৈশা লৌশিনহৌবা অসিখক্তনি। য়াদবা, খোক্তবা য়াওরক্লবদি মদু মাগী দায়িত্ব নত্তে, মপূগীনি। মপূদুসু পৈশা কাবক কাবক পায়বা, সঙ্গ লৈবা মীতানি। মানসু শেল থোকপা য়াবা থবক অমা তৌনিংদুনা কোয়হং হংনবদা মশা মপা চারুদুনা পি সি ওগী থবক অসি তৌখিবনি। তলবসু পংয়াম য়াম্বা নত্তে, থাদা লুপা শিংশিং অমখক্তনি ফংলিবা।

নহান ফোন তৌবা লাকখিবা নুপাদু অমুক লাকই। ঙসিসু নহানগী মতৌগুম্না ময়েক শেংনা হায়দবা ফোন খূৎতৌদু অমুক তৌই।

"ঐখোয়গীদি শেম শাবা লোইশিল্লক্লে। নুমিৎ নীনি, হুয়িগী মতুংদদি পূম্নমক শেম শাবা লোইরগনি। থবকসি মায় পাকপা পাক্তবা হায়বসি *কল্লেক্টিভ রেস্পোন্সিবিলিটি* অমা দরকার ওই। ঐখোয়না হায়নখিবা পূম্নমক ঙাকপীরক্কনি হায়না থাজে।"

অসোম নাকন্দগী লাকপা পাউখুমদু অমুক ঙাই। কুইদে মখা অমুক তারকই, "থাজদবগী ব্রাফম নত্তে। থাজবদুনা অদোমগা থবক অসি তৌমিন্নবা হায়জরিবসিনি। মতম ফৎনদ্রবনিনা অসুম নীংশিংজবগী ব্রানি। থবকসি মায় পাক্লবা মতুংদা ঐসু মফমদুদা শোয়দনা লাকখিগনি। ব্রামিন্নখিবা ময়ামগী লমন শিংবা ওইনা হোটেল অচৌবা অমদা ট্রীট অমা তৌখিগনি। ... নত্তে, নত্তে, লমন শিংবা ওইনা খনবীরুনু মরূপ-মপাং ওইবগী নুংশিনবগী ট্রীট অমনি খনবীয়ু।"

ফোনদু খূৎ ওয়না চেৎনা পায়রগা পূক্লিং চঙনা তায়। মায়খোঙ মকা লাম্না উই।

"সিক্যুরিটিগী মতাঙদদি অদোমদা চেৎনা থাজবা লৈজে। অদোমগী হায়র লেভেলদা লৈরিবা পোলিটিকেল কনেক্সনগী মতাঙদসু য়াম্না তাজরে। অদোমগুম্বা মীশক অমগা থবক তৌমিন্নবা ফংজবসি ঐখোয়গীদি লাইবক ফবনি। ৱাফম অমনা ঐনা অদোমদা পোৎশক অমা হায়খিবদু... ঐগী মীনা হল্লকপদা পায়হল্লক্লিংবগী ৱানি।

অসোম নাকনগী পাউখুমদু অমুক তায়।

"নঙগী টাইগর হায়ব্রা কৈনোদুদি অফাওবা, *রিলাইএবল* ওইবা মীনি। মাদি ফীভম, মতমগী মতুংইন্না ক্রাইমসু তৌবা ঙম্বা মীনি। মা য়াওরবদি য়ারে কৈনো। নোংম-নীনি লৈরগা *লেটেষ্ট দিভেলপমেন্ট* অমুক খঙহল্লক্কে। ঙসিগী ওইনদি থল্লগে, *ওকে বাই*...।"

ফোন তৌরিবা নুপাদু ৱারী শাংনা শাংনা শাই। লুপা চনী চহুমমুক তাবা বিলদু করিসু লৈতনা পীথোক্লম্মী। রবিসু ঙকই, নুপাসিবু করি থবকপু তৌবনো, পৈশাগসি কৈসু লৈতনা ৱাই শীজিন্নবদৌনা জ্রো-জ্রো শীজিন্নথোকপা ঙম্মী। মানা থা অমদা ফংলিবা তলবসিদি নুপাসিনা নুমিৎ নীনি হুম্নি ফোন তৌবদা ইরায় লায়না লোইশিল্লম্বসু য়াই। নুপাদু মমল য়াম্বা, অফবা, অনানবা ফিরোল শেৎ চায় অদুবু মশা নান্না লেম্নদি উদে। হেক উবদা কনথা-কলেংনবা, অকন-অরাক্কী থবক তৌবা ঙমগদবা শক্তা অমদি তাই।

নুমিৎ নীনি হুম্নি খূদিংগী ফোন তৌবা হেক হেক লাকপদগী রবিগা নুপাদুগা তশেংনা ৱারী ৱাতাই শানদুনা কৌন-ঙাঙনদ্রগসু মশক মখৈদি খরা খরা খঙনরে হায়বা য়ারে। অদুবু ফোনদা করি করি ৱারী শানরিবনো হায়বদুদি খঙদে। নুপাদু লাক্লবদি রবিসু নুংঙাই। নুপী অঙাং কোকথোং অমা লাক্লগা লোকেল কোল খরা তৌরগা লুপা অহুমখক থাদরম্বদুদি শেন্নবনা হেন্না ৱায়। নুপাদু লাক্লগা এস টি ডি ঙাইহাক্তং তৌরম্বদুনা পৈশা তাবসু হেল্লি, থবক শম্বসু হেল্লি। নুপাদুসু তোয়না লাক্লবনিনা হেক লাকপগা রবিদা মীৎচিনা হাইফেৎ য়েংলম্লগা এস টি ডি শম্বা কা মচাদুদা ফৎ হেক্তা চঙখি, থোইনা ঙাঙন-শক্লরুদ্রে।

"ঐখোয়গী জিমি সাহেবতু লৈবীদ্রা? মাবু অমুক্তা পায়হনবীবা য়াব্রা?... করি হায়বা? চৎথোকখি হায়বা... মিনিট তারমুক্কী মনুংদা হল্লক্কনি হায়বা... ফরে অদু ওইরগদি মিনিট তরামুক লৈরগা অমুক তৌজরক্কে।"

ফোনদু থম্মী। থোঙ হাংদোক্তুনা থোরক্লগা রবিগী নাকন্দা থারিবা বেঞ্চ মচাদুদা ফম্মী। খোঙগ্রাউগী পোকেটতগী চুরুপ উপু অমা লৌথোক্লগা মচৈ অমদা মচীনবান্দুদা চুপ্লগা উপুদু রবিগী মমাঙদা ইনশিল্লক্লগা হংলকই, "ইনাওদি...?" 'ঐদি তৌজদে' হায়রগা মঙক হাই। গ্যাস লাইটর অমা ফুরিৎখাউদগী পুথোরক্লগা মচীনবান্দা চুপ্লিবা মচৈদু মৈ চম্মী অদুগা চুরুপ উপুদুসু গ্যাস লাইটরদুসু খোঙগ্রাউগী পোকেটতা অমুক হাপচিনখি। মৈ চাক্লবা চুরুপ মচৈদু শাংনা চিংলুরগা মৈখৃদু অমুক কামথোকখ্রগা নুপাদুনা রবিদা হায়রকই, "ঙৈহাক লৈরগা অমুক তৌবা তারি। ঐনা ফোন তৌরিবা মীদু চৎথোকখিমাল্লে।"

রবি পাউখুম পীরুদে। নুপাদুদা ফল্লপ য়েংলুই ঙসিদি নুপাদু নহানমখৈদগী খরা সেরিয়স ওইনা উই। নুপাদুনা মখা অমুক তারকই, "নঙবু পি সি ওদা থবক য়াওবা কয়াম কুইরে?"

"চহী অনীমুক ফারক্লে।"

"তলবতি কয়া ফংই?"

"য়ামদে। হায়দোকপা ইকায়বা ব্রানি ককা... থাদা লুপা লিশিং অমখক্তংনি ফংলিবা।"

"নঙবু পৈশা য়াম পায়নিংদ্রো? লিশিং অমদুনবু হৌজিক্কী মতমসিদা শীজিন্নবা কোন্নরিব্রা?"

রবি নুপাদুগী ব্রাহংদুদা ব্রাখল অমা খল্লকই। নুপাদুগী পৈশা কোম্না শীজিন্নবা উবদা মানা জাৎ জাৎ ব্রাখল ময়াম অমা খল্লক্লিবসি ঙসি নুমিৎ মঙা তরুক্লিদি শুরে।

"ককা, কোন্নদে হায়দুনা করি তৌরুনি। হৌজিক্কী মতমদা নাতৈ চাবা থবক অমা ফংবা হায়বসি অরায়বা থবক অমদি নত্তে।"

"পৈশা পায়নিংলবদি ঐগা থবক খরা তৌমিন্নসি। খরা লৈরগা হায়রক্লে।"

রবিগী পাউখুম ঙাইরমদনা খৃদাং ঘড়ীদা ফৎ য়েংলগা নুপাদু ফোন তৌফম কাদুদা অমুক চঙখি।

"জিমি সাহেব অরুবা ব্রাফম অমনা... সিক্যুরিটিগী মতাংদা অহোংবা খরা লৈরে। মরম অদুনা লম্বীদা কন্সাইমেন্টশিংদু পন্দুনা লৈরে। অদোমগী কনেক্সনশিংদু শীজিন্নদবা য়াদ্রে।"

অসোমদগী লাকপা পাউখুমদু অমুক ঙাই।

"তঙায়ফদনা মফমদুদা ঐখোয় চঙশিন্দবা য়াদ্রে। নৎত্রবদি ফীভমসি হেন্না ফৎচিল্লক্কবগী ফীভম অমদা লৈরে। ৱাফম অসি ঐখোয়গী পার্টনর খান সাহেবতসু অমুক্তা খঙহনবীখো। অদুদি থল্লগে।"

ফোন তৌরম্বা নুপাদু পম্থরমদ্রে, রবিগী বিল পীথোক্লম্লগা থুনা য়াঙনা চৎখি।

নীনি, হুয়্নি খূদিংগী মাগীদা ফোন তৌবা লাক্লম্বা নুপাদু হন্দক্তি লাকখিদবা চয়োল অমরোম ফারক্লে। রবিসু ৱাখল মচা অমদি মকোক মনুংদা খল্লি, নুপাদুবু কমদৌথ্রবনো? নুমিৎ নীনিগী মমাঙদগী মাগী টেবল মথক্তা তাদুনা লৈবিবা খবরদুদা য়াওরিবা পাউদু ঙসিখক্তদা খজীক খজীক ময়েক শেংলকপগুম তৌরকই– নম্বর ফোর কারবার তৌবা লৈবাকসিগী মমিং চৎলগা স্মগ্লর কির্ত্তি এলিয়স জুগুনু অরোনবা পোৎ পুদুনা বোর্ডর লাম্থোক্লবা হোৎনবদা সিক্যুরিটিগী নোংমৈনা পান্দুনা শিরে।

লৈবাকপোকপা

মার্চ ০৯, ২০০৪।

# হনুবৈ মপাল

মীৎতাঙবনি পূম্নমক
নফমদদি নুংশিবা নঙগী।
অকঙবা লৈখোক্তসু
শাৎহল্লি অনৌবা লৈরাং।
— নুংশি শক্তম অমা

গুলাপবাবুনা লৈকায়সিগী এম ঈ স্কুলসিদা ওজা ওইবা লাকখিবদু চহী তরামঙারোমগী মমাঙদনি। মতমদু গুলাপবাবু মশাগী চহী ৪০ রোম শুরে। মমাঙদা অতোপ্পা জগা অমদা চহী তরামরি তরামঙারোম অমসু ওজা ওইরুরে। মাগী লেমহৌরিবা ওজা ওইবগী পুক্সিদু লৈকায়সিদা অদুম লোইগদৌমাল্লে। ইচম চম্বা ওজা মচা অমা ওইনা লাকখিবদু ঙসিদি এম ঈ স্কুলসিগী হেড পণ্ডিতসু মহাক্লা ওইরে। মশাগী চহী ৫১/৫২ হায়রক্লে, পেন্সন ফংগদবসু শূপ্নতগী চহী তরুক তরেৎখক্তমক ঙায়রক্লে।

ঙসিদি গুলাপবাবু লৈকায় অসিগী এম ঈ স্কুলসিদা হেড পণ্ডিত ওইবতা নত্তনা লৈকায় অসিগী মীদৌনা মাগীসু খঙন-চান্নবা কয়া লৈকায়সিদা লৈবক্লে। অয়ূক্তা অঙাং লাইরিক তাক্লম্লগা ময়ূমদা চৎলুরগা মথৌ ইরৈ লৈতনা নুমিদাংৱাইরম অমুক হল্লক্লগা লৈকায়গী হোটেলদা চা থকপা য়াওরৈ, পান দুকান্দা ক্বা চারৈ। নুমিদাংৱাইরম য়ৌরক্লগা ময়ূমদা অমুক হনখি। করিগুম্বা নুমিৎ অমদনা লৈকায়গী নহারোলশিংগা কুইরেবমখে ৱারী শাদুনা লৈথোক্লগা থেঙনা ময়ূমদা হনখিবসু য়াওই। লৈকায় অসিগা মাগা থাদোক্নবা য়াদবা মরী অমা লৈনখিবদৌনা তৌরে।

গুলাপবাবুগী মী অতৈদগী তোঙানবা শক্তম অমা লৈজে। মাগী অতৈদগী তোঙানবা শক্তম হায়ববু হৌজিক্কালসিদা নহাসু অহলসু দেব-কৰ্ম্ম, লুহোং খোঙদোংবা, শোরাৎনচিংবা খরা খক নত্তনা ফৈজোম পূময়াৎ শেত্তুনা থবক ইনখাং চৎনদ্রবা মতমসিদা মহাক খক্তনি অহল-লমনগী লীক্লম ঙাক্তবা য়াদে হায়বা মতাগুম ফৈজোম-পূময়াৎ নান্না শেত্তুনা চৎপসি ফজৈবো, লেশ্মীবো হায়দুনা শোন্নবসু কোঙ্গায়নি। হৌজিক্কালগী নহারোলশিংনা দেব-কৰ্ম্ম চৎপা ফাওবা ফৈজোম শেৎপা হৈতে হায়দুনা পাইজমা-কুর্টা শেত্তুনা শমজিন্নরবা মতমসিদা মহাক্লা কমদৌনা অসুক নীংথিজনা ফৈজোম শেৎপা হৈরিবনো হায়দুনা হংনরিবনি। কনাগুম্বা মচীন য়াওবা লৈকায়গী নহারোলশিংনা 'ওজা গুলাপ নঙোন্দগী ঐখোয়সু ফৈজোম শেৎপা তম্বা তারি' হায়বসু য়াওরিবনি। ওজা গুলাপসু নোক্তুনা অদুম খুমখি, "নখোয়নবু হৈনিংলবদি নখোয়না শংবা নুমিৎ অমদা হেক্তা হায়রকউ, ঐ তম্বীগে। অনীরক অহুম্লক্তং শেৎপদা অদুমক তাজনি।"

ওজা গুলাপনা ফৈজোম শেৎখিবগী মরম অমসু লৈখি। নহা ওইবিঙৈদা মশক-মতৌ ফজৈ, মখোল ফৈ হায়দুনা পূং-ঈশৈ তৌ হায়দুনা সঙ্কীৰ্ত্তনগী ঈশৈ শক্লম্মী। স্কুলগী অঙাংশিংগী ওজা ওইরমদ্রবসু সঙ্কীৰ্ত্তনগী শৈশকপা অমা ওইরম্লবসু নহান্না লৈবাক্লা শকখঙলবা কলাকার অমা ওইরম্লনি। মীরোলগা লৈজদবগা ওজা ওইবা অমুক চৎপা, দেব-কৰ্ম্মগী ঈশৈ শকপা অমুক চৎপদা ফিরোল হোংদোক-হোংজিন তৌবদু নংনদবা, ফরক তাবা য়াওরকপদগী ফৈজোম পূময়াৎ শেৎলগা অদুম চৎলকপদগী মমৈথংদদি মসিনা মঙোন্দা নুংঙাইবা, পকচবা অমা য়াওরক্তুনা ফৈজোম পূময়াৎ অসুম শেৎখিবনি। হৌজিক্তি ফিজেৎসি নৎত্রবদি হৈনদবদৌনা তৌরে। মশক-মতৌ ফজবা

মীনা শেৎতোক চাথোরকপসি ইফদা ফজৈ হায়বদুনি। ওজা গুলাপনা নুমিদাংৱাইরম চন্দোন-চৱা লঙনা থিল্লগা ফৈজোম পূময়াৎ নান্না শেৎলগা শাল অমা ইল্লগা লাকপদি ফজৈবো, লেম্মিবো। কনাগুম্বা মপূকচেল ফাবা ঙমদবী মৌ নহাশিংনা অসুম্না হায়রকপসু য়াওই, "ওজা গুলাপসে লৈশারিঙৈ তাঞ্জাদগা থেংনরমদা তৌবনি। থেংনরম্লবদি খঙগদবনি।"

লৈকায়গী নহা-অহল খাক্তনা ওজা গুলাপ লাকপসি ওম্থোক্লা হরাওনৈ। হোটেলদা চা থকপদা, বোড়া চাবদা নৎত্রগনা পান দুকান্দগী ক্বা চাবদা কলেজা অমদা খরচ চাউনা চাউনা তৌথোকই। মসিদা লৈকায়গী মী অয়াম্বনা মহাক লাকপসি পাম্নে। মহাক লাকপদা খোইদৌ শাউগৎলিবসি লৈমতোন খক্তা ঙায়রে। লৈমতোনগী মন্দোমচানা ফম্বা পান দুকান্দুদা লৈমতোন্না ঙাইহাক মহুৎ শিন্দুনা ফম্বা উরবদি মীরক নারক য়েংলগা ফৎ চঙলক্লগা অহানবদা 'ক্বা চাগে' হায়রক্কনি, মদুদগী মাগী হৌনবী চোইঙাং ঙাঙবদু মথঙ মথঙ হৌরক্কনি।

"লৈশাবী নঙবু সেনিমা য়েংনিংদ্রো? নোংফাদোকসু ঐখোয়সু টিকেট অমতা ককচগে। য়েংমিন্নসি।"

অহানবদদি লৈমতোনসু গুলাপবাবুগী তেঙৈদৌনা মচীন থৌরবা ৱাতাদুদা ইকাইদুনা খুল্লমদে। অদুবু তোয়না অসুম হায়জিল্লকপদগী মমৈথংদদি করিসু খল্লক্ত্রে। নোংফাদোক্তি মচীং লাক্তুনা অফিং-অফাই ওইনা খুল্লুবসু য়াওই, "হনুবা নশক্তুগা শেৎলিবা ফিজোলদুগা ঙাঙথোরক্লিবা ৱাদুগা অমতা চানদ্রে। নখোয় পালা তৌবা কাঙবুগী নুপী অঙাংদা লেকথজগনবসিনা...।"

ওজা গুলাপসু থথাগী মী নত্তে, লৈমতোন্নবু খজীক্তং খুল্লক্লবদি মখা তাজহৌরগে হায়দুনা তাঞ্জা য়েংলিবনি।

"ইবেম্মা চান্নহনগে, চান্নহল্লোই নঙোন্দা লৈরে। হয়েং ঐনা হায়রিবসিদা য়াহৌরম্লবদিকো হায়দুনা তকশি শোল্লকপা মতাংসু লাকখিনি।"

"অচ্চা! হনুবা নঙোন্দবু কনানা?"

লৈমতোন্না চহী তরামঙা তরাতরুক শুরকপা কালদনি গুলাপবাবুনা লৈকায়গী এম ঈ স্কুলসিদা ওজা ওইবা লাকখিবদু। মতমদু লৈমতোনসু লৈশাবী পূংকক ফারকপগী ইঙাও ঙাওজবা মতম্নি। লৈমতোনবু পোকপা ইমা-পাবুংদু ঙস্তানা লৈখিদদুনা মখূরা

মন্দোমচানা মাবু পীক্লিঙৈদগী য়োক্লকখিবনি। মহাকসু মেট্রিক ফাওবদং মহৈ-মশিং তমহল্লগা নুপী ওইবীগী শিনফম ফিশা-লোনশা অদুমক তমহল্লে। লশ্মী ময়া ওইবদুদা খজীক্তং কান্নগদ্রা খন্দুনা পান দুকান ওই, করি ওই দুকান মচা অমা ফম্বদু নুমিদাংব্রাইরমদি লৈমতোন্না মহুৎ হেক হেক শিনবী। মন্দোমচাসু লৈমতোন্না ফল্লবদি পোৎশিৎ ফবদুদা হরাওজে। লৈমতোনসু মশক মতৌ ফজবী লৈশাবী অমা নৎত্রবসু অথিবী অমদি নত্তে। কাবক কাবক য়েংবা অদুম নুংঙাই, কেথোরকপদা রাশি গুণ অমদি চেল্লি।

লৈমতোনগী মরায়বকসিসু অঙকপনি মন্দোমচাগী পান দুকান্দুদা নহা অহল খাক্তনা ক্বা চাবা লাক্লবসু কনাগুম্বা নহাশিংনা নুংশিগী তেন্না কাপ্লবদি ইয়াও হেক য়াওখিদে। নহা ওইবগী ঈথক ইরাং পূম্নমক মঙোন্দসু ফাওজরিবনি। ফীভমসি মঙোন্দসু ইপেন পেঞ্জদে। মহাক্না নুমিদাংব্রাইরম খূদিং কেনা মন্দোমচাগী দুকান ফমজরিবসিসু শকহেনবা, লম্লানবা পাখঙদুনা নুংশিগী তেন কাপ্লকপদুনি ঙাইজরিবা। খনখৈ খল্লুরগা ফৈজোম শেৎপা, পূময়াৎ লীৎপা হনুবসিনা অসুম শঙদুনা লৈবসিনা লৈখোঙ শঙবা পাম্বা খোইমু য়াওরম্লবসু চঙবা ঙমদ্রব্রা হায়দুনা ফৈনা খল্লকপসু য়াওরকই। নোংমদি ওজা গুলাপনা লাকপদু লৈমতোন ফ্রং শাউগৎলকই, "ওজা গুলাপনা নুংতিগী শঙবীদনা ঐখোয়গী দুকানসে পাখঙ কনামত্তা চঙনিংদ্রে।"

ওজা গুলাপ লৈমতোনগী ৱাতাদুদা খজীক্তং শাউগৎলক্কদ্রা হায়দুনা খল্লুবনি অদুবু ইফিং ফিংগত্তনা ইতপ তপ্পা খুম্লকই, "ঐনা চঙলক্লগা পাখঙ চঙলক্কনি হায়রবদি হয়েংদগী হৌনা হেক্তা চঙলক্লরোইনে। করিগীনো নঙনা ঙসি ৱাতা অমা তৌরক্লিবদি...?"

"অদুবু নশাদা অদুম হংজরো।"

মথঙগী নুমিত্তগী ওজা গুলাপতু লৈমতোনহোয়গী দুকান্দা ক্বা চাবা চঙলকখিদ্রে অদুবু মহৌশাগুম্না লৈকায়দুদা লাকপদি লেপত্রি। হোটেলদা লৈকায়গী নহারোল অহল্লোনশিংগা চা থকপা, লৈকায়গী নহারোলশিংগা লম্পাক্তা ফমদুনা ৱারেম ঙাঙবদি হান্নগী হান্না মখা অদুম চত্থরি।

থা অমুক লৈরগা লৈমতোনগী দুকান মপা লাম্হোক্লিঙৈদা ইথা থাজদনা তুংলোমদগী লাউরকই, "ওজা গুলাপ, তাবীরিব্রো? অমুক্তা ঙাইবিখো। দুকান্দা

লেঙশিনবীরক্তবসু কুইরে। ক্না অমতংদি চাবিখো।"

গুলাপবাবু লৈমতোনগী দুকান্দু য়েংলমদনা লম্বীদু নাঙ্খোকখিগে তৌবনি অদুবু খোঞ্জেলদুনা মখোঙ থাংবা ঙমহন্দ্রে। লৈমতোনগী দুকান্দা চুমদ্রিং চঙলক্লে, নাকন্দা কনা কনা লৈবগে থোইদোক্লা য়েংলুদে। ক্না তপ্না তপ্না হায়রকই, "ওজা য়াম্না শাউবীখ্রমাল্লে, ক্না চাবগা চঙবীরক্তবা কুইরে।"

গুলাপবাবু থোইদোক্লা খুন্নুদে, তৃমিন্না অদুম লৈ।

"ওজা মখোয় অনীসি ঐগী নৌনা খঙনবা ইমান্নবনি। মখোয় অনীমক হৌজিক হৌজিক মপান্দা লাইরিক তম্লিবনি।"

লৈমতোন্না ক্না চাদুনা ফম্লিবা তনাপ-তনাপ্পা, মশক মতৌ ফজবা নহা অনীদুগা ওজা গুলাপকা শক খঙনহল্লি। নহা অমদি লৈমতোনগা হূরান-হূরান য়েংনৈ। ওজা গুলাপ লৈমতোন্না থৌদৌদু কৈদৌবগী তৌরিবনো হায়বদু হায়নদ্রবসু মশানা অদুম ভাব তাই। 'হনুবা কান্নররোই, আশা তৌরুরনু হায়বনি।' মহাক করিসু শাউনিংবা পোক্তে, হনুবা ঈ ঈংথরবা মঙোন্দা লৈশাবী কনানা পাম্বীদোইবা? হনুজরবসু সাহেবকী অহলদৌনা কোট, সুট তৌদুনা গপ-গপ চৎপসু নত্তবা, মতমসিদা হৌজিক্কী মতমদা চান্নদ্রবা মওংদা ফৈজোম পূময়াৎ লীৎপা মঙোন্দবু লৈশাবী কনানা... মসিদবু মাবু ফত্তে করম হায়গনি। লুরিবদি খামজিনবা ঙমদ্রবা মঙাও থীবা মাগী থম্মোয়দুনি।

গুলাপবাবু নুপী অঙাংদা পংঙাও ঙাওবা মীতাদি নত্তে। মহাক্কী অহানবা নুপীদু মহাক্না চহী নিফু হায়রকপা তাঞ্জাদুদা লৈখিদে। অহানবগী নুপীদুনা মচানুপা অমা মচানুপী অমগা থনম্মী। য়ুমগী মীশিংনসু নুপী অমমুক থিনবা কন্না তক্লরম্মী। মচা অনীদু মমা অতোম্বীনা য়োকপদু পামদে হায়দুনা মানা শিখাং খাঙদুনা য়াখিদ্রিবনি। নৌনা ময়ূম পাল্লুবদগী মন্না-মপূরোইবা কায়নদুনা ময়ূমদা হল্লক্তুনা লৈরবা মচন্নুপীদুনা মচা অনীদু কোন্দুনা লৈরিবনি। কাইনথঙদা লৈমতোনহোয়গী লৈকায়গী স্কুলসিদা ট্রান্সফর তৌরকপদগী নোংমা লৈমতোনগী দুকান্দা লাক্তুনা ক্না চারবদগী লৈকায়সিগা মাগা তৎনবা য়াদবা মরী অমা শাগৎপা হৌখি।

গুলাপবাবু দুকান্দা লৈমতোন লৈরম্লবদি শোয়দনা ক্না মতপ অমা চারে, করিগীনো খঙদে লৈমতোনবু হেক্তা লক্লনিংঙকই। মরম শুক্লে লৈত্রবসু ব্রা খরদি ঙাঙনীংই। অদুবু মানা ঙাঙবা খূদিং লৈমতোন্নদি নীংথি নুংঙাইনা খুম্বীবকপদি নত্তে।

মহাক্কী মওংসিদা য়েংবা ঙমদ্রবা মহাক্কা তিন্নবা মমান্নবশিংনা নোংফাদোকসু মচীন্না থোক্লা হায়রকপসু য়াওই, "বোন্ধু নঙগী নুপীমচা অসি নৎত্রবদি য়াদ্রবা জাৎলা? নুপীমচাসিগী মওংসিগা... বোন্ধুগী মওংসিগা... ঐখোয়বু মায় থম্ফম লৈত্রেনে।"

মখোয়গী ৱাদুদা গুলাপবাবু থোইদোক্লা ফিংগত্তে, ইতপ তপ্না খুম্লকই, "বোন্ধু নখোয়নদি খঙদ্রিবা। নুপীমচাসিগী মশকসিদা লৈখিদ্রবা ঐগী নুপীদুগী মশক্তুগা ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা পামজখিবা ফোঙদোকপদি ঙমখিদ্রবা ঐখোয় লৈকায়গী নুপী অমগী মশক্তুগা পূনশিন্নবা মশক অমা মঙোন্দা য়াওরি। মসিদনি ঐবু অঙাওবদৌনা তৌহল্লিবসি।

হৌখিবা থা তরুক তরেৎলোমসি ওজা গুলাপ লৈমতোনহোয়গী দুকান্দা মহৌশাগুম চঙলকখিদ্রে। অদুবু মহৌশাগুম লৈকায়দা লাক্তুনা চা থক্লবা, লাঙলবদুদি অদুম তৌরি। কনানা খঙগনি মাগী পূর্ণিমা নুমিত্তু ঙাইরম্বা য়াই।

সড়ক লাম্থোক্কে তৌরিঙৈদা নহানমুক্তৌনা লৈমতোন্না তুংলোমদগী মাগী দুকান মনুংদগী লাউরকই, "ওজা গুলাপ, চৎলগে হায়রিব্রো...? ঐখোয়গী দুকান্দগা ক্কা চাবা চঙলকখিদবা কুইরে।"

ওজা গুলাপ লৈমতোনগী ৱাতাদুনা সড়ক লাম্থোকপা ঙমদদুনা লৈমতোনগী দুকান মমাঙদা চুমদ্রিং লাক্লে। দুকান মমাঙদা থারিবা ফানশাংদা ফমথবদা ঙায়রি, লৈমতোন্না নংহৌরোইদবা মতাগুম ব্রং-ব্রং ঙাঙথরকই, "কদায় চৎলুবনো ওজা গুলাপ? হৌজিক কালসে ফৎনখিদ্রে, থাজবা য়াবা কনাসু য়াওদ্রে। লায়রবা ঐখোয়বু নুংশিবীবা মী কনাসু লৈতমাল্লে। ওজাসু অদুমঙায়, ঐখোয়বু করিসু নুংশিবীদবমাল্লে, খজীক্তং ঙাঙলুবগী শাউদুনা দুকানসিদা ক্কা চাবগা চঙবীরক্তবসি কয়াদি কুইরে।"

ওজা গুলাপ লৈমতোন্না ঙাঙলক্লিবশিংদু ভাব অমত্তা তাদে, মঙদৌনা থোকই। মপূক্লিংদা মতাং চাদনা অমুকসু খল্লুই– নুংশিবীগদবা মীদদি তিন্নসি, ঙাঙনসি হায়দেদো। ঙসি মসিনা তৌরিবসিনা করি লাই ওক্করক্লবা জাৎনো? নহানমখৈ মাবু ৱা ঙাঙহন্নবা হোৎনবদা ওম্থোক্লা ৱাশ্রবনিদা... ঙসিনা অচেনবা ঈশিংদৌনা মরী মরী।

"ওজানা ঐগা অমুক্তা সিনেমা য়েংমিন্নসি হায়বদাই, কৈদৌঙৈনো নুমিৎ অমদা হেক্তা য়েংলুরসি।"

ওজা গুলাপ লৈমতোন্না ঙসি ঙাঙলিবা ময়ামদু ভাব অমা ইতা তাদে। হরাওগুমসু

তৌই, ইপা পাখংকুমসু তৌই। মেন ইতা তাদনা, 'থাংজ নুমিত্তা য়েংলুরসি' হায়রম্লগা লৈমতোন্না পীরকপা ক্বাদু ময়া লাওনা কাথোক্লগা মখনাও মনুংদা লংশিনখ্রগা মচীন্দা লাকপা ঈশৈ অমা ঙংলগা থোরকই।

সেনিমা য়েংলিঙৈদসু লৈমতোন্না ওজা গুলাপকী মখূত্তা চেংনা পায়শিল্লকই। লৈমতোনগী মওংদুদা ওজা গুলাপ্তু নুংশা থীরক্লব্রা করিনো হায়রকই, "নঙগীসিবু মীনা উরবদি কমদৌদোইনো?"

"হনুবা, নঙনা নহানমখৈ নমায় অদুক য়াম্না কল্লিবদুদি মসি ফাওবা কিব্রো?"

ওজা গুলাপ মখা তানা খুম্লুদ্রে লৈমতোন্না তৌরিমখৈ য়ারে। অদুবু মপূক্লিংদদি শৌবিং শৌবিং লাউবা অমদি য়াওরি, মখোয়না তৌরিবদু অউবা কনানা অচা, চহী মতাংসিগা তৌরিসিগা... হেক হায়নরদি।

সেনিমা য়েংবা লোইরগা নহারোলশিংদৌনা রেষ্টুরেন্টতা চঙলগা কোল্ড ড্রিঙ্ক থক্লকই। অউবা কনানা মখোয় অনীগী বোয়সতু উরগা ঙক্লা য়েংনহৌই।

"নঙগী নোংমা ঐঙোন্দা শক খঙহনখিবা মরূপশিংদুদি কমদৌখ্রে?"

"করিগীনো, তাঞ্জাসিদা মদু অমুক নীংশিংলক্লিবদি?"

"কৈসু তৌদে। চুম্না সুম খঙনিংলুবগী ৱানি।"

"খঙনিংলুনু মদু খঙবদা কান্নবা ৱা ওইদ্রবনি।"

"ফৈ মদুসু। অদুবু কান্নবা কান্নদবা ৱাদি ঐগীনি, নঙগী নত্তে।"

লৈমতোন্দু ওজা গুলাপকী ৱাদুদা খজীত্তুং শাউনিংনা হায়রকই, "ঐখোয় লৈকায়গী ইনাক খুনবা মুহোরিগী অমত্তা পোকপা মচানুপীদু অমুক কোয়খ্রে। নঙদি নুংঙাইরিনি।"

ওজা গুলাপ লৈমতোনগী ৱাদু খুম্লুদে, খুম্লুরগা হেন্না নাতৈ চারোই হায়বা মা খঙই। তৌরিবা মওংদুনা মঙোন্দা হেন্না কান্নরবসু অহেনবা পাম্বা নুপামচাদুগী মমাঙদা নুপীমচাসিনা ইকায় নুংশি য়ান্নহৌবদুদি মহাক তশেংনা নুংঙাইতে।

হৌজিক্তি লৈমতোনগা ওজা গুলাপকা তশেংনা নুংশিনরে হায়রিব্রা করিনো হরাও হরাও কৌনা ঙাঙনরে। মরক মরক্তগসু কোয়বা খোৎপসু চৎমিন্নরে। তশেংনা নুংশিনরব্রা হায়রবসু ময়েক অমা ইশেং শেংদ্রি, লৈমতোন্না নোংমা ফ্রং লাউনা শাউগৎলকপা নুমিত্তা পূংতোই তোইবসু য়ারিবনি। লৈমতোন্না মশাগী চহী

কুন্নিথোই কুনহুমদোইরোম শুরকপকালদগী খজীক খজীক লুমজরকপদুনা লৈশাবী শরী চহী আ য়ৌরবকাল চহী কুম্থ্রাতরেৎ কুম্থ্রানিপাল স্বায়দা কাবক কাবক ঙাঙনবা য়ারকপগী ব্রানি। তগৎ তগৎ তেক্লিঙৈ লৈহী চোন্না য়াওরিঙৈ মতমদদি মশূং মমান্নবা খোইমু কয়াবু ঙাইজরম্বনি। মতমসিগী ওইজ থিবা খোইমুশিংনা ঙাইহাক ঙাইহাক লম্বল্লম্লগা মতা চাবা মফমশিংদা অমুক পাইখি। মশূং মমান্নবা কয়া য়েংগৈ য়েংলম্লগা বাট ঙাকপা ওইনা উপায় লৈরক্ত্রদুনা হনুবসিদা তাশিল্লকপ্রা খঙদে। হনুবসিসু খাঙবদি হাইফেৎ কনবা জাৎনি, লৈমতোন্না মখোয়গী দুকান্দা অমুক চঙহন, অমুক চঙহন্দা তৌবদু ষণ নারেকপী শাদুনা ব্রা-লান অমতা ঙাঙদনা অসুক শাংনা গৃ-গৃ ইন্দুনা লাকখিবনি। ঙসিদি খাঙবা কল্লগা ফমেন ফম্মি হায়বদু থোক্লরে।

লৈশাবী অরিবী লৈমতোনগা হনুবা, পাখ্রা ওজা গুলাপবাবুগা নুংশিনরে, মরী লৈনরে হায়বসি অদুব্রাইগী মীনা খঙবদগী হেন্দোরক্তুনা মাবু য়োক থাকপীরিবা মখুরা মন্দোমচাসু খঙলে। মখোয়সু মদুনা ফরে খল্লব্রা কৈনো ব্রা-লান অমত্তা ঙাঙলক্তে।

"ওজা গুলাপ লৈমতোনসি ওজাহোয়গী য়ুমদা পুখ্রোদনা। স্বায়দা সুম শঙনদুনা লৈগদবগী শরূক।"

নুংথিল নুংথিল চা থকফমদা পূনবা নহা অমনা ওজা গুলাপকী মওংদুদা নুংঙাইতদুনা হায়রকপনি। নহাদুগী ব্রাদুদা ওজা গুলাপসু মথা শারপ্লা, "ঐসু খনবা কুইরবনি। মঙোন্দসু অমুরক অনীরক হৌদোক্লুরবনি। অদুবু মচিং-মশোন নাইবী নুপীসিনা মানা য়ানিংদ্রবদি ফ্রং শাউগৎলকপদুদা পাঙ্গল অমা ইথোক থোকপা ঙমদদুনা লৈরবনি।"

"অদুবুদি ওজানা পাঙদদুনা তৌবনি। ঐখোয়দা ওইরম্মবদি নহান্না নামৈ পায়দুনা য়ান্নরক্কদবনি। ওজানা হৈত্রগনা ঐ মন্ত্র অমা তাক্কে, মদু ওজানা তৌবা তাবা। হয়েং মায় পাক্লবা কালদা ঐখোয় ময়ামগী গ্রাণ্ড ফীষ্ট অমদি কাউবা য়াদে।"

"থবকপু মায় পাক্লবদি গ্রাণ্ড ফীষ্ট অমতা নত্তে, মেনি মোর...।"

ব্রারীদু শানখ্রবা মতুংদা ওজা গুলাপতু লৈমতোনগী দুকান্দা নুমিৎ নীনি হুম্নি লাক্তে। লৈমতোনদু খজীক্তং নুংঙাইতে নহানমখৈদি শাউনরবসু নুংতিগী তত্তনা ক্না চাবদি লাকপনি। কৈদৌখ্রবনো অমুকসু খল্লি অদুবু থোইনা মকা ফোংলুদে। অমুকসু

মপূক্লিংদা চাউথোক্লা খল্লি— মানা ঐবু থাদোকপা ঙমসু ঙল্লোইদবসিবু। চহী কয়ানো? মানা ঐবু ঙাইখিবদুবু...। মরকসিদা লৈকায়গী নুপীমচা অমনা লৈমতোন্দা তল্লে।

"ইচে লৈমতোন। ওজা গুলাপতু মশক ফজবী নুপী অমা মাগী গাড়ী মনীংদা হাপ্তুনা পুখি। ঐসু উহৌই।"

"নঙবু অশেংবা উহৌব্রনে?"

"ঐদা নত্তে। ইমান্নবী ময়াম অমসু উহৌবনি। থাজদ্রগা মখোয়দা হংগেসু হংউ।"

লৈমতোন নুপীমচাদুগী ৱাদুদা পিং লাউই। শাউনিংবনা মশাদু থক থক নীকই। খুদক্তুদা ওজা গুলাপতু লাক্লবদি মশা শাগল লাক্তুনা চিংবা ঙমগনি।

নুমিৎ নীনি হুম্নি অমসু ওজা গুলাপ লৈমতোনগী দুকান্দা চঙলক্তে। নুংথিলদা লৈকায়গী নহাশিংগা ৱারী ৱাতাই শাবদি লাকই হায়বদি মাসু অদুম খঙই। লৈমতোনগী শাউনিংবা হায়বদু য়ৌরে।

মঙানি শুবা নুমিত্তা ওজা গুলাপতু লৈমতোনগী দুকান্দা ফূৎ ফাওজিল্লকই। থৌ-ৱা ইশা শাদনা 'ক্বা অমত্তা চাগে' হায়রে। লৈমতোন্না ক্বাদু তপ্লগা পীগে হায়দুনা তৌবদা লৌগদবগী তিংথোরকপা মখূত্তু তাপ লাউনা ফারগা শাউনিংনা, "ওজা গুলাপ, নহানমখৈ কদায় চৎলুই?"

"থবক চিন্দুনা তৌবনি, কৈসু চত্তে।"

ইয়াং য়াংনা খুম্লকই। মখা তানা মরী-মরী ঙাঙথগে তৌবনি অদুবু মদুগী তাঞ্জা পীরমদনা 'থবক য়াম লৈ' হায়রম্লগা ফৎ লাউনা কনথোক্লম্লগা চৎখি। লৈমতোনগী শাউনিংবী হায়বদু লুতোন য়ৌরে।

মীনা সুম ঙাঙনরকপদগী হেন্দোরক্তুনা লৈমতোনসু ওজা গুলাপ্না মাগী এন ভি মনীংদা মশক মতৌ ফজবী নহা ওইরিবী নুপী অমা হাপ্তুনা পুবসি মাসু উবা অমুরক অনীরক শুরে। অমুকখক্তি নুপীমচাদুনা ওজা গুলাপকী মখ্বাংদা ওল্থোক্লা চাক্লা, নকশিন্না কোল্লগা চৎখি। দৃশ্যদু উবদা লৈমতোন নিংশাম্বর থিংই, মতেক অমদি ৱাম্বুগে তৌই।

"ওজা গুলাপ, ঙসিদি অশেংবা অমা ঙাঙনদবা য়াদ্রে।"

লৈমতোনগী ৱাদুদা ওজা গুলাপ্তু ইহা হাদনা অদুম লৈ।

"কৈনো ঙাঙনসি।"

"নঙনা এন ভি মনীংদা পুরগা হেক হেক চৎলিবা নুপীদু কনানো? ঐঙোন্দগী হেন্না ফজবা জাৎলা?"

"এ... হে... নঙনা নমীৎ-ননাগা শংদোক্তুনা ঙাঙলিবদুদি অদুগী ওইরেকো। ইবেম্মা নবুক ফত্তবা তৌনু ইমান্নবগী মচন্নুপীনি, নুংশিদুনা সুম পুবনি।"

"নমান্নবগী মচন্নুপীনবু মবুংগী মমান্নবগী খ্বাংদগা... তূক্কৎচৈ। চীন্দগা পন্নিংদে।"

"য়েংনিংদ্রগা নঙ হেক লাক্তুনা তৌরোদনা।"

"হনুবা নঙ হৌজনু, নঙ সুম হেঞ্জিল্লকইকো। নকোক্তু মশূং তরেৎ থোক্লা থুগাইরবদি থম্মোয়সি হেক পেনগদবনি।"

'থুগাইনিংলগা হেক থুগাইরোদনসে' হায়বল্লগা ইহা হাদনা, নোকমি নোকমি তৌদুনা ওজা গুলাপ্তু অমুক থোকখি। মাগী ইহা হাদবা মতৌসিদনি লৈমতোন্না দ্রিঘ ফূক্লিবসি। ষণ অতেবীনা ৱাইবদা শরু ফংবদৌনা খজীক-খজীক তকশিল্লকপদা থম্মোয় মনুং য়ৌশিল্লক্লে।

তশেংনা হৌজিক্তি লৈমতোনসু ৱাখলগী ঈপাক্তা ককঙাওনরে। লম্বা চানদ্রবসু ওজা গুলাপকা খজীক খজীক নকশিন্নরুবনা হন্দোকপসু ঙমদ্রে, মাগী মরমদা খল্লবোই হায়বসু ঙমদ্রে। হনুথংসিদা হনুবসিনা কন্না লৈখৎলক্লিবসিসু থিংবসু ঙমদা তশেংনা মহাক নূং অনীগী মরক্তা হা হায়বদু ওইরে।

অয়ূক চূপ্পা অমা খনবমখৈ খল্লুরগা খনফম খঙলক্ত্রদুনা লৈমতোন্দু নুমিদাংৱাইরম ওজা গুলাপ্তু থিবা থোরকই। খঙন-চান্নবশিংদা কোইহং হংনরবা মতুংদা কাইনথংদা জুৱার শান্নফম অমদা দুরি শান্নদুনা লৈরম্মী। অঙাং অমা থাজিন্দুনা 'মী অমা লাকই থোরক্তবা য়াদে' হায়দুনা কৌথোকহল্লি। ওজা গুলাপ্তু দুরি শান্নফমদগী মোল্লি মোল্লি থোরকই। লৈমতোন উবদা খৌতক চায়, ঈগী খোঙজেল থুগৎলকপোই নীংই।

"কৈদৌরগে? সি তান্না থিবা লাক্লিবসিনা...?"

"ঐ ঙসি য়ূমদা হনবা ঙল্লরোই। ঐবু কদায়দনো অমা পুদুনা চৎলো।"

"কৈনোনেহে নঙনা ঙাঙলিবদুবু তাঞ্জাসিদা। ঐবু ভাব মেন ইমা ইতা তাদ্রে।"

"ভাব তাদ্রগনা নঙনা লুনা তিন্নবা নমান্নবা অমগী ময়ূম হায়রো। অদুগা ঐগী তুং ইল্লকউ।"

"ফৈনে নঙনা অদুম্মা তৌবা ঙম্লবদি নতুংবুদি ইনবীরক্কেনে।"

নোকমি-নোকমি তৌদুনা হ্রাও-হ্রাও ওজা গুলাপ্পু জুব্রার শান্নফমদগী লৈমতোনগী মতুং ইন্দুনা লাক্লে। লৈমতোন ওজা গুলাপকী মওংদু খঙীক্তংদি ঙকই।

ওজা গুলাপ্পু দুরি শান্নফমদগী থোকখ্রগা নুপী চেল্লে হায়বদুদা নুপী থৈফম জগাদুদা মমান্নবা ময়াম লাক্লুনা ৱা-ৱা নোক্লুনা ৱারী শানবা য়াওরম্মী। থেঙলক্লবদুদদি লোইনা হন্নখ্রে। থেঙলক্লবদুদদি অনৌবা অনৌবী অনীদু বসন্ত লোইরমদাইদা শাৎপা লৈরাংদৌনা মথি ফোংলকই। ওজা গুলাপকী মথবাক্তা মফি-মরোল ইকোম কোম্না মমায় থমদুনা হীপ্লিবী লৈমতোন্না ৱারী শাবা হৌরকই, "ঙসিদগী নঙগীদমক ঐ অমুক মথা শাবা তৌররোই। নঙদি শাউনিংলমগনিনে ...?"

"ঐদি কৈদৌবগী শাউনিংদোইবা?"

"নমান্নবী মচন্নুপী হায়ব্রা করিনো... নোংমা নঙগী খ্বাংদা কোন্দুনা চৎখিবা.. মীগী চাক্লুক মুন্নবা হোৎনরম্বীদু মাদি থম্মোয় কায়হৌবা তাবনি।"

"কায়রোহদা..."

"মদুদি কমদৌনা?"

"মাদি নুপানি। লীলাগী নুপীশাবীনি।"

অদুদগী ওজা গুলাপ্পা মাগী শাংলবা ৱারীশিংদু তপ্পা-তপ্পা লীথরকই। লৈমতোনহোয়গী লৈকায়গী নহারোল ময়াম্মা ওজা গুলাপ্পা লৈমতোন্না চেনসি য়াদ্রগা সুম তৌরো... মমিং য়াম চৎত্রিবা লীলাগী নুপী শাবী অমা থিরো। পৈশা খরা পীরগা কেহল্লগা গাড়ী মনীংদা হাপ্তুনা লৈমতোন্না উগদবা জগাদা কোয়থৌ থৌরো। অদুদগীদি লৈমতোন্দু পাখত্তুনা মরায়না চেঞ্জরক্লগনি। ইমান্নবা লীলাগী ডিরেক্টর অমদা ঙাঙনদুনা মশক-মতৌ ফজবী নুপী শাবী অমা থিরগা থবকশিংদু তৌখিবনি। মদুদা নঙনা শাউবা হেনগৎলক্লিবমখৈ ঐগী নীংবা থুংদৌরে খনবদা ঐ কয়াম নুংঙাইখি।

লৈমতোন্না ওজা গুলাপকী ৱাদুদা শুগৎলগা ওজা গুলাপকী মনাতোন্দু পায়দুনা চিংলগা হায়রকই, "অদুনরা ঙসাই ঐনা চৎলসি হায়রগা হ্রাও হ্রাও লাকখিবদু?"

"উম।"

"চো হনুবা, নুপী শাবীগী মতুং ইনখিবা য়াদ্রা? ঐগী ইতুং কৈদৌনা ইনবীরকইনো?"

“অদু ওইরগনা হনুবা ঐগী ইগুণ খঙহনবা তারেদনা...।”

অহীংদু অখাক-অরাও, নোং-নুংশিৎ মতেক অমদি তৌখিমাল্লে মদুদগীদি অদুম তৃমিন্না লৈখ্রে।

ইরাই

এপ্রিল ১৬, ২০০৪।

# চৌবরদা থাদোকখ্রবী

মীওইবা সমাজ অসিনা
লীরি, ইরি, শৈথানরি
ফজবা, অখাঙ কনবা
নুপী নঙগী নগুণশিং।
তম্বীনবা, শৈথাবীনবা লৈত্রবা
নুপী নঙগী
অথীবা শক্তমশিংবুদি।
— নুপী অমা, শক্তম অমা

রামেশচন্দ্রগা উমাগা নুপা নুপী ওইবগী য়ুম্বাল্লকপগী পুন্সিদা থোইদোক্না তাবদা নুংঙাইতবা থৌদোক ৱাথোক অমতা থোকখিবা লৈত্রি। করিবুদি থোক্লুগনি নুপা নুপী অনীমক মহৈ-মশিং মতীক চানা হৈনরবা ঙাক্তনি। মদুগী মথক্তা রামেশচন্দ্র হান্না এম সি

এস ওফিসার ওইরম্বদগী হৌজিক্তি আই এ এস ওফিসার ওইরবনি। উমানা এডেড কোলেজ অমদা লেকচরর ওইরি। যূম্বানবগী পুন্সিদা খৎন-চৈনবা, নাতৈ চাদবা থৌদোক য়াম্না থোকপা হায়বদুদি লাইরিক-লাইশু নীংথিনা হৈতবা, শেল থোক্লবা লম্বেল লৈতবা, যূম্বাল নাতৈ চাদবা কাঙবুদনা নম্না থোকপনি।

নহানৱাই রামেশচন্দ্রনা এম সি এস পরীক্ষা থাবা মতমদসু উমাহোয়গী ইমুংনা মতেং য়াম্না পাংখি। রামেশচন্দ্রহোয়গী ইমুং লায়রৈ, সঙ্গ লৈতে। উমাহোয়গী ইমুংনবু মতেং পাংলমদ্রবদি মতমসিগী চৎনবী ঙাকপা ঙমদদুনা রামেশচন্দ্র এম সি এস ওফিসার ওইরমদদুনা মতমসিগী থবক ফংদবা, ঙাওচৎনবা নুপা অমা ওইরম্বসু য়াই। মসিদনি রামেশচন্দ্রনা উমাবু মাগী নুপী ওইজরবসু মমীৎনা কন্না ফাওবা য়েংবা ঙমজদ্রিবনি।

অঙাং ওইরিঙৈ এল পি স্কুলগী পুন্সিদগীনা এম এগী অরোয়বা পরীক্ষাদু ফাওবা মকোক্তা থংদুনা লাকখিবনি রামেশচন্দ্রগী ছাত্র ওইরিঙৈগী পুন্সিদু। রামেশচন্দ্রগী মতৌসি উবা কনানা নোংমদি রামেশচন্দ্র অচৌবা থবক তৌরকখিনি হায়বসি থাজনখিবনি। মমা-মপানা পৈশা পায়জদ্রবসু নোংমদি মচাগী মপান্না নুংঙাইরকখিনি খন্দুনা মমা-মপানসু অরৈবমখৈ পুথোক্তুনা মচাগীদমক হোৎনখিবনি। রামেশচন্দ্রনা এম সি এসকী রিটন পরীক্ষা ঙম্লে তাবদা ইনাক খুনবা উমাহোয়গী মমা-মপানা মচীন্দদি হায়দোক্তনা অফোংবা এজেণ্ডা অমগা লোয়ননা মাগী মতেং পাংবীগে হায়দুনা চঙলকখিবদা রামেশচন্দ্রদা নত্তনা মহাক্কী মমা-মপানা হরাও হরাও য়াখি। তরেৎ তরা থোক্লা মরম খল্লুবগী মহুত্তা থাংজিল্লক্লিবা খোঙথাংদুনা মখোয়গী মরায়বক ফবগী নুমিৎতু নকশিলহল্লক্লবনি হায়না খনখি।

রামেশচন্দ্রনা এম সি এস ফংলকপা মতমদুদা মখোযগী লমদুগী ক্লব, ওর্গনাইজেশন কয়ানা নুংঙাইবা ফোঙদোক্তুনা ওকপগী থৌরম কয়া পাঙথোকখি। মদুদা রামেশচন্দ্রগী মমা মপানা কয়াদা পেঞ্জখিবা। অফবা মচা পোকচবগী মহৈ ফংলবগুম খঞ্জখি। মমান্নবশিংগী মমাঙদা কয়াদা চাউথোকচখিবা। মসি নৎত্রনে মমা মপানা মচা পোকপা হায়না তান্নরিবসিবু?

থবক পায়বা মতুং চহী অনী ফাবাৎত্রিঙৈদা উমাহোয়গী মমা মপানা মচানুপীবু রামেশচন্দ্রদা থাজনবা ৱা হৌদোরকপদা থবক তৌবদা ঙায়রি, হান্না মনীং ফুনবা ইমুংসু নত্তবনিনা মতম খরদং ঙাইবীনবা হায়রুবদা 'করিগী নখোয়না ৱারুগদগে, ঐখোয়

লৈরিবসিদি' হায়দুনা উমাহোয়গী মমা মপানা অয়াম্বা পুথোক্নুনা চাউনা লুহোংখি। মখোয়গী লুহোংবগী ৱারীদু লৈকায়দুদা ফনা কুইনা লীনখি। লৈকায়গী অহল লমনশিংনা মচা মশূ ৱারকপদা রামেশচন্দ্রগী মতৌ তমজৌ হায়দুনা হৌজিক ফাওবা হায়নরি।

"কৈদৌবে থেঙলক্লিব্বদি?"

থোঙজিন হেক কানশিল্লকপগা মমাঙগী কাদা সোফাদা ফম্লগা টি ভি য়েংদুনা লৈরম্বা মপূরোইবনা উমাদা হায়রকপনি। উমা খংপ্রেক খংই মপূরোইবনা য়ুমদা হান্না লৈরম্বদুদা। অয়াম্বা মতমদা ওফিসতগী নংত্রগনা মফম অমদগী ঙসিদি খরা থেঙলকপা য়াই হায়দুনা ময়ূমদা ফোন হেক হেক তৌরকপনি। করিগুম্বা মতমদনা পার্টি য়াওরুরগা মরোল মরী অমতা লৌবা য়াদবমখৈ ড্রাইভরনা শমদুনা পুরকপসু য়াওরিবনি। থাজদনা মপূবোইবনা ঙসি ঙন্তা লৈরম্বদুদা উমা খজীক্তং ঙকই অদুবু ঙক্তবা শাশিন্নদুনা খুমখি, "ইমান্নবীগী ময়ূমদা চৎলুবনি। মদুদা ঙৈহাক ৱারী শারিঙৈদা থেঙদোকখিবনি।"

রামেশচন্দ্র মাগী নুপীনা খুন্নক্লিবা পাউখুমদু অশেংবা পাউখুম নত্তে হায়বা মা খঙই। আই এ এস ওফিসার ওইদুনা লৈবাক্কী অচৌবা থৌগাই পুরিবা মঙোন্দা মাগী নুপীনা কদায়দা চৎলি, কবি তৌরি হায়বসি খঙবদা পঙলু লুবা নত্তে। মাগী নুপীনা কোলেজ চৎলিবনি নংত্রগনা কনানো মমান্নবী অমগীদা চৎলিবনি হাযদুনা য়ূমদগী থোক্লমগনি অদুগা কনানো অমগীদা হাইজিন্দুনা রমি শান্নরমগনি। পৈশা মাঙলম্বা য়াই তোংলম্বা য়াই অদুবু ময়ূমদদি হল্লক্তবা য়াদবনি। শা-ষণ, উচেক-ৱায়া ফাওবা নুমিৎ তারক্লবদি ময়ূমদা হন্নরক্লিবনি। মপূবোইবনা ৱা মখা তারক্ত্রিঙৈদা উমানা অমুক মখা তারকই, "মিনিষ্টরশিংগা ওফিসারশিংগা মিটিং লৈ হায়বদুদি কমদৌরে? তৌদ্রব্রা? ঙন্তা হনবীরক্লবদি?"

"চীফ মিনিষ্টর দিল্লীদগী হল্লক্ত্রি। অদুনা মিটিংদু য়ৈথোক্লে। ঙসি ঐখোয় ওফিসার ময়াম মাগী মাগী নুপী অঙাং য়াওনরগা হোটেল ওপেরাদা অচৌবা পার্টি অমা তৌসি হায়রি। নঙবু চৎপা য়াব্রা?"

"মখোয় তামোগী মায় ঙাক্তবা য়ারিব্রো? বাঠরূমদা মায়-মীৎ অমুক্তা তাথোরকখিগে। সাড়িসু ফজবা অমা হোংলকখিগে।"

ৱাসি হায়রম্লগা উমাদু হাথু হাথু বাঠরূমলোমদা চঙখি। মাগী মপূরোইবগা পার্টি চৎমিন্নবসি ঙসিগীসিনা অহানবা নত্তে। লৈবাক্কী অচৌবা ওফিসার অমগী নুপী ওইরবদি

অসিগুম্বা পার্টিসিদি তোয়না থোকপা থৌদোক্লি। অসুম্মা তৌরগদি মখোয় মশাদসু ওফিসার মানবদৌনা খঞ্জরিবনি। উমাসু মপূরোইবগী মতুং ইন্দুনা অসিগুম্বা পার্টিসি য়াম্মা য়াওজনিংই। অসিগুম্বা পার্টিসি য়াওবনসু মাগী ষ্টেটস অমা লেপচরিবনি খনবা মীতানি।

উমানা হন্দক রমি শান্নবা হৌরকখিবসি হন্দক্কীসিনা অহানবা নত্তে। ছাত্র ওইরিঙৈ মীরমদা মহে-মশিং তম্লিঙৈগী হোষ্টেলগী পুন্সিদা চয়োলগী লোইরকপদা হোষ্টেলদা লৈবা মমান্নবী ময়াম পূনশিন্দুনা পোত্থাবা ওইনা শান্নবদুদা হৈখিবনি। মতমদুদা শান্নবদুদি ইচম চম্না লুপা অমা অনী পায়নরগা নুংঙাইবোই করিবোই শান্নবনি। ঙসি শান্নরিবা অসিগুম্না পৈশা চাউনা চাউনা থানদুনা শান্নবসু নত্তে। হোষ্টেলগী পুন্সিদু লোইরগা মতুংদা অমুক মহাক রমি শান্নরক্কনি হায়বসিসু মহাক থাজখিদে। মতমদুদা শান্নরিবদুনা অরোয়বনি খনখি। হন্দক অমুক শান্নরক্লিবসিসু নোংমা মপূরোইবগা পার্টি অমা চৎমিন্নবদা মমান্নবা ওফিসার অমগী নুপীনা উমাদা 'উমা নোংফাদোকসু চৎথোরকউ। ঐখোয়না শান্নরিবদুদা নোংফাদোকসু য়াওরো লাউ' হায়রকপদুদা উমাসু মপূক্লিংদা চৎকে হায়না খনখিদে অদুবু মচীন্দদি 'তাঞ্জা চাবা অমদা চৎথোরক্কে' হায়না ইচম চম্না খুমখি।

নোংমা থবক লৈতবা নুমিৎ অমদা করিসু খল্লুদনা চৎথোক্লুবনি। মাগুম্বী ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংগী মৌ ময়াম অমা পৈশা য়াম থানদুনা নুংঙাইনা রমি শান্নরম্বদু উবদা মা ঙকখি। মমান্নবীদুনা উমাবু ময়ামদা শক তাকখি। ময়ামদুনসু উমাবু মখোয়গী অনৌবা মেম্বরনি হায়দুনা শান্নবা য়াওনবা কন্না তকশিল্লকখি। অহানবদদি উমা য়াওজরোই য়াওজরোই হায়দুনা ফনা য়াম্না কন্না খাঙজবনি। মমৈথংদদি ময়াম্না য়াদদুনা য়াওখি। অহানবা রাওন্দ অমা অনীদি দাউ য়াদদুনা পৈশা মাঙখি। অদুবু মমৈথংদদি দাউ মরী মরী য়াখৎলক্লুনা মানা চাদুনা মখূত্তা লুপা লিশিং অনী অহুম পায়দুনা লাকখি। নুমিত্তুদা লাইমিং লৌখিবদগী উমা ঙসি ফাওবা রমি শান্নবসি মঙোন্দা থাদোকপা ঙমদ্রবা লায়না অমা ওইহৌরে।

"নঙবু চৎপদু খরা লেপ্লোনে। য়ুমগী অঙাং-নুবীশিংসি খরা খরা য়েংশিল্লুনে।"

উমা মপূরোইবনা চৎপা লেপ্লো হায়রক্লিবদুগী মনুংদা য়াওরিবা অর্থদু ভাব তাই 'নঙ জুব্রার শান্নবা লেপ্লো'হায়বনি। মাসু মৈতৈ নুপী অমা ওইনা মপূরোইবনা হায়বদু ইন্নিংই। অদুবু অমুবা দাগকুম্না চেৎনা চুশিনখ্রবা নিশা অসিবুদি মানা করম্না তরাই তরাই

থাদোকপা ঙমগনি। মখোয়গুম্বা নুংঙাই য়াইফবা ইমুংগী মৌ ময়াম অমা পূনশিন্দুনা রমি শান্নবা, মরক মরক্তা ইমুং-মনুংগী, সমাজগী থৌদোক ৱাথোক কয়াগী মতাংদা ৱারী ৱাতাই শানবা, মসিসু ওস্থোক্লা নুংঙাইগ্রবা থবক অমনি। মখোয় খরদি নুংঙাইবোই, করিবোই টেষ্ট তৌরিবনি হায়দুনা অহানবদা বিয়র থক্লম্বদগী মরক মরক্তা হুইস্কীগুম্বা অকনবা ড্রিঙ্ক থকপসু য়াওনরক্লে, মসিমদি তোয়না তৌবদি নত্তে। উমা রমি শান্নবসি থাদোকপা ঙমদ্রবসু মদু ফাওবদি শোক্কে হায়না খল্লুদ্রে।

"য়ূমদা করি তৌদুনা লৈগনি। অঙাং অনীসু মপান্দা লোইনা লৈস্লে। ইমা-বাবা, থবক তৌনবা লৈরিবা হেল্লরশিংসিদা করি হায়রুগনি।"

"ইমুং-মনুংগী থবকসি য়ূমগী নুপীনা য়েংশিল্লবদি ফৈদনা। অদুগী হায়বনি।"

"য়ূমসিদা করিসু তৌনিংঙাই লৈতে। ঐনা তৌবা য়াবা থবক খুদিংমক হেল্লরশিংনা লোইনা তৌরি। মরূপ-মপাঙ ইমান্নবী ময়াম অমা উনদুনা ৱারী ৱাতাই শানদুনা মতম লেনবা ওস্থোক্লা নুংঙাইখ্রবা মওং অমনি। নুমিৎ চূপ্পা করিসু তৌদনা নঙ হল্লকপা ঙাইবা ওস্থোক্লা ৱাখ্রবা থবক্লি। ঙৈহাক ঙৈহাক চৎথোকপসিনা ঐখোয়সু ঙৈহাক পোত্থারিবনি।"

মতাংসি য়ৌরক্লবদি রামেশচন্দ্র মাগী নুপী উমাগা অৱাই-অখুম তৌনদুনা মখা তাদ্রে। ইমুং মনুং মহী লাঙগদবগী শরূক পূকচেল খরা খরা চাউথোক্লরগা লোইরে খল্লকই। নোংচুপকী লৈবাক্কী মতৌগুম বারদা চৎলগা অহীং নোংশোইবা অমা মথোঙ-মরম খঙদনা লেল্লুবদি নত্তেদনা। মানা রমিদা থাদোক্লিবা খরসিসু মঙোন্দা ৱাচৎ-ৱানোম্বা লাকপা ময়ামদুনা পীরম্বদুদগী খূরক্তগী খরা লীৎথহৌবা খরদুনি। ইমুং মনুংগী ইনকমদা করিসু শোকপা নত্তে।

রামেশচন্দ্রনা মরক মরক্তা ভাব তাদবা অমা লৈ মদুদি মানা ছাত্র ওইরিঙৈদা পাখিবা লাইরিক লাইশু ময়ামদুদা য়াওবা অফবা পাউতাকশিংদু মানা ঙসি হিংলিবা পুন্সিসিদা অমতা পানশিনবা য়াদবমখৈ তাইওন্নরকপা অসিনি। অফবা পাউতাকশিংদু ফানবা হোৎনবদা অহীং কয়ানি মানা তূমখিদবদু। অচুম্বা চৎকদবনি, অচুম্বগীদমক থৱায় থাদোকপা কিরোইদবনি। থৌনা ফগদবনি, লৈবাক প্রজাশিংবু নুংশিগদবনি। মরম চাদনা মীগী মরল পাল্লোইদবনি। ময়ামসি ইবদনি মানা মোরেল সাইন্সতা চামদা মরিফুতরামঙা ফংখিবদু। মানা পরীক্ষাদা ইখিবা পাউখুম ময়ামদু অমতা চীখদনা ইল্লুরবদি নহান্না মহাক

থবক তৎপ্রা, মথৱায় মাঙব্রা অমদি শোয়দনা তৌরনি। মরম চাদনা মীগী মরাল পাম্বা পামদবদি তরাইথোকখ্রদনা ময়ূমদা ব্রানোম্বা লাক্লিবা ময়ামদু লৌহৌদবা তারবদি মতাং-মতম চানা, মীৎলৈ-নারৈ খঙনা থবক তৌদবদগী দন্দি ফংবসু য়ারিবনি। অচুম্বগীদমক শিবা কিরোইদবনি হায়বসিদা থাজদুনা থবক তৌরগদি নহান্না তাইবংপানসিদা মহাক অহিংবা মীওইবা অমা ওইনা লৈরমদবসু য়াই। মতমসিদা অচুম্বগীদমক শিবা কিদবা হায়বা পাউতাক্কুদি চৎনদ্রবা কোহ্লিং কারবা শীজিন্নবা য়াদ্রবা থাঙগুম্বনি। মী অতৈগীদি লায়বু লায়রৈ মাগী নুপীনা চৎলিবা লীচৎসি থিংলুনবা থৌনা মাগী লৈত্রি। অদু ওইরগদি লৈবাক্কী ব্রাদি করি ওইরুনি।

উমাগী পুক্সি মরেলসু অদু মঙায় মৱা-মপূরোইবনা সরকারগী অচৌবা ওফিসার ওইরি, পৈশা জোম জোম থোক্লি। অদুবু মপূরোইবা রামেশচন্দ্রগী মবী-মতাশিংনা খজীক্তং য়েংবীরক্কদ্রা খন্দুনা চঙজরকপদি হূই অথৌবদৌনা শৌ-শৌ লাউই। ব্রানোমশেল য়াওদ্রগদি মঙোন্দদি মরী-মতা নৎপা নত্তবা চপ মান্নে। অদুগা ঙক্লিবা অমনা মানা জুৱারদা খূৎচাও থাদুনা থাদোকপদি নোংমতা ফাওবা নুংঙাইতবা মচেৎ অমতা পোকখিদে। মাগা রমি শান্নমিন্নরিবা কাঙবুদুসু লৈত-লায়রদি অমতা নত্তে। ঠিকাদার অচৌবগী নুপী, দি আই জি সাহেবকী নুপী, এস ই সাহেবকী নুপী, ইনাক-কৈরাক খুনবা ওফিসারগী নুপী ঙাক্তনি শান্নমিন্নরিবা কাঙবুদু। খজীক্তং লৈত-লায়র হায়রগদি ইনাক খুনবী নুপীশিংগা তিন্নহৌরগদি কান্নবা খজীক্তং ফংগদ্রা খন্দুনা মখোয়গী মতুং ইল্লিবী, ইয়া য়াবী, মতমগী ঈরাং চপা চানা খঙলবী লৈশাবী সাইরিতৎ মরি মঙাদু মঙায়রে। লৈশাবীশিং অদুদি রমি শান্নবসু য়াওবা নত্তে। মখোয়গী হায়ববু রমি শান্নরিবী নুপীশিংদুগী পাখোন চৎপনি। করিগুম্বা মতমদনা ইনাক খুনবী নুপীশিংদুগী মতুং ইন্দুনা অচৌবা পার্টি কয়া য়াওবা চৎলি। লৈশাবীশিং অসিনা পামজরিবসু অচৌবা ওফিসার নৎত্রগা ইনাক-কৈরাক খুনবা নুপাশিংগা সঙ্গ তৌদুনা অসিগুম্বা পার্টি অসি য়াওজবসিনি। অসিগুম্বা খুদোংচাবসি ইনাক খুনবা ইমুংগী মৌশিং অসিগা তিন্নরবদি তোয়না ফংই।

খজীক খজীক্তগী হান্না হৈনরমদবা হৈনবী কয়া উমা হৌজিক্তি তপ্না তপ্না হৈনরক্লে। হান্নদি ইনাক খুনবা ইমুংগী মৌ ময়াম পূন্দুনা রমি শান্নরম্বদগী হেন্দোরক্তুনা মরক মরক্তা ব্লু ফিল্ম য়েংদুনা নুংঙাইথোকপসু হৈরক্লে। অহানবদদি অসিগুম্বা মওংসি

ফত্তবনি খল্লম্মী অদুবু হৌজিক্তি করিসু খল্লক্রে। লমদা চৎলগা নুপাশিংনা ইমুং মনুং খঙহন্দনা ঙাওশিন্নবা, লম্লানবী কনাগা অহীং য়ারেকমিন্নবা, অপাম্বা পূম্নমক তৌবদি য়ারগা মখোয়না কনা খঙহন্দনা মরক মরক্তা হীদাক থকপা, ব্লু ফিল্ম য়েংবা কয়াম কায়? করিসু কায়দে, ওক্তবী ওইরুবদি নত্তেদনা। নুপীগীসু প্রাইভেট লাইফ লৈবা য়াইনা... নুপীসু মীনি অপাম্বা খরদি তৌবা য়াইনা? মখোয়না তৌরিবসিংদুসু লৈবাক সমাজদি লায়রদনা যূল্লোন্নবা ফাওবনা শামিন খজীক্তা ফাওবা ফংবা ঙমদ্রিবনি। অচৌবা দলান অমগী নুংঙাইরবা কা অমদা নুংঙাইনা শান্নবনি, ইমুংগী মী ফাওবা লোইনা খঙবা থবক নত্তে। খজীক্তং খঙলিবা হায়ববু য়াথং ফংলবা কালদা চান-থক্নবা সেবা তৌনবা কাখৎলক্লিবা মীওই অমা অনীদু মঙায়রে। মদুসু য়াথং ফংদ্রবদি খুবৈ অমগী লম হেঞ্জিল্লকপা য়াবা নত্তে নৎত্রবদি দন্দি ফংগদৌরিবনি। লৈবাক সমাজনা খঙদ্রবদি মখোয়গী মমায় থীগদবা করিসু লৈতে।

"*ঐখোয়গী মরক্তা মরক মরক্তা নুপা নহা য়াওশিল্লকপসিবু নুংঙাইরিব্রা?*"

ব্রাদু সরিতানা শান্নরিবদুগী মরক থৎনা হায়রকপনি। সরিতা হান্না এম পি এস ওইরম্বদগী হৌজিক্লা আই পি এস কারবা নিংথৌজাওগী নুপীনি। মাদি মখোয়গী মরক্তা হন্দক মরক নুপা নহাশিংনা শান্নবা য়াওশিল্লকপসি খরা পামদবা জাৎনি। শান্নবদা পূক্লিং চঙনরবম্বদগী শান্নবদা নুপা য়াওবা, য়াওদবগী ব্রারীরোমদা অমুক পূক্লিং চঙনরক্লে।

"য়াওজসনু কৈনো মখোয়সু। ঐখোয়গা খঙন-চান্নবা ঙাক্তনি, অতৈ কনাসু নত্তে।"

সরিতাগী ব্রাদু য়ানিংদবা ঊৎলদুনা ঠিকাদার বিমোলগী নুপী প্রেমানা ব্রাদু হায়রকপনি।

"ঐখোয় ঙাক্তা শান্নরবদি ঙাঙনিং শক্লিংবা লৈরবসু ইয়া য়াইদনা... অদুগী হায়বনি।"

"ইমাইপেম্মা করিসু খল্লনু মখোয়সু ঐখোয়গুম্বনি। ঙাঙনিংবদু অদুম ঙাঙউ। তিন্নবা হৈরবদি নুপানবু হেন্না তিন্নবা নুংঙাইবনি।"

মখোয়গী ব্রারীশিংদু তূমিন্না তারম্বা উমাদু হন্দক্তি মাগী মত ফোঙদোরকই, "নুপা নহা য়াওরবদি নহানমখৈ মরক-মরক্তা ঐখোয়না নুংঙাইথোকপদু য়াররোই। অদুগী হায়বনি।"

“তৌগদবা নুমিত্তু নখোয় নুপা অমত্তা য়াওবা য়াদে। ঙসি ঐখোয় নুপী ঙাক্তা পালি তারগে কোক হায়রগা লোইরেদনা। অদুক লায়বদুবু...।”

উমানা ঠিকাদার জুগিনগী ময়ূমদা শান্নবা নৎত্রগা মখোয়গী মরক মরক্তা তৌবা হৈনবীদু তৌরুবগা থোরকপদা মখোয়দা থবক তৌনবা লৈবা নুপামচাদুনা মীৎয়েং নায়েং চুমদবদুনি মানা য়াম্না কন্না হৈনদ্রিবসি। রুপোবতিদা হায়রগা নুপামচাদু মনম তৎপমখৈ ফৃহনসিরা খনবনি অদুবু মীগী ময়ূমদা চৎলগা মদুমক্তি তৌবা ফৎত্রে খন্দুনা তৃমিন্না লৈরে। মদুম্না তৌরুবগসু মাগী মিংচৎ থীবা নত্তনা অতৈ করিসু লৈতে।

ঙসিদি উমা শান্নফমদা ঙন্তা য়ৌরকই। মাগী মনাওনুপী লুহোংবগী অউনপোৎ লাওনবা লুপা লিশিং য়াঙ্খ্রে মাগী বেগতা য়াওরি। ঙাইহাক শান্নরগা খজীক্তং থেঙথরগা নুমিদাংৱাইরম ওইনা ময়ূমদা চঙগে খন্দুনা ময়ূমদগী থোরকপনি। শান্নফমদুদা জুগিনগী নুপী রুপোবতিগা, হন্দক্তা আই পি এস ফংবা জেম্‌সকী নুপী লিলাবতিগা, জেলগী আই জি পি ফংবা কুইদ্রিবা মহেশকা মখোয় মরিদা ঙায়রে। ঙসিগী য়ামখিদ্রবা রমিগী বোর্ডতুদা নুপা অমসু ফৌয়ান য়ানশিল্লে। মী অতৈ লাকপা ঙাইনা ঙাইনা শান্নবা হৌগৎলে। ঙাইহাক শান্নবা হৌরম্লগা রুপোবতিদু থবক অমা চত্তবা য়াদ্রে হায়দুনা ‘নখোয় শান্নরম্মু থুনা হল্লক্কনি’ হায়রম্লগা থোকখ্রে। হৌজিক্তি য়ুম্মু য়াওদ্রে অদুবু মখোয় থোইদোক্না খল্লুদে মদুদি য়ূমসিদা নুংতিগী মতম শাংনা শান্নদুনা লাক্লবনিনা থোইদোক্না হঙ্গাই খোৎকোইবদি লৈত্রে। ঙাইহাক লৈরগা লিলাবতিসু হোস্পিটলদা মরী মতা অমগী অনাবা হংবা চত্তবা য়াদ্রে হায়দুনা অমুক চৎখ্রে। হৌজিক্তি উমাগা মহেশকদা ঙায়রে শান্নগদবদু। উমা ভাব অমা খল্লক্লব্রা খঙদে, “তামো শান্নগদবসি ঐখোয় অনীদা ঙায়রে। নুংঙাইদৌ মান্দ্রে, তোক্লসিরা? হয়েংমুক শান্নরসিরা?”

“ঐগা শান্নবা পামদবগী ৱারো?”

“নত্তে, মী খরা য়াম্লবদি খরা নুংঙাইদনা, অদুগী হায়বনি।”

“মী য়াওদ্রবসু ঐখোয় অনীদা অদুম শান্নবা য়াইদনা...।”

অদুদগী ফমথদুনা শান্নবা হৌরে। তান চাবগীরা নৎত্রগা ঈশ্বরনা খুদোংচাবা অসি পীরিব্রা, অসিগুম্বা তাঞ্জাসি মহেশনসু লুম্বা কুইরবনি। তোংগদ্রা তোংগদ্রা খন্দুনা অসুম শান্নরকপনা খজীক খজীক্তগী পৃং অমরোমগী মনুংদা উমা মাঙবা য়াবা মাঙলে। মহাক্না শান্নবা লুপা লিশিং অনী অহুম পুজরকপদুগী মথক্তা মনাওনুপী লুহোংনবগী অউনপোৎ

লাঙনবা লিশিং য়াঙ্খ্রেদুসু য়াওনা মাঙথোকখ্রে। মসিবু মানা কমদৌনা তৌখিবনো খঙহৌদ্রে। খঙলক্লবা মতমসিদদি মহাক তশেংনা জ্ঞান মাঙলে। তশেংনা পূম্মাঙ মাঙলবা তাঞ্জাসিদা জ্ঞান তারকই জুৱারগী চলাকসিদদি নুপাগা নুপীগা কৈদৌঙৈদসু লম্বা তৌবা য়ারোই হায়বসি। তশেংনা নুংশা থীরম্বদগী কপ্লিংবা অমসু য়াওরক্লে। মা ঙসি মপামদা লুপা লিশিং য়াঙ্কে পুদুনা চঙদবা য়ারোই, মফমদুদা মাবু খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈরমগনি। অমরোমদা মপূরোইবদগী ঙসাই অয়ুক ওফিস কারমদাইদা মনাওনুপী লুহোংবগী অউনপোৎ লাঙনবা লুপা লিশিং য়াঙ্খ্রে তরং তরং লৌহৌরিবনি। লুপা লিশিং য়াঙ্খ্রে পুদনা মা করম চৎকনি। উমা খনফম খঙলক্ত্রদুনা শুৎ-শুৎ তৌদুনা কপথোরক্লে। মাগী মতৌদুদা অসিগুম্বা খুদোংচাবসি লৌগদবগী অচেংবা তাঞ্জা য়েংদুনা হৌদোং লম্বোইবগুম লুমদুনা লৈরিবা মহেশনা নুংশিনা হায়রকই, "কৈদৌরে উমা কপ্লবদি?"

"তামোগা শান্নবদা ইনাওনুপী লুহোংবগী অউনপোৎ লাঙনবা লুপা লিশিং য়াঙ্খ্রেদুসু য়াওনা মাঙথোকখ্রে।"

মহেশ উমাগী ৱাদু মুন্না তাবা শাশিন্নৈ। উমাগী মরেঙজুমদা মখূৎ থম্লগা তপ্পা হায়রকই, "ঐনা হায়বসি য়ারগদি নঙগী মাঙখিবা পূম্নমক অদু হন্দোকপীগে।"

উমা মহেশকী ৱাদুনা মহাভারতকী চৌবর শান্নবদা দ্রৌপতীগী দষাদু নীংশিংলকই অদুবু মচীন্দদি হায়দোকখি, "করিনো। ঙমগদবা ওইরবদি...।"

মদুদগী মহেশ মানা পাম্বা ময়ামদু মথঙ মথঙ হায়থরকই। উমানা মঙ হাগুম মথঙ মথঙ তায়। মহাক মশামক্কী মমীৎতা মশামক্কী শক্তমদু উজবগুম তৌরম্মী। মহাভারতকী ৱারীশিংদু মহাক্কী মীৎমাঙদা হঙ্গৎনা চেনখৎলক্লবগুম তৌরম্মী। ময়াম্না দ্রৌপদীদু মানি হায়দুনা হায়বীরম্মী। মহাক অমসুং মপূরোইবগা রামেশচন্দ্রগী মরক্তা মহেশনা মহাক দুযোর্দ্ধননি হায়দুনা চঙলক্লম্মী। মহাক মহেশকী মনাক্তা চেনশিন্দুনা চৌবরদা মাঙখিবা পূম্নমক্তু হন্দোকপীরম্মু অদুগা মহাক্কী নুপী ওইবীগী ইজ্জৎ অদুতদি কনবীরম্মু হায়জৈ। মহেশনা মাগী ৱাদু তারগা হা-হা নোক্লম্মী অদুগা হায়রক্লম্মী, "ঐদি দুযোর্দ্ধননি। নহাক নশানা য়ানা চৌবরদা মমল ওইনা থাখিবনি। নঙগী মাঙখিবা পূম্নমক্তু হন্দোকপীয়ু হায়রগদি নঙগী নুপী ওইবীগী ইজ্জৎ লৌবা তাবনি।"

মঙলান্দগী তাইবংদা হল্লকপা মতমদা মহেশনা মাগী লৈকা খূদিং ফাক্তুনা লৈহী চূপ্লম্মী। ঙসিদি মহাক লন-থুমগী ময়াইদা তশেংনা মায়থীরে। মহাক কপ্লিংবা ফাওরম্মী

অদুবু পিদি তারকউ য়ারমদে। মখোল থোক্তবা খোঞ্জেল অমনা 'নহাক্কী মোরেলিটি করিনো' হায়দুনা হন্না লাউরকপগুম তৌরম্মী। মরক মরক্তা মমীৎতা মশেং মরাং ওইনা 'মহেশকা রামেশচন্দ্রগা পূন্না শক্তম অমতা ওইনা উরকপগুমসু তৌরম্মী।'

উমা ময়ূমদা চৎলগা মনাওনুপীগী অউনপোৎ লাওনবা লুপা লিশিং য়াঙ্খে পীরম্লগা 'হকচাং নুংঙাইতে হয়েং ঙস্তা লাক্কে' হায়রম্লগা হাথু হাথু হল্লক্লে। উমা ঙসিদি মপূরোইবদু ওফিসতগী ঙস্তা হল্লহন্নিংলকই।

রামেশচন্দ্রনা সোফাদা হেক ফমথবগা উমানা অশাবা কোফী কপ অমগা অহাওবা বিস্কুট খরা প্লেটতা হাপ্লগা পুথোরকই। কোফীগা বিস্কুটকদু সাইড টেবল মথক্তা থম্লগা মপূরোইবগী নাকন্দা ফমথরকই অদুগা মপূরোইবগী হকচাংদা ঙাথু-থেংথুরদুনা তপ্না হায়রকই, "ঐনা শান্নবা চৎপদু নঙনা পামদেদনা... মহেশনা 'হোয়' হায়বগী মওংদা মঙক নোম্লকই। হয়েংদগীদি নঙনা পামদবা শান্নবদু অমুক হন্না চৎলরোই, ইমুং-মনুং য়েংশিন্দুনা লৈরগনি।"

রামেশচন্দ্রনা অশাংবা নুংশাস্বর অমতং শাংনা হোল্লগা মপৃক্লিংদা খল্লকই— ঙসি উমানা জ্ঞান খংতা তারক্লিবসি কমদৌরিবা জাৎনো?

নিংথৌকাবা

জুন ০১, ২০০৪।

## শ্রদ্ধাঞ্জলি

নখোয়গী থৌনা লিংজেলদি
লৈখিগনি নীংশিং মূর্ত্তি ওইনা
চহী কয়া, যুগ কয়া।
লীখিগনি ইতিহাস অসিনা
নখোয়গী ৱারী।
ঈ মরীক নখোয় অমমমগী
কৎখিবনি বলিদান ওইনা
লমদম অসিগীদমক।
— ইতিহাস অমা, বলিদান লিশিং

"নঙদরো লৈবাক্কী কখোকপা ঙস্বা, ঐদি ঙম্মোইদবোই নীংব্রা।"
ৱাহৈ খরা অসিনা রেনুগী মনাকোংদা ঙংদুনা লৈবগুম তৌরম্মী। ৱাহৈ খরসি

সুরজিৎনা কোর্টকী কান্টিন্দা নৎত্রগা মফম অমদা কেসকী চৎপদা ঙাইহাক পোত্থাবা মতমদা রেনুদা য়েংলগা হেক হেক হায়বনি। মতম অদুদদি ব্রাহৈশিং অসিগী মরমদা থোইদোক্লা খল্লুদবনি, চুম্না সুরজিৎনা মহাক্লা চেল্লি-চোংলিবদুদা নুংঙাইদুনা মহাকপু লক্লবোই করিবোই হায়রিবোই নীংলম্মী। ঙসিদি মহাক্লা লৈবাক্কী অচৌবা থৌদোক অমদা থব্রায়না পোম্থা পীখ্রবা মতুংসিদা হেন্না অর্থ লৈরকপগুম তৌরকই। মচীন্দা লাই তোংবা হায়বদুনি অসিগুম্বা থবক অমা থোক্কনি হায়বগী মাঙজৌননা লাইফাও ফাওবগুম্বনি।

মাদি কয়াদা মরায়বক ফখ্রবা...? অসিগুম্বা লৈবাক্কী তাঞ্জা অমদা থব্রায় কৎপা ঙম্বসি তশেংনা মরায়বক ফরবনি। মখোয় তরানিপালনা কখোকখিবগী থৌনা লিংজেল অদুদি নুমিৎ থানা লৈরিবমখৈ কাউররোই, ইতিহাসকী লামায়দা সনাগী ময়েক্লা ইদুনা লৈহৌরগনি। ঙসিদি ইং ২০০১গী জুন ১৮ লমদমসিগী মীওই খূদিংমক্কী থম্মোয়দা মতম পূম্বগী ওইনা নীংশিংদুনা লৈহৌরগনি।

মাগা অরাপ্পা খুঙ্গংদা মাগী কেসকা মরী লৈননা থবক চৎমিন্নবদা সুরজিৎনা মঙোন্দা হেক হেক হায়, 'পীস নেগোসিএসনসি ময়েক অমা ইশেং শেংদ্রি। করি করি পোইন্টতা য়ানগদৌরিবনো হায়বদুসু প্রজাশিংদা লোইনা হায়দোক্কে। মসিনা প্রজাশিংবু চিংনবা হেনগৎহল্লি। কয়াদি কুইরে মখোয়না পীস টোক হায়দুনা ব্রারী শারক্লিবসি ইং ১৯৯৭কী ওগষ্ট থাদগীনি। করিগুম্বা মখোয় মশেল য়ানরে হায়দুনা লাউথোক্লুরগা ব্রাফম অমা অনীদা গ্রোং হৌরক্লুনা মৈরীকপীদগী মৈজাও হৌরকপসু য়ারিবনি।' ঙসিদি মানা হায়রম্বা ব্রাহৈশিংদু লাইফাওদৌনা কয়াদা চুম্লবা...?

ঙমখৈ য়াওদবা সীজ ফায়র এক্সটেন্সন... হায়বা ব্রাহৈ খরদুনা ঙসিদি মীওই কয়াগী থব্রায় মাঙহনখ্রে, লন-থুম কয়া অমাঙ-অতা থোকহনখ্রে, যূম কয়া অমনা তাঙ্গোয় ওনখ্রে। মীয়ামগী অশাওবগী লুতোন কাবা হায়বদু ইম্ফাল শহর ময়ায়দা লৈরিবা ষ্টেট এসেমব্লি হোল মৈনা চাকখিবা, সঞ্জেম্থোংদা লৈবা সি এম বংগ্লোদা খোইশাওনরবা মীয়াম অমা হূপচিল্লক্লুনা অমাঙ-অতা থোকহনখিবদুনা ময়েক শেংনা উৎখ্রে। ইম্ফালদা লৈবা পোলিটিকেল পার্টি কয়াগী ওফিসশিংসু মীয়ামগী অশাওবগী মীৎয়েংদগী নাম্থোকপা ঙমখিদে। ষ্টেট পূম্বা খোইশাওনবা, চিংনবা, লাঙতক্লবনা পীক থনখি। মতমদুদা থেমজিনবীনবা কনাসু লৈখিদে মদুগী মহুৎ মীপূম খূদিংমক চাক্লিবা

মৈদুবু মৈচাক হেনগৎনবা যজ্ঞগী ঘী ওইখি। মালেম পৃথিবী অসিদা প্রলয় হায়বদু উরবদি উরিবা অদুমক্রি খনবা মীওই কয়া লৈখি।

সুরজিৎকা মাগা খঙনখিবদু য়ঙ লোয়র ফোরম্না শীনবা লিগেল এৱোয়রনেস কেম্পেন অমদনি। মতমদু মহাক্না এল এল বি পাস তৌরবা মতুং প্রাইভেট চেম্বর অমদা য়াওদুনা চহী অনী অহুম প্রাক্টিস তৌরবা মতুংদনি। সুরজিৎতি মপান্দগী লো পাস তৌরকপনি। মতম খরসু মপানগী ফার্ম অমদা চহী অনী অহুম প্রাক্টিস তৌরুরগা মণিপুরদা হল্লকপনি। মানা মণিপুবদা হল্লকখিবদু ইমুং-মনুংনা য়ূমদা হল্লক্তুনা ইমুং-মনুং য়েংশিনবা পাম্বদগীনি মাদি মপান্দা অদুম লৈবা পাম্বনি। মাদি লমসিগী হাবি-জাবি ময়ামসি কয়া হৈনদে। মপান্দা প্রাক্টিস তৌরিঙৈদদি ইন্কম টেক্স লো-বোমদা কন্না চঙশিল্লুরবনি। মণিপুর থোরকপা মতমদদি লমসিদা মহাক্না হান্না হৈনবা ইনকম টেক্সকা মরী লৈনবা কেস ইরৈ লৈতবগা মপানগী মরূপ-মপাঙ খরনা রাইটকা মরী লৈনবা কেস পাযনবা পাউতাক পীবকপদগী মানা য়াম্না পামজবা ফ্রী লিগেল এইড লৈত-লায়রশিংদা আইনগী মতেং ফংহনবগী থবকশিংদা থৱায় য়াওদুনা মায়কৈ অসোমদা চঙশিল্লকখিবনি। অসিগুম্বা থবক থৌরমশিংসি রেনুসু থৱায় য়াওজৈ। রেনুগা সুরজিৎকা খঙনখিবসু অসিগুম্বা থবক থৌবম কয়াদা তোয়না থেংনবদগী অপাম পামদা পূন্নমক খঙনববা মতুংদনি।

মী অতৈদৌনা কেস মচা মশূ পায়দুনা পৈশা তান্নবা হোৎনবগী মহুৎ নুপীগী হক মাঙহনবগা মরী লৈনবা অরু অরুবা কেস পায়দুনা মশামক ফাওবা অকবা ফীভম অমদা লৈহঞ্জবগী তাঞ্জা য়াওরকপদুদা সুরজিৎনা মঙোন্দা লক্লদুনা হেক হেক হায়, মতমদু সুরজিৎকা মাগা খঙনরবা মতুং খরা লৈরগনি।

"মসিগী নুপীসি পৈশা য়াম পায়রমাল্লে। কেস মচা মশু পায়দুনা পৈশা তান্নবা হোৎনগে হায়দ্রদুনা লৈবাক্কী অরু অরুবা কেস পায়দুনা লৈবাক সেবা তৌদুনা লৈরে।"

"নঙনা অদুক য়াম্না তাল্লিবদুদি। নঙনা তাল্লিবদুদা ঐগীসু য়াওরিবনি।"

"নঙবু অদুমাইনা হায়নুনে। হয়েং শোয়দুনা ঐখোয় অনী থুংনদ্রবদি কমদৌনি।"

"নঙনা পূকচেল পীক্লগদি খঙদ্রে। থুংনবা থুংনদবা হায়বদুদি ঐখোয় অনীগী খূত্তা লৈবা নৎত্রো?"

রেনু হৌজিক্তদা মথৱায় চাক্লক্লে। সুরজিৎ লৈত্রবসিদদি সংসারসিদা মাগী কনাসু লৈত্রবোই নীংলক্লে। ইমুং-মনুংগী মীওইশিং ফাওবনা মানা চঙশিল্লিবা

থবক্তুদা মপূক্লিং থৌগৎপীরক্লবদা সুরজিৎ খক্তনি মাগী নাকন্দা লেপ্তুনা মাবু মতেং পাংবিদুনা লাকখিবদু। অরাপ্পা খুঙ্গং কয়াদা অৱা-অনা তারবা নুপী কয়াগী কেসকা মরী লৈননা ষ্টডি তৌনবা চৎপদা নুপী মথন্তা চৎপদু নুংঙাইতে হায়দুনা মাগা লোয়নদুনা হেক হেক চৎমিন্নবনি। শেল-থুমগী অচীনবা মতাং কয়াদা সুরজিৎনা মাবু মতেং হেক হেক পাংবী। পুক্সিগী অশেংবা মরূপ হায়রগদি মখোয় অসিগুম্বসিনি হায়দুনা খঞ্জখিবনি।

শাংলবা ইতিহাসকী তাঙ্কক কয়া মচীন মনাও ওইদুনা নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নরক্লবা চীংমী-তম্মীগী মরীসি ধর্ম্মনা মরম ওইদুনা খাইবুং-খাইবুং তৌনরক্লনি হায়বসি কনাসু করিসু লুনা খল্লমদবসু য়াই। অদুবু ঙসিদি ধর্ম্মগী তোঙান তোঙানবা ঈথিলনা মচীন-মনাও অনীসি তুরেল ৱাংম-ৱাংমগী মীতোপ ওইহল্লে। সুরজিৎতি মশাগী প্রোফেশননা লোয়র ওইরবসু ধর্ম্মগী, রাজনীতিগী ৱাফম কয়াসি মনুং হুঞ্জিন্না খনগল্লি। রেনুগা ৱারী ৱাতাই শাবা মতমদা মানা হেক হেক হায়বা অমা লৈ, "ঙল্লিঙৈ মতমদদি ধর্ম্মনা মীওইবগী শা-ঙাগী লীচৎ কয়াবু ফাজিন্দুনা অফবা মীওইবা অমা ওইহল্লি। অদুবু ঙসিদি মীওইবনা ধর্ম্ম অমদা কুইনা চঙলকপদগী ধর্ম্মনা মীওইবা মশেল তোঙান তোঙান তাহল্লে। মখোয়গী ধর্ম্ম চত্তবা মী অতৈবুনা য়েক্লবদৌনা উরে। কয়াদা শাথীখ্রবা লীচৎনো? মখোয়গী ধর্ম্ম চত্তবা মীওই কয়া হাৎপবু অফবা থবক তৌবদৌনা উহল্লক্লি।"

সুরজিৎকী অৱাংবা ৱাখল্লোন্দুবু থাগৎতবা ঙমখিদে। অসিগুম্বা অৱাংবা ৱাখল্লোনসিদনি সুরজিৎকা মাগা থাদোক্লবা য়াদনা তিন্নরিবসি। ঙাঙদ্রবদি ৱা কয়া ঙাঙগন্দবা, ঙাঙবা হৌখ্রবদি মরী মরী কয়া লেপকন্দবা সুরজিৎনি, মানা মখা তারদুনা হেক হেক হায়, "ধর্ম্মনা মীওইবা সমাজবু শেমগৎ-শাগৎনলম্বা মতমদু লোইখ্রে। হৌজিক্তি ধর্ম্মনা মীওইবা সমাজ থুগাইবরোমদা চঙশিল্লক্লে। উরেদনা খৃষ্টান ধর্ম্মগা ইসলাম ধর্ম্মগসি হৌরকপা মতমদদি য়াম্না নক্লরম্লিবনি। বাইবলগী ওল্ড টেষ্টামেন্টকী ৱারী কয়াগা ইসলামগী কোরানগী ৱারী কয়াগা চপ মান্নরম্লিবনি। অদুবু ঙসিদি খৃষ্টানগা ইসলামগা উনবা য়াদ্রে, থাঙ শৎনরেদনা। ধর্ম্মদগী হোলি ৱারদা মীওই কয়াগী থৱায় মাঙখ্রে। কনানা লাল্লগা কনানবু চুম্লিবা?"

মরক মরক্তা রেনুসু সুরজিৎকী ভাষনদুদা ৱারী নুংঙাইনবা মরৈদি নত্তবিদা য়েৎলুবসু য়াওই।

# ইথৌগী থাঙ

"মদুদি ধর্ম্মনা ওইহনবদি নত্তেদনা। ধর্ম্মদুবু চৎলিবা মীওই কাঙবুদুনা ধর্ম্মগা রাজনীতিগা পূনশিন্নরকপদগী ওইরকখিবা ঙাক্তনি। ধর্ম্মগা রাজনীতিগা তোখায়-তোখায় চৎপা ঙম্লগদি ঙসি থোক্লিবা লান ময়ামসি লোইশিনবা খরদা ওইরবসু ঙম্বা য়াই।"

"নঙনদি ব্রাফমদু ইরায় লায়না হায়রিবা। ঙসিগী মালেমসিগী মফম পুম্নমক্তা ধর্ম্মগা রাজনীতিগা হন্দোক্লবা য়াদনা য়েৎশিন্নখ্রবনি। য়েৎশিন্নবা অসি হন্দোক্লবা হোৎনবদা চহী কয়া চঙখিগনি। ঙসিগী মালেম পৃথিবীদা শান্তি অমুক হন্না পুরক্কে হায়রগদি ধর্ম্মগী অনৌবা ব্রাহম্লোক অমুক পীবা তাবনি।"

সুরজিৎ নঙ চৎখ্রবা মতুংসিদদি ঐদি কয়াদা নাইতোম তাহৌরবা? নঙমক লৈরমদ্রবদি তাইবংপান অসি ঐনা কয়া লান্না উবমগদবা? থম্মোয় থম্মোয় তিন্নবা পুন্সিগী পান্দম অমা ফংনবা চঙশিনবদা হনবা লৈতবা থৌনা হাপ্লীখিবা মীশক অমা ফংজবা, মসিবু ইরায়বক ফত্তে করম হায়গনি। মতমদুদা ঐনা ঐগী পুন্সিগী তমথোক্লিংদনা লৈরোল চনখ্রবা ব্রারীশিংদু মাগী মফমদা অহানবা ওইনা লীখিবনি।

পুন্সিগী অঙনবা শরূক নৌনা লৈশাৎ তমখৎলকউঁ চহী তরামরি তরামঙা শুরকপা মতম, কোম্বিং ওপরেসন অমদা সিফাইশিংনা মাগী নুপী ওইবীগী ইজ্জৎ খোঙ্গোইনখ্রবনি। মতমদু ইং ১৯৮০গী হৌরকপা মতম ষ্টেটসিদা লালহৌবগী ঈরাং কনখৎলকপা মতম্নি। মচী-মচীদা লালহৌবা নহারোলশিংগা সিফাইশিংগা খুৎ থোক্লবা মতম্নি। থৌদোক্তু ইম্ফাল ব্রেষ্টকী খুঙ্গং অমদা থোকখিবনি। সিফাইগী গাড়ী অমদা নহারোলশিংনা নোংমৈ কাপশিন্দুনা সিফাই অনী হাৎখি। মদুগী লমন খুম্বা ওইনা সিফাইশিংনা মরাল লৈজদ্রবা খুঙ্গংগী নহা অহুম মরাল পীশিন্দুনা হাৎখি। কয়ানা ফৃ-চৈখি, নুপী কয়াগী ইজ্জৎ খোঙ্গোয়নখি। মদুগী চৈনাদু মরাল করিসু লৈজদনা খুঙ্গংদুদা মরী-মতা অমগী য়ুমদা থবক অমগী চৎলুবা মঙোন্দসু নাম্লোক্তুনা চেনখিদে। মদুগী শাউনিংবা, লাকচ-থীখিবগী মৈরী অদুনা মৈচাক ওইদুনা তাঞ্জা চাবা অমদা মখোয়বু মায়থীবা পীনবা লো তমদুনা উকিল ওইরকখিবনি। মরম অদুননি মানা ঙসি নুপীগা মরী লৈনবা কেস ঙাক্তা পায়রিবসি। সিফাইশিংনা নুপী ওৎ-নৈবগী কেস অমদা লৈবাক খঙনা মায়থীবা পীবা ঙমদ্রিবমখৈ য়ূম পাল্লরোই ব্রাশকখ্রবনি। পানবা তারবসু অসিগুম্বা তাঞ্জা অমা ঙাইবা তাবনি, হায়রুবদা সুরজিৎনা ব্রাখল মুন্না খল্লগা

খুন্নকখিবনি, "মদু নৎত্রবদি নঙ মী ওইদ্রবনি। নঙ মখোয়বু পাড়া অমদি তম্বীবা তাবনি। নঙনা নঙ নশাগী ইজ্জৎ খোঙ্গোয়নখ্রে হায়দুনা নশা নতোমতা শোন্থদুনা সুইসাইড তৌদদুনা থৌনা ফনা মখোয়বু পাড়া তম্বীনবা চঙশিল্লক্লিবসি ঐ নঙবু থাগৎলিবনি। নঙগী মতম ঙাইবা ঙাইদবা হায়বদুদি ঐঙোন্দা করিসু থোইদোক্তে। মরু ওইরিবদি নহাক অহীংবা মীওইবা অমা ওইরবসু হিংনা হিংনা শিরবনি।"

কয়াদা ব্রাংখ্রবা সুরজিৎকী ব্রাখল। অসিগুম্বা কয়া অসিননি মন্নবা পুন্সিগী লম্বেলদা মৈরা ওইদুনা লাকখিবনি। অমুকখক অপীকপা নুপীমচা অমখক্কী রেপ কেস অমগী কন্না চঙশিল্লিঙৈদা মায়কৈ কয়াদগী অফোংবা অমসুং ফোংদবা থ্রেট কয়া লাকখিবদা মাবু পূক্লিং থৌগৎপীরদুনা হায়খি, "রেনু, নহাক পূম্নমক অসি থেংনগে হায়দুনা থোক্লক্লবনিনা নহাক থৌনা ফনা থেংনবা তাবনি। মীওইবা অমগী পুন্সিদি শিবগী লমন তোন্দুনা লৈরবনি। ঙসি নৎত্রবসু নোংমদি। থংনবা মীৎকূপ অমদা ঐখোয় করি থোক্কদগে খঙবা ঙম্বা নত্তে। সিদগী হনখিবদা গাড়ীনা থেংজিল্লক্কুনা নৎত্রগা সিফাইগা নহারোলশিংগা কাপ্নরকপদা হাইদোরকপা নোংমৈ মরূনা পান্দুনা নরাল শুক্লে লৈত্রবসু অদুম শিবা য়াই। লমদমসিদা লৈরিবা মীশিংগী পুন্সিদি করিসু তম্বা ঙম্বা নত্তে। লৈবাক্কী অচৌবা মরম অমখক্কীদমক থব্রায় থাদোকপা ঙম্লবদি মহাক অদু তশেংনা মরায়বক ফবনি।"

তশেংবসু লৈবাক্কী অরুবা কেস কয়া পায়রবদি অসিগুম্বা থ্রেট কয়াসি থেংনবা তাবনি। জ্ঞান তাবা, অফবা মীওই ঙাক্তা লৈরম্লবদুবু ঙসিগী অসুক য়াম্লবা থৌদোক ব্রাথোক ময়ামসিবু থোক্লমগদ্রা? লৈবাক অচৌবনা লৈবাক মচাশিং য়োৎশিনবা, উচেক অচৌবা উমাইবীগুম্বনা জীব মচা তীল-কাঙ, ঊচি ফাদুনা চাবা মসিদি তাইবংগী চৎনবী ওইরবনি। অদুবু থৌদোক ব্রাথোক অমা থোক্লগা মখোয়গী অকন অরীং শাবদু নুপী-অঙাংদা হেক হেক ফ্দোকপদুসু তাইবংগী চৎনবীনি হায়দুনা অদুম তোকথোক্লগদ্রা? লমদম অসিদা একাওন্টর কয়াদা নুপী কয়াগী থব্রায় মাঙখ্রে, ইজ্জৎ খোঙ্গোয়নখ্রে। অদুবু ঙসি ফাওবা মরাল লৈবা মীওই অমফাওবা লৈবাক মীয়াম খঙনা দন্দি ফংখিবা লৈত্রি। ঈরাং থোক্লক্লবা কালদা থেমজিন্নবা পীবা ক্ষেত্রিপুরনগী পৈশা খরদুনা লমদমসিগী মীওইবা অমগী মমল লেপ্পা তারিব্রা? অসিগুম্বা মতাং কয়াদা সুরজিৎনা হায়খিবা কয়াদু ঙসিদি মাগী মনাকোংদা ঙংদুনা লৈবগুম তৌরি, "রেনু,

ঐখোয়সু প্রোটেষ্ট তৌবসি খর-খরদি হৈবা ফরে। মফম, মতম চানা প্রোটেষ্ট তৌবা হৈতবদগী ঙসিগী লৈবাকসিগী ফীভমসি অসুক য়াম্না শোকচিনখ্রিবনি। অফিং-অফাই ওইনা ব্রং শাউগৎপনদি ঐখোয়গী প্রোব্লেমশিংসি কোকহনবা ঙম্লোই। মতম শাংনা, সিষ্টেমেটিকেল্লি প্রোটেষ্ট তৌবগী কলচর ঐখোয়গী লৈবা তাই। মদুদতা ঐখোয়গী প্রোব্লেমশিংসি কোকহনবা ঙমগনি।"

সুরজিৎকী অসিগুম্বা থাক ব্রাংলবা ব্রাঙাঙ কয়ানা মাবু শুমহৎখি।

জুন ১৪গী নুংথিলদা বেঙ্গোকতা নাকল অনীনা য়ানখিবগী পাউদু থবক অমা চৎলুবগী পোত্থাবা ওইনা রেষ্টুরেন্ট অমদা ফমদুনা কোফী থক্লিংঙৈদা তাখিবনি। রেষ্টুরেন্টকী মেনেজর নুপামচাদুনা মখোয়দা হায়রকখিবনি, "বেঙ্গোকতা ঙসি মখোয়না য়ানরিবা ব্রাফমসিনা নোংম-নীনিসিদা লমদমসিদা লাঞ্জাও অমদি শোয়দনা থোকহল্লগনি।"

মেনেজর নুপামচাদুগী ব্রাফমদুনা মখোয় অনীবু লৈতাহন্দনা ময়ূমদা প্রপ-প্রপ হল্লকখিবনি। মদুগী মতুং নুমিৎ কয়ানি মীয়ামগী অশাওবনা লমদমসিগী মফম খূদিং পীক থনখি। মীয়ামগী অশাওবদু নমথনবা নুমিৎ কয়ানি কর্ফিয়ু থমখি। অথীংবা মবক অদুদনি এসেমব্লি সেক্রেটরিয়েট মৈ চাকখিবদু, সি এম বংগ্লো মীয়ামগী অশাওবগী মৈরীলক্তা তাঙ্গোয় ওনগে তৌখিবদু। মন্ত্রি, এম এল এ কয়াগী ক্বার্টর মৈ থাখিবা, পোলিটিকেল পার্টি কয়াগী ওফিস মৈ চাকখিবা ঙসিদি নীংশিংবগী মমি অদুতমক ঙায়হৌরে।

সুরজিৎ ঙসিদি নঙগী থব্রায় মিরেলনা কেক্রুপাৎকী নূংপাক মথক্তা তন্দন ওইনা পাইরকপ্রা হায়দুনা অহীং কয়া অঙাওবীগুম্মা য়েংজবদা মঙায়রে। মরৈবাক্কীদমক থব্রায়না পোন্থা পীথ্রবা অথৌবশিং নখোয়গী থব্রায়না স্বর্গদা ঈংনা চীক্লা পোত্থাবা ওইয়ুকো! সুরজিৎ নঙনা তাইবংপান অসিদা অমুক হন্না পোক্লক্লবদি ইরৈবাক ইরমদম অসিদা নঙ ঐ অমুক হন্না উনখিসি। ইরৈবাক ইরমদম অসিদা নঙ ঐনা শিংগদবা লমন য়াম্না লৈরি।

নিংথৌকাবা

জুন ১৪, ২০০৪।

# ইধৌগী থাঙ

যেকশিল্লি মালেম পৃথিবীগী লৈমায়সিদা
নঙগী হায়বা মফম অমখক,
পুরক্লি যুগ কয়া লাল্লদুনা
নঙগী নুংশিবা শক্তম অমখক,
লৈরিমখৈ ঐখোয়গী ইরকসিদা
নঙনা খোয়দৌ মীরেল ওইদুনা
হিংখিগনি ঐখোয় যুগ কয়া কয়া
— লমদম অমা, পুন্সিরোল অমা

"বাবা, বাবানা পান্নদু অদুম তৌবিয়ু। বাবানা শান্নবদা নশূনুপা অসিবু কৌ-কৌদুনা য়াওহনবীনু নশূনুপা অসিসু মানা পান্না ফূটবোললা, হোকীরা নৎত্রগা

বেডমিন্টনলা, টেবল টেনিসলা মরাইনা শান্নজনি।"

উপেন্দ্রোনা ব্রাফমসি মপাদা তোয়না হায়। ব্রাফম অসিদা উপেন্দ্রোগা মপা অচৌগা মত খেন্নবা য়াম্না লৈ। অয়ূক ঙল্লিঙৈ নৎত্রগা নুমিৎ তারকপা মতমস্বায়দা অচৌনা মশূনুপা কিরনবু থাঙ-তা শান্নহল্লি, ঔরাইহল্লি। ইপা-ইপুনা থম্বীরম্বা মশান্না অসি শান্নদুনা, মসিবু কন্দুনা থম্বসিনা ঐখোয়গী পুন্সিরোল অসিবু কন্দুনা থম্বনি হায়না থাজে। অমরোমদা উপেন্দ্রোনা মচানুপা কিরনবু অনৌবা মতমগী শান্নবা মখল ফুটবোল, হোকী নৎত্রগা টেনিসতু ঐখোয়স্বায়দা খুদোংচাবা ফংলবদি শান্নহন্নিংই। মসিনা মচানুপাবু মপান থোক্লা মশক-মমিং নাইনা শান্নবা ঙমগনি হায়না থাজে।

নুংথিল ওফিসতগী হল্লক্লগা ময়ূমদা ঙাইহাক পোত্থারগা মশা নান্না ওফিসার ক্লবতা রেকেট পুদুনা বেডমিন্টন শান্নবা চৎপসি উপেন্দ্রোগী নুংতিগী তৌদ্রবা য়াদ্রবা রূটিনগুম্বনি। মদুগীদমক মহাক্লা মমল য়াম্বা ফোরেনগী শান্নবদা তোংনবা খোঙউপ লৈ, মমল য়াম্বা অতাঙবা হাফ-পেন্ট, টী শর্ট অঙৌবা, অঙাঙবা, অশঙবা মখল-মখল লৈ। মানা শান্নরুবদগী ব্রারবা, হুমাং তারবা মতমদা তৈথোক্লবা অমোনবা টাৱেল অদুগী মমলনা কনাগুম্বা লৈজদবা ইমুং অমগী অঙাং অমগী মফি-মরোলদি লৈবা লায়না কোন্নগনি। ময়ামসিগী মথক্তা শান্নবা চৎপদা তোংনবা লুপা লাখ অহুমরোম পীবা লকজরি কার অমসুনি।

অমরোমদা অচৌনা মশূনুপা কিরনবু স্কুলদা মহে তম্বা চৎলুরগা ঙাইহাক পোত্থারগা নুংথিলগী চরা ব্রানথোকহল্লগা নুমিদাংৱাইরম ওইরকপগা লোয়ননা থাঙ-তাগী শাজেল মখল-মখল মখোয়গী মমাঙ শঙ্গোয় অচৌবদুদা শান্নহল্লি, ঔরাইহল্লি। মরক-মরক্তা অচৌনা মফম অতৈদা তম্বীরুবা নুপামচাশিংগা থাঙ হাইনহল্লম্মী। শেৎলিবা ফিজেৎসু কোংফু, কারাটি, টাইক্বোন্দো শান্নবদা শেৎপা গি অঙৌবা অদুগুম্বা অমুবা মচুগী গি অমখক্তং শেৎহল্লি। নহানৱাইদি মমাঙঙৈ শা-লান্দা শেৎনরম্বা অমুবা মচুগী খূদৈ, কোকয়েৎ, ফুরিৎ, খুবোম য়াই ফাদুনা শান্নরম্মী অদুবু মতমসিগা চান্নদ্রে হায়দুনা অমুবা মচুগী গি অসিখক্তং শেৎলগা শান্নহল্লি। চাবা, থকপা, তুম্বা নিয়ম-নীতি নাইহল্লম্মী, পঙচা চাবা, পঙতুম তুম্বা য়ারমদে। অকক্লবা নিয়ম-নীতি অমগী মখাদা চেকশিন্না লৈহল্লম্মী।

উপেন্দ্রোনা মচানুপাবু অতৈ-অতৈ চেন-চোংদুনা শান্নহনবদু থোইদোক্লা

শাউনিংলুদে। মানা কন্না শাউনিংলিবদি মখোয়গী ইমুংদা মীরোল অহুম-মরি পূজা তৌদুনা লাত্তুনা থল্লিবা মথৌপুরেলগী মতমগী অচৌবা অশাঙবা থাঙদু পায়দুনা হাইহনবদুনি। তোইনা হাইহনববুদি নত্তে, থা অমগী মনুংদা অমুরক-অনীরক্তনি পায়দুনা শান্নহল্লিবসি। অতৈ মতমদদি পূজা তৌদুনা লাত্তুনা থল্লিবনি। উপেন্দ্রোনা পাখৎচরিবসিসু অচুম্বা অমদি লৈ মদুদি মচানুপানা মরক-মরক্তা অসুম্না শান্নহনবসিনা করিগুম্বা কালদা মতাং চাদনা শীজিন্নরক্কদ্রা হায়বসিনি। হৌজিক্কী মতমদা মপানা ওফিসার অচৌবা ওইরগা লাইসেন্স লৌরগা থম্বা নোংমৈ মচানুপানা লৌথোক্তুনা গুন্দা শাবগী ৱারী উনরে, তানরে। অদুবু অচৌনা মশূনুপাদা মসিগী মতাংদা তোয়না হায়বা অমসু লৈ।

“নঙনা থাঙ অসি খূৎলোয়নবা হায়দুনা পায়দুনা শান্নরগসু কনাগুম্বা অমদা মরম চাদনা শীজিন্নবা য়ারোই। নঙ মসি নঙগী পুন্সিগী খ্বাইদগী মরুওইবা তাঞ্জা অমা নৎত্রগা লৈবাক্কী অরুবা পূংফম অমদা শীজিন্নগদবনি, অনীরক শীজিন্নবা য়াদে।”

কিরনসু মথৌনা হায়রিবশিংদু মরু লূক্না তায়, মথৌগী য়াথংদু লৈবাক তাহন্দনা ঙাক্না চৎলি। মসিদনি উপেন্দ্রোনা মচানুপাদদি শাউবা ঙমদ্রগা মপাদা কন্না শাউনিংলিবসি। মরক-মরক্তা মসিগী মরমদা উপেন্দ্রোগা মপাগা ৱাহৈ মঙা-তরা ঙাঙনবসু য়াওই।

“বাবানা নশূনুপাসি তিনবু-লাইপুহন্দনা ঙাওহন্দৌরে। থাঙ-তা, য়োৎতেক-থাঙতেক্তি লায়রদনা নোংমৈ মচা-মশূ ফাওবা য়ারক্তদনা রোকেট, মিসাইল পায়দুনা লান শোক্নরবা মতমসিদা থাঙ-তা ঔরাইহন্দুনা কৈদৌদোরিবনো?”

অচৌ মচানুপাগী ৱাদু অমরোমদবুদি চুম্মী হায়বা খঙই। মচানুপানা উবা ঙমদ্রিবা মায়কৈদু সিনি হায়দুনা তাক্লিংই অদুবু নোংচুপকী সভ্যতাদা মথৱায় হকচাঙ লূপখ্রবা মচানুপাদা সিনি-সিনি হায়দুনা তাকপসু ফনা লুবা থবক্লি। অদুবু অসুম্না পাউ ফাওনদনা লৈগদবগী শরূক তাক্তবা, হায়দবা য়াদ্রি। অদুনা মচানুপাদা অসুম্না হেক-হেক হায়, “ইবোচৌবা নঙনা খঙদবা অমা লৈরিনে। নঙনা চাওখত্তে হায়দুনা খল্লিবা থাঙ-তাদুনা লৈবাকসিগী শাংলবা ইতিহাস অসি শেম্লক্লিবনি। হৌজিক্কী মতমসিদা মসি চৎনদ্রে হায়দুনা খল্লগসু মসিবু মাঙহন্দনা ঙাক-শেনবদি ঐখোয়গী ইথৌনি। মার্সিএল আর্টনা ঐখোয়গী পুন্সিরোল শাগৎলক্লিবনি। পুন্সিরোল অসি ঙাক্তুনা চৎত্রবদি মতম অমগী

ঐখোয়গী অহল-লমনশিংগী থৌনা লিংজেলদু ঐখোয়দা য়াওরক্লরোই। ঐখোয়গী মতীংদু মাঙখ্রগদি ঐখোয়বু মীনা উশিৎলক্লরোই। ন্যুক্লিয়ারগী যুগ অসিদা থাঙ-তা পায়রগা লান চঙঙু হায়বদি নত্তেদনা। ঐখোয়গী পুন্সিরোল অসি কন্দুনা থমসি হায়বনি।"

মতাং অম্বায়সি য়ৌরক্লবদি উপেন্দ্রো মপাগা শাংথনা ঙাঙনদ্রে।

মপানা তৌবিবদু য়ানিংদ্রবসু উপেন্দ্রোনা য়ানিংবা অমদি লৈরি মদুদি মচানুপা কিরন্দু মতমসিগী ঙাওশিন্নবা, লমহেনবা অঙাংশিংগুম্নদি তৌদ্রে। মতমসিগী নেশা চাশিল্লক্কদ্রা, ঙাওশিন্নবা মমান্নবা তিন্নদুনা মথোং চাদবা থবক কয়া তৌশিল্লক্কদ্রা হায়বগী নুংশা থীবদুদি মচানুপা কিরন্দদি লৈত্রে। চাং নাইনা মতম চানা শাজেল তৌবনিনা মশা খীংই, থবক-ইনখাং তৌবদা অতনবা হায়বদু থোইদোক্না লৈতে। অয়ূক ঙন্না য়াহৌই, কোয়রু-খোৎলুবা তৌরবসু নুমিদাং থেঙনা হঞ্জিল্লকপা কাইদু অমুক ফাওবা তৌদে। অহল-লমন্দা ব্যবহার কায়দে। মহৈ-মশিংগী মতাংদসু য়াম্না ফদুনা ময়ামগী মকোক থোংদুনা ফর্ষ্ট, সেকেণ্ডমক তারুদ্রগসু ফর্ষ্ট ক্লাস গ্রেডকী মনুং চনবা ছাত্রনি। কিরনগী মওং-মতৌসি উরগা মমান্নবশিংনা উপেন্দ্রোদা লক্লদুনা হেক-হেক হায়, "ভায়, নচানুপাসি নঙনা পোকপনি হায়রগসু নঙগী মওং-মতৌবু অমত্তা লৌদেনে। হৌজিক্কী মতমসিদদি নঙগী নচানুপা অসিদি সনাগুম্বনি।"

মরক-মরক্তা মমান্নবশিংনা অসুম্না হায়রকপদু তারগা উপেন্দ্রো মপূক্লিংদা চাউথোকচৈ। করিগুম্বা তাঞ্জাদা অসুম্না হায়রকপা মতাংদা অসুম্না খুম্লুবসু য়াওই, "ঐনগা শেম্বা নত্তেদা। মখোয় মথৌদুনা ঐখোয়নগা শোক্লু বা য়াবা নত্তে, শাউখ্রপোৎনি।"

কিরনবু মথৌনা মরক-মরক্তা পায়দুনা হাইহল্লিবা থাঙশাংদুগী শাংলবা ব্বারী অমসু লৈরি। মদুদি মখোয়গী মথৌপুরেলগী মরীদা মমাঙঙৈ ইং ১৮৯১গী বৃটিশকা মণিপুরগা শোক্লখিবা নীংতম লান্দা মখোয়গী মথৌপুরেল অমখক নিংথৌগী ফম্নাইবা ওইদুনা লান য়াওখি। লান অদুদা পূজা তৌদুনা লাৎলিবা থাঙ অসি পায়দুনা লান শোক্লবদা য়েক্লবা কয়া হাৎখি হায়। লান য়াওরুবা কয়ানা লান মায়থীদুনা ময়ূম-ময়ূমদা হন্নরক্লবদা মথৌপুরেলদুদি হল্লক্রুবদা মথৌ অমনা লানফমদা থিবা চৎলুবদা লানফম ময়ায়দা ঈনা পূমঙাঙ-ঙাঙনা তৈরম্বদগী কংশিল্লক্লবা থাঙদু পায়রগা নোংমৈ গুলিনা

পাল্লগা শিদুনা লৈরম্বা থেংনখি। নাকন্দা য়েক্লবগী অশিবা হকচাঙ কয়াসু তাদুনা লৈরম্মী হায়। মফমদুদা চৎলুবা মথৌদুনা থাঙদু পুরক্লুনা য়েক্লবা লম্বা পাবদা য়েক্লবা মায়থীবা পীবা ঙম্বা থাঙনি হায়দুনা মতমদুদগী পূজা তৌদুনা লাকখি। হৌখিবা মীরোল অহুম-মরিসি পূজা তৌদুনা লাক্তুনা লাকখিবনি। থাঙ অসিবু পূজা তৌদুনা লাকখিবা মথৌ অদুনা মতুংদা লাকপা মচা-মশূশিংদা চেকশিন্না শিন্নরম্মী। মচা-মশূশিংনা ঙসি ফাওবা মপা-মপুশিংগী য়াথং ঙাক্তুনা থাঙ অসিবু শেন্নদুনা লাক্লি।

কিরনগী মথৌ অচৌ নিংথৌ পাল্লিঁডেদা মেট্রিক ফাওবা তমহৌদুনা লৌরুংশঙগী কেরানী ওইরম্মী। মতমদুদা লৌরুংশঙগী কেরানী বাবুসি পৈশা য়াম্না থোকপা মীয়াম্না ব্যবহার তৌনবা থবক অমা ওইরম্মী। মরম অদুনা মচানুপা উপেন্দ্রোবু সরকারগী অচৌবা থবক তৌনবা হায়দুনা মপান্দা পৈশা চঙনা লাইরিক তম্বা থারুই। উপেন্দ্রো মপান লৈবাক্তগী অৱাংবা দিগ্রী, সর্টিফিকেট পায়দুনা থোরক্লে, সরকারগী অচৌবা থবক অমসু তৌরে। ঙসিদি ময়ূম-মকৈ কোনুংদৌনা শারে, মমল য়াম্বা কার খোঙনেৎনরে। সমাজসিদা মাগী মফম চাউনা লৈরে।

মতাঙ অসিদা অচৌ মচানুপা উপেন্দ্রোগা চাউনা খেন্নরিবসিদি অচৌদি অনৌবা মতমগী চাওখৎপগী মঙাল কয়া লাকখ্রগসু মপা-মপুগী শক্তম অদুবুদি কন্দুনা থম্বা পামজবা মীতানি। মরম অসিমক্লনি মহাক্লা মথৌপুরেলনা থল্লম্বা থাঙ অদুবু পূজা তৌদুনা থল্লিবা, কিরনবু থাঙ-তা ঔরাইহল্লিবা পূম্নমকসি। অমরোমদা উপেন্দ্রোদি মপান্দা লাইরিক তম্লুবদগী মশক অমা ওন্দুনা লাক্লে। মহাক্কী মপানা থাঙ-তা ঔরাইরিবসি শুকপাম পাল্লমদে। অরীবা কান্নদ্রবা ইতিহাস অমা কোন্দুনা থম্বনি খল্লম্মী। মদুগী মহুৎ মহাক্লা মপান্দা লাইরিক তম্বা চৎপদা থেংনরকপা, উরকপা পুন্সি মহীংদুনি মানা য়াম্না পামজরিবসি। শান্ন-খোৎনবা তারবসু ফুটবোল, হোকী নৎত্রগা বেডমিন্টন শান্নবা। মহাক্লা অমুক্তা হেন্না পাল্লিবদি সাহেবশিংনা শান্নবা লোন টেন্নিসতুনি। সাহেবকুম্না যুঙাঙ থকপা, শা চাবসু য়াম্না পামজৈ।

অমুকখক মপানা কিরনবু ফূরিৎ খোঙগ্রাও, মমল য়াম্বা খোঙউপ, রেকেট লৈদুনা মহাক্কী মতুং ইন্দুনা ওফিসার ক্লবতা বেডমিন্টন শান্নবা পুরুই। নুমিৎ খরনিগী মনুংদা কিরন্না হান্না শান্নরম্বা মমান্নবা কয়াবু থোইবা ঙম্লে। নুংতিগী অকনবা শাজেল তৌদুনা লৈরিবা মঙোন্দদি মমান্নবা অমা মায়থীবা পীবা হায়বসি পেনামুক লায়বা থবক্লি।

অরুম্বা থাঙ পায়দুনা হাইরিবা মঙোন্দদি বেডমিন্টনগী রেকেট পায়বসি লুক্রাকমুক য়াংলে। মাগী মশা খীংবা, হৈ-শিংবদু উবদা ময়াম্না মাবু ফজনা হোৎনরবদি নেসনেল লেভেলদা ষ্টার অমা ওইবা ঙমগনি হায়বা ফাওবা হায়নৈ। কিরনসু ময়ামগী ব্রাদুনা মপৃক্লিং থৌগৎলে। থব্রায় য়াওনা শান্নবা হৌরে। মচাগী মওংদু উবদা উপেন্দ্রোসু নুংঙাইজরে।

উপেন্দ্রোনা নুংঙাইজবসি মপা অচৌগীদি থব্রায় চাকপীনি। মচীন্না থোক্লা হায়দ্রগসু মশূনুপানা মাগী মতূং ইন্দুনা থাঙ-তা ঔরাইরম্লগা মপানা মুন্দুনা বেডমিন্টন শান্নবা পুখিবসি তশেংনা থম্মোয় কায়। অদুবু করি উপায়দি লৈ। মাগী মচামকসু নত্তে, মশূনুপানি। মশূনুপানা মপাগা নান্না কেনা কার তোংদুনা বেডমিন্টন শান্নবা চৎপদু থম্মোয় কায়না লোন্ন-লোন্না য়েংজে।

থা অনীমুক্কী মতূংদা নুংথিল অমা কিরন্না মধৌগী মনাক্তা লাক্লগা হায়রৈ, “ইধৌ ঐ অমুক বেডমিন্টন শান্নবা চৎলরোই। ইধৌগা ঐগা নুমিদাংব্রাইরম থাঙ-তা ঔরাইবদু অমুক হৌরগনি।”

মশূগী ব্রাদু তাবদা অচৌদু নুংঙাইবগী পি শীস্থজৈ। মতম কুইনা মাঙলুরবা লন অমুক ফংবগুম মথম্মোয়দু নুংঙাইজৈ। মশূনুপাবু চেজেৎ কোল্লগা ‘নঙনা অসুম্না অমুক হল্লকপসি ঐগীদি মাঙলুরবা মণি অমুক হন্না ফংবগা চপ মান্নে। ঐনা থাজৈ নঙনা ইপা-ইপুশিংগী শক্তম ঙাক্তুনা থমখিগনি’ হায়না মথন্তা শোঞ্জে।

কিরন্না মধৌনা লাত্তুনা থল্লিবা থাঙসিগী মতাঙদা হায়বা ‘থাঙসি খূৎলোইনবা পায়দুনা শান্নরগসু কনাগুম্বা অমদা মরম চাদনা শীজিন্নবা য়ারোই। নঙনা মসি নঙগী পুন্সিগী খ্বাইদগী মরুওইবা তাঞ্জা অমা নৎত্রগা লৈবাক্কী অরুবা পুংফম অমদা অমুক্তুং শীজিন্নগদবনি; অনীরক শীজিন্নবা য়াদে’ হায়বা ব্রাফমসি মরক-মরক্তা খল্লকপা মতাঙসু য়াওই। অমুকখক লৈকায় মশেল খৎনবা উপেন্দ্রোনা নুংঙাইতে হায়দুনা থোক্তুনা খাম্লুবদা শোয়দুনা চৈনা করিনা খজীক্তুং শোক্তুনা চঙলকখি। কিরন মপানা শোক্তুনা চঙলকপদু উবদা মথব্রায় শোকখিদুনা মখোয়না পূজা তৌদুনা, লাত্তুনা থল্লিবা থাঙদু পায়দুনা মপাগী লমন শিংগে চোংথোক্লুরবনি। অদুবু থংনবা মীৎকূপ্তা মধৌনা পুন্সিগী খ্বাইদগী মরুওইবা তাঞ্জাদা শীজিন্নৌ হায়কো হায়দুনা মপূক্লিং ফাথদুনা চঙলকখি। অসিগুম্বা থৌদোক ব্রাথোক মচা-মশূশিংদা পূক্লিং চোইথোক্লোইদবনিকো খল্লগা শাউগৎলুরবা মপূক্লিংদু ফাথজখি।

উপেন্দ্রোসু মচানুপানা পূজা তৌদুনা, লাক্তুনা থল্লিবা থাঙদু পায়দুনা থোকখিবদুদা পাখৎলুরবনি। নুংতিগী থাঙ-তা পায়দুনা পাড়া ঔরাইদুনা লৈরে, থোক্লিবা থৌদোক্তুনা মরোল অমা খোইদৌ শাউগৎনিংঙাই ওইরে, ঈ শাগৎলক্লিবা মখোয়না থাঙ পায়দুনা থোকখিবদু কোঙ-কাঙ তৌরকদ্রা হায়দুনা নুংশা থীরুরবনি। মখোয়গা অতম্মনা ওনশিন্নদুনা খৎনরুবসু নত্তে, লৈকায় খৎনরগা য়েংদুনা লৈবদু নুংঙাইতে হায়দুনা খামদোকপা থোক্লুবনি। খামদোকপদা ইস্থোক-ইনশিন খরা তৌনবদা খজীক্তুং খেবাৎপোই করিবোই শোকখিবনি, থীনা হেক শোকপসু নত্তে। মদুগী মথক্তা মখোয়না লৈরিবা ফীভমদুদা লৈকায়না করিনা খৎনবা হৌগদবা করিসু লৈতে। উপেন্দ্রো মঙোন্দা শোক্লিবদুগীদি নুংঙাইতবা করিসু পোক্লুদ্রে। মদুগী মহুৎ মচানুপা কিরন্না থাঙ পায়দুনা থোক্লুরগা করিসু তৌদনা হল্লকপদুনা হেন্না নুংঙাইখ্রে।

মরক-মরক্তা অচৌনা নশূনুপা কিরনবু মেরা হৌ-চোংবগুম্বা লৈবাক্কী অচৌবা থৌরমশিংদা পুদুনা সনা কোনুংগুম্বা, কংলাগুম্বদা চৎলম্মী। মফমদুদা তোঙান-তোঙানবা মীওইশিংগা উনদুনা ব্লারী ব্লাতাই শানহল্লম্মী। মরক-মরক্তনা মাগী থাঙ-তাগী মহৈদু উৎহল্লম্মী। অসুম্মাইনা হেক-হেক চৎথোক চৎশিন তৌবদা অচৌনা মশূনুপাদা ব্লারী-ব্লাতাই হেক-হেক শাই।

"অসুম্না মরক-মরক্তা লৈবাক্কী থবক থৌরমশিংদসু শরূক য়াগদবনি। লৈবাক খুনাইনবু ঈংনা তপ্পা লৈত্রবদি নখোয়-ঐখোয়গী ইমুংসু ঈংনা তপ্পা, নুংঙাইনা লৈবা ঙম্লোই। ইমুং-মনুং, য়েনখা-লূখাদগী হেন্দোক্তবা পুন্সিদুদি তশেংনমক অকিবগী মশক্লি। নোংমগী মনুংদা মীৎকূপ খরদি লৈবাক খুনাইগীদমক কাইথোক্দবনি।

কিরন্না ট্রেল্ভ পরীক্ষা ঙমদুনা মপান্দা মখা মহৈ তম্বা চৎপা মতমদসু মীরমদা লৈবা মতমদা লমদম অসিগী ইপা-ইপুগী শাজৎ-লিচৎ ঙাক্তুনা লৈনবা পাউতাক কয়া পীখি। কিরনসু মথৌনা ঈৎতুনা শেল্লক্লবনি, করিবুদি অশোয়-অঙাম থোক্লুনি।

অমুখক্তি মপানা কিরন্দা অসুম্না চিঠি ইরকখি— ইপাগী ইবুংঙো নঙবু কমদৌরি? নকোক ফাওবা চীক্তেদনা। পাউ অসি নঙোন্দা খঙহনসিরা, খঙহল্লোইসিরা নমাহোয়, ঐখোয় ময়াম কূপ্পা থন্নরবা মতূংদা খঙহনবনা ফরে, খন্দুনা পাউ অসি নঙোন্দা খঙহনখিবনি। মদুদি সিনি নঙবু য়াম্না লুনা তৌজবা নথৌদু কন্না ঙমদদুনা লৈরে। ডোক্টরনবুদি করিসু তৌরোই হায়, অহল ওইশিল্লকপগী লায়নানি হায়। পাবুঙদুনা নঙবু

ওস্থোক্লা লুনা তৌজবদুদা পাউসি নঙোন্দা খঙহন্দ্রিঙৈদা গ্রোং-গ্রাং হায়দুনা ফত্ত-নুংদা থোক্লবদি হায়দুনা খঙহনখিবনি। পাবুঙনদি করিসু তৌরোই, নঙগী মহৈ তম্বা কায়নবনি তাক্লুরনু হায়বনি। ছুটি লৈরবদি নঙ অমুক্তং থোক্লকপা য়াব্রা য়েংউ। নমানসু নঙ উদবা কুইরে অমুক্তং উনিংই হায়।

চিঠিদুগী মতূং নুমিৎ তরানিমুক লৈরগা চিঠি অমমুক ফংই। হন্দক্কীসিদি মপানা ইরকপা নত্তে, মধৌনা ইরকপনি— ইশূ ইবুংঙো নঙগী নধৌ করিসু তৌদে। অহল ওইশিল্লকপগী লায়না তীলনা জাৎ-জাৎ তৌরক্লিবনি। অহল ওইশিল্লক্লগা ফজগদবা, ফগদবা পোৎশক অমফাও লৈতে। নঙনা তশ্লিবা নহৈদুদা পূক্লিং চঙঙু। নপাদসু ঐনা পাউসি নঙোন্দা তাক্লুরনু হায়বনি। অদুবু নপাহোয় নমাহোয়না পাখত্তুনা নঙোন্দা পাউসি খঙহনখ্রমাল্লে। ইশূবু পাখৎতনবা হায়দুনা ঐনা চিঠিসি অমুক ইরক্লিবনি। ঐনা নঙোন্দগী আশা য়াম্না তৌরি। ইমুংসিগী তূংগী আশাদি নঙনি...।

লাইবক ফদুনা কিরন্না লাইরিক-লাইশূ তম্বা লোইবা ফাওবা মধৌদু করিসু তৌদনা তেক্ত-কায়দনা লৈরম্মী। কিরন্না থবক-ইনখাং তৌদুনা ময়ূম-মকৈ পাল্লবা মতূং চহী অনী অমসু লৈরম্মী।

ঙসিদি কিবনগী মধৌদু লৈত্রে। মধৌনা শিন্নরম্বা থৌদা মীরোল অহুম-মরি পূজা তৌদুনা লাৎলক্লবা থাঙদু ঙসিসু কিরন্না পূজা তৌদুনা লাৎলি। মরক-মরক্তা পূজা তৌদুনা লাৎলিবা থাঙদু পায়দুনা নিয়ম-নীতি কায়দনা শান্নরি। মধৌনা থাঙসিগী মতাঙদা হায়রম্বা ৱাশিংদু ঙসিসু নীংশিংলি, নঙনা থাঙসি খূৎলোইনবা হায়দুনা পায়দুনা শান্নরগসু মরম চাদনা শীজিন্নবা য়ারোই। মসি নঙগী পুম্সিগী খ্বাইদগী মরুওইবা তাঞ্জা অমা নৎত্রগা লৈবাক্কী অরুবা পূংফম অমদা অমুক্তং শীজিন্নগদবনি, অনীরক শীজিন্নবা য়াদে।

নিংথৌকাবা

জুলাই ১১, ২০০৪।

# অকঙবা লৈরাং

শীংনরি
মীওইবগী লাইবক্না
মতমগী অকনবা নুংশিৎশিংগা।
অদুবু–
নৌরবী লৈরাং অমদদি
চানবীখিদে লাইবক্নসু
চৈনাদমক পীরন্মী অকনবা নুংশিৎনা।
– পুন্সি অমা, নোংলৈ অনী

"তামো রাজেন, কদায় চৎতোইনো? বস ঙাইরিব্রা?"

খোঞ্জেলদু তাবদা লৈথোক্কুনা য়েংলুবদা বসন্তীদু উই। ঐসু খঙই– বসন্তীদু মফি-মরোল নান্না শেৎলদুনা ঐখোয়গুম্না থবক অমা চৎনবগী বস ঙাইরিবনি।

নহানব্রাই ওইরবদি মহাক্লা মখা তারক্লিভৈদা 'বসন্তী কদায় চত্তোইনো?' অদু অদা ময়াম অমা ঙসাইনা তৌশিল্লমগদবদু ঙসিদি মহাক্লা ইচম চম্না কৌরকপা অদু ফাওবা ওন্থোক্লা হৈনদনা থোক্লে। 'কৈদৌবগী ময়াম মাঙদা কৌরক্লিবনো' সিমক হায়নিংলবনি। মীনা হ্রাও-হ্রাও কৌরক্লবনিনা খুমদবা য়াদবনিনা তল্লপ্না খুল্লুই, "অং থবক চৎকে হায়দুনা গাড়ী ঙাইরিবনি। নঙদি কদায় চত্তোইনো?"

"ঐসু এন জি ও অমদা থবক কারে। থবক চৎকে হায়দুনা গাড়ী ঙাইরিবনি।"

মাগী পাউখুমদু তানা তানা ঐখোয়দা কনা কনা য়েংলক্কে হায়দুনা লৈদুনা য়েংথোক্লবদা কনাসু য়েংলক্লমদে, গাড়ী ঙাইমিন্নরিবা মঙা তরাদু গাড়ী লাক্কদৌরিবা মায়কৈ অদোমদা খৌরাংনা য়েংদুনা লৈনরম্মী। খজীক্তং নুংঙাইবা পোকই অদুগা পূক্লিংসিদা ইতোমতা অমুক হংজে— করি থবকপু তৌরিবা? মতম অমা মহাক্লা কাবক কাবক চৎনবা য়াবা মশক্তুনা মশক ফজবসি মঙোন্দগী হেনবা লৈত্রবোই, নুপানা তান্নবসি মা মঙায়রে মতাগুম পোঙখ্রিবা, চাউখ্রিবা...? ঙসিনা এন জি ও অমদা থবক তৌরিবনি কাইনা পোলি-পোলি চৎনিংলমগদ্রনে? মারুটি কার, মোটোর সাইকল মনীংদা নপকনবী মহাক্লা বসতা ইন্নদুনা চৎপসিবু হৈনরমগদ্রনে?

বস লাক্লে হায়দুনা বস ঙাইরম্বা ঐখোয় মঙা তরাদু গ্রুং-গ্রুং কাখৎনৈ। বস মনুংদা নে তানা ফন্নবা মতুংদা উরকই বসন্তীদু ঐখোয়গী মমাঙ ওইরপ্না সীট অহুম মরি কাখৎলগা ফমখ্রে। মাগী মওংদুদা ঐগী ইনাক্তগা ফমজিল্লক্দ্রা হায়দুনা পাখৎলুরবনি, মদুমক্তি থোক্ত্রে। মশক মতৌ ফজবী মৌ নহা মাগা দ্রো--দ্রা তৌদুনা চৎমিন্নবা ফজবা মওংসু নত্তে। মদুগী মথক্তা তোংলিবা বসতুদা ঐখোয় লৈকায়দগী মরি মঙা অমসু য়াওরি। মখোয়না ঐগী মওংদু উরগা লৈকায়দা ঐগী মরমদা শরা শনবমখৈ ৱারী শারুগনি। মদু তৌরবদি ঐগী ফজফম করিসু লৈতে। অদুগী হায়রুরবদি বসন্তীসু লৈকায় মচাগুম্বনি, মখোয়গীদু থংনবা লৈকায় ওইরবসু ইনক নক্লে। মাগী মরমদা ঐনা য়াম্না কিরিবসি 'বসন্তী নুপা অমা ফাগদবগী কন্না লুল্লিবনি। মাগী মমাঙগী ৱারী তাবদা মঙোন্দা হায়রবা নুপা কয়া হৌদুনা চেনখ্রবনি' হায়নবা ৱা কয়া জাৎ জাৎ তাবসিনি।

লম্বী মান্নরবনিনা বসন্তীগা ঐগা খরা তোয়না হন্দক্তি বস তোংদুনা চৎমিন্নবা তারি। মসিসু ওন্থোক্লা হৈনরোইদৌরিবা মওং অমনি। মসিগী হায়রুরবদি ঐগী থবকসি অতোপ্পা মফম অমদা ট্রান্সফর তানবা ৱানোম্লিংলবনি। অদুবু উপায় লৈতে ঙসি ঐনা

তারিবা থবক মফমসিসু ওম্বোক্লা ৱানা পৈশা, মতম চঙনা, হায়জ চৎচদুনা ৱানোম্লবা মতুংদা তারকখিবনি। মসিবু অমুক পামদ্রে হায়রুরবদি চীংনুংদা অমুক চঙবা তাবনি। বসন্তীনা ঐঙোন্দা দ্রো-দ্রা তৌরক্কদ্রা খল্লুবদুদি ঐনা হেঞ্জিন্না খল্লুবা ওইরম্লে। দরকার লৈবা নত্তনদি ঐঙোন্দা ৱা-নুং থোইদোক্লা ঙাঙলক্তে। মী অতৈগসু থোইনা ৱারী-ৱাতাই শানবসু উদে। মতম অমদদি বসন্তীনা ঐঙোন্দা ৱাহে অমতং ঙাঙলক্লবা ওম্বোক্লা ৱানা হোৎনখিবনি।

ওফিসতগী ঙল্লপ থোকচরকপনি অদুবু লম্বীদা গাড়ী টয়ার পঙ্কচর ওইদুনা ঙাইহাক পন্দবা য়াদ্রে। বসতুদা বসন্তীসু য়াওরকই। ৱারী ৱাতাই থোইনা শানরুদে। স্পেয়র টায়রদু শিনবা ঙাইবা ওইনা ঙাইহাক অকোয়বদা ঙাহৌ-ঙাহৌ চৎলম্বদগী ভাব অমদা বসন্তীগী মনাক চঙলগা 'চা থকউসিরা বসন্তী' হায়রুই। বসন্তীসু হৱাও হৱাও য়ারকই। অনকপদা লৈবা মী খরা লনবা চাগী দুকান অমদা চঙশিল্লে। হেক ফমথবগা ঙাইহাক লৈরগা চা য়োনবী মৌ নহাদুনা গ্লাস অনীখক্তা চা পুরক্কুনা পীরে। অমমম পায়খত্তুনা খরা খরা চিংবা হৌই। ৱারী খরদি শাবা ফমাল্লে খন্দুনা হংলুই, "নঙগী থবক্তুদি তলব কয়া কয়াদি ফংই, বসন্তী?"

"তলবতি য়ামদেদা। তলবসু থা অনী'হুম, অনী'হুম লৈরগা ফন্দ লাক্লগা পী। থাদা লিশিং অমগা চামঙা খক্তনি। তামো রাজেন, ঐনা চৎলিবসিদি তলবকী ৱা নত্তেদা... য়ূমদা থবক করিসু লৈতবদুদা ৱামন্দুনা মপান খরা থোক্লগা ফগদ্রা খন্দুনা চৎলিবনি।"

বসন্তীনা হায়রিবা ৱাদুগী মরুমদা থম্মোয়গী অচৌবা পোৎলূম অমা লৈরি হায়বা ঐসু খঙই। মসিগী নুপীসিবু জ্ঞানগা খরা খরা তারবা জাৎলনে? নহানৱাইদি মঙক হাইগৎখ্রবনিদা... ঐনা মখা তানা হংদ্রিঙৈদা মানা মরী মরী মখা তাথরকই, "হন্দক লাকপা ইনম্মদুনা ঐবু ও-মঙ্গলনি হায়দুনা অরাকপা মীপূম খূদিংদা ৱারী শাই। ঐনা ফত্তদুনা ইপূরোইবদু শিখ্রিবনি। ইমুং অদুদা লৈরবদি ও-মঙ্গল ওইরক্লনি হায়দুনা কয়ারক্কি মানা ঙাঙখ্রিবা...। ঐগী ইতৌদু উবদা নুংঙাইতদুনা বাবানা ঐঙোন্দা ইবেম্মা নঙগী অপাম্বা অমতং হায়য়ু, ইপানা ঙম্বা ওইরবদি ইপানা হিংলিঙৈসিদা তৌবীরমগে হায়বদুদা ঐনা তান চারে খন্দুনা বাবা থবক অমতং পীবিয়ু। য়ূমদা লৈবসি য়াম্না ৱারে হায়বদগী সরকারগীদি বেন লৈবনিনা থবক হাপ্পদ্রি, এন জি ওগী থবকসি ওইনা

তৌরো হায়বদগী থবকসি চৎলিবনি। তামো রাজেন, তলবকীদি ঐ থোইদোক্লা খল্লুদ্রেদা। য়ূমদগী মপান থোরক্তুনা ঙৈহাক পোত্থাবা ফংলিবসিনা হেন্না নুংঙাইরে।"

ৱাদু হায়বা লোইশিল্লকপদা বসন্তীগী মখজাইদা অশাবা পি মতূম অনীখক নাম্থগদবগী য়াম্দুনা লৈবদু উরুই। ঐ উদনবা মশম হাইগৎপা শাশিন্নরগা রুমালনা লোন্না মপিদু তৈথোকখি। ঐসু উদবা অদুম শাশিন্নরে। তাঞ্জাদুদা স্পেয়র টয়ারদু শিনবা লোইরে হায়দুনা হোর্ন খোংলক্তুনা চাগী পৈশাদু পীরম্লগা গাড়ীদা কাখত্তুনা ফম্লে।

হন্দক থা অমা অনীসি থবক কাথোক কাশিন তৌবদা বসন্তীগা বস তোয়না তোংমিন্নরে অদুবু মাগা ঐগা ৱারী ৱাতাইদি থোইনা শানরুদে। ঐগী থবক মফমদুদগী মাগীনা খরা অমুক হাইথৈ। ঐনা হান্না কূমহৌরগা মানা মতেক অমমুক তোংদুনা চৎখিবনি। করিগুম্বা কালদা ঐনা গাড়ীদগী কুমথবা মতমদা ঐঙোন্দা মানা মুন্না য়েংদুনা লৈরম্বসু য়াওই। করিগুম্বা ঐগা মীৎচান্নবা য়াওরবদি থুনা মমায় লৈথোকখি। ঐগা মাগা ৱারী ৱাতায় শানদুনা চৎমিন্নদ্রবসু বস শাংনা শাংনা হঙ্গৎ-হন্দা তোংবদা মাগী মরমদা ৱাখল মচা অমা হেক হেক খনবসি ঐগী হৈনবী ওইরক্লে।

বসন্তীসি ঐখোয় লৈকায়মক নৎত্রবসু থংনবগী লৈকায় মচানি। লৈকায় তোঙান তোঙাঞ্জরবসু ইনক নক্লে মরক্তা লৈরক মচা অমতনি খল্লিবা। বসন্তীনা লৈশাবী পূংকক ফারকপা মতমদু মমিং ওখাক চৎখিবনি। অশেঙবা হায়রবদি মহাক মশক য়াম্না ফজবী নুপী অমদি নত্তে, অতৈ মশক ফজবী নুপীশিংগা য়েংনরুরগদি ময়াই ওইরপ লৈবীনি। অদুবু মাগী অঙকপা মগুণ অমনা মাবু নুপানা য়াম্না তান্নবসিনি। মঙোন্দগী হেন্না ফজবী নুপী ভারিদা লৈ অদুবু মাগী অসিগুম্না নুপানা তান্নদে। মাগী অতোপ্পা মগুণ অমনা শেৎলি-চারিমখৈ পকচবসিনি। কনাগী অঙাঙবা, অশঙবা, উরেঙ, অরাং-তুরাংবা শেৎলিমখৈ পকই। কনাগুম্বনা মাগী অসিগুম্বা মগুণসি উবদা 'বসন্তী ফিসি নঙ লৌজরো। ঐদি পামদ্রে। নঙদি শেৎলিবমখৈ পকই, নঙনা শেৎলবদি পকচনি' হায়না হায়নবসু য়াওই। মাসু পকই হায়বগী মতীক নুমিদাংৱাইরমদা ফূরিৎ-ফিরোল মখল মথেল শেৎ-ইন্দুনা শিংজু চাবা থোরকপদু পাখঙ মচাশিংদা নত্তনা চহী ৱায়শিল্লবা কাঙবু ফাওবা হন্না য়েংলমদবা য়াওদে। মবুং অনীগা মাগা মখোয় মচীন-মনাও অহুমখক্তনি ইমূংদু। নিংঙোল মথন্তনি হায়দুনা ওম্থোক্লা কেনা মৌনা লৈজে। বসন্তীগী মপাদু হাই স্কুল অমগী ওজানি, মমাদু য়ূমদা তৌবা য়াবা ফিশা লোনশা তৌই। য়াম্না

নুংঙাইবমক নৎত্রবসু ইমুংদু ঈংনা-চীক্লা, চাবা থকপা ৱাৎতনা পানবা ইমুংনি। ইমুংদু বসন্তীনা মনীং-মখা তম্লা নুংঙাইনা লৈজবনি।

নুমিদাংৱাইরমদা মাবু কোয়বা লাকপা পাখঙশিংনা তোংলকপা মোটোর সাইকল, কারনা মখোয়গী লৈরক মচীনগী ইনে ইবেতোনগী শিংজু-বোরা য়োনবা পোৎফমদু কৃক-কৃক ইন্নে। মাগী হাক্তক্তা ইনে ইবেতোন্দু শিংজু-বোরা য়োনবদা পৈশা ফনা য়াম্না শারমগনি। মরক মরক্তা মাবু কোয়বা লাকপা পাখঙশিং ইনে ইবেতোনগী পোৎফম মমাঙদা নীংঙাই শংদান্নরক্কে তৌবসু য়াওই।

ঐসু অঙকপনি ঐগুম্বা চম্ফুৎ অমনা মী হেলোইগুম্বী অমদা ঙাওরুবসি। নুংথিলগী ইনে ইবেতোনগী সভাদুদা ঐগুম্বা অমদি করিসু লৈবা নত্তে, ঈচাওদা তাউথরকপা কাওশিংগুম্বনি। মমল য়াম্বা মোটোর কারদি হায়রুনু, হীরো সাইকল অমা তোংলিবদু ওন্থোক্লা ৱানা তোংজরিবনি। ঐনা মখোয়রোমদা হাইদোকচরিবদু তাল্লক্তনি, ময়াম লৈনদবা তাঞ্জাদনি। মদুগী হায়রুরবদি অসিগুম্বা তাঞ্জাদা যূম নকপগী খুদোংচাবসু য়াম্না লৈ। মখোয়গী মনাক্তা তৌবা লীলা-ফলা কয়াদা মাবু য়েংজনবা হোৎনবদা মতম কয়ানি মাঙখিবা। করিগুম্বদা শোয়দুনা মানা লৈথোরকপদা মীৎচান্নরুরবদি মদুগী মহাওদি থা'দুমা থুমদুনা লৈখি। য়াওশঙ মতমদা মখোয়গী ইথ্বোন্নুংদা চাকচা হৈজান্নবা য়াওরবদি মদু য়াওনবা হোৎনবদা ইকায় শঙ্গোই হাঙখ্রিবনি।

মঙোন্দা অহানবা ওইনা থম্মোয়গী ৱাফম খরা কাঙথোকখিবদু মাগা লুনা তিন্নবী মখোয়গা থংননা লৈমিন্নবা মমান্নবী অমগী খুথাংদনি। মমান্নবীদু ঐগা লুনা তিন্নবা ইমান্নবা অমনা কোয়বদুদা মদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা মঙোন্দা অমুক্তা হায়বীয়ু হায়দুনা কন্না তকপদগী য়ারকখিবনি। মমান্নবীদুনা 'তল্লি, নুপা য়াম্না কোয়বনি' হায়দুনা ফনা য়াম্না হায়জবনি। ঐখোয় অনীনা কন্না তকমনবদুদা য়ানিংদা য়ানিংদা য়ারকখিবনি। অহানবা ওইনা নুংশি মপাউ য়াওবা চিঠিদু মমান্নবীদুগী খুথাংদা য়ৌহনখিবনি। ফনা কুইনা করি হায়রক্কদগে হায়দুনা থম্মোয় নীক-নীক লাউনা ঙাইজখি। শকহেনবীদুদি করিসু খনবীদনা নুংতিগী মাগী নুমিদাংৱাইরম কেনা শিংজু-বোরা চাবা অদুম থোরকই। মাগী হান্নগী মওংদুনি করিসু অহোংবা লৈতে। ঐঙোন্দা ৱা অমা করি অমা হায়নিংবগী মওং করিসু উদে। ঐগী খাঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল ৱাংমা লাল্লক্লদুনা মাগী মপাউদু তানিংবনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা নোংমা মানা শিংজু চাবা থোরকপদা ঐগী চিঠিদুগী পাউখুম থৌরুই, "কৈনো

পাউখুম অমদি পীরকউদনা, য়াম্না চাউথোকখ্রেদা...।"

"চিঠিদুগীরা? মদু ওইববদি হয়েং পীরগে।"

নুমিত্তুগী অহীংদু মওল-মওল খন্দুনা ব্রানা লেনখি। মানা করি হায়রক্কদগে খন্দুনা অহীংদুমা মীৎ কল্লা অমা উইশিন্দনা লেনখি। অদুগা নোংঙাল্লগদি কয়া লায়না মানা ঐগী ইমাঙদা ঐগী চিঠিদু মচেৎ মচেৎ শেগায়খিবা...। মীৎকুপ্পুদা ইকায়বনা শিনিংবা হায়বদু য়ৌই। থম্মোয়সিদা খনখি— য়ানিংদ্রবসু য়ানিংদে কোক হায়রগা লোইরে। ঐবু শিরসনু হায়বা মতাগুম ঐগী ইমাঙমক্তদা ঐনা ওম্থোক্লা মমল লৈনা, মতম চঙনা ইজখিবা চিঠিদু কয়া লায়না মচেৎ মচেৎ শেগায়খিবা। মতাংদুদা থাংজম কোরানা শৈরেংবা, অহৈবম শ্যাম্না শকপা 'শেগাইবীরল্লে নঙনা ঐগী পুন্সিগী অরোইবা শরুক্তু, পাবা থোক্তনা পাবা থোক্তনা...' হায়বা ঈশৈদু কয়াদা চুনখ্রবা। অদুবু ঐ নীংবা কায়বা হায়বদুদি থোকখিদে। অহল-লমনশিংনা হায়নবা 'নীংববু কল্লবদি নোংমদি মহৈ ফংই' হায়বা ব্রাফমদুদা থাজদুনা মতুং ফনা কুইনা চহী অনী অহুম্লোম লুমজরম্মী। মদু ফাওবা মাগী নুংশি ঈরিক অমফাওবা থকচবা ফংদ্রবদুদা নীংবা কায়না বসন্তীগী আশা থাদোকখি।

ঙসিদি বসন্তীনা মথৱায় তানা খনজখিবা ইনাক খুনবা, বুলেট তোংবা শকহেনবদু মতমসিগী অকনবা নোংলৈনা হুম্বদা য়াওদুনা দ্রগতা ওভরডোজ ওইদুনা লৈখিদ্রে। ঙসিদি বসন্তী মশানা পামজদ্রবসু লুখ্রাবী হায়বা মিংথোলদু ফংজরে। মসিদা ঐনা নোক্কদ্রা নৎত্রগা মাগী অৱাবগী পোলোইদুদা নুংঙাইতবা ফোঙদোক্তুনা পি শীন্থুগদ্রা? নহানৱাই মানা তৌখিবা ময়াম নীংশিংলুরগদি 'কল্লক পেল্লিদা মরমচৎতুননি' হায়নিংলবনি। অদুবু মীনা অৱাবা তারগা কল্লক পেনবা মীদুদি মী নত্তে, শানি। নুপীনা য়াবীদবা নুপা 'নোংবান' হায়দুনা ইকায়গেদি হায়দ্রদুনা কল্লক পেন্নবা শাগুম্বা মীদুদি ঐ নত্তে। ঐগী ওইবা ফংহৌদ্রবী মাগী অৱাবদা ঐসু অৱাবা খজীক্তি ফোঙদোকফম থোকই।

মপূরোইবগী ফীরোইদু লোইরগা বসন্তীদু মপামদা হল্লক্তুনা লৈররে। মতম অমদা মানা তৌনিংবদা তৌরম্বা য়ূমদু ঙসিদি মা লাকপদা অতোপ্পা মীতোপ অমা থুংলবদৌনা তৌখ্রে। মহাক্না অমুক্কা হেন্না থৱায় শোক্লিবদি মাগী মবুং অনীদুগী মনম্মশিংদুনা মাবু নিংঙোল য়ূমগাইবী ওইনা পন্দুনা ঙাঙ-শকপদুনি। ময়াম্না বসন্তীগী নুপাদু নম্বর ফোর চারম্বনি, এইডস লায়নাসু পকথ্রবনি হায়দুনা পংঙাঙদা ঙাঙনৈ। খরা লৈরগা বসন্তীসু

এইডস পক্কুনা শোয়দনা শিরগনি। মরক মরক্তা বসন্তীসু মপূক্লিংদা পাখৎপা পোকচৈ, মাবু এইডস পক্কুনা শিরগদ্রনে? অমুকসু খল্লকপা য়াওই– অসুম্মাইনা হিংগদবগী শরূক শিখিবনা চামরক ফৈ। এইডসমক্তি পক্লমগদবা মান্দে বসন্তীগী নুপাদু, ওভরডোজ ওইদুনা শিবা শোয়দনা ওইরমগনি। এইডস পক্কনা ওভরডোজ ওইদুনা শিবা ড্রগ এডিক্ট ভারিদা লৈরি। এইডস পক্কুনা শিবা ওইরগদি হৌখিবা চহী অহুম মরিসিদা বসন্তীদা সিম্পটোম খর খরদি লাকপা হৌবা য়ারে। ঙসি ফাওবদি বসন্তী লায়না তীলনা চেনবগী মওং করিসু উদ্রি, মশা-মউ ফনা তীক-তীক লাউনা লৈরি। নম্বর ফোর চাবা কাঙবু এইডস পক্কনবদুদা এইডস পক্লমগনি হায়দুনা পংহায় হায়জিনবীবা ওইরমগনি।

বসন্তীগী মপানা মচানুপীনা চহী নৌনা লুখ্রা ওইবদুদা নুংঙাইতদুনা অমুক ময়ূম পান্নবা হায়দুনা নুপা কয়া হায়না শীংনরুরে। হায়নকব্বা নুপা অয়াম্বা অহানবদা য়ারম্লবসু অকোনবদদি হৌদুনা লোইনা চেনখি। চেনখিবগী অচৌবা মরম অমদি মহাক অমুক লুহোংলুরে হায়বসি নত্তে, মাগী অহানবগী নুপাদু ড্রগ চারম্মী হায়বসিদনি। অয়াম্বা মীনা খন্নরিবসু ড্রগ চারম্বনিনা এইডসসু শোয়দনা পক্লমগনি সিনি। ঈ টেষ্ট তৌসি হায়রবসু লুখ্রাবী, তূমন মাগীদমক কনানা থৌনা ফনা চোংথোকপীরক্কনি। অনকপা নুপাশিং য়ারক্ত্রদুনা পাউ-ঈ তান্নদবা অরাপ্পা মফমশিংদগী খরা হোৎনরুরবনি। অদুবু অকোনবদদি হান্নগী হান্না হায়বদুদা মতাই। মতম অমদদি মাগী নুংশি ঈরিক অমতং থকপা ফংজরবদি হায়দুনা মখোঙদা পাখঙ কয়ানি তুখিবা...। ঙসিদি বসন্তী অথূম্বা লৈহী চেন্দ্রবী অকঙবা লৈরাংগুম শকহেনবা পাখঙদি হায়রুনু মচা মশূ লৈরবা তূমন পাখ্রা ফাওবা মাগী শরূক থুংবিরমদ্রে। মসিবু বসন্তীগী করি মপাপনো?

"সীটসিবু মী লৈত্রব্রা?"

"অং লৈতে। ফমগে হায়বসু য়ানি।"

কনানো হায়রক্লিবনো হায়বদু খল্লুদনা খুমদোকখ্রগা কনানো হায়দুনা য়েংখৎলুবদা বসন্তী ওইরম্বদুদা ইঙক ঙকই। বসন্তীদু ময়াম ইন্নরিবদুদা য়াওরম্মী। মরী-মরী কূমথনখিবদুদা ঐগী নাকনগী সীটতু হাঙলকপদুদা মা ফমগে হায়দুনা চঙলকপনি। থা মরি মঙা চৎমিন্নরক্লবনিনা হান্নগী য়াম্না হৈনদবা মতৌদুদি নৎত্রে।

"বসসিদা য়াওরকপ্রা? ঙসাইমখৈদি উদে।"

"অং। ঐগী সীটতু অহল অমদা নুংঙাইতদুনা ফমহনপ্রে। ঐনা লেপ্লগা অদুম

লাক্লে। খরা খরা কূমথনখিবদুদা খজীক খজীক চৎখৎলকপদা তামোগী নাক য়ৌরক্লিবনি।”

ঙসাই মখৈ মোন্দ্রং অমদা নুংঙাইনা তোংদুনা লাকপদু মহাক্কা ঐগী নাকনগী সীটতা ফম্লবদু ঐঙোন্দা হৈনদবগুম, খোয়রাংবগুম তৌবা মতৌ অমা ফাওরক্লম্মী। বসন্তীনা মৌ নহা ওইরমদদুনা লৈশাবী অদুম ওইরম্লবদি কয়াদা নুংঙাইগদবা...। ঐগী মতম অমগী খ্বাইদগী পাম্মুজখিবা মীশক অমনা নাকন্দা ফম্লবদা ঙসিনা অসুক হৈনদ্রিবা।

“তামো রাজেন, য়ূম পানখিরোইদ্রা?”

মাগী ৱাহংদুনা ঐবু খংপ্রেক খংহল্লি। মাগীসিবু ঐঙোন্দা অমুক মীৎয়েং চঙলক্লিবা হায়বদুরা?

“পাল্লনি, হন্দক ফাইরেনদা লোইশিল্লগে হায়দুনা লেপ্লে। ইমাহোয়, ইন্দোমচাহোয়না লোইনা তৌবনি।”

ঐগী পাউখুমদুগী মাগী ৱাহং মখা লাক্তে। ঐসু ঐগী পাউখুমদুনা মাবু ৱাখল খবদি খলহল্লগনি হায়দুনা পূক্নিংদা নুংঙাইবা পোকচৈ। ঐনা খল্লিবদুগী ওন্ন-তৈনবদা বসন্তীনা, “তামো রাজেন ঐদি হিংনিংদ্রে। মরক মরক্তা শিরশিরা হায়দুনা খল্লকপসু য়াওই।”

“কৈদৌবগী শিগদৌরিবা? ব্রহ্মামক্তা পোকঙমদে হায়রিবা মীওইবা মপোক্লি। কৈদৌবৈ তরাই তরাই শিগদৌরিবা?”

“লৈখিদ্রবা ইপূরোইবগী ইমুংনসু, ইপামগী মীনসু মরুওইনা হন্দক লাকপা ইবুং অতোনবদুগী ইনম্মদুনা ঐবু ও-মঙ্গলনি হায়দুনা মীয়াম মমাঙদা ঙাঙবদুনি ঐনা তাবা ঙমদ্রিবসি। মাগী ও-মঙ্গল হায়বা ৱাহৈদুননি ঐবু মরক মরক্তা শিবা ঙম্লবা থৌনা পোকহল্লিবসি।”

মাগী ৱাদুদা থেমজিনবা ওইনা ঐগী ওইবা মত খরা ফোঙদোকসিরা খঞ্জানরিঙৈদা য়ৌরে, য়ৌরে হায়না লাঙনরক্তুনা করিমতা হায়হৌদনা অদুম কূমথহৌরে।

মতম অমদা লৈহী চোন্না য়াওরবী শকহেনবী লৈরাং ওইরম্লবসু ঙসিদি বসন্তী লৈহী চেন্দ্রবী নাতোনচাবী লৈরাংগা পাংখক ওইরে। পাপ চামনা মথক্তা নল্লবগুম

তৌখ্রে। মাগা ঐগা করিসু নুংঙাইতবা লৈনদে, মাগা ইচম চম্না ৱারী-ৱাতাই শানবদা ঐ পৃমাঙ মাঙগদবদি নত্তেদনা। ঙসিদি বসন্তী মাগী মরাল শুকনৎ নত্তবীদা পুন্সিদা অচৌবা মরাল অমা লঙজরুবগুম লুখাক কোমদা তারুরবী অমগুম পুন্সি লেপ্লি।

"তামো রাজেন, বস তোংগদৌরিব্রা? ঐখোয়সু তোংগে তৌরিবনি।"

বসন্তীনা তুং ওইরপ্লা ৱাদু হায়রকপনি। মাগী ঐখোয় হায়বা ৱাহৈদুদা মাগীসিবু কনা কনা য়াওরিবা জাৎনো হায়দুনা খঙনিংলকপা অমা ফাওরক্লুনা তুং হন্না য়েংথোক্লবদা উরকই, বসন্তীগী চহী লেঙ্গাগী নহা অমগা বস তোংমিন্নগদবগী লেপ্লিবদু।

"অং, নখোয়সু তোংগদৌরিবা নৎত্রা?"

"অং। সন্তোশ, তামো রাজেন লৈকায় ইবুংনি," মহাক্না নহাদুদা ঐবু শক তাকই।

নহাদু হরাওনা মখুৎ তিংথোরক্লুনা ঐগা খুৎ শোক্লে। মখোয় অনীগী মওংদু উবদা খঙলে, নহাদু বসন্তীগা নৌন খঙনবা মশূং মমান্নবনি। পাখঙনি।

"ঐখোয়গী ওফিসতা নৌনা জোইন্ট তৌরবা এ ওনি। ঐগা মত য়াম্না মান্নে।"

"অদুদি লাইবক য়াম্না ফবগী ৱানিনে।"

মদুগী মতুংদগীদি বসন্তীগা পাখঙদুগা লোন্দিন্ননা চৎমিন্নবা উরে। মখোয়গী মতৌদু উবদা ঐসু থম্মোয়দা নুংঙাইবা খজীক ফাওরকই। হন্দক্কীসিবু বসন্তীগী থাশিগী অহীংদু লোইখিদুনা পূর্ণিমা হায়বদু লাক্কদৌরিবা জাৎলা? মীনা করি করা ঙাঙনদুনা লৈগদৌ শরূক মফম খঙনা লৈজখিবনা ফরে।

হন্দক্তি ঐসু ফনদুম নুংঙাইবে। থবক চৎপগী বস হঙ্গৎ-হন্দা তোংবদু মরক মরক্তা মখোয়গা ৱারী শানদুনা নুংঙাইনা চৎলে। নোংমসু পাখঙদুনা হরাও-হরাও হায়রম্মী, "ঐখোয়গী লুহোংবদদি শোয়দনা য়াওবীগদবনি।" ঐসু হরাও-হরাও খুম্লুই, 'শোয়দনা য়াওগনি।' বসন্তীগী পার্টনর অমা ফংবসি ইশামক্কীদগী হেন্না নুংঙাইবা ফাওই। মরক মরক্তা লমফৈ খল্লকপসু য়াওরকই— মতৌ য়েংবা ঙমদদুনা লমজা পুবদি থোক্ক্রেদনা।

ঐসু মপান লমদা ওফিসকী ট্রেনিং প্রোগ্রাম অমা য়াওরুবগী থা অহুম্লোম মপাল চৎথোক্লুরে। য়ূমগী, ওফিসকী কনানা করি তৌখ্রবগে হায়বদু থা অহুম্লোমদি মরী তৎলুরবনি। ওফিস চৎপগী বস তোংবা মতমদদি নীংশিংলকই— বসন্তীনা মাগী নৌনা ফংজবা পার্টনরদুগদি কমদৌখ্রবা? অনীদুবু ঐনা মপান্দা লৈরিঙৈদা লুহোংদুনা নুংঙাইনা

পানখ্রবা জাৎলা? ঐ মপান্দগী হল্লক্লবা মতুং থা অমরোমসি বসন্তীসু উদে, মাগী হল্লোদুসু উদে। অনীদুনা করম তৌখ্রবা জাৎনো? নহানমখৈ উনরিঙৈদদি ইয়াং য়াংনা লৌরম্বদু উনদ্রবা মতমসিদদি উনিংবগী খোয়রাংবা অমসু ফাওরকই।

ওফিসকী থবক ময়ামদু লোইশিল্লগা চা কপ অমফাও থল্লক্তুনা ইচোক চোকথনা বস নংহৌররোই হায়দুনা থোক্লকপদু বস মনুংদা বসন্তী ফমদুনা লৈরম্বদুদা ঐ ইশাগী চোকথবদু কাউথোকখিদুনা মাগী মরমদা খনবা অমুক হৌরকই। ঙসিদি বসন্তীদু নহানৱাইদৌনা মশেক-মঙাল য়াওরমদ্রে, মমি ইশাম শাম্লম্লে। ঙাইহাক মী কাখৎ-কূমথ তৌনখ্রবা মতুংদা বসন্তীগী নাকনগী সীটতু হাঙলকই। ঐনা হান্না ফম্লম্বা সীটতগী হৌগৎলগা মাগী নাকন্দুদা ফমথরে। ঐনা মাগী নাকন্দা ফম্লবদু থোইদোক্লা হৈনিংবা উদে। ঐঙোন্দা তন্না অমুক্তুং য়েংলম্লগা হৈনিংদনা মমায়দু তপ্না লৈথোকখি। ঐনা থৌনা পূম্নমক খোমজিল্লগা হায়রুই, "বসন্তী নহানমখৈদি উদেনা...।"

"ঐসু চত্তবা কুইরে। ঙসিখক থবক্তগী রিজাইন তৌবা চৎলুবনি।"

মাগী পাউখুমদুনা ঐবু খংপ্রেক খংবা অমা পোকহল্লি। করম্বা পুন্সিগী অৱাবা নোংলৈ অমমুক থেংনরবা। মখা তানা হংলুই, "নঙবু য়ূমদা লৈবা য়াম্না ৱায় হায়বদাইনে। য়ূমদা অমুক লৈরগে হায়রিব্রো?"

ঐগী ৱাহংগী পাউখুম মা থুনা পীরক্তে। বসন্তীগী পূক্রিংদা ফাওবা অৱাবগী চৈনাদু ঐঙোন্দসু খরা খরা য়ৌরকপগুম তৌরকই। ঐনা মখা তাদ্রিঙৈদা মানা মরী মরী হায়থরকই, "চিলড্রেন হোম অমগী ফূল টাইম ৱার্ডেন ওইরগে হায়দুনা হায়খ্রে। অদুগীনি ঐনা রিজাইন তৌবা চৎলুবদু। লেমহৌরিবা পুন্সি মতেক খরসি মপি-মপা লৈত্রবা অঙাংশিংগী মমা-মপা ওইদুনা পুন্সিসি লেল্লুরগে। মসিনা ঐগী পুন্সিসিদা মীওইবা সমাজগী অফবা মচেৎ অমত্তসু তৌবা ঙমগনি খল্লে। কৈদৌনি য়ূমদসু, ওফিসতসু মীগী মীৱা-মৈশা তাদুনা লৈগদৌ শরূক...।"

ইনাক্তা ফল্লিবা বসন্তীদু অঙকপা মী অমা ওইনা উরকই। থম্মোয়সিদা অমুক খল্লকখি– লৈরাংগা পাঙ্খক্লি হায়নরিবা নুপী অমনা অসুক কনবা খোঙথাং... করম্বা পুন্সিগী খাঙবা ৱারবা চৈনা অমমুক...? মখা তানা হংলুই, "সন্তোশতি কমদৌখ্রে? নঙ মাগা উনদ্রব্রা?"

ঐগী ৱাহংদুনা বসন্তীগী থম্মোয়দু মচেৎ তানা থুগাইখ্রব্রা হায়দুনা অকিবা

ফাওরকই। বসন্তীগী মকশিল্লবা মায়থোঙদুদা অশাবা পিরাং অমা অনী হৌরক্লিবদু উরকই, "সন্তোশসু চেনখ্রেদনা, হান্নগী ময়ামদৌনা। মপানা শীন্দুনা অতোপ্পা জগা অমদা থবক তৌখ্রে। নুপী অমসু হায়নদুনা লুহোংখ্রে। তামো রাজেন, মসিদবু ঐগী করি ঈরালনো? ঐদি লৈহী চেন্দ্রবী অকঙবা লৈরাংনি।"

বসন্তীনা মাগী পুন্সিগী ৱারী মথঙ মথঙ লীখি, ঐ মঙ-হাগুম মানা লীরিবা ৱারীশিংদু তারিব্রা, তাদ্রিব্রা মফম খঙখিদে। বসন্তীগী অৱাবা ঈপাক্কুদা ঈরাক্লবগুম তৌখি। মরক মরক্তা ঐবু অতোপ্পা সংসার অমদা পুবগুম তৌরম্মী। ঙসিগী এইডসকী কল্লবা নুংশিৎ মরকসিদা বসন্তী নঙগুম্বী কয়া অমা ঙসিগী সমাজসিদা নখোয়গী নরাল করিসু লৈতনা অকঙবা লৈরাং ওইদুনা লৈরি। নখোয়গী নরালসি করিনো? দ্রগ চাবা, এইডস পকপা নুপাবু নপূরোইবা ওইনা ফংজরুবসিমক নখোয়গী নরাল ওইবা তারব্রা?'

কয়াম কুইনা মঙলান্দা তাউরুরবনো খঙদে, হেত্তিমেন নুপামচাদুনা 'তামো, তামো কৈদৌরে, কুমথদ্রবদি, মী লোইনা কুমথনখ্রে' হায়রকপা মতমদুদা জ্ঞান লাকই। ফনা কুইনা অতোপ্পা সংসার অমদা ফনা কুইনা লৈরুরবা জাৎনি। ইনাক্তা ফমদুনা মাগী ৱারী লীরম্বী বসন্তীদু লৈরমদ্রে। ঐগী মীৎ অনীদগী চেন্থরকপা পিরাংশিংনা তম্পাক্কু পূমচোৎ চোত্তুনা লৈরম্মী। 'ইহে, ঐখক্তং ঙায়রব্রা' হায়রগা বসতগী ইফিং ফিংনা কুমথরকই।

থাংজ

জুলাই ১৭, ২০০৪।

# মনতিক্লবা

অমাঙ অতোংগী খলদা
পীকশল্লক্লি অসুম অসুম
পাক চাউরবা তাইবংপালসি।
অদুবু, লেপ্পা লৈতে
অমাঙ অতোংগী খলদি,
অহোয়নদুম চোংশিল্লি
লৌশিং লৈরবা মীওইবনা।
— মীওইবা অমসুং খল

জেনিতা মানা থৌরিবা মার্বেলদু শাফ্ কন্না থৌদুনা লাকই। লম্বীদুদা কনা কনা চৎলিবগে নৎত্রগনা খঙন-চান্নবা কনা কনা চৎলিবগে য়েংলুদে। মদু য়েংলুনবগী মাগী মতম লৈতে। মাগী মমীংতা উরিবদি ক্লিনিক মমাঙদা পেসেন্ট পার্টিগী গাড়ী কয়া য়াম্না

খামবগে হায়বদুনি। মানা ক্লিনিক মমাঙ য়ৌবদু পূং অনীমখায় তাগদবা মিনিট মঙাদি ব্রাৎলি। পূং অনীমখায়দগী লায়েংগদবা পেসেন্টশিংগী মমিং চনগদবনি। ডোক্টরনা লায়েংবা হৌবনা হোরেল মাগী ওফিশল ড্যুটি লোইরগা পূং অহুমদগী হৌগদবনি। লাইবক্তি কাবক ফবা জাৎনি, পূং অনীমখায় তাগদবা মিনিট মঙাদং ঙায়রবা মতম অদুফাওবা পেসেন্ট মরি মঙাদগী হেন্না লাক্লমদ্রি। অতৈ মতমদা ওইরবদি লায়েংবা লাকপা পেসেন্ট, অদুগা পেসেন্টগা লাকমিন্নবা কাণ্ডবুশিংনা ভ্রুং-ভ্রুং তিনবা মতম্নি।

অরাকপা পেসেন্ট মরি মঙাদু ফী কক্তুনা পরপ-পরপ মমিং চনশিল্লে। ডোক্টর ঙাইবা ওইনা ফিল্টরদগী ঈশিং গ্লাস অনীমসু থকচিল্লে। ঈশিং গ্লাস অনীমা থকচিনবদগী ঙসাইমখৈ ফুনগৎলম্বদু খজীক্তং ঈংবোই নীংই। মরক্তা লাকপা পেসেন্ট খরসু ফী কক্তুনা মমিং চনশিল্লে। পূং অহুম তাশিল্লক্তুনা ডোক্টর লাক্তুনা লায়েংবা হৌপ্রে। মতাংসি য়ৌরক্লবদি জেনিতাগী খজীক্তং কোম্বা তাঞ্জাদু লাক্লে। ব্রাখল মচা-মশূ অমা অনীদং খনসিরা তৌরিঙৈদা মনাক্তা লৈরিবা ফোনদু খীংলকই। ফোনদু পায়খত্তুনা রিসিভ তৌই, "হল্লো, কনা ওইবীরবনো? তাকপীয়ু এক্স ক্লিনিক্লি।"

"ডোক্টর সুরেশ অমুক্তা পায়হনবীবা য়াব্রা? লনাই ব্রারী অমা শানগদবনি।"

"ডোক্টরদি হৌজিক্তা লায়েংবা হৌখিবতা ঙায়রি। অথুবা ওইরবদি কনানি হায়জৌগে।"

"রঞ্জন্নি হায়বীয়ু। মিং অসিদং পনবদা মশানা ভাব অদুম তাজরনি।"

"ফনি ঙাইহাক্তং পায়বীয়ু। ডোক্টরদা পীজগে।"

ইন্টরকোমগী স্বিচতু নল্লগা 'ডোক্টর, রঞ্জন্নি হায়, অমুক্তা পায়বীয়ু' হায়রগা ডোক্টরদা লাইন পীখি। জেনিতা মপূক্লিংদা খল্লকই— তাঞ্জাসিদা নৎত্রবদি য়াদবদৌনা... অমরোমদা অমুকসু খল্লকই— ডোক্টর শোয়দনা লৈরম্মনি খন্দুনা তৌরকপা ওইরম্বসু য়াই। দরকার ওইদুনবুদি তৌরক্লম্বা য়াই অদুবু মতাং চাদনা ফোন তৌরকপসি করিগুম্বা কালদদি ওম্থোক্লা খোইদৌ শাউগৎপা তাঞ্জাসু য়াওই। ব্রারী শানবদু লোইখ্রবা জাৎলা ফোনদু অমুক খীংলকই।

"হল্লো কনা ওইবীরবনো? এক্স ক্লিনিক্লি তাকপীয়ু।"

"হায় জেনিতা, ঐনে মন্তোস...।"

"নঙবু য়ূম য়ৌদ্রিবরো। য়ূম চৎলনি হায়দাইনে।"

"লম্বীদা ইমান্নবা খরা অমুক থেংনদুনা ইমান্নবা অমগীদা অমুক হাইজিল্লে। মফমদুদগীনি ফোন তৌরক্লিবসি। নঙবু থবক য়াম্না চিনব্রো?"

"চিনববুদি চিন্দে। ক্লিনিক্লিনা অমগা অমুক অমগা অমুক, মথঙ-মথঙনি। থবক চিন্দ্রবসু থাদোকপদি য়াদে।"

"নঙবু ঐনা হায়বদু করি খল্লিগে?"

"কোন্না ঙাঙনরসি। ফোনসি কুইনা এঙ্গেজ তৌবা য়াদে।"

ফোনদু দক লাউনা থমজিল্লি। তাল্লকসিদা তৌদবা য়াদবদৌনা মন্তোসনা ফোন তৌশিল্লকপদু জেনিতা খজীক্তং শাউনিংই। মন্তোসনা দিল লেন্নিংদুনা নৎত্রগা অশেংবা অমা খঙনিংদুনা তৌরক্লম্বদি য়াই অদুবু মতাংদি চাদেদনা। ব্রাফমদুগী মতাংদা ঙসাই পূং তরামাথোইদগী পূং অনী ফাওবা রেষ্টোরেন্টতুদা পৈশা তিংনা ফমদুনা খন্নরুরবনি। অদুবু ফল খজীক্তদসু তাদনা লাকখ্রবনি। হৌজিক অমুক ফোনদা হাথু-হাথু ঙাঙনরগা ফল তাগদবসু নত্তে।

জেনিতাসু খঙই মন্তোসকা মাগা নুংশিনরকপা চহী মঙা তরুক শুরে। কুইনা নুংশিনরক্লে হায়দুনা হৌজিক হৌজিক ময়ূম পানশিল্লগা ফগদবা করিসু লৈতে। মন্তোস এম এগী সর্টিফিকেট পায়রে অদুবু শেল থোকপা য়াবা থবক ইনখাং অমত্তা তৌদ্রি। ঠিকানে হায়দুনা খরা তৌবদুনদি ওইবা য়াবা নত্তে। থা কয়া, চহী কয়া বিল নমশিন্দুনা থম্বা লমসিদা ঠিকাবু শিন্‌ফম অমনি, কারবার অমনি হায়দুনা খল্লুবা য়াবা নত্তে। ফন্দ খজীক্তং লাক্লে হায়দুনা তান্নরুবদা মতমসিগী অকল অথৌ ওইবা ঙমদ্রবদি কনাসু মৱা লৌবীবা জাৎ নত্তে। এম এ পাস তৌরে হায়দুনা কৈদৌরুনি এম এগী সর্টিফিকেটতুনা নোংমগী চরা অমা ফাওবা থোকহনবা ঙম্বা জাৎ নত্তে। মসিগী হায়রুরবদি জেনিতা মশাগীনা খরবু ফরে। ঙাউরি-ঙাউরি নর্সকী ট্রেনিং অমা চৎলুবসিনা সরকারগী থবকমক ফংহনবা ঙমদ্রবসু হৌজিক কালগী চেঙ্গুমদৌনা শৌগৎলক্লিবা প্রাইভেট হোস্পিটল, ক্লিনিক ময়ামসিদা মখোয়গুম্বী নর্স কয়াগী দরকার ওইরি। অফাওবা, মমিং চৎপা ডোক্টর কয়ানা ময়ূম ময়ূমদা লায়েংবদা মখোয়গুম্বী কয়াগী মথৌ লৈরি। জেনিতাসু অযূক্তা ডোক্টরগী ময়ূমদা লায়েংবা লাকপা পেসেন্টশিংগী মতেং পাংথোক-পাংশিনগী, হীদাক কাপথোক কাপশিনগী থবক য়াওবগী থাদা লিশিং অমগা চামঙা ফংই। নুংথিল পূং অনী মখায়দগী ক্লিনিক অসিদা থবক অমুক পুদুনা লুপা লিশিং অমগা চামঙা অমসু

ফংই। থা অমদা পূন্না লুপা লিশিং অহুমগুম্বদি কায়দনা ফংলি। মসিনা মাগী নোংমগী চৎনরিবা খরচ, মার্বেলগী থাউ, লৈনিংবা ফূরিৎ-ফিরোল অমা, অউনপোৎ লাঙশিন্নবা মরূপ মচা-মচা খরসু য়াওবা ঙম্লি। মাগা লোয়নরিবা ডোক্টরশিংনসু থবক ফজনা তৌববদি প্রাইভেট হোস্পিটল অমদা পুশিনবীগে হায়রিবনি। মদুম্না প্রাইভেট হোস্পিটল অমদা পুরবদি য়াম্না নুংঙাইনা হিংবা ঙমদ্রগসু কাবক-কাবক মীরক তিনবা ফাওবদি য়ারে। মরকসিদা ইপঙ পঙনা থবক ফংদবা, মশাগী শেল থোক্লবা লম্বেল অমা লৈত্রিবা মন্তোসতা নুংশি হায়দুনা ময়ূম পানশিল্লুরবদি মাগী কেরিয়র পূম্বা মাঙবা তাবনি।

"সিষ্টর, ডোক্টরনা হীদাকসি সিষ্টরদা কাপহল্লু হায়।"

খোঞ্জেলদুনা জেনিতা মঙলান্দা তাউরুবদু জ্ঞান খংতা তাহল্লি। ইঙাও ঙাওনা, "য়ানি, রূম অসোমদা চঙসি।"

জেনিতা পেসেন্ট নুপীদুগা হীদাক কাপ্পবা থংনবগী রূমদা চঙখি।

জেনিতা অয়ূক্তনা ডোক্টরগী ময়ূমদা লায়েংবা লাকপশিংদুগী মতেং পাংবা চৎলি। মসিসু অয়ূক্তা ঙাইহাক চৎলুই হায়বগী ৱানি মসিসু শোয়বা য়াদবা, চাউখ্রবা থবক অমনি। হীদাক কাপ্পা দরকার ওইরগা হীদাক কাপ্পা, পেসেন্টকী সেবা-নুংবা দরকার ওইরগা সেবা তৌবনি। অয়ূক্কী থবক্তু হল্লক্লগা চাক-ঈশিং চারগা ঙাইহাক পোত্থারগা পূং অনীদগী অমুক ক্লিনিক চৎনবা শেম শাবনি। মরকসিদা বোয়ফ্রেণ্ড উনবগী প্রোগ্রাম অমসু মরক মরক্তা লৈরিবনি। তৌরিবা থবকশিংদু লায়েংবগা মরী লৈনবা থবক ঙাক্তনি মদুগী মথক্তা মী মঙা তরা তিল্লক্লবনিনা অরৈবা ফি অমা কোক শেৎচিল্লগা চৎপা য়াবসু নৎত্রি। অদুনা করম্বা ফিনা শূখ্রগা করম্বা ফিনা শেত্তুনা চৎকনি হায়বগী অঙ্ক অমসু হোৎপা তাবনি। ফংলক্লিবা তলব মচাদুদগী মতম মতমগী ফিরোল লৈবা তাই। লৈশাবী হায়বদু ওইরিবনিনা মরক মরক্তা ফজ-ফজবা ফিরোল শেত্তুনা কৃমহৈ ফিয়োং য়েংবসু চৎচনিংই।

থেঙলবদা অয়ূক পূং মঙাদগী হেন্না থেঙনা হৌগৎপা য়াদ্রি। মদু নৎত্রবদি থবক অমত্তা নংনরোইদৌরিবনি। পূং মঙাদগী হৌগৎলগা অয়ূক্কী থবক পূম্নমক লোইশিল্লগা পূং তরুক নংনবা ডোক্টরগী ময়ূম য়ৌনবা চৎপা তাবনি। ডোক্টরনা লায়েংবা থোরক্লিভৈদা অহানবগী থবক-ইনখাং খরা লোইশিন্নবা হোৎনবা হায়বসি মাগী নুংতিগী তৌদবা য়াদ্রবা মথৌনি। অথেঙবগী টি ভিগী ফিল্ম নহানৱাই য়েংলম্লবসু

হৌজিক্তি য়েংদ্রে। মাগী নোংমগী তৌগদবা মথৌশিংদি কম্প্যুটরনা হান্না প্রোগ্রাম শেমদোক্লগা থম্বগা চপ মান্নখ্রে। অমা কায়রুবদা মথঙ-মথঙ, মরী-মরী কায়রক্কদৌরিবনি। মাগুম্বী কয়া অমনা খুদোংচাববু ফংলবদি মাগী মফমসি মুনগদবগী ঙাইদুনা লৈরিবনি। মদুনা মা চেকশিন্দবা য়াদে।

"ইবেম্মা অলট্রা সাওণ্ড য়েংবগীনা তোঙান্না ফী অমুকসু ককপ্রা?"

য়েংখৎলুবদা জেনিতা নুপীদু অঙাং পোকপগা মরী লৈননা অলট্রা সাওণ্ড য়েংবা লাকপনি হায়বা খঙই।

"অং ইচে, তোঙান্না লুপা চামগী টিকেট অমা কক্কদবনি।"

নুপীদুনা লুপা চামা চৎপী নোট অমা থাদরকই। জেনিতা চামা চৎপী নোটতু লৌশিল্লগা টিকেট অমা কক্কুনা পীখি। টিকেটতু পায়রগা নুপীদু ময়াম্না ঙাইনরিবা ফম্ফম কারোমদা চঙদদুনা জেনিতাগী মনাক্তা অদুম লেপ্তুনা লৈ।

"ইবেম্মা নঙদি ক্লিনিকসিদা য়াওবা কয়াম কুইরে?"

"পংকুই কুইদ্রিদা। অদুবু চহী অনীমুক্তি ফারমাল্লে।"

"নশক্লা ফজরিবা, নশা নউনা খীং-খীং লাউরিবা। ইচেদি নঙ উবদা ওস্থোক্লা কল্লকচখ্রে। অদুগা ইচে ব্রা অমা হায়গে, নয়ূম নকৈদি মতম চানা পাল্লুকো। পাল্লরোই হায়রবদি খঙদ্রে।"

"করিগীনো ইচে?"

"নখোয় নর্সনবু হেন্না খঙলিবদুনি। য়ূম থেঙনা পাল্লবদি হয়েং অঙাং-নুবী য়াওবদা মথা য়াম্না শানবনি। ইচেসু থবক অমা ফংদ্রবদি য়ূম পানখিরোই হায়দুনা শিখাং খাঙবদা য়ূমসু থেঙনা পাল্লে। হৌজিক ফাওবা অঙাং য়াওদ্রি। হন্দক য়েংলিবসিনা অরোইবনি। মসিদা ওইবা ঙমদ্রবদি নখোয় নতৈদুনা মানা থোকপা নুপী অমা থিরনি হায়রি। মানবু নুপী অমা থিরক্লবদি মাগা ঐগা য়ূমদুদা পূন্না লৈমিন্নবগী ব্রাদি লৈত্রে। ইবেম্মা নুপী ওইবী ঐখোয়গী পুন্সিদি খোঙথাং অমা শোয়বা য়াদে।"

জেনিতা নুপীদুনা হায়রক্লিবা ময়ামদু অচুম্বা ঙাক্তনি হায়বা খঙই। মখোয়না তম্লকপা সিলেবসতসু ময়েক শেংনা য়াওরিবনি, নুপীগীদি চহী য়াল্ল-য়াল্লগা অঙাং পোকপদা খুদোংচাদবা য়াম্না লৈ। হাপ্তামুক্কী মমাঙদা খবরদা য়াওরক্কুনা লৈবাক পূংজাও থিনখিবা পাউদু অমুক নীংশিংলকই— লুহোংগদবা বর অমা পুলিসনা ফাখ্রে। মখা তানা

অমুক য়াওরকই— লুহোংলবা মতুং চহী তরেৎ নিপাল মমীত্তা মচা উরক্তবদগী বরদুনা অতোপ্পা নুপী অমা অমুক চেল্লক্লুনা লুহোংনবা হোৎনরিঁডেদা অহানবগী নুপীদুনা পুলিস তাক্লুনা ফাহনখিবনি। বর মশানা ফোঙদোরকপদদি নুপী অহন্দুনা য়াদুনা থিবনি। লুহোংবা চৎনবা বর যাত্রা তৌরমদাইদা ইখং খঙহৌদনা অসিগুম্বা ইথা থাজদবা থবক অমা মাগী নুপীনা তৌরকপসি অঙকপা পোকই হায়। কমদৌনি অহানবদা য়ারম্লবসু কোন্থংদদি য়াদ্রেদনা। নুপী অহন্দু চহীদি খজীক্তং য়াম্লে অদুবু ইনাক খুল্লি, লুহোংবদা মারুটি কার অমা উল্লি। নুপাদুসু অহানবদদি অউনপোৎতু পামদুনা নুপীদু শোয়দনা লৌবা ওইরমগনি। লুহোংবা মতুং চহী তরেৎ নিপাল মমীত্তা মচা উরক্তবদুদদি অউনপোৎতুনা য়ারক্লুদুনা চহী নহা খরা ওইবী, মশা-মউ ফবী, সনা-লুপা, অরাং-অরাক্লা থেম্বা য়াবী নুপী অমা থিদুনা মমীত্তা মচা উনবা হোৎনরকপা শোয়দনা ওইরমগনি। হৌজিক্তি করি শাবে, মাগী অউনপোৎ ময়ামদু পান্নুবদগী লৈবাক পৃংজাও থীল্লেদনা।

মীগী ব্রা নত্তবীদা জেনিতা মশামক্কী ফীভমসু অমুক খল্লকই— ঙসিদগী চহী মঙা তরুক্কী মতৃংদদি মহাকসু লৈশাবী অরিবী হায়বদু শোয়দনা ওইরগনি। মতমদুদদি মঙোন্দা মশাগী অৱাবা ৱারী লীরিবা নুপীসিগী দষাসি মঙোন্দসু তারক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে। মদু থোক্তনবা চহী অহুম মরিসিগী মনুংদা মহাকসু মফম চাবা য়েংদুনা ময়ূম পালহৌবা তাবনি। অদুবু মন্তোসকী ফীভমসিদা মাবু...। মরক-মরক্তা হঞ্জানবা অমসু য়াওরকই। মনাক্তা লৈবা ফোনদু খীংলকই, মাগী মঙলান্দু লাক্লিবা ফোনদুনা মরক থৎলবগুম তৌই।

"হল্লো, কনা ওইরবনো? তাকপিয়ু মসি এক্স ক্লিনিক্লি।"

"ঐনে ইচে, রোজিতানি।"

"করি হায়গে? রোজিতা।"

"ফ্রিজ মরূপ্তু হন্দক্তি ইচেদা ফাওরে। হয়েংলা করিনো ইচেনা অশঙবা মতম অমদা অমুক্তা চৎথোকপীরকউ।"

"ফরে, হয়েং পূং তরামাথোই অদুৱাইদা চৎথোক্লক্লগে।"

"ফরে অদুদি থম্লগে ইচে।"

"ফরে থম্লো।"

ফোনদু থমখিবগী মখোল তায়। মহাক্তি কোন্না লৌজগে হায়বনি, লোট্টরি

ওৎপদুদা মঙোন্দা ফাওজিল্লকপা শোয়দনা ওইরমগনি। অসিগুম্বা মরূপ মচা মচা য়াওদুনা লাঙশিন্দ্রগদি হয়েং লুহোংলমদাইদা লোইনা লাঙবা ঙম্বসু নত্তে। অসিগুম্বা মরূপসি হৌজিক্কী মতমসিদদি ৱাই চাইরবনি। মী অতোপ্পা অমদা পীথোকখিবা তাবনি, হৌজিকমক্কীদি মাগী দরকার ওইদ্রি। হৌজিক্তগী লৌশিন্দুনা থম্লগসু হয়েং দরকার ওইরকপা মতমদদি মল্লনি। ফনবু য়াম্মে মরূপ মচা মচা য়াওদুনা লাঙশিনবদা সনা মুহোর মরি মঙাগী লীক কোন, ষ্টীলগী দিন্নর সেট, কোল-লীক ময়াম অমা লৈরে। উপু কাংথোলগী মরূপ অমসু হন্দক্তা য়াওখ্রে। লুহোংবা মতমদদি পঙৱা ৱানররোই।

লৈবাক্কী ঈরাং ফত্তদুনা কর্ফিয়ু তোয়না থমদুনা চৎথোক-চৎশিন নুংঙাইতবগীদি থোইনা খল্লুদ্রে। কর্ফিয়ু থম্বাসিনা মওং অমদা নুংঙাইবা পোকপা মতাংসু য়াওরকই। নোংঙানবগা থবক নংনবা হায়দুনা কোইচেন চেনবদু কর্ফিয়ু লৈরবনিনা চেন্দ্রেদনা। টি ভি থাদুনা ফিল্ম য়েংদুনা সেরিএল মথঙ মথঙ থাদুনা নুংঙাইনা পোত্থাবা য়ারে।

নোং মরক্তুদা ফোন লাকই হায়দুনা মন্দোমচাগী মচানুপীদুনা কৌরকই। জেনিতা কর্ফিয়ুগা নোংগনা কনাসু মপান থোক্লিংদ্রবা মতমসিদা কনানবু ফোন তৌরক্লিবা? মখোয়গী ময়ূমদা ফোন লৈবসু নত্তে। কনাদগী নম্বর লৌদুনা তৌরক্লিবনো? শাউনিং-শাউনিং থংনবদুদা চত্তুনা ফোনদু পায়খৎলুই, "হল্লো কনা ওইরবনো? ঐ জেনিতানি।"

"জেনিতা নঙ ঐখোয়গী থবক অমতা মতেং পাংবীদবা য়াদ্রে। ঐখোয়গী হোস্পিটলগী ময়ূম লাপ্পা নর্সশিংদু কর্ফিয়ু লৈবদগী চৎথোক-চৎশিন খুদোংচাদ্রে হায়দুনা অমতা লাক্ত্রে। কর্ফিয়ু মনুংসি নঙ খরা ঐখোয়গী মতেং পাংবীদবা য়াদ্রে। ডোক্টর সুরেশনসু নঙগী মিং সজেষ্ট তৌরকপনি। ডোক্টর সুরেশসু ঐখোয়গী হোস্পিটলদা ভিজিটিং কন্সলটেন্ট ওইবনি।"

জেনিতা খংশাউ শাউনিংলকই। কনাসু মপান থোক্লিংদ্রবা মতমসিদা মী লাক্তবগী মহুৎ শিনবীয়ু, মতেং পাংবীয়ু কাইনা। মখোয়গী মতেং পাংলগনা ঐগী করি তোংজবা? মখা তারকই, "ৱারৌবীনু, অঙম্বা মতেং পাংনসি। অদোম্না হন্দক্কী মতাংসিদবু মতেং পাংবীরবদি চহী লোইশিল্লকপদা অদোমগা চান্নবা ষ্টাফ নর্সকী পোষ্ট অমা ওফর তৌজগনি।"

ঙসিদি ডোক্টর থবক অমা লৈরে হায়দুনা পেসেন্ট অমত্তা লায়েংদ্রে। জেনিতা ক্লিনিকতা ফৎ হাইজিল্লম্লগা হল্লগে হায়দুনা থোরকপদা ডোক্টর সুরেশতু ফৎ

হাইজিল্লকই। জেনিতা ৱারী অমতা শাখিসি হায়দুনা অমুক হায়জিল্লকপদগী অমুক চৎপা য়াদ্রে। শাউনিং-শাউনিং চৎলগে হায়না থোরকপদু অমুক হঞ্জিল্লক্লে। অসুম্না মী চীক্লবা কালদা ৱারী শানসি হায়রকপসিনা অমুক্তা হেন্না হৈনদ্রে। পেসেন্ট লাকপা নুমিৎশিংদা দ্রো-দ্রো ঙাঙনবদুদি করিসু খল্লুদে। ক্লিনিকতা মী অনী অহুমখক্তা ঙায়শিল্লক্লবদুদদি মপূক্লিংদা ভাব অমসু খঞ্জিল্লক্লে। লৈরিবা অনী অহুমদুসু ডোক্টরনা ৱাহৈ অমা অনী হায়খিবদা 'য়েস' ঙাক্তনি।

কোফী অমমম লৌহল্লুদুনা খরা-খরা চিংবা হৌরে। ডোক্টর সুরেশতু থুনা হেক ৱারী হৌরক্তে। কোফীদু শাংনা অমুক্তং চিংলুরগা তপ্না হায়রকই, "জেনিতা ঙসিদি ঐ নঙোন্দা রিক্বেষ্ট অমতা তৌগে।"

জেনিতা ডোক্টর সুরেশকী ৱাদুদা খজীক্তং ঙকচান্নে। নহানমখৈগা ইমান মান্নদবা ৱা অমা হায়রকপদুদা জেনিতা নুংঙাইহল্লগী মহুত্তা অকিবদুম ফাওরকই। পাউখুম পীরুদে অদুবু মখা অদুম তারকই, "ঐগী মরূপ অমা লৈ। হায় স্কুল লাইফতা লুনা তিন্নরম্বনি। হৌজিক্তি শিন্‌ফম মান্নদ্রবনিনা কুইনা উনরুদ্রে, হন্দক্তা অমুক উনবনি। আর্মি ওফিসারনি, লেফ্‌টনেন্ট কর্নেলনি। মাগী নুপীদু শিখিবা চহী অনীরোম ফারে, মচা-মশূসু অমত্তা য়াওহৌদে। নহান নোংমা ক্লিনিকতা লাক্লম্বনি। মদুদা নঙবু উখিমাল্লে। মানা নঙবু এডমিয়র তৌখ্রবা জাৎনি। চহীদি খজীক্তং য়াম্মে, ঐগা লেঙ্গানি, ৪৫ রোম হায়রম্লগনি। ঐগী মরূপুনা মাবু নঙোন্দা অমুক্তং ইন্ট্রোদ্যুস তৌবীয়ু হায়না কন্না তক্লম্মী। মদুদা নঙনা য়ানিংদ্রবসু কৈসু কায়দে অমুক্তংদি ফোঙদোকপীয়ু হায়না কন্না হায়রম্মী।"

জেনিতা নুমিৎ খরনিগী মমাঙদা লিফৎ-লিফৎ লাক্লম্বা নুপাদু মমীত্তা শাজিন্দুনা উনবা লাক্লে। ডোক্টর সুরেশকী ৱাহংদুগী পাউখুম করি পীগদবনো মহাক ভাব তাবা ঙমদে। 'হোয়' হায়দুনা কোক হায়দোক্কদবসু থবক-ইনখাংগী ৱা ময়াম অমা লৈরিবনিনা ফৎ হায়দোকপসু ঙমদ্রে। মাগী ৱা ইঙাং ঙাঙদনা লৈবদুদা ডোক্টর সুবেশনা মখা অমুক তারকই, "ঙসিমক পাউখুম পীদ্রবসু য়াইদা... নোংম-নীনি খল্লুগে হায়বসু কৈসু কায়দে। ঐনা নঙোন্দা য়াদবা য়াদে হায়দুনা প্রেসর তৌবদি নত্তে। থবক লৈরবদি নঙ চৎলগে হায়রবসু য়ারে। য়ারে য়ারে, সি হায়গে হায়দুনা নঙবু ঙৈহাক্তং খাম্বনি।"

জ্ঞান তাদনা জেনিতা তরং চৎলবা মীদৌনা ৱা অমফাওবা হায়রমদনা ক্লিনিকতগী থোরক্লে।

ডোক্টর সুরেশকী ব্রাদুনা জেনিতা থবক অমতা তৌবদা পূক্লিং চঙহন্দ্রে। তরেৎ তরা থোক্লা খল্লে অদুবু ফল খজীক্তসু তাবা ঙমদ্রে। চহী খজীক্তং য়ামজরবসু আর্মি ওফিসারদুদা লৈরবদি ঙসি মহাক্লা থবক ফংবা, ফংদবগী মথা শানবা লৈরিবসি লৈররোই। অমরোমদা ওফিসারগী নুপীনি হায়দুনা নুংঙাইনা অর্দালিনা সেবা তৌদুনা লৈরগনি। অদুবু চহী খজীক্তং লৈশিল্লবনিনা এডজষ্টমেন্ট খরদি তৌবা তাবনি। মদুবু করি কায়বগে? ভাব তানরবদি নহা হায়বা লৈতে, অহল হায়বা লৈতে, চপ মান্নে। মীনা ওফিসারগী নুপী ওইবা পামদুনা নুপা অহলসিদা লৈশিনবনি হায়রবদি কমদৌবা? মীগী ব্রাদি খন্নরুন্দনা কান্নদে, জগৎ সংসারসিনা লৈরিবা মখৈ ঙাঙনরগদবা ঙাক্তনি। হৌজিক লৈরিবা ফীভমসিদা হান্না নুংশিনবা নত্তনা মশক মতৌ ফজবা, পাখঙ ওফিসার কনানদি মঙোন্দা হায়বীরক্কনি। ফীভমসিদা মন্তোসতি কমদৌবা...? হৌখিবা চহী মঙা তরুকসি নুংশিনদুনা থম্মোয় থম্মোয় কিশি থোক্লুপ্রবনি। মানদি চেল্লসি হায়দুনা তক্লিবনি। মানা মতম চাদ্রি হায়দুনা য়েথোক্তুনা লাক্লিবনি। আর্মি ওফিসারদুদা লৈবা তারবদি মশাগী ওইজবা থিবী নুমিৎলৈ হায়বদু তারোইদ্রা? কান্নদবদা সাহিত্যগী ব্রারী লাইরিক্কী, ফিল্মগী থম্মোয় কায়নবগী ফজবদুনা অশেংবা তাইবংদা করিবু কান্নরিবগে? মদুনা চৎনবা য়াবসু নত্তে। সাহিত্যনা, ফিল্মনা চৎনবা য়ারম্লবদবু ঙসিগী তাইবংপাল অসিবু অসুম্না ওইরমখিদ্রা? অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মহাক মন্তোসকী পাপ অমদি পুবা তারি।

য়ানিংদ্রবসু জেনিতা ডোক্টর সুরেশকী মায় য়েংদুনা আর্মি ওফিসারদুগা উনরুরে। রেষ্টুরেন্ট অমদা উনবনি। চহী খজীক্তং লৈশিল্লবসু নুপাদু এক্টিভ সর্ভিস তৌরকপগী হৌনবা মশা মউ ফৈ, খীং-খীং লাউই। য়েংবদা লেম্মী, ওফিসারনি হায়বদা পকচৈ। ঙাঙথোক শক্তোরকপদা ইংলিশ খরা য়াওরবসু হরাও তয়াম্মী, মীবু শুমহৎপা ঙম্বা মগুণ অমা য়াওই। মতাং চানা ফাগি-জোগাই তৌবা হৈ, নুপীনা পাম্বা শক্তানি। জেনিতা ডোক্টর সুরেশনা হায়বা ঙাক্তগী নত্তবিদা নুপাদু মপূক্লিংনা য়ানিংবা পোক্লে। মন্তোসকা আর্মি ওফিসারদুগা খল ওন্নবদা আর্মি ওফিসারদুনা লূন্নকপা মতাং তোয়না য়াওরক্লে। মনাক্তা লৈবা ফোনদু খীংলকপদা মীৎকপ খংথোক থোকই। ফোনদু পায়খত্তুনা রিসিভ তৌই, "হল্লো, কনা ওইরবনো? এক্স ক্লিনিকনি তাকপিয়ু।"

"মন্তোস, ঐ মন্তোসনিনে (খংলাউ লাউরকই)। মীগী মচাদি সঙ্গ লৈবীনিনা ঐখোয়গাসি শক খঙলরোই।"

"অদুগী নত্তে। সোমদা থবক অমা তৌদুনা লৈবদুদা ভাব তাহৌদবনি।"

"হয়েং নঙবু ঐখোয়গী নহানব্রাইগী উনফমদুদা উনবা য়াব্রা? করি থবক লৈবগে?"

"হয়েংদি ডোক্টর সুরেশকী পেসেন্ট অমগী অরুবা কেস অমা লৈ। নুংঙাইগদবা মান্দে।"

"ঐখোয়বুদি করিসু ওইনা লৌদ্রে সিনিনে। ডোক্টর সুরেশনা পূন্নমক শেম্বীরবনিনা মানা হায়বা পূন্নমক ইনবা তাবনি। ফৈ, ফৈ, ডোক্টর সুরেশতু ঐনা করি তৌবা ঙম্বগে হায়বদু খঙহনবা তারেদনা...।"

"মন্তোস নঙ ভাব ফত্তবা য়াম্না খল্লমাল্লে।"

"খনবা খন্দবা করিবু খন্নিংঙাই লৈরিবগে। খনবা, খন্দবা হায়বদু নঙনা তৌরিবদুনি।"

জেনিতা ব্রা মখা তাগে তৌরিঙৈদা ফোনদু শাউনা থমজিনখিবগী মখোল তায়। মন্তোসসু মানা তৌরিবা পূন্নমক্তু লোইনা খঙলবা জাৎনি। মদুননি মহাক্না শাউনা ফোন তৌরক্লিবদু। মসিদা মন্তোসকী মরালদি করি...? থবক ফংহৌদবা, শেল থোকপা য়াবা শিন্‌ফম অমা তৌহৌদবসি মাগী মরাল ওইবা তারব্রা...? মরাল ওইবা তাবনি। হীরম অমতদা মায় পাকহৌদ্রবা, মরল-মথুম পায়হৌদ্রবা মীশক্তুদি ঙসিগী সংসারসিদা মাগী মফম করিসু লৈতে। থম্মোয় নৌবগী পিরাং শীন্থবদুদি কবিগী কবিতাখক্তদা ঙায়রে মাগী মফম হায়ববু। কপ্লিংবতা নত্তে করিগুম্বা মতাঙদা শিনিংবসু ফাওরকখিনি।

হৌজিক্তি জেনিতাগী থম্মোয়গী অশেংবা চাংয়েংগী মতমদু লাক্লে। মন্তোসনা ডোক্টর সুরেশ ফূরুবগী ব্রাথোক্তা পুলিসকী কষ্টডিদা নুমিৎ মরি মঙানিমুক লৈরুরে। অসিগুম্বা থৌদোক অমা থোক্ননি হায়বসি মন্তোসকী নহানগী ব্রাঙাঙদুনা চিংনদুনা লৈরিবনি। মন্তোসনা ফূরুবদি ডোক্টর সুরেশতু ইশোক শোকহৌদে, হুবাৎপোই করিবোই খীত্তনি শোক্লিবা। পুলিসনা মাবু ফূরকপদি হাপ্তা অমরোম চৎপা ঙমদদুনা ফমুংদা লৈখি। ডোক্টরদা লায়েংহনবসু ডোক্টর ফূরুবগী পুলিসকী কষ্টডিদা লৈরুবনি হায়বসিদা ডোক্টর কনানসু মাবু নীংথি নুংঙাইনা য়েংবীদ্রে। জেনিতাসু অমুক্তং অনাবা হংবা চৎলুসিরা খনবনি অদুবু থোক্লিবা থৌদোক্তু মাগী মরমগীদমক্তা থোক্লিবনি। ডোক্টর সুরেশনা খঙলগনা অমুক্কা হেন্না খুদোং চারোইদবা লৈবনা খঞ্জানদুনা লৈরে।

মমান্নবী খরনদি নুংঙাইতে, অমুক্তংদি হংবা চৎলু কন্না হায়বনি। অদুবু মরাল অমা লৈবদৌনা জেনিতা করিসু তৌবা ঙমদ্রে। মরক মরক্তা মন্তোসকী মরম খল্লুরবদি কপ্লিংবা ফাওরকই।

ঙাইহাক্কী মমাঙদা পার্টি তৌমিন্নরম্বা মপূরোইবগী মমান্নবশিংদু থেঙলে হায়দুনা হন্নখ্রে। চেনবা নুমিৎনি য়াম্না তৌশিল্লুনু হায়দুনা মাবুদি মমান্নবশিংনা পেক অনী অহুমদগী হেন্না পায়হন্দ্রে। নোং ঙাল্লগদি জেনিতাদু আর্মি ওফিসার অমদা চেল্লে হায়দুনা ব্রা ব্রা লাউরগনি। ঙাইহাক্তং ঙায়রে মাগী মপূরোইবনা মাবু নুংশিনা কোনবীদুনা তুংদা লাক্কদৌরিবা পুন্সিগী মঙ মঙগদবা। মমাঙঔদা মমান্নবা, খঙন-চান্নবশিংগী ময়ূমদা নুপী থৈনরম্বদু ঙসি হোটেলদা ওইনা থৈনরক্লে। মসিনা শেল খজীক্তং চঙজরগসু নুংঙাইবা কোম্বা হেল্লি হায়দুনা নহারোল অয়াম্বদি হোটেলদা ওইনা থৈনরক্লে। জেনিতাবু থৈরিবা জগাসিসু বাজার ময়োলদা লৈবা হোটোল অমদনি। মপূরোইবা অশোক্না চহী খজীক্তংগা লৈশিল্লে, লেঙ্গাগা চান্নদ্রে, যূম্লক্তা থৈবদু নুংঙাইতে হায়দুনা হোটেলসিদা ওইনা থৈবনি।

অহীংদি খজীক থেঙজিল্লক্লে অদুবু জেনিতা তুম্লিংবদি ফাওদ্রে। মাগী মকোক্তু ব্রাখল মচা মচা কয়ানা কেকু লোৎপী শান্নরি। মমাঙগী থৌদোক কয়াগা তুংদা লাক্কদৌরিবা থৌদোকশিংগা মাগী মকোক মনুংদা থৌরী চিংবী শান্নরি। অমুকসু মসিনা মফরে হায়দুনা লাক্লবনি, করি অমুক খন্নিংঙাই লৈরিবগে খল্লকই। অমরোমদা অসুক কুইনা তিন্নরক্লবা মরূপ অমদা মীনম্লম্বনি খল্লুবদা নীংঙমদবা মচেৎ অমসু ফাওরকই। ঙাইহাক লৈরগা করি খল্লক্লবনো খঙদে মপূরোইবনা জেনিতাগী মখজাইদা নুংশিনা চূপ্পীরকই। ঙাইহাক্কী মমাঙদা থকখিবা হিক্সীগী মনমদু ফোং ফোং শারি। মাগী মমীৎতা মশেন মরাং ওইনা মপূরোইবা ওইগদৌরিবা অশোক্কী মহুত্তা মন্তোস ওইনা উরকপগুম তৌরকই। জেনিতা মপূরোইববু চেৎনা কোনশিল্লম্মী অদুগা মমীৎতা অশাবা পিরাংশিং শীন্থরক্লম্মী। করম্বনা নুংঙাইবগী পিরাংনো, করম্বনা অৱাবগী পিরাংনো মশামকসু খন্দোকফম খঙজরমদে।

যুমশকৈশা

ওগষ্ট ০৪, ২০০৪।

## সভানেত্রী

নুপা-নুপী হক মান্নবগী
পন্থুং অমদা,
শেমগৎলকখি শক্তম কয়া
মতেং লৌনদুনা অমনা অমগী।
চাং য়েংই,
ওইবা য়াত্রা হায়দুনা
সমাজ অমা, খল মান্নবা।
— পন্থুং অমদা নুপী

"হন্দক্তি ভোট খোম্বীবা য়াওবীদবা য়াদে। শক খঙনবা ওইনা কান্টিনদা চা অমতং থকমিন্নরুবা য়াত্রা?"

মশক রাশি লৈবী নুপীদুনা মখূৎ-ও মশা-ও ব্রেং-ব্রেং ঙাঙলরবদু রোবিন মতা

অমা ওইনা নুংঙাইরুরে। মঙোন্দা ভোট খোম্বীদবা য়াদে হায়দুনা ঙংলরিবা নুপীদু মথন্তা লাকপা নত্তে, মমান্নবী অমসু য়াওরি। মহাক্তি কোলেজদুদা নৌনা তল্লবনি, খঙন-চান্নবা মমান্নবা মমান্নবীসু ইরৈ লৈতে। কোলেজগী ছাত্রশিংগী ইলেক্সন মতম য়ৌরকপদুদা খঙনবা, খঙনদবা থিদনা মাগী মাগী মী খোমজিন্নরকপদুদা মহাকপুসু খোমজিল্লকপা ওইরমগনি। নুপীদুগী মওংদুদা মতা অমা নুংঙাইরদুনা রোবিন্না হায়রুই, "ভোটসিবু কনা লেপ্পগীনো?"

মমান্নবীদুনা নোকফেৎ তৌরদুনা, "ঐখোয়দি হান্না খঙলবোই নীংলুরে। ঐখোয়না লাল্লেদনা। কেণ্ডিডেট মশানে হৌজিক ভোট খোমখিবদু।"

"কনাগা কন্টেষ্ট তৌগদবনো? নুপী মশেল ঙাক্তা পাগদব্রা?"

মমান্নবীদুনা অমুক খুল্লকই, "জেনরেল সেক্রেটরিগীনি। খুরাইদগী নুপা অমগা পাগদবনি।"

"অদুদি থৌনা য়াম ফবগী ৱানি। ফৈ মদুসু, হৌজিক্কী মতমসিদদি নুপা নুপী রাইট চপ মান্নরবা মতম্নি।"

ভোট লেপকনি হায়রিবী রাশি লৈবীদুনা মখা অমুক তারকই, "ঐখোয়দি নুপীনি পাঙ্গল শোনবীনি হাযদুনা নুপীগী কোটা লৌবদু পামজদে।"

অদুদগী রোবিন নুপী অনীদুগা কোলেজগী ভেরেণ্ডা মমাঙদগী কান্টিন তম্না ৱারী শানদুনা লাক্লে।

নুপী অনীদু হৈ-শিংনা উই। লম্বীদা থেংনবা মমান্নবা, মমান্নবী খরগসু মখূৎ-মশা হাইনৈ, অথুবা ৱারী মতেক অমা অনীসু লম্বী চৎন-চৎনা শানৈ।

"শক খঙনবা ওইনা অমুক্তা ইন্ট্রোদ্যুস তৌজগে। ঐগী মিং তম্ফাসনা, মাগীনা চান্দনি। অদোমগীদি...?"

"ঐগী মিং রোবিন। কোলেজসিদা নৌনা এডমিসন তৌরবনি।"

কান্টিনগী শাংনা থারিবা ফানদুদা ফমদুনা ওর্ডর তৌখিবা চাগা আলু চোপকা ঙাইনরিঙৈদা অনৌবা ছাত্র ছাত্রী খরসু থুংলে। ময়ামদুনা 'হায়, তম্ফাসনা নঙ লৈরম্বা য়াম্না ফরে। ঙসিগী চাগা চোপকসি নঙনা কেণ্ডিডেটনিনা কোংবা তারে' হায়দুনা য়ৌ-য়ৌ তৌদুনা মখোয়গী মায়কৈরোমদা চঙশিল্লক্লে। হান্না মখোয় অহুমখক্তা ঙায়রম্বদু হৌজিক্তি অপীকপা সভা মচা অমা ওইরে। চাগা চোপকদু ৱেটরনা পুরক্লুনা

ইরাং লাঙনা চাবা থকপা হৌগৎখ্রে। মরক অদুদা তম্ফাসনাগা মমান্নবীদুগনা হৈ-শিংনা ময়ামদুগা ব্বারী শান-শানা ভোট খোমহৌই। মশক মতৌনগা ফজরে তৌথোরকপা ঙাঙথোরকপনগা খরা পকচরে ঙাইহাক্তুংগী মনুংদা সভাদুদা য়াওরিবা মীশিংদু তম্ফাসনাগী মী ঙাক ওইখ্রে।

রোবিনগী মীৎয়েংনা অতোপ্পা অমনি। মানা মমাঙদা হান্না থেংনরকপা নুপী অয়াম্বদি মকে শেমদুনা নুপাগী পূক্লিং জয় তৌনবা হোৎনবা নৎত্রগনা কেরিয়র শেম্লবা হোৎনবদা নুপী ওইবীশিংগী অথোৎপা অমেংবা য়াওদ্রবা শিগংনবা লৈরাংশিংনা অয়াম্বনি। ময়ামসিগী মরক্তা তম্ফাসনাগী মশক্তি ইতোপ তোপ্লি। অনানবা ঈশং মরক্তা শাৎপা পেক্রক্কলৈগুম্বনি। নুপানা য়েংনিংবা শক্তানি অদুবু মকে শেমদুনা নুপাগী থম্মোয় জয় তৌনবা হোৎনবী অমদি নত্তে। কেরিয়র শেম্বদা পূক্লিং চঙই অদুবু নুপীগী অশোনবা পুথোক্তুনা মীঙোন্দগী মিনুংশি নিদুনা কেরিয়র শেম্বা পাম্বী নুপী অমদি নত্তে।

কোলেজ অসিদা রোবিন্না মিং চল্লকখিবসি ওস্থোক্লা হৈনদনা চল্লকখিবনি। রোবিনগী পাবুং ষ্টেটসিগী মমিং ওখাক চৎপা কেবিনেট মন্ত্রিনি। ইনাক কৈরাক খুল্লবা মপা মপূ হাক্তক্তগী কৈরাক থারকপা ইমুংনি। পূম্নমক অসিগী মথক্তা রোবিনবু পোকপা মপাবুং দিনমনি মীয়ামগী সেবা তৌদুনা ভোট লেপ্তুনা মন্ত্রি ওইদুনা ঙসিদি মায়গৈ অদোমদা রোবিনহোয়গী ইমুং হায়রগা লোইরে, অনীশুবা অমমুক লৈত্রবনি। রোবিন ক্লাস সিক্স হেক পাস তৌবগা মপান্দা মিসন স্কুলদা তম্লক্লে। মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সি অয়াম্বা মিসন স্কুলদা লেল্লক্লে। মদুনা পোকফম শাৎফম ওইরগসু মরমদমগী ঈশিং নুংশিৎসি কয়া হৈনফাৎতে। কোলেজ অসিদা মিং চল্লকখিবসু পরীক্ষা হায়দোকপা ঙাইবা ওইনা ফোরেন কন্ট্রিদা কোইবোই থবক অমা চৎপোই তৌদুনা চথোক্লুবদা অনৌবা সেসনগী মিং চনবগা তান চান্নহৌদবনি। মথঙগী সেসন ঙাইবা ওইনা ময়ূমদা হল্লক্তুনা কোলেজসিদা মিং চনখিবনি। মরমদমগী হুমদ্রাক হুমদ্রাক লাউবা কোলেজগী মওং-মতৌসি হৈনদদুনা কোলেজসু মরক মরক্তা কাবা নত্তনা থোইনা চাং নাইনা কারুদে। তোয়না কোলেজ কাদবনিনা মাগা লোন্দিন্নবা মমান্নবসু থোইনা লৈতে।

নহান নোংমা অমা ভোট খোম্বীয়ু হায়রম্বদুগী মতুংদগী রোবিন লৈশাবীশিংদুগা উনবা অনীরক অহুম্লক শুরে। ফাগি ফাগিদগী য়োৎচাবীনা চিংশিনবদৌনা চিংশিনখিদুনা রোবিন তম্ফাসনাগী ভোট খোম্বসি কন্না হেক ময়াওরে। নোংঙানবদগী তম্ফাসনাগী যূম

য়ৌরক্লুনা হোম কেম্পেন চৎপা য়াওবদগী হেন্দোক্লুনা নুমিদাং অথেঙবা ফাওবা ভোটকী অরুবা ৱারী ৱাতাই শানবা ফাওবা য়াওদুনা লৈথোক্লে। মরক মরক্তা শঙনদদুনা ময়ূমদা চাক চাবা ফাওবা হল্লক্লুনা তস্ফাসনাহোয়দা নৎত্রগনা হোটেলদা চাবা মতাং ফাওবা য়াওরক্লে। মশা থাংদোক্লুনা চেন চোংবগী মথক্তা মশাগী ফূরিৎখাউদগী পৈশা পুথোক্লুনা ভোটকী থবকসি কন্না য়াওরে। মাগী মওংদুদা তস্ফাসনাগী মমান্নবী খরনা লক্লরকপসু য়াওই, "তস্ফাসনাগী হন্দক্কী ভোটসিদি মতা অমনি। ভোট খোম্বদা শি-নাবা কিদবা মীসু য়াওনরেকো। মন্ত্রিগী মচানুপা রাজকুমার অমনবু অসুক থৱায় য়াওনা খোম্লবদবু কাদবা য়ারিব্রা?"

"মীনা নুংশিবীদুনা খরা য়াওবসিদা নখোয়না হায়রিবশিংদু তারবদি ইকায়দুনা অমুক তোকখিনি।"

মমান্নবীশিংদুনা নোক্লদুনা অমুকসু হায়রকখি, "তস্ফাসনা চেকশিনজৌ ভোট লোইরকপদা থম্মোয় হূদুনা পুজখিনি।"

"পুরগা পুখ্রেদনা মদুবু কৈদৌই হায়বগে?"

"এ! নখোয়গীসিদি মনুংদা ৱা য়াম্না লৈরিবা জাৎনিদনা... ঐখোয়দি নহানমখৈদি অমত্তা খঙলুদে।"

অদুদগী মমান্নবীশিংদু হৌনা নোক্লগা চঙখি, তস্ফাসনাসু নোক্লগা অদুম লৈহৌই। নোকপা হন্থরকপদা রোবিনগী মোং হাদবা শক্তমদুনা মাগী ৱাখলগী ঈপাক্তা অসুম লূপশিল্লকপগুম তৌরম্মী।

তস্ফাসনা ইলেক্সন মায় পাক্লুনা ষ্টুডেন্ট য়ুনিয়নগী জেনরেল সেক্রেটরি ওইরে। নুপা কেণ্ডিডেট অমবু মায়থীবা পীদুনা মানা কোলেজগী জেনরেল সেক্রেটরি ওইরকপসিদা ময়াম্না মাবু য়াম্না থাগৎনখি। নুপা-নুপী রাইট মান্নরে হায়বদু হন্দক্তি তস্ফাসনননা ময়েক শেংনা উৎলে হায়নবসু য়াওখি। তস্ফাসনাগুম্না ঙাক ওইরবদি সরকারগী চাম্মদা কুম্থাহুমদোই নুপীগী রিজার্ভেশন থমগদবনি হায়বা পোলিসিদু চৎনদ্রবসু য়ারে হায়নখি। নুপীগীদমক হায়দুনা রিজার্ভেশন তৌবসিনা নুপীশিংসি নুপাদগী শোথরি হায়বদু উৎলি হায়দুনা য়ানিংদবা নুপী কাঙবু অমসু লৈরি।

হন্দক্কী তস্ফাসনাগী ভোটতা তিংখ্রিবা খরচ অপূনবগী তঙ্খায় অমরোমদি রোবিন্দগীনি হায়বা য়াই। রোবিন্না তস্ফাসনাগী ভোটতা ৱাখ্রিবা, তিংখ্রিবা শেল ময়ামদু

খঙবা কাঙবুনা রোবিন্দা লক্লরকপসু য়াওরকই, "রোবিন নঙনা হন্দক্কী ভোটতা হোৎনখিবদু খৃৎহোৎনা অমা তৌই। লনাই এজেঙ্গা অমা য়াওরমদৌ মাল্লি।"

"য়াওদেদা, নখোয়না ভাব ফত্তবা খন তৌরিনি।"

"ঐখোয়বুদি ভাব ফত্তবা খনবদু ওইজরগে। ব্রাম্রিবা লেবর, তিংখ্রিবা শেলদু মাঙদনবা হোৎনজৌ।"

মীনা হায়বগী ব্রা ঙাক নত্তবীদা রোবিন তম্ফাসনাবু ওন্থোক্লা পামজৈ। মানা তম্ফাসনাদা ঙাওজরিবসি মরম অনীদনি। অহানবা মরম্না তম্ফাসনাগী মশক কা হেন্না ফজদ্রবসু য়েংবা নুংঙাইবা, মতম অয়াম্বদা হরাও তয়াম্না লৈবা মতৌদুনি। অনীশুবা মরম অমনা অয়াম্বা নুপীশিংনা তৌনবা কে মৌদুনা সনা লুপাগুম লৈতেংগী পোৎলূম ওইহনবদুগী মহুৎ লুচিংবী অমা ওইবগী মগুণদুনি।

রোবিনহোয়গী ইমুং-মনুং ভোট লেপ্পুনা লৈবাক্কী থৌগাই পুরিবা, মীয়াম হূপ্লা চঙথোক-চঙশিন তৌরিবা ইমুংনি। মখোয়গী কেন্দ্রদুদা কৈনো অমত্তং থোকপদা মখোয়গী ইমুংদা হান্না য়ৌরক্লিবনি। মপাবুং ভোট লেপ্পুনা মন্ত্রি ওইদুনা রাজনীতি তৌরগসু রোবিন্দি রাজনীতিগী হাবি-জাবি ময়ামসি কয়া হৈনদে। অঙাং ওইরিঙৈগী অয়াম্বা পুন্সিসু মপান লমদা মিসন স্কুলদা লেল্লকপনা রাজনীতিগী কাটা-কাটি ময়ামসি থোইনা পূক্লিং চঙলুদে। মাগী হায়ববু য়ূম-কৈ ফজনা শাদুনা, হৈকোল-লৈকোল শেমদুনা হৈ-লৈ থাদুনা কেনা-মৌনা লেঞ্জবদুনি। মরক মরক্তা কবিতা ইবা, ঈশৈ তাবসু পামজৈ। কারবার চাউনা তৌদুনা পৈশা য়াম পায়দুনা মুঘল মতমগী মীৎ থক্লবা ফুড়া-দলান, হৈকোল-লৈকোল শেম শাবসু মাগী অতোপ্পা মঙ অমনি।

মথঙগী একাডেমিক সেসন য়ৌরক্লবসু রোবিন মপান্দা অমুক চৎত্রে, মণিপুরদা অদুম তম্লগে হায়রে। রোবিনগী মপাবুং দিনমনি মচানুপাগী মওংদু খঙই। মণিপুরগী ঈরাং মতাসিদা মফমসিদা মহৈ-মশিং নীংথিনা লৈতানা তম্বা হায়বসি ওইথোক্লরোইদবা ব্রানি। দিল্লীদা হন্দুনা নীংথিনা মহৈ তম্লুনবা অনীরক অহুম্লক হায়রম্লগা মখা তানা অমুক হায়রকখিদ্রে। মচানুপা, মচানুপীবু মখোয়না খনবা, নীংবা খূদিংমক তৌগদবনি হায়বা অরিবা চৎনবীদা থাজবা ইমুংসু নত্তে। ভোট লেপ্পা ইমুংগা ওইরে, কন্না ঙাঙশিল্লুরগা য়েক্লবনা খুদোংচাবা লৌখিনবা মরম অমা ওইগদৌরিবনি। মাগী য়েক্লবা লম্বাশিংনা, তাঞ্জা চাবা মফমশিংদা মীয়াম মমাঙদা লাউরকপা য়াই, মপা-মচা ফাওবা মত মান্নদ্রগা

মীয়াম অসিবু করম্না শাসন তৌগদৌরিবনো?

রোবিন জে এন য়ু সেন্টরদা হিষ্ট্রিদা তম্ফাসনাগা পূন্না মাষ্টর তৌমিন্নরে। তম্ফাসনাসু মাষ্টর তৌবা মতমদদি ষ্ট্যুডেন্ট পোলিটিক্স য়াওদ্রে, লাইরিক্তা নীংথিনা মায় ওনশিল্লে। মমান্নবা মমান্নবী খরনদি য়াওনবা কন্না হায়বনি, অদুবু মানা য়াদদুনা য়াওদ্রে। অমরোমদা রোবিনগা মাগা নুংশিনবগী লীপুন্দি অসুম অসুম চেৎশিল্লকই। কাঞ্চিপুরদা চৎপা, হল্লকপসু মখোয় অনীখক্তা পূল্লি। রোবিনগী থম্মোয় চাংয়েং তৌগে খন্দুনা তম্ফাসনানা কান্টিন্দা নোংমা কোফী থকমিন্নবা অমদা হায়, "রোবিন নখোয় ইমুংগী ষ্টেটস মতাদুদা ঐখোয়গসি ফিট তৌবা যাদৌ মান্দে। নখোয়গী ইমা পাবুঙনদি নখোয়গা ষ্টেটস মান্নবা ইমুং অমগী নিংঙোল অমবু মচা মমৌ ওইনিংলমগনি।"

তম্ফাসনাগী ৱাদুদা রোবিন্না মরৌ লৈনা খুম্লকই, "নঙনা হায়রিবদুদি ঐসি নুপা নত্তে অদুগা ঐখোয়গী ইমুংসি থায়নগী ফ্যুডেল সিষ্টম অদু লৈরিসিনিনে।"

তম্ফাসনা রোবিনগী ৱাতাদুদা মাবু তশেংনা ৱারৌরে হায়বা খঙলে। মাদি অদুক য়াম্না লুশিন্না খল্লমগনি হায়নদি খল্লুদবনি।

"অদুক লান্নদি খন্দেদা। নখোয়গী ইমুংগা য়েংনবদা ঐখোয়গী ইমুংগী ফীভম খল্লুবদা চুম্না পঙখন খল্লুবনি।"

মতমসিগী লাইরিক লাইশু হৈরবা পাখঙ-লৈশাবী মখোয়দবু অরিবা চৎনবী নিয়ম-নীতিনা খোঙদা য়োহ্লিং পোলাং থাংবদৌনা অমুক লৈখিগদ্রা? মচাগী মমৌ থিবদা মমা মপানা খূৎ থিংজিন্দুনা অওৎ-অপা শাবা হায়বদুদি হৌজিক্কী মতমদদি চৎনদ্রবনি। মচানা পামজনা থিজরকপা মচা-মমৌদা পৈশা পায়দে, ষ্টেটস লৈতে হায়দুনা ওৎ-নৈবগী চৎনবী অদুসু কনাসু তৌনদ্রবা মতম্নি। মদুগী মথক্তা রোবিনহোয়গী ইমুং ভোট লেপ্পুনা লৈবাক খুনাইগী মীহুল শম্নরিবা ইমুংনি। অনেম-অৱাং খায়বগী লীচৎকী শমিন মচা অমত্তং ফংখিবদা মথঙগী ইলেক্সন মতমদা অচৌবা খুদোংথীবা অমা মায়োক্ন গদৌরিবনি।

এম এ পাস তৌরবা মতুং চহী অমমুক লৈরগা রোবিন তম্ফাসনাগা লুহোংলে। রোবিহনহোয়গী মমা মপানদি তম্ফাসনাহোয়গী ইমুং মনুংগী ফীভম উরুরগা খীত্তংদি পামফাৎতবা জাৎনি। অদুবু অশিংবা ইমুংনিনা মনা-মনিল নাইখিদ্রে। মখোয়না পামজরম্বদি মখোয়গা ষ্টেটস মান্নবা ইমুং অমদগী হায়ন-শীংনদুনা লৌরগা লৈবাক

কুম্মৈ ওইনা চাউনা লুহোংবদুনি। অদুক তুকা থিবা ইমুং নত্তবনিনা হরাও-হরাও অদুম লুহোংবীরে।

য়ূম পাল্লবা মতুংদা মমা-মপানা রোবিন্দা কন্না তকশিল্লক্লিবদি মপা লৈত্রবা মতুংদা মপাগী মহুৎ-মরেং শিনবা ঙম্নবা মপাগী মতুং ইন্দুনা রাজনীতি তমহৌ সিনি। মসিগী মতাংদা রোবিন্না মমা মপাদা হায়, "ঐদি রাজনীতিসি কয়া হৈনদে। য়াওদবা য়াদে হায়রগা ঐখোয় তম্ফাসনা ওইনা য়াওহল্লু। মাদি কোলেজদসু ভোট লেপ্পুনা জেনরেল সেক্রেটরি ওইরকপনি।"

অদুবু মকৃবোক্কী মতুং ইন্দুনা মমৌনুপীনা করম্না রাজনীতি য়াওরুগনি? য়ূমদা উনবা লাকপা মীশিংবু মপূক পেলহন্দুনা হলহনখিবদি তম্ফাসনাগী মথৌনি। হান্নদগী হৈনবী সবজেক্টকা ওইশিল্লে, তম্ফাসনানা মন্ত্রি ওইরিবা ইমুংদুদা মৌ ওইনা থুংলুবদুদি সনাগী মথক্তা তম্ফানা থিনবগা চপ মান্নখ্রে। হান্নদগী মীয়াম্না নুংশিদুনা লাক্লবা ইমুংদু তম্ফাসনাগী মীকৌ মীরমদুনা মীয়াম্না নুংশিবা অমুক্কসু হেনগৎলে। দিনমনিনা হয়েং চেন চোংবা ঙমদ্রগসু মমৌনুপী অসিনা মহুৎ শিনহৌবা য়ারে হায়দুনা ঙাঙনবসু য়াওরক্লে। মীয়াম্না অসুম্না ঙাঙনরকপসিদা মমৌনুপীগী মতাংদা দিনমনিনা মাগী নুপী লৈবাকলোৎপীদা নোংমা অসুম্না হায়, "নমৌনুপীসি ফৈহে। ঐখোয় ইমুংগদি চপ হেক চানৈ।"

"নচানুপাসিনা তন্দুনা মাগী মহুৎ শিলহৌবা য়াবা খন্দুনা থিরকপা ওইরিনি। ঐগী ইচানবু অদুক পঙগদ্রো?"

"নঙদগী নচারো, ঐগীদি য়াওদ্রবনে?"

রোবিনগী পাবুঙ চহী য়াম্লক্লে, মহৌশাগুম কন্না চেন চোংবা ঙম্লক্ত্রে। রাজনীতিদগী পোত্থানিংলক্লে। মাগী লম্বাশিংগা হুন্নদুনা, লাউনদুনা ক্রক-ক্রক য়েংনবসু পাম্লক্ত্রে। অরোইবসিদদি অহল ওইরকপগী ব্রারী লাইরিক তাদুনা শান্তি লৈনা পুন্সি লেনবা পাম্লক্লে। ইমুং-মনুং হূপ্লা নীংথিজনা তাথোক তাশিন তৌনরবা মতৃংদা মথঙগী ইলেক্সনদদি তম্ফাসনাবু মকৃবোক্কী মহুৎ ইলেক্সন থেংনবা হায়না লেপ্লরে।

মথঙগী ইলেক্সন থেংনবা তারবনিনা তম্ফাসনাসু হান্নদগী হন্দক্লা খরা হেন্না পাক শন্না মপান থোক্লা মীয়ামগা শম্নদুনা থবক-ইনখাং তৌবা হৌরে। মচা অহুমদুগী মনূংদা খরা চাউবা অনী অমদি বোর্ডিং স্কুলদা থমখ্রে। অতোনবা খরা পীকপদুনা মী থমদুনা

য়েংশিলহল্লে। তম্ফাসনানা চৎথোক খোৎতোকপা খুদিং রোবিন্না মখোয়গী জীপতা থিন্দোক-থিঞ্জিন তৌই, ড্রাইভরনা তৌহন্দে। মখোয় অনীগী মতৌদুদা হঙ্গোইনদবা কাঙবুনা লক্লরকপসু য়াওই, "রোবিনসি হয়েং তম্ফাসনানা ভোট কাদুনা মন্ত্রি ওইরবদি ড্রাইভর অদুম ওইদুনা তোকখিনিকো।"

রোবিন-তম্ফাসনা মতৈ-মনাও মীনা ঙাঙনবা থোইনা তারুদে, মানা মানা তৌগদবা মথৌদা পূক্লিং চঙনৈ। মীগী মচীনবু কনানা মেল্লুগদৌরিবা? শিদ্রি ফাওবা ঙাঙনগে লৈজবা তাইবংপাননি। রোবিনমক ওইরমদ্রবদি ফনা হায়দুনসু তম্ফাসনা চহী মতাঙসিদা ভোট লেপ্পা খোৎপগী ৱাখলসি খল্লক্লম্মোইদবনি। মদুগী মথক্তা মখোয়গী ইমুংসি ভোট লেপ্তুনা মতম শাংনা মীয়ামগা শম্নরক্লবা ইমুংনি। ইমুংসিগী লীক্লমদু তম্ফাসনানা শমথহৌগদৌরিবনি।

ফাগি-ফাগিদগী তম্ফাসনাগা লম্বা ওইগদৌরিবা কেণ্ডিডেটতু অরীংবা অমগা তারে। অদুবু মতম কুইনা মীয়ামগা শম্নদুনা লাকপা ইমুংগা ওইবগা অদুগা মশামকসু কোলেজগী লাইফতা ইলেক্সন থেংনদুনা লাকপনিনা কা হেন্না অৱা-অনা থেংনহৌদনা ভোট কারে। ইমুংসিগী লীক্লমদু তম্ফাসনানা পুথহৌবা তারি।

মন্ত্রি ফম ফংবা মতমদসু ইৱা ৱাহৌদে। ভোট কারকপা এম এল এশিংগী মনূংদা নুপী এম এল এ মথন্তনিনা মবুং ময়ামগী থবাতোন ওইদুনা ময়াম্না নুংশিবীরে। মাগী সেক্রেটরিয়েট ওফিসতা ফন্নিবা ষ্টাফ অয়াম্বসু নুপী ঙাক্তনি। অয়াম্বা ওফিসশিংদা নুপী ষ্টাফ মশীং য়াম্বসি ইমুং মনূংনা হরাওনরবসু অতৈ মীনদি পাম্নদে। তম্ফাসনানা লুচিংদুনা নুপীসু নুপাগুম্না চপ মান্ননা থবক তৌবা ঙম্মী হায়বা উৎনবা তমজনিংঙাই ওইরবা নুপী খুৎপু অমা শেমগৎলে। অখঙ-অহৈ, সমাজ নৈনবা ওজাশিংনা তম্ফাসনাগী মওংদুবু 'মনিপুর সমাজদা অচৌবা অহোংবা অমনি' হায়দুনা শীংথাবি।

নুপী খরা পূল্লবদি মীৱা ঙাঙনবসি হৌনশানি। পৃথিবীগী মফম অতৈদদি ৱাফমসি লাল্লমগদ্রা খঙদে ঐখোয় স্বায়দদি ওন্থোক্লা চুমখ্রে। মখোয়গা ৱাখল্লোন অমগী মখাদা মশক নাইবা থবক খরদং তৌমিন্নসি হায়দুনা পুল্লরিবা তম্ফাসনাগী ষ্টাফ মরক্তসু মখোয় ময়ামগী মেডাম ওইরিবা তম্ফাসনাগী মরমদা ঙাঙনবা লেপত্রি। মখোয় মশেল অসুম ঙাঙনরম্বদগী হেন্দোরক্তুনা নোংমা তম্ফাসনাগা মাগী ষ্টাফশিংগা ইনফোর্মেল ওইনা চা থকমিন্নবা অমদা ষ্টাফ অমনা হৌদোরকই, "মেডামনা মেডামগী চিনখ্রবা সেদ্যুল মরক্তা

কিট্‌চনগী মার্কেটিং তৌবা চৎপসি ঐখোয়না অদুম চৎলবসু য়াবনি।"

তম্ফাসনানা মখোয়না হায়রক্লিবদুগী মনুংগী অর্থ ভাব অদুম তাই।

"য়াইদা। অদুদা নখোয় তামোদো চাবা য়াম্লা পেৎচৈ। নহানব্রাইদি ঐনা থোংদ্রবদি অতৈনা থোংবগা চাবিবা জাৎ নত্তে। হৌজিক্তি ঐনা মীয়ামগী সেবা তৌরিবনি হায়দুনা থোং থাকপসু ঙমদ্রে। নখোয় তামোনা করি করি চানিংবগে হায়বদুদি নখোয়নদি খঙলোইদো। অতৈমক ঙমদ্রবসু ঐনা ঙম্না ইঞ্জাং লৈবা সিমদি তৌবীরগে হায়দুনা তৌবনি।"

তম্ফাসনাগী ৱাদুদা চা থকমিন্নরম্বা নুপী ষ্টাফশিংদু ঙকখিদুনা মখোয় মশেল অমগা অমগা য়েংনরকই।

শগোলশেল

ওগষ্ট ১৯, ২০০৪।

## পাইথোকখ্রবা চেক্লানা অমুক হঞ্জিল্লকপদা

নতম্বাকসিদা—
শান্নরক্লি ঙসিফাওবা
ওন্ন-থোইনা, চোং ফন্দুনা
নুংশিবা হেল্লক্লি, লাপ্লিমখৈ।
নঙগী শক্তম অমদি
থল্লি থম্মোয়নুংদা চেকশিন্না
য়ৌরিবমখৈ মালেম শীন্থুংনা।
—লমদম অমা, থম্মোয় অমা

"দাদা, লৈ খীৎতা হেক্কে। লাই কৎনবনি।"

খোঞ্জেলদু তাবদা হৌরপ খোংলম্বা টেপ রেকোর্ডরদু খজীক্তং লৈথরগা সমিরনা লৈ হেকপা লাক্লিবশিংদু কনা কনানো হায়দুনা চৌক্রিদা ফল্লিবদু মমায় লৈথোরকই। লৈ

হেকপা লাক্লিবদু পূংকক চাউরবা নুপীমচা অমগা লৈশাবীমচা অমগনি। লৈশাবীদু মশক ফজবতা নত্তনা নুংশিবগী লৈখোন অমসু য়াওই। নুপীমচাদুদি অঙাং ওইবগী ইশাং শাংই, মশক-মশা থোইনা ফজবা নত্তে অদুবু অঙাং ওইবগী ইচম চম্বা নুংশিবগী মতৌ অমদি লৈ। হেকউ, হেকউ হায়বদগী শুমাঙ মতোনগা থংননা লৈরিবা লৈকোল মচাদুদা গ্রোং-গ্রোং চঙখি। লৈকোল মচাদুসু কুইনা য়েংশিনবীরক্তবদগী য়েংবদা মোৎনা উরে অদুবু মখল কয়াগী লৈশিংনা ফৃগাইনা শাৎলি।

তশেংবদি সমির মখোয়গী য়ূম-ইঙ্খোলদু য়োনথোক্লবা ইম্ফালদা থোরকখিবনি। মখোয়গী মমা-মপা, মচীন-মনাও লোইনা ময়ূম হোংদুনা বেঙ্গলোরদা লৈখ্রবনি। মফমদুদা মখোয়গী ময়ূম-ইঙ্খোল লৈরে, কারবার মচা অমসু তেক-তেক তৌদুনা মহৈ চাবসু হৌরবনি। মখোয়না ইম্ফালদা অমুক হল্লক্তুনা লৈরবগী ৱা লৈত্রবনিনা মখোয়গী চাউরবা য়ূম-ইঙ্খোল অসি য়োনথোক্লনবা মা মণিপুরদা থোরকপনি। য়ূম-ইঙ্খোল লৈগে হায়বা মীসু লৈববনি। মখোয়গী মমাদুনদি য়ূম-ইঙ্খোলদু য়োনথোক্তনবা কন্না হায়জবনি শিবু শিদ্রবদি নোংমা লাক্তুনা লৈরবসু য়াই হায়দুনা। অদুবু মখোয়গী মপা ইবুংঙোদুনা 'ইয়ূম্লি নুংঙাই হায়দুনা লৈবদা অসুক নুংঙাইত্রবা, অসুক খুদোং থীনিংঙাই ওইববসিদবু কৈদৌনা লৈরুগদগে, থাদোক্তুনা চৎপা তাবনি' হায়না কন্না মহায়রে। মখোয়গী মপাবুংদুনা হায়রিবা ৱাফমদুদা অচুম্বা খরবুদি য়াওদবা নত্তে। লমদমসিগী নোংমা কাংদনা থোক্লিবা থৌদোক ৱাথোক, মীশি-মীনা মরকসিদা নুংঙাইনা, ঈংন-চীক্লা করম্না পানবা ঙম্লনি। মদুগী মথক্তা মখোয়গী মপানা গভর্নমেন্টকী অচৌবা ওফিসার ওইরিঙৈদা লাকখিবা প্রেসর কয়া, মিনিষ্টরশিংগী, নোংমৈ পায়বা নহারোল কয়াগী শোয়ফদ্রবা প্রেসর কয়া কয়ানি থেংনখিবা। মাযকৈ কয়াদগী লাকখিবা অফোংবা অমসুং ফোংদবা শেলখায় কয়ানি। হায়রিবা ময়ামসি অমত্তং হীক্তোক্লবদা অকন অকনবা দন্দি ফংগদৌরিবনি। পেন্সন ফংবদু ওম্থোক্লা ৱানা ঙাইরগা বেঙ্গলোর সিটিগী অনকপদা খঙন-চান্নবা ওফিসারশিং, পৈশা পায়বা কাঙবুশিংনা য়ূম-ইঙ্খোল লৈনবদুদা মখোয়সু য়াওদুনা বেঙ্গলোরদা খুন্দা লৈতাখিবনি। মখোয়গা খঙনবা মরূপ-মপাং কয়ামসু মপান লমদা অতোপ-অতোপ্লা জগাশিংদা খুন্দা লৈতানখ্রবনি।

"দাদা চৎলগে। লাই কৎনবা লৈসু য়াম্না হেক্লে।"

ৱাখল অমদা উংদুনা লৈরম্বা সমিরদু জ্ঞান খংতা তাই। ফনা কুইনা উংদুনা

লৈরুরবা জাৎনি মহাক্না তারম্বা ঈশৈ কেসেটতু লোইদুনা মখোল অমত্তসু থোক্লমদ্রে।

"করি লাইদা কৎনবা লৈনো নখোয়গীদুবু?"

নুপীমচাদুনা হায়রকই, "গোবিন্দদা কৎনবনি দাদা।"

"ঐসু খরা য়াওগেদনা নখোয়গী গোবিন্দ খুরুম্বদু।"

মাগী ব্রাদুদা ঙসাইমখৈ ব্রা ইঙাঙ ঙাঙদবী মশক ফজবী লৈশাবীদু মোমোন নোক্লকই। সমিরদি লৈশাবীদুনা মোমোন নোক্লকপদু মতা অমা ওইনা নুংঙাইরদুনা লৈশাবীদুদা মুন্না য়েংশিল্লুবদা ইকায়রদুনা লূকথখি।

"ঙসিদি মী য়াম্না য়াম্মে। মথঙগী লৈবাকপোকপদা হনুমান ঠাকুর খুরুম্বদা ওইনা য়াওরো। দাদা অদুদি চৎলগে।"

"চৎলো চৎলো। মথঙদদি ঐ হৌরম্বা কাউগনু"

অদুদগী লৈশাবীদুগা নুপীমচাদুগা মখল কয়াগী লৈ চোন্না য়াওবা য়েন্দায়দু পায়রগা গেটতু হাংদোক্লগা গ্রোং-গ্রোং থোকখি। লৈথরম্বা টেপ রেকোর্ডরদু অমুক অমুক হৌনা লৈখৎলি। থারিবা ঈশৈদু মনাকোং মনূংদা চঙলিব্রা, চঙদব্রা খঙদে মাগী ব্রাখলদি চৎখিবা নুপীমচা অনীদুনা চিংদুনা পুখিবগুম তৌরম্মী।

হৌজিক-হৌজিক য়ুমসিদা লৈরিবসিসু মখোয় অনীখক্তনি। মখোয়গী য়ুম-ইঙ্খোলবু মরক মরক্তা য়েংশিনবীয়ু হায়দুনা পৈশা পীদুনা শিন্নরম্বা তা চাউবগা মাগদনি লৈরিবসু। তা চাউবসু মখোয়গী মপানা মপাল ফরিঙৈদা সরকারগী অচৌবা ওফিসার ওইরিঙৈদা মখোয়গী য়ুমদা থবক ইনখাং মতেং পাংবীনবা লৈরম্বনি। মাননি চাউরবা বিল্ডিংসি মরক-মরক্তা য়েংশিনবীরিবসি। সমির থোরক্তুনা মতম খরা লৈগনি হায়বদুদা নহা মথম্তা লৈবদু নুংঙাইতে হায়দুনা মাসু লাক্তুনা মখোয় অনী পূন্না লৈমিন্নবনি।

য়ুমসিদা অমুক হল্লক্তুনা লৈরবগী ব্রা লৈত্রবনিনা মতম খরদি লৈখিগে খন্দুনা য়ুম-ইঙ্খোল য়োনবগী ব্রাসি খরা তপথদুনা থম্বনি। মী খরনা পোক্লফম মরমদমসি থাদোক্তুনা মতম খরদং মীরমদা লৈরুগনি হায়বদা ওন্থোক্লা ব্রাজরগসু মী খরদি নুংঙাইবা, ইনাক খুনবা মফম থিবদা মালেম পৃথিবীসি খাদগী ব্রাংদা চৎপা ঙম্লিবনি। ঙসিদি সমিরহোয়গী ইমুংসু পোক্লফম থাদোক্তুনা থাপ্লবা মীরম অমদা অনৌবা মরৈকায় অমা শাগৎপা হৌখ্রবনি। করিদি উপায় লৈ মখোয়গী মপাবুংনা শিরগেমখৈ য়াদদুনা

মফমসি থাদোক্তুনা চৎখিবনি। মতমদুদা মখোয়গী মপাবুংনা তোয়না হায়বা ব্রাফম অমা মহাক তোয়না নীংশিংই।

"লমদমসিদা ঐখোয়গী ইকায়খুম্নবদু লৈত্রে, মাঙখ্রে। মসিদবু মফমসিদা মখা তানা লৈরুবগী অর্থ কবি থোক্লিবগে? ঙসি চাওখৎলে হায়দুনা পৃথিবীগী মীয়াম্না ঙক্না য়েংনরিবা অমেরিকাদা লৈরিবা মীওইশিংসি মতম অমদা পৃথিবীগী অতোপ্পা মফমশিংদগী লাক্তুনা খুন্দাখিবনি। ঐখোয়সু হেন্না নুংঙাইগদবা, সিক্যুরিটি লৈগদবা মফমদা চৎখিবা তাবনি। নুংশিবনা খোয়রী নাউফম্না ঐখোয়বু পুন্দুনা থমগদবা মতম নত্তে।"

মহাবলিদা হনুমান ঠাকুর খুরুম্বা চৎপদু সমির মফম খঙদনা নুংঙাইবা পোক্লকই। মন্দির মনুং চঙদুনা লাই খুরুম্বদা সেবা চৎলিবা ব্রাহ্মণদুনা লাইবক্তা সিন্দুর নম্বীরকপদুনা মঙোন্দা নুংঙাইবা মতৌ অমা ফাওহল্লি। লাই খুরুম্বা লাক্লিবশিংদু উবদা লমসিগী নুংশিবা মনম অমা নম্লকপগুম তৌরম্মী। খজীক্তং হাইদোক্লগা য়োংদা পীজনবা লৈবকপা অচাপোৎশিংদু নীংথিজনা থাদুনা পীজগে তৌরিঙৈদা কদোমদগীনো খঙহৌদনা য়োং অনী-অহুম চোংশিল্লক্তুনা তাপ-তাপ লাক্তুনা চাথোকখি। অহানবদদি খংবোই করিবোই ঙাইহাক্তি শাউনিংলম্মী অদুবু থংনবা মীৎকৃপ্তদি শাউনিংবা করিমত্তা পোক্ত্রে। ভাব তারল্লগবু য়োংনবু অসুম্না লৈরমগদ্রা? জগা অসিদগী খুবৈ অমত্তং হাইদোকখিবদা মখোয়বু তাইবং-মীওইবনা ফৃ-চৈদুনা, হাত্তোক্তুনা থীনা তৌবীরিবনি। জগাসিদদি মখোয়গী মনীংনি, ফজনবু চাগে, লাক্লগবু চাগে। ঙসিদি মহাবলিগী উমং অসি মখোয়গী রিজার্ভ লেণ্ড ওইখ্রবনি। মালেম পৃথিবীদা লৈরিবা ফূরুপ খূদিংমক্না মাগী মাগী জগা লোইনা কনশিন্নখ্রবনি।

"দাদা লাই অশাবা য়োল্লিবসি অমত্তা লৈবীয়ু," ময়াংনা সড়ক ময়াদা পোৎ-চৈ শান্নপোৎ ময়াম অমা য়োল্লিবদুদা মখূৎ থিন্দুনা পিক্কিনা হায়রকই।

লাই খুরুম্বা লাক্লিবশিংদুগী পৃক্নিং চিংশিন্দুনা মপান্দগী লাকপা ময়াংশিংনা মখল কয়াগী শান্নপোৎ য়োল্লি। পৈশা থাদদুনা শান্নপোৎতু লৈরে। ঙসাইদগী লাই খুরুম্বা লাকমিন্নরিবা মশক ফজবী লৈশাবীদুদি দরকার লৈবা মতমদা নত্তনা ব্রা ইঙাঙ ঙাঙলক্তে। সমিরনা পামজরিবনা মশক ফজবী লৈশাবীদুনা ব্রা ঙাঙলক্তুনা ব্রারী শা-শাদুনা নুংঙাইনা চৎপদুনি।

"লৈশাবী নঙদি করিমত্তা লৈনিংদ্রব্রা? অপান্বা অমত্তংদি হায়য়ুদনা...?"

মশক ফজবী লৈশাবীদু মশক ফজবগী মতীক লেম্মী। সমিরনা নুপীদু ব্রা ঙাঙহল্লগে হায়দুনা নমদুনা হংজিনবনি।

"করিসু পামদেদা।"

"লৈশাবী ফারবনিনা করিসু পাল্লরোইদা।"

"অদুগী নত্তেদা..."

হংলিবা ব্রাহংশিংদুগী পাউখুম তেন্ন-তেন্না খুম্লকপদু সমির পেনফাত্তে। মরক মরক্তা তোয়না তোয়না নুপীদুদা য়েংই। করিগুম্বদা মীৎচান্নরুরবদি ইকায়না মমায়দু ঙাঙশন্দুনা লৃকথখি।

হৌজিক্তি পিক্কিনা মাগী মচে শিল্লাগসু সমিরহোয়গী লৈকোল মচাদুদা লৈ হেকপা তোয়না লাক্লে। অহানবদা খরা কোইনরল্লবসু হৌজিক্তি খরা-খরা ফরক্লে হায়বা য়ারে। মরক মরক্তসু থবক চৎমিন্নরুসি হায়দুনা চৎমিন্নরুবসু য়াওই। শিল্লাগী মশক অমসুং মোং হাদবা মতৌদুনা সমিরগী থম্মোয়বু তপ্প-তপ্পা চিংশিনবগুম তৌরক্লি।

টেলিফোনদা ব্রারী শাবা খৃদিংগী মপাগা মমাগনা সমিরদা মখোয়গী য়ূম-ইঙ্খোল লৈবা য়োনবগী থবক্তু কয়াম খৃমাঙ চাওশিল্লে হায়না তোয়না হংলকই। অদুবু সমিরনা অমা নৎত্রগা অমা হায়জিন্দুনা শাংদোক্লবা হোৎনৈ। য়ূম-ইঙ্খোল য়োন্থোকপা চৎপদা হেল্লোইনা চেন্দুনা পুগদৌরে হায়বা ব্রাফমদুদি মমা মপাদা করম্না হায়রুগনি। হন্দক য়ূম-ইঙ্খোল য়োনথোক্লম্লগা চৎখিবদগী নুংশিরবা মরৈবাক মরমদম অসিদা পুম্নি চৃপ্পা হল্লক্তবসু য়াই। অদুদগী মথঙগী মীরোল অদুসু অদুম হল্লকখিদবা য়াই। মদুদগী মথঙ-মথঙ নুংশিরবা মরৈবাক মরমদম অসিগা মখোয়গী ইমুংগা মতম চৃপ্পগী মরী থদৎনখিবসু য়াই। লাপ্পবা মীরম অমদা মখোয়গী মহূম অমুক শাগত্তুনা অনৌবা মরৈকায় অমমুক শাগৎপা হৌখ্রবনি। মখোয়গী ইনাক খুনবা মপাদুনদি হায়বা য়াই "লৈবদা অসুক নুংঙাইত্রবা, অসুক খুদোংথীনিংঙাই ওইরবা লমদমসিবু অশৈবা কনানা শৈথারিবা পোক্লফম ইমা নঙনা পৃম্নমক্তগী হেল্লি। মপান থোক্তুনা মহূম অমা শানিংদবা পীক্লবা চীংনুং অসিদা ঐখোয় মশেল ফৃগৎমিন্নবগী অব্রাবা শৈরোলদুনি। মসিননি মালেম পৃথিবী পৃম্বনা মালেমগী জগা অমদা মখোয় মখোয়গী খোঙ্গুল মমি অমত্তং থম্নবা হোৎনরবা মতমসিদা ঐখোয়না চীংনুংদগী হেন্দোক্তনা লৈরল্লিবসি।"

খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা সমিরনে পিঙ্কিনে শিল্লানে মখোয় অহুম পোৎ লৈবা চৎমিন্নবদা চিল্লবা মীরক্তুদা সিফাইশিংনা শা-লান মতমদতা শীজিন্নগদবা নোংমৈ অফ-অফবা পায়রগা অচৎ-অওকশিংদা মুনা-মুনা চিংননা য়েংহৌবদু সমিরদি ওস্থোক্লা কিজৈ। সিফাইশিংগী মমীত্তু অহল নুপী অঙাংশিংদা য়েংবদৈদি ইনখৎলক্লিবা নুপামচাশিংদনা হেন্না চিংননা য়েংই। পিঙ্কিগা শিল্লাগদি থোইদোক্লা নাচুংদনা নুংঙাইনা নোক-নোক্তুনা ব্রারী শাদুনা চৎলি। খঙহৌদনা বোম পোকখায়বগী মখোল অদুগী মতুংদা নোংমৈ কাপ্পগী থ্রেৎ-থ্রেৎ লাউবগী মখোলদা য়ামখ্রবা মীয়ামদু অনকপা পাকথবা য়াবা কোমকৃৎ, নালা, চেক্কী য়ুমগী মরুমদা চেনশিন্দুনা লোৎনৈ। সমিরসু পিঙ্কিসু শিল্লাসু পাকথদুনা ঙাইহাক্তং খাঙই। মখোলদু লেপখ্রবা মতুং ঙাইহাক লৈরগা মীয়ামদু ঙাইহাক্কী মমাঙদা করিসু তৌখিদবগুম্মা মাগী মাগী মথৌ অমুক তৌবা হৌনরকই। সমিরদি পাখৎখিবনা হৌজিক ফাওবা হাইগৎখিবা মিহুনদু হন্থরক্ত্রি। শিল্লাগা পিঙ্কিগদি ইপা পাখত্তনা হান্নগুম ব্রারী শাদুনা অদুম চৎলি। মখোয় অনীগী মতৌদুদা ঙক্লদুনা সমিরনা হায়রকই, "নখোয় অনীদি হৌজিক্কী বোমগা নোংমৈ মখোলগদু করিমত্তা কিদ্রা? ঐদি হৌজিক ফাওবা মিহুল হন্থরক্ত্রি।"

পিঙ্কিনা নোকফেৎ তৌরদুনা খুম্লকই, "দাদা, ঐখোয়দি অসিগুম্বসি তোয়না থেংনরবনিনা করিসু খন্দ্রেদা। নুংতিগী নহারোলশিংগা সিফাইশিংগা অসুক য়াম্না তোয়না নোংমৈ কাপ্পরিবসিদি। দাদাদি নহানমখৈ মপান লমদা কুইনা লৈরুবনিনা অসিগুম্বসি কয়া থেংনরমদবা য়াই।"

"অদুদি মসিগুম্বসি নখোয়দি তোয়না থেংনরবনিনা অদুম হৈনরম্মনি।"

"হৈনবা হৈনদবা অদুম হিংবা তাবনি। হৈনদে হায়দুনা কদায়দা চৎলুনি।"

সমিব খল্লুরগা মখোয়গী বেঙ্গলোরগী পুস্সিদুনা হেন্না শাফরবোই নীংলকই। অসিগুম্বা নুংশা থীবা মীৎকৃপ্তি মফমদুদা শুকথেং থেংনদ্রবনি হায়বা য়াই। মীৎকৃপ অমা অনীদি মখোয়গী বেঙ্গলোরগী পুস্সিদু নীংশিংলকই। মীরমদুদদি শক মান্নদবা, লোন মান্নদবা মখোয় ময়াম অমা জগা-জগাদগী লাক্লরগা কোলোনি শেমদুনা লৈবনি। অমগা অমগা থোইনা কৌন-ঙাঙনবসু লৈতে। য়ুমগী পুস্সিদি লোনশিল্লবা থোঙগী মনুংদা টি ভি য়েংবা, অহাওবা চাক-ইঞ্চাং চাদুনা লেনবনি। অতৈ মতমদনা থবক শূফম, ফেক্টরি, ওফিস, কৈথেলদা হিংনবা শূ-নোম্বা চৎপনি। কম্যুনিটি লাইফ হায়রগা মেলা তৌফমদা,

রষ্টুরেন্টতা, সেনিমা হোলদা, পার্কতা লৈবনি। চাইনা চাইনা লৈনবা মখোয় খরদু চহী অমগী মনূংদা অমুক অমুক পূন্দুনা চহীগী থৌরম অমদি পাঙথোকই। ঐখোয় স্বায়দা তৌনরিবা অসিগুম্না লৈকায়গী, খুনগী কম্যুনিটি লাইফ হায়বদুদি শুক্লৈ লৈতবগা অমহানি। সিনি মখোয়গা ঐখোয়গা খেন্নরিবসি, মহাও অমমম্নি।

মখোয়দি শেল পায়রে, ইনাক খুল্লে। নুংঙাইগদবা মফম য়েংদুনা যূম হোংবা ঙল্লে। অদুবু শেল পায়দবা, যূম হোংবা ঙমদবা মচীন-মনাও ময়াম অমদি বোম তোপ অমসুং নোংমৈ মখোল মরক্তা হিংলি। নুংঙাইবা, ঈং-তপ্পা, হিংবদা নুংঙাইবা, চাওখৎপা লমদম অমা ওইহবক্লবা লাম্হেংনবা তাবনি। ঙসি মালেমগী মীপূম খূদিংমক্না ঙক্লা, স্বর্গগুম্না য়েংনরিবা অমেরিকা মতম অমদদি কাউবোয়শিংগী নোংমৈ মখোলনা পূম্লিল নিল্লম্লিবনি। কাউবোয় কয়াগী ঈখেং মরক্তা শাগৎলকখিবনি ঙসিগী মীৎ থল্লবা অমেরিকা।

খজীক-খজীক্তগী সমিরগী থম্মোয় শিল্লাগী নুংশিবনা নাম্থোকপা য়াদনা পুনশিনবগুম তৌখ্রে। হৌজিক্তি শিল্লাগী থম্মোয় খক্তা নৎত্রে সমিরবু ফাজিন্দুনা থম্নক্লিবসি। লমদমসিগী ঈশিং-নুংশিৎ, মীগা মীগা লৈনরিবা থম্মোয়গী মরী, লম অতৈদগী তোঙান্না চোংথোক্তুনা লৈরিবা মহৌশাগী ফজবা কয়ানা মাবু নুংশিরবা মরমদম অসিদগী খোঙ থাংদোকপা ঙমহন্দ্রে। অমরোমদনা মমা মপানা থবক লোইশিন্দ্রিবরা, মহাক লাক্কদবা কয়াম ব্রাৎলি হায়দুনা টেলিফোনদা ব্রাবী শাবা খূদিংগী হংলক্লি।

শিল্লাসু অহানবদদি সমিরনা মাবু নুংশি ফোঙদোরকখিবসি ঙাইহাক্কী ওইবা থম্মোয়গী ঈথিলনি খন্দুনা ফনা কন্না য়াজরমদবনি। মঙানি, তরানি নুংশি হায়দুনা চৎমিন্নরমগনি থা অমা অনী লৈরগদি যূম-ইম্খোল য়োম্থোক্লম্লগা অনৌবা ময়ূমদা অমুক হনখিগনি। মহাক্লা থম্মোয় কায়দুনা লৈহৌগনি। মৈরানবীগুম মহাক্লা করম্না সমিরগী নুংশি মৈরীদা চোংথরুগনি? অদুবু সমিরগী নুংশি মপাউনা নুংতিগী তত্তনা ঙংলবদগী শিল্লা সমিরগী ভিক্ষা লৌদনা চৎপা ঙমখিদ্রে।

সমিরগী মপানগী অচৌবা শহরশিংগী পুন্সি ফনা য়াম্না উরক্লবনি, থেংনরক্লবনি। মখোয়গী পাখঙ-লৈশাবীশিংগী নুংশি নুংওন ব্রারী কয়া হকথেংননা উরক্লবনি। মখোয়শিংদু চৎমিন্নবা, কোয়মিন্নবা অদুম নুংঙাই। পৈশা পায়রিবমখৈ অদুম নুংঙাই, মী ব্রাত্তে। পৈশা পায়রক্তবা মতমদদি মতেং পাংবীনবা জীব অমফাওবা লৈতে। মরম

অসিনা মীপূম খূদিংমক ইনাক খুনবা, পৈশা পায়নবা কন্না শূ-নোম্বা তাবনি। অদুবু মীওইবশিংগী মরক্তা লৈনবা থম্মোয়গী মরীদি পৈশা পায়দ্রবা, শক্তি লৈত্রবদি শুক্লৈমক লৈতবগা অমহানি।

সমিরগী ইফা ফানা লৈরম্বা থম্মোয়বু অচেৎপা ফিরেপ অমা লৌহনখিবদু নুমিদাংৱাইরম অমদনি। নুমিৎতু শিল্লা মনাওনুপী পিঙ্কি য়াওদনা মহৌশাগুম মখোয়গী য়ূমদা লৈ হেকপা লাকখিবনি। শিল্লাদা 'চা খরা লোনবিরম্মু, থকমিন্নসি' হায়বদগী শিল্লানা চা লোন্দুনা শুমাঙ মতোনগী লৈকোল মচাদুদা চৌক্রি অমমদা ফমদুনা চা থকমিন্নে। চা থক্ল-থক্লা শিল্লা মপি চদুম চদুম শীন্থরক্লম্মী অদুগা হায়রক্লম্মী, "সমির দাদা, ঐদি দাদাবু তশেংনা নুংশি। ঐদি দাদাদা হান্না হায়জখিবদুনি, ঐবু লমখাংদা হুন্দোকপিরমগদবা ওইরবদি ঐবু নুংশিবা তম্বীরমগনু"

সমির করি খুমগদবনো খঙদনা তূমিন্না লৈ। অদুবু শিল্লাদি মহাক্কী পাউখুম তারুদনা মখা তাথরকই, "দাদা নুপীগী থম্মোয়দি অপঙবীনি। য়ূম-ইঙ্খোল য়োনথোকপা লাকপা মুশাফির অমদা ঐগী থম্মোয় পীথোক্লবা ঐ অসি কয়াদা পঙখ্রবা?"

সমিরগী থম্মোয়দু মফম খঙদনা কনশিল্লকপগুম তৌরম্মী। নুপামচা অমগী অচেৎপা থম্মোয়দু মীৎকূপসিদা ঊৎপা পাল্লম্মী। খঙহৌদনা শিল্লাবু অমুক হন্না থাদোক্লরোইদবগুম মথানুংদা চেৎনা কোনশিল্লম্মী অদুগা হায়রক্লম্মী, "শিল্লা নঙগীদমক ঐ লৈরিবসিদি। ঐ মফম কৈদসু চৎলরোই। মফমসিদা ঐ অদুমক লৈরগদবনি।"

নুমিৎ নীনিগী মতূংদা বেঙ্গলোরদা লৈবা মমা মপাদা সমিরনা টেলিগ্রাম তৌখিরম্মী হন্দক্তি ফোনদা ৱারী শানদ্রে– নুংশিরবা ইমা বাবা ঐ মফম অসিদা অসুমক লৈরগে হায়দুনা লেপ্লে, ঐ অমুক মফম অদুদা হল্লক্লরোই। পোক্লফম লমদমসিগী চেৎলবা মরী অমনা ঐবু খোঙ থাংদোকপা ঙমহন্দ্রে।

নিংথৌকাবা
ডিসেম্বর ২৫, ২০০৪।

## সেকেণ্ড হেণ্ড

থাজবা, নঙনা লৈরিবমখৈ পুন্সিসিদা
লৈখিগনি লেঙদনা পুন্সিগী ফিরেপসু।
থিখিগনি লেঙদবা ফজবা
লৈরিব্রা হায়দুনা কূপশিন্দুনা
অমনবা ফিজোলশিংগী মরক্তা।
মসিনি চল্লিবা পাউখোং, ঐঙোন্দা
মসিনা ঐবু ঙকহল্লি, ব্রাহং হংহল্লি।
— থাজবা অমা, ব্রাহং অমা

লৈকায়গী মীশিংনা মরুওইনা ইনখৎলক্লিবা নুপামচা পাখঙ মচাশিংনা রোবিনগী থোইদোক হেন্দোকপা মগুণ অমগীদমক ওন্থোক্লা ব্রাংনা থাগৎনৈ। মাগী থোইদোক হেন্দোকপা মগুণ হায়ববু ইম্ফালগী জগাশিংদা চাইনা চাইনা লৈরিবা সেকেণ্ড হেণ্ডগী

দুকানশিংদগী ফজ-ফজবা ফূরিৎ-ফিরোল, জেকেট, খোঙমোজা কয়া খল্লগা মমল হোঙনা লৈরকপা ঙম্বসিনি। কনাগুম্বা খরদি সেকেণ্ড হেণ্ডগী ফিরোল বোড়া বোড়া হৈদোকপদু খনফম খঙদদুনা হল্লকপসু য়াওই। অদুবু রোবিন্না চৎখ্রবদি কদায় কদায়দগীনো খঙদে ফজ-ফজবা, অফ-অফবা ময়াম অমা খল্লগা হোঙনা লৈদুনা পুরকই। মাগী অসিগুম্বা থোইদোক হেন্দোকপা মগুণসিদগীনি লৈকায়গী নুপামচা নহারোলশিংনা মখোয়গী ফূরিৎ-ফিরোল লৈবা মতমদা নেক্তুনা পুনরিবসি।

মমা-মপা পৈশা পায়বা নুপামচাশিংনা বাজারদগী ফূরিৎ-ফিবোল লৈবা মতমদা মমল য়াম্লিবমখৈ নুংঙাইজৈ, ওস্থোক্লা ইজ্জৎ লৈনা লৌনৈ। মানা লীৎলিবা জেকেটতু লুপা লিশিং অহুম হেল্লি, য়ু এস কমান্দোশিংনা লীৎপা ওরিজিনেলদুনি হায়রগদি ওস্থোক্লা ইজ্জৎ লৈনা লৌনৈ। মতমসিগী খ্বাইদগী মরায়বক ফবা পাখঙনি খন্নে। ইন্দিয়ন মেডনি হায়রগদি ওস্থোক্লা ইজ্জৎ লৈতনা খন্নে। হৌজিকপুদি মপানগী মমিং লৈবা কম্পানিগী পোৎ পূম্নমক ইন্দিয়াদসু শারে। লমদমসিগী নহারোলশিংনা ফূরিৎ-ফিরোল লৈবা মতমদা নারিবা লায়না অমদি মেড ইন য়ু এস এ নৎত্রগা মেড ইন জাপানগুম্বগী লায়না অসিনি।

পূম্নমকসিগী ওন্ন-তৈনবদা লেপ্লিবসি রোবিন্নি। অতৈ নহারোলশিংনা মশাগী শেৎন-চানবা ফূরিৎ-ফিরোল লাঙবদা লুপা লিশিং মরি-মঙা চঙনরবসু রোবিনদদি শূপ্লগী লুপা চামঙানা কোন্নৈ। সেকেণ্ড হেণ্ডসু ফজনা ঈশিং অশাবদা ডিটোল হাপ্লগা শূদোক্লগা ইষ্ট্রি ফজনা তকথোক্লগা লীৎলবদি মানবু হেন্না মশক থোকপা, ফজবা হেনবসু য়াওরিবনি। ফোরেনগী ইনাক কৈরাক খুনবা, পৈশা পায়বা কাঙবুনা শীজিন্নবা অফবা ঙাক্তনি। ফোরেনগী মমিং লৈবা কম্পানি খরগী পোৎতি সেকেণ্ড হেণ্ডদা নত্তনা অহনবদি ঐখোয় শ্বায়দা শুকফংবু ফংদে। ফংবা খরা য়াওরগসু মেড ইন য়ু এস এ হায়না থাবা লেবেলদু থাইলেণ্ড, মালেসিয়া শ্বায়দা তূশিল্লগা থাজিল্লকপনা অয়াম্বনি। সেকেণ্ড হেণ্ড দুকানশিংদা য়োল্লিবা ফূরিৎ-ফিরোল অয়াম্বসু ফোরেনগী ওরিজিনেলনা অয়াম্বা ঙাক্তনি। রেড ক্রোস সোসাইটিশিংনা ইনাক খুনবা, চাওখৎপা য়ু এস এ, ইংলেণ্ড, হোং কোং, জাপান্নচিংবা মফমশিংদগী নোং-নুংশিৎ, ঈশিং-ঈচাও থোক্কনবা, চাওখৎপা ৱাৎলিবা, লায়রবা বাংলাদেশ, ইণ্ডিয়া, নেপাল, পাকিষ্টান্নচিংবা লৈবাকশিংদা মতেং পাংনবা খোমদুনা পুরকপনি। ফূরিৎ-ফিরোল খরদি খরা খরা লীৎলগা দান

তৌথোরকপনা অয়াম্বনি। ফূরিৎ-ফিরোল খরদি ঐখোয় স্বায়দা ফংনরিবা অহনবশিংদগী ফাওবা হেন্না কুইনা চৎপসু য়াওবি। মসিদনি রোবিনগা ইনাক খুনবা ইমুংগী মমান্নবশিংগা মরৈ হেক-হেক য়েৎনরিবসি।

"লায়না তীলনা চেনবা মীনা শেৎলম চারমগনি হায়বসু খঙদবা, অহোঙ-অচাউ পাম্ব্রা হায়ববু স্কিন ডিজীজ পক্কুনা তোক্কনিকো।"

মখোয়গী ব্রাশিংদু রোবিন থোইনা তারুদে, মদুগী মহুৎ থৌনা ফনা খুন্নুই, "শেৎলম চারম্বশিংদু ঐখোয়দগী হেন্না ইনাক খুনবা, মশা-মউ ফবা ঙাক্তনি। লায়না তীলনা পকপা, অশোন-অনা কনানবু মখোয়না শেৎলম চারম্বশিংদু অতোপ্পদা অমুক শেৎলু চারুচো হায়দুনা করম্না দান তৌরক্কদগে? লায়রবা লৈবাকশিংগীদমক্তদি সেকেণ্ড হেণ্ডগী ফূরিৎ ফিরোল লৈরম্লিবসি ওন্থোক্না লাইবক ফরবনি। সেকেণ্ড হেণ্ডগী ফূরিৎ-ফিরোলশিংনা লৈবাকসিগী ইকোনোমিদা চাউনা মতেং পাংলবনি। ঐদি মসি তশেংনা ফৈ হায়রিবনি।"

খঙন-চান্নবা মাগা সেকেণ্ড হেণ্ডকী ফূরিৎ-ফিরোল লৈমিন্নবা মরূপ-মপাংশিংনা দ্যুলালেনদা সেকেণ্ড হেণ্ডগী খোঙউপ লাকই হাযদুনা য়েংলুই। মদুদসু টর্ফতা হোকি শান্নবদা তোংনবা শীজিন্নবা কুইদ্রিবা ফোরেনগী অফবা কম্পানিগী খোঙউপ অনীখক লৈরকই। মাগী খোঙউপতু উরগা হন্দক্তি লৈকায়গী পৈশা পায়বা কাঙবু ফাওবা য়াওনা চেন্দুনা লৈনরুই। চহী খজীক্তং লৈশিল্লবা অহল-লমন, ওফিসরশিং ফাওবা ব্রাকিং চৎপদা কনগনি হায়দুনা চেন্দুনা লৈনকই।

খজীক-খজীক্তগী বোবিন্না শীজিন্নবা উবদগী মখোয়গী লৈকায়দা সেকেণ্ড হেণ্ডগী ফিরোল শীজিন্নবা মীসি ফনা য়াম্লক্লে। লৈকায়গী মীশিংনা নুংশিদনবু হায়রিব্রা নৎত্রগা করেম্নরিব্রা রোবিনবু *ফাদর ওফ ডি সেকেণ্ড হেণ্ড* হায়দুনা লক্লবসু য়াওরক্লে। মখোয়গী ব্রাদু রোবিন থোইনা পূক্লিং চঙলুদে। মী য়াম্লক্লবদি মচীনসু য়াম্লকপা তাবনি হায়দুনা ইয়াং যাংনা অদুম খন্দোকই। মীগী মপোৎ হূরান্দুনা হিংগদৌ শরূক সেকেণ্ড হেণ্ডকী ফিরোল শেত্তুনা হিংবনা চাম্মরক ফৈ। লমদমসিদবু করিবু থোক্লিবগে? ঐখোয়না ইজ্জৎ অসুক য়াম্না তৌগদৌরিবসিবু?

সেকেণ্ড হেণ্ডগী মতাঙদা ময়াম্না জাৎ জাৎ হায়নরকপদু মহাক থোইদোক্না শাউনিংবা পোক্লুদে। মহাক্না তীং হেক শোক্না শাউনিংলিবদি 'সেকেণ্ড হেণ্ড অসুম

হৈনবদগী হয়েং নুপীসু সেকেণ্ড হেণ্ড ফংজনিকো' হেক হায়রকপদুনি। কনানবু তূমন, সেকেণ্ড হেণ্ডগী নুপীবু পাম্লুগদগে? য়াদবগী তৌনবা ঙাক্তনি, মদুসু থম্মোয়বু শেংনরবদি করিবু কায়বগে? মাগা কোয়নরিবা নুপীদুসু মশক-মতৌ ফজখ্রবা, ইনাক-কৈরাক খুনবা ওফিসর অমগী মচানুপীনি। নুপীদুনসু রোবিনবু ওন্থোক্লা পামজখ্রবা... রোবিন্না অতোপ্পা নুপী অমা লৌরবদি মখোয়গী ময়ূমদা লাক্লগা শিরনি হায়রিবনি। ফীভমসিদবু রোবিন্না করম্না তূমন, সেকেণ্ড হেণ্ডগী নুপী লৌগদৌরিবা...?

অমুকখক্তি রোবিন্না কোলকটা চৎপদা কোলেজ ষ্ট্রীটতগী সেকেণ্ড হেণ্ডগী মমল য়াম্বা, অতাঙবা ঐখোয় স্বায়দা ফংনদবা লাইবিক বোড়া অনীখক মমল হোঙনা লৈরকই। মদুদদি ময়ূম হেক য়ৌবকপগা অথাপ-অথাপ্পদগী ময়াম অমা লাইরিক লৈগে হায়দুনা মখোয়দা লাকই। লাইরিক লৈগে লাক্লিবশিংদুগী মনুংদা লমদমসিগী লৈবাক্লা ইকায় খুম্নরিবা অহল-লমনশিং, ওজাশিং য়াম্না য়াওরি। মখোয়দা লাক্লিবা ময়ামদু উরগা মানা নুমিদাংৱাইরম লৈরক মচীন থোকপদা অহল অমনা মঙোন্দা হায়রকই, "হন্দক্তি ঐখোয় রোবিনগী সঙ্গসি চাউখৎলকইকো... লৈবাক্কী শকখঙ-মায়খঙনবা অহল-লমনশিং, ওজাশিং ময়াম অমা নঙগী ননাক্তা লাক্লিবসি ঐখোয়দি নঙবু থাগৎলিবনি।"

অহলদুগী ৱাদু বোবিন মাবু থাগৎলিব্রা নৎত্রা লক্লরিব্রা মহাক ভাব তাদে। অদুবু মাবু থাগৎপগী মওং মানবা অমদি য়াওরি খল্লি। অদুনবু মানা থৌনা ফনা খুম্লুই, "মামা মসিদি করিসু লৈবা জাৎ নত্তেদা। ঐনা মপান চৎপদা মখোয়না পাম্বা লাইরিক খরা সেকেণ্ড হেণ্ড ওইনা হোঙনা লৈরকপনি। মদুগীনি মামাহোয় ময়াম্না উরিবদু।"

"অদুবু অমবু ওইরে, অমবু ওইরে নঙগী ননাক্তা লৈবাক্কী ফাওর-ফাওরবা অহল-লমন ময়াম অমনা লাইরিক লৈবা লাক্লিবসি লৈকায়সিগী মায়নি।"

"খঙদে মামা। কুইনসু শেৎলোইদবা সেকেণ্ড হেণ্ডগী ফিরোল শেৎপদি নোক্লবীনবা মী ঐখোয় স্বাযদা ভাড়িদা লৈ। সেকেণ্ড হেণ্ডকী নোলেজ লৈবা সেকেণ্ড হেণ্ডকী লাইরিক পাবা কাঙবুদি ওন্থোক্লা লেম্না খন্নে। কিনিংঙাই ওইরিবদি সেকেণ্ড হেণ্ডকী ফূরিৎ-খোঙগ্রাও নত্তে, সেকেণ্ড হেণ্ডগী নোলেজশিংদুনি।"

সুনিতানা রোবিনগা চৎমিন্নবদা মাগী খোয়দৌ শাউগৎপী হায়বদু নোংমাইজিং নুমিত্তা বাজার চৎপদা বি টি রোডকী ওয়রোম থংবগী ফূটপাঠ মথক্তা সেকেণ্ড হেণ্ডগী

ফৃরিৎ-ফিরোল বোড়া-বোড়া হৈদোক্লুনা য়োল্লিবশিংদু য়েংখিসি হায়বসিনি। তৌবগীদি সুনিতানা হায়রিবদু অচুম্বা খরা য়াওদবদি নত্তে। কেনা পাখঙ-লৈশাবী কোয়বা চৎমিন্নবদা মমল য়াম্বা রেষ্টুরেন্ট চঙদুনা গপ লংখাইনরবা মতমসিদা সেকেণ্ড হেণ্ডগী কৈথেল চঙদুনা ফিরোল য়েংখিসি হায়বসিবু করম্বা লৈশাবীনা হরাও-হরাও য়ারক্কদগে? অদুবু রোবিন্দি করিসু থৌশাবিদে। মানা হায়, "সেকেণ্ড হেণ্ড শেৎপবু করি ইকায়নিংঙাই লৈবগে? চাওখৎখ্রবা য়ুরোপ, অমেরিকাদা সেকেণ্ড হেণ্ডকী কার লৈদুনা ভাড়িদা তোংনরি। মসিদগী হেন্দোক্লুনা প্রাইভেট এয়রলাইনর কয়ানা সেকেণ্ড হেণ্ডগী এরোপ্লেন কয়া লৈদুনা নৌনা অমুক শেমজিম শাজিল্লগা চলাইনরি। মদুদা ইনাক খুল্ল-খুল্লবা মীওই কয়া ইজ্জৎকা লোয়ননা তোংনরি। পৃথিবী তঙ্খায় অমা জয় তৌরম্মী হায়দুনা চাউথোকচরিবা ইংলেণ্ডগী মমায় ওইরিবা লণ্ডন শহরদা সেকেণ্ড হেণ্ড ঙাক্তগী পোৎ-চৈ য়োনবা ষ্ট্রীট ফাওবা লৈরি। ঐখোয়না দরকার ওইরিবদি সেকেণ্ড হেণ্ডগী ব্রাখল খন্দবদুনি।"

সুনিতাসু রোবিনগা সেকেণ্ড হেণ্ডগী মতাঙদা মরৈ পাক-পাক য়েৎনদে। মহাক্না ফৈ-ফত্তে হায়দুনা ব্রাহৈ অমা-অনীদং কাঙথোক্লুবদা মানা থাদরক্কদবা ভাষণ ময়ামদু মা খাম্বা ঙম্লোই। নুমিত্তুমা মদুগী অব্রাই-অখুম তৌনবদা অতৈ থবক অমত্তা তৌবা য়ারোইদৌবনি। অমুকখক্তি মহাক্না ট্রাইবেল নুপীশিংদি সেকেণ্ড হেণ্ড য়াম্না হৈনবনি হায়রুবদা মদুদা রোবিন্না হায়থরকখিবা ময়ামদু, "সেকেণ্ড হেণ্ড শেত্তবা নখোয়না ট্রাইবেল নুপীশিংদগী কয়া য়াম্না ফরদনা... মীগী মচাদি ফোরেন কর্ন্ট্রিদা চত্তুনা থবক তৌদুনা এম্বেসেদর ফাওবা ওইবা য়াওখ্রবনি। চাওখৎলে, ফিরোল অফবা শেৎলে, কলচর থাক ব্রাংই হায়দুনা চাউথোকচরিবা নখোয়গী মরক্তগী মখোয়গীদৌনা লৈবাকসিগী মহুৎ শিন্দুনা এম্বেসেদর ওইবা ঙম্বা কনা য়াওরবগে?... কান্নদে সুনিতা, নঙ ঐ শাংনা তিন্নসে হায়রবসি অমনবা ব্রাখল থাদোক্লুনা অনৌবা ব্রাখল খনবা খরসু তম্মু।"

রোবিন্না হায়রিবশিংদু অচুম্বা ঙাক্তনি হায়বা মা খঙই। অদুবু মানা ঙক্লিবদি রোবিন্না করম্না সেকেণ্ড হেণ্ডগী ফৃরিৎ-ফিরোলদা অসুক য়াম্না থব্রায় তারুরিবনো? অদুগা অমরোমদা মানা অনৌ-অনৌবা ব্রাখল ময়ামসিনা করম্না খল্লক্লিবা?

চাওখৎখ্রবা য়ুরোপ, অমেরিকাদা সেকেণ্ড হেণ্ডগী কার কারবার তৌবা মী য়াম্না

লৈ। মখোয়না তৌরিবা কারবারদু মচা নত্তে অচৌবনি। মখোয়না সেকেণ্ড হেণ্ড হায়বা ব্রাহৈসিগী মহুত্তা যুজ কার হায়। যুজ হায়বদি হান্না শীজিন্নরুরবা হায়বনি। সেকেণ্ড হেণ্ড হায়বগা যুজ হায়বগা মনুংগী অর্থদি চপ মান্নে। অমনা তোয়না শীজিন্নমন্দুনা নেগেটিভ মিনীংলোমদা চৎলকপনি অমনা ব্রাহৈ খরা ফজবগী ব্রানি। অদুবুদি ঐখোয় স্বায়দসু দিল্লীরোমদগী হাইদোরকপা সেকেণ্ড হেণ্ডগী কার ভাড়িদা লৈদুনা তোংনরি। ইকায়নবগী মহুৎ মদুনবু হেন্না ইজ্জৎ লৈনরি।

কনানা করি হায়জিল্লক্লবনো নহানমখৈ ব্রা ইহায় হায়রমদবা রোবিনগী মমাসু রোবিন্দা সেকেণ্ড হেণ্ডগী মরমদা ঙাঙনবদু য়াওশিল্লকই, "ইবুংঙো নঙবু ঐখোয়সি পৎ তত্তুনা লায়রবসু নত্তে। নঙনা সেকেণ্ড হেণ্ডগী ফূরিৎ ফিরোলদা শেৎকদবগী লাক্লরিবসিবু... মরক মরক্তসু অহনবা ফূরিৎ ফিরোল লৈদুনা শেৎ চাও, মদুসু অদুম মনুংঙাইবনি। ইপা-ইপুগী ব্রাহৈদসু উমংলাইগী, শাগৈগী, ইমুংগী লাইগী ফিজোল অনৌবা হোংবা মহৈ চাউই হায়নরিবনি।

রোবিনসু ভাব তাই কনাগুম্বা খরনা মমাদা মানা সেকেণ্ড হেণ্ডগী ফূরিৎ ফিরোল শেৎপগী মতাংদা শোয়দনা ঙাঙলক্লমগনি। মদুদা মখোয়গী মমানা মীদুগী মমাঙদা ইকাই-নুংশি য়ান্নদুনা লাক্লগা মদুগী পেন্দবা ময়ামদু মঙোন্দা হৈথরবা শোয়দনা ওইরমগনি। রোবিন শাউনিংই, মানা সেকেণ্ড হেণ্ড শেৎলগা মখোয়দা কয়াম কায়? কায়দ্রগদি অতোপ্পগী থবক থৌরমদা য়েংশিনবগী মথৌ করি লৈ? মাগী অশাওবদু পাউ পুরক্লিবী মমাদা তাইনৈ, "ইমা, ঐনা সেকেণ্ড হেণ্ডগী ফিরোল শেৎ চারিবসি লমদমসিগী শেল-থুমদা চাউনা মতেং পাংলিবনি। মশাগী শেম্হোক লৈজদ্রিবা লমদমসিগী নহারোলশিংনা মশাগী ফূরিৎ-ফিরোল লৈবদা করিগীদমক লুপা লিশিং মরি-মঙা চঙহনগদগে? ঐখোয়না ইংলিশ ফিল্মদা উরিবা মীশিংনা কার য়াম্না তোংদুনা চৎনরিবদু মশা মশানা লৈরগা তোংনবনা অয়াম্বনি। মমা-মপা ইনাক খুনবা মচা-মশূ ফাওবা মশানা লৈবা ঙমদ্রগদি ইকায়দুনা তোংনদে। মিলিনিয়র মচা ফাওবা হোটেলদা ব্রেটর ওইদুনা পৈশা তান্নরি। ঐখোয় স্বায়দনা শিকি অমা থোক্তনা মমা-মপাদগী তৌরগা মোটোর তোংনবনি। ইমা ঐনা তৌরিবসি লায়রবা লমদম অসিগীদি তশেংনা মমল নাইদ্রবা থবক অমনি খন্দুনা থাগৎপীফম থোকই।"

রোবিনগী মমাসু মচানুপাগী ককফম লৈতনা মরী-মরী হায়থরক্লিবদু খুম্ফম

লৈতে। মরলদি লৈতনা করিগী শঙ্গোম চানিংফম থোকপগে? চানিংলগদি হূরানবা তাবা। হৌজিক্তি লমদমসি হূরানবনা পৃক-পৃক শৌরেদনা। মপৃক্লিংদদি মচানুপাগী ৱাদু অচুম্বনি হায়না চেৎনা থাজৈ।

হৌজিক্তি মানা থাজরিবা ৱাখল্লোনদু কয়াম চেৎলি, চেত্তে হায়বগী চাংয়েং তৌনবগী অয়ৌবী থাক্কী পরীক্ষা লৌনবগী তাঞ্জাদু লাক্লে। থৌদোক অসিদা মহাক্না লৌরকপা খোঙথাংদুনা মহাক্না নহানমখৈ মানা ঙাঙ-শক্লিবা ময়ামদু লৈতোন শরু পান্দে হায়দুনা পঙাঙ ঙাঙলিবনি নৎত্রগনা ৱাখল্লোন অমদা চপ য়ুংনা থাজরগা ঙাঙলিবনি হায়বদু লেপকদৌরিবনি।

মাগা থম্মোয়-থম্মোয় খঙনদুনা নুংশিজনবী সুনিতা মাবু পামজবা পাখঙ অমনা ফাদুনা অহীং মরি-মঙা লেল্লুরে। নুপাদু সুনিতাগা ইখঙ খঙনদবদি নত্তে। মঙোন্দা ঙংলক্লিবসু চহী মবি মঙা শুরবা জাৎনি। নুপাদুনা ফনা পামজবগসু সুনিতানা শিরগে মখৈ য়াদবদুদা উপায় অমা ইরৈ লৈখিদবনি। মমৈথঙদদি অপাম্বনা লাকহৎলবা পাখঙদুনা অরৈবা শক্তি শীজিন্নদুনা ফাদুনা পুরুবনি। নুপী অমবু পাম্মী হায়দুনা মশানা য়াদনা নমজা নমথেক্লদুনা লৌনবা হোৎনবা ঙসিদি অমনবা চৎনবী ওইখ্রবনি। থায়নৈংগী মীগী নুপী মুন্দুনা লৌরগা পাঙ্গল-শক্তি উৎনবগী মতমদু ঙসিদি নৎত্রবনি। নুপীবু মথৱায় পান্দবা লাইফদির্বীগুম লৌনিং-চানিংবা মতমদা পংলৌ লৌবা, পংচা চাবা মীওইবগী ধর্মসু নত্তে। লাইবক থীবগদি মতমসিগী নোংমৈ পায়বা নহারোলশিংনা থেংনরগদি মরালগী মতীক চাবা দন্দি ফংদুনা মথৱায় ফাওবা মাঙবা য়ারিবনি। ঙসিদগী চহী খরগী মমাঙদা মশানা য়াদবা নুপী চিংলুবা নুপা কয়া নোংমৈ গুলিগা মোনখাংনখিবা কয়াসু য়াওখ্রে। খঙন-চান্নবা খরনদি মীগী ময়ূমদা অহীং মবি মঙা লেল্লুরবীনি, মাবু কনানসু অশেংবা সতিনি হায়বীররোই। নুপাদুসু পংফৎ ফত্তবসু নত্তে, মথন্তা পোকই, ইনাকসু খুল্লি, অদুম লৈশল্লো হায়রকপসু য়াওশিল্লকই। সুনিতানা হৌজিক্কী মতমদসু মশানা য়াদবা নুপীবু ফারগা লৌবা তৃক্কৎচৈ হায়দুনা শিরগেমখৈ য়াদ্রে। তাঞ্জাসিদনি রোবিনবু অমুক্তা উনসি হায়দুনা পাউ থারক্লিবসি।

রোবিনসু সুনিতানা উনসি হায়রক্লিবদু মশাগী ফিরেপ করি লৌগদগে খনবদা ফনা লুনা থোকই। অফ-ফত্তগী ৱাখল ময়াম চোই চাং ওন্দুনা য়েংই। উনবা মতমদসু সুনিতানা ইকায়না, মশাগী মরাল য়াজবগী মহুত্তা থৌনা ফনা দং-দং হায়থরকই,

"অসুক কুইবসি নঙ ঐ থম্মোয়-থম্মোয় খঙনদুনা তিন্নরকখিবনি। মদুগীদমক্তি ঐনা ঙসি ফাওবা চাউথোকচরিবসু। মদুনা থৌনা ওইদুনা ঙসি ঐনা নঙবু থৌনা ফনা উনসি হায়বা ঙম্লিবসি। ঙসি ঐ খুদোংথীবা ফীভম অমদা তারে। ফীভমদু ইশানা য়ানা থোকখিবদি নত্তে। নুপীবু হৈ-লৈগুম হেক্লিংবা মতমদা হেকপা লৌনিংবা মতমদা লৌনবা হোৎনবা ঐদি তশেংনা তৃকৎচৈ। ময়ামনসু হায়— ফনা হায়দুনসু অহীং মরি মঙা লেল্লুরবী, চেল্লুরবী নুপী অমনি। নুপাদুসু পংফং ফত্তবসু নত্তে, ময়ূমসু পংনোপ নোপ্তে। অদুম লৈশল্লো। নঙগী নুপা ওইবগী ৱাখল ফিরেপ্পু থাজদুনা ফীভম অসিদা হল্লকখিবনি। নঙনা ঐগীদমক লেপ্পিবা ঙমগনি হায়রবদি হৌজিকসু ঐ নঙগী নতুং ইল্লকপা ঙমগনি।"

মীগী মকাদা থোকপা মতমদা পণ্ডিত শাদুনা পংঙাঙ ঙাঙবনা অমনি মশাগীদা হেক থোকচিল্লরবদুদদি বুদ্ধি লৌশিংগা ইফক ফকচিনবগুম তৌই, করি ফিরেপ লৌগদগে খনবদা ফনা লুনা থোকই। হন্দক্কী লাইবক থীবা থৌদোক অসিদা সুনিতাগী মরাল করিসু লৈতে হায়বা মাসু খঙই। মাগী মরাল অমা হায়বা তারবদি মাবু কুইনা পামজদুনা মতম শাংনা লৈখোঙ শঙজরক্লিবা মালিদু লৈরাংগী অকংবা মশা অমফাওবা খুলহনখিদবদুনি। অদুবু পামদবা হায়বসিসু হাইফেৎ পামদেনে, সনানা চীংমুক ৱাংনা পীরবসু পামদবা নুংশিদবা মীনা পীরবদি অদুম লৌনিংদে। নুপা অমনা চিংলুরবী নুপী অমবু হান্না নুংশিনবম্মী হায়দুনা মাবু মায় ঙাকউ হায়রক্লিবসি মাবু তশেংনা নুংশিদুনা তৌরিব্রা নৎত্রগনা অপঙবা অমা থিরকপদা মঙোন্দা তারিব্রা মা হায়ফম খঙদে। কুইনা খল্লবা মতুংদা খনফম খঙদদুনা নোংমা-নীনিদং খল্লুখিগে হায়রগা লাক্লে।

নুমিৎ হুম্নিগী মতুংদা রোবিন্না সুনিতা চেল্লে হায়দুনা ৱা ৱা লাউনরকই। কনা অমনা 'মীনা চিংলুরবী তৃমন নুপীদু নৎত্রবদি মাবু নুপী অতৈ লৈত্রে হায়ব্রো' হায়বসু যাওনরকই।

"হান্না নুংশিনৈ হায়রগসু মীনা চিংলুরবী, অহীং মরি মঙা লেল্লুরবী নুপী অমবু করম্না তরাই তরাই লৌগদগে?"

"নুপীদুনা অপঙবা থিরকপদা মঙোন্দা তাবা শোয়দনা ওইরমগনি।"

"সেকেণ্ড হেণ্ডগী ফূরিৎ-ফিরোল য়াম্না পাম্মল্লিনে, অদুনা নুপীসু সেকেণ্ড হেণ্ড ফংবা ওইরমগনি," মহৈ মহৈ পংঙাঙদা ঙাঙনৈ।

## ইথৌগী থাঙ

ময়াম্না মাগী মরমদা পংঙাঙদা ঙাঙনবদুনা মাবু মপূক্লিং হন্থহনবগী মহুৎ হেন্না মথৌ শঙবগুম তৌরম্মী। অমুকথক্তি কনানোমনা অসুম্না হায়রকপদা মানা থৌনা ফনা খুমখি, "ঐনা মাবু লৌরিবসি লৌগে হায়দুনা লৌরিবনি। মীগী অতা-অতু খুল্লুবা নত্তে, মী অমগী পুন্সি কনবীবনি। সুনিতা নুপাদুদ্দা মশানা য়ানা চেল্লুবদি নত্তেদনা, মী অমগী পুন্সিদা খুদোংথীবা অসুম্না থোক্কনি হায়ববু কনানা হায়বা ঙম্বগে? তশেংনা দরকার ওইরিবদি মীদুগী পূক্লিং, ব্রাখল মোৎশিনখ্রবরা হায়বদুনি খঙবা মথৌ তারিবদি। পূক্লিং, ব্রাখলনবু মোৎশিন্দ্রবদি মীগী ময়ূমদা নুমিৎ মরিনি মঙানি চিংলুবদুদি লম্বীগী কাচিন অমদা নপ শীৎতোক্লম্বগুম্বনি। পাখঙনা তশেং তশেংনা মৌ লৌবা ভাড়িদা লৈনরিবসিদি। ঐখোয় স্বায়দি তোকখ্রো অমেরিকাগী প্রসিডেন্ট মরক্তগী ফাওবা মীঙোন্দা ময়ূম অমুক পাল্লুরবী মৌ লৌবা য়াওখি। মী অমনা অদু তৌখ্রে, লাইবক থীবীনি হায়দুনা মঙোন্দা অমুক চঙজবদি হেন্না মশা মরেং ফন্দোক্লবা ক্রিমিনেল ইন্সটিঙ্ক অদুবু য়োকখৎপনি। ঐনা হন্দক লৌরিবা ফিরেপসি অনৌবা ব্রাখল্লোন্না পীরকপা খ্বাইদগী মতীক চাবা ফিরেপ্পুনি।

ইরাই

ডিসেম্বর ৩১, ২০০৪।

# পিবা

যুগ কয়া লাল্লদুনা চৎনবীসিনা
ঙাথু থেংথুরদুনা মীওইবশিংগী মরক্তা
চেন্থরক্লি সভ্যতাগী ঈপাক তম্না।
ফজবনা চৎনবীসিগী, পুথরক্লি ঐখোয়বু
লমদমসিগী শাংলবা ইতিহাস চেকশিন্না
যুগ অমদগী যুগ অমদা।
— চৎনবী অমা, সভ্যতা অমা

"হেদ ক্লার্ক সাহেবতুবু য়ৌরকখ্রবা জাৎলা?"

"য়ৌরক্ত্রি, মনা হূৎপা অমা পোৎয়েং পীরম্লগা ওফিস য়ৌরক্কনি হায়না ঙরাং তা-য়াইমদা হায়রম্মাল্লে। খজীক্তং থেঙলকপা য়াই। উনবীগদবা ওইরবদি ঙাইহাক্তা ঙাইবীবা তারে।"

"অদুদি অস্বায় ফাওবদং থোক্লুখিগে। ঙৈহাক লৈরগা অমুক চঙলক্কে।"

মশক-মতৌ ফজবী, থীক-থা ফবী মৌনহাদু জেনরেল সেক্সনগী ক্লার্ক নুপীশিংদুগা ঙাইহাক হংদোক-হংজিন তৌনরম্লগা শুমহৎপী শাথেক অমগা লোয়ননা অমুক কাদুদগী থোকখ্রে। জেনরেল সেক্সনগী নুপী ময়ামদু শকহেনবীদুনা শউম চাউনা থোকখিবদু মখোয় মশেল অমগা অমগা য়েংনরগা মোমোন নোক্লরকই। মিনোক্তুগী অর্থদু হায়নদ্রগসু ইখঙ-খঙনবগুম তৌই। সেক্সনদুদা কুইনা লৈরক্লবা লৈরেনতোম্বীনা নুমিৎতুগী ব্বারীদু ইহান হান্না চিংথোরকই, "হন্দক্তি ঐখোয়গী ব্বাশক চেৎপদা ভিষ্মগা চাংদম্নরিবা পিবাসি ব্বাশক কয়াম চেৎলি, চেৎতে হায়বদু খঙ তারেদনা।"

মাগী ব্বাদুদা অমনা অমুক মতেং পাংশিল্লকই, "মপূকচেল চেৎপা বিশ্বমিত্র মুনি জগোয় শাবী মেনকাগী থোঙজী মখোলদা ধ্যান কায়খিদনা... তামো ইবোহলসু ব্বাশক চেৎপা ভিষ্মমক্তি নত্তেদনা।"

"নহানমখৈ ঐদি শাগৈগী পিবানি, অমোৎ অকায় তৌবা য়াবা নত্তে হাযদুনা কৈনোমত্তং হায়রুবদা তুকা থিগনখ্রবা তা ইবোহলনি। হন্দক্তি তিং য়াং চুম্বী মৌনহাসিনা মপূরোইবগী মহূত্তা দাই-ইন-হার্নেসতা থবক মচা অমত্তং চঙহৌনবা ব্বানোম্বা লাকপদা ঐখোয়গী ব্বাশক চেৎপা পিবা অসিসু থব্বায় য়াওরেদনা... মখা করি তারকপগে হায়বদু য়েং তারেদনা।"

"নুপী অসিবু নুংবু নুংঙাইতেনে। মশাসু নহা ওইরি, মশক-মতৌসু ফনা ফজরি। মপূরোইবদুনা ওকমন্দদুনা নৌনা লুখ্রা ওইরবনি।"

ময়ামদুগী ব্বারীদুদা তৃমিন্না তারম্বা রাগিনিসু মখোয়গী ব্বারীদুদা য়াওশিল্লকই, "মশক্লগা লম য়ৌনা ফজশল্লে, মপূরোইবগা লৈত্রে মসিদা নৎত্রো তা ইবোহলদা নত্তনা ওফিসসিগী নুপা ময়ামসিনা মতেং পাংজগে হায়দুনা ইকা ঙা কাবদৌনা কোইতান তান্নরিবসি।"

"অদুদা তাইয়ে। নখোয়গী ব্বারীসিদি অনীদুবু লম্বীদা খুদিগা থিজিল্লমদনা তোল্লরনি।"

কুইনা লৈশাদুনা লৈরম্বদগী নৌনা ময়ূম পানবদা ঙায়রিবা রাশিনা ময়ামদুগী ব্বারীদুদা মাগীসু মত অমা থল্লকই।

নোংম-নোংমগী শানবদা ব্বারীগী ইকং থোক্লবা শরকসিদা হেদ ক্লার্ক তা

ইবোহলগী মনাক্তা ৱানোম্বা লাক্লিবী মৌ নহাসিগা মখোয় অনীগী ৱারীনা ময়ামগী ৱারীগী মথেল হায়বদু ওইরে। করিবুদি শানিংলোই, অমনা পিবাগী নাপল অমরোমদনা মৌ নহাগী শুমহৎপী, মী ঙাওনবা শাথেক। লৈশক মান্নদবা লৈরাং অনীনা নাচোম শেম্বনি।

হন্দক্তি তা ইবোহলসু মীনা হায়মনবগী ঙাক নত্তবীদা নহানমখৈগা ইমান মান্নদবা মতৌ অমা তৌই। য়েন্নীংথা লোইরকপদা থুংলবা বসন্তদৌনা ইনৌ নৌথোরকই। হান্না কয়া শেৎলম চারদমবা মচু-মমেন থোকপা ফৃরিৎ ফিরোল শেৎকৎ-চাখৎলকই। এসেন্সকী নুংশিবা মনমসু লেংথৈনবা মতমদা নম্লকপা মতাংগাসু য়াওরকই। ওফিসকী নুপী নহাশিংগা গা-গা ৱারী কয়া শাগন্দবা তা ইবোহল হন্দক্তি মানবু হেন্না থবক ফজল্লকই। মৌ নহাদুনা ইহায়বু হায়দ্রিঙৈদা মানবু থবক ফর্জল্লি। ৱানোম্বা লাকপা নুপীদুনা চা লৈজগে হায়বদা মানা য়াদে মদুগী মহুত্তা মানা পিয়ন থাদুনা অচাপোৎ লৈহল্লি, চা অহাওবা পীথকই। মসিদদি ৱানোম্বা লাক্লিবী নুপীদুসু নুংঙাইরে, নুপাসি মঙোন্দা অশোনবা অমা লৈরে খঙবদগী মানা লাকপা খৃদিংগী কেবা, ফজবা সুম সুম হেনগৎলকই।

মোহিনি য়াম্লবদা চহী কুম্লামঙা-তরুক্তগী হেন্না পংলি লিরমখিরোই। হৌজিক কালসিদদি মঙোন্দগী হেন্না লিবা কয়াসু ভারিদা লৈশাদুনা লৈনবসু য়াওরি। মশক-মতৌসু লম য়ৌনা ফজবীনি, নুপা কয়ানা মাবু কল্লক্লা য়েংনরিবনি। অদুবু হৌজিক্তি ফনা হায়দুনসু মহাক লাইবক থীবী অমনি। মশক-মতৌ ফনা ফজদুনসু মপূরোইবা লৈত্রবী লুখ্রা ওইরবী মাবু করম্না লাইবক ফবী হায়গনি। মপূরোইবনা অপীকপা মচানুপা অমা থনম্লগা মাবু নৌনা লুখ্রা ওইহল্লবনি। মতম অমা মানা মপান ফরিঙৈ লৈশারিঙৈ মীপৃম খৃদিংনা মখোঙদা তুরগনি খল্লম্বদু ঙসিদি মাবু লাইবক থীবীনি হায়না শোন্নবীবতা নত্তনা অতৈ করিসু হায়রদ্রে। পুন্সি হায়বসি অৱাবনা শংবাই, নুংঙাইবনা লাইতং হায়বদু মঙোন্দা থোক্লবগুম তৌখ্রে। কনাগী মফমদগী নুংঙাইবা ৱাহৈ কয়া তাবগী মহুত্তা করাম্বা নুপাশিংদগী লৌনম ৱাহৈ তাবা নত্তনা অতৈ করিসু তাখিদ্রে। ওক্তবা মপূরোইবদুনা লৈরিঙৈদদি মাবু ওম্থোক্লা লুনা তৌবীরম্বা মকৃ-মনেম ফাওবনা মাবু মীৎয়েং অমনা য়েংবা হৌরক্লে। মপূরোইবা চাথোকপা ঙস্বী, মহী-ময়াই কনবী হিংচাবীগী অথীবা মিংচৎ ফংবা নত্তনা করি অফবা মিংচৎতি ফংলুনি।

লৈশারিঙৈদা মোহিনিবু পামজরম্বা নুপাসি হাইফেৎ য়ামখি। লৈকায়গী অচম্বা পাখণ্ডদগী হৌরগা ডোক্টর, ইঞ্জিন্নিয়র, ওফিসর কয়ানি মঙোন্দা হায়রম্বসি। মঙোন্দা হায়রম্বা ফর-ফরবা নুপা ময়ামদুদা হুন্দোক্লম্লগা য়ু থকপা কোওপরেটিভ ইন্সপেক্টর মচাসিদা চেল্লকখিবদু ময়াম্না মতমদু ঙক্রখিবনি। মাগী নুপাদু থোইদোক্না ফত্তববুদি নত্তে ডোক্টরনা ফনা হায়রা ফাওবা মানা পামজবা নেশাদু থাদোকপা ঙমদদুনা মাগী হকচাং তঙ্খায় ওইদুনা পুম্সিগী অন্না-নুংঙাই খুদিংমক শরুক য়ামিন্নরিবী মাগী নুপীবু নৌনা লুখ্রাশিংদা চলহনবদুদি করম্না মাবুদি ফৈ হায়গনি। ডোক্টরনা অহানবা হায়বা মতমদুদা ঙম্ভানা তোক্লম্লবদি নেশানা মাবু পুদুনা চৎখিরমদবসু য়াই। মপূক্লিং ব্রারকপা ঙমদদুনা নিশানা মাবু পুদুনা চৎখ্রেদনা।

পীক্লিবা মচা অমসুং মা মশাগীদমক খরদং শাফনবা মপূরোইবনা তৌরম্বা ওফিসসিদা দাই-ইন-হার্নেসতা থবক মচা অমত্তং চঙহৌনবা কোইচেন চেন্নবদা মথক্কী মন্ত্রি, কমিস্নর, ডাইরেক্টর মথঙ-মথঙ উনরবা মতুংদা হেড ক্লার্ক তান্নরগা ফাইলদা ফজনা ইখৎহল্লকউ হায়বদগী শাগৈগী পিবানি হায়দুনা ওম্থোক্লা পোংথোক্লা লৈজরিবা ইবোহল বাবুগা অমুক থেংনবনি। অহানবা থেংনবা মতমদদি মোহিনি ইবোহল বাবুগী মওং মতৌদু হৈনফাত্তে। ইবোহল বাবুগী লমচৎ-শাজৎ, মওং-মতৌ মাগী লৈখিদ্রবা মপূরোইবা দেববর্ত্তগদি পুরা ওন্ন-তৈনবনি। মাগী মপূরোইবা দেববর্ত্ত হীদাক ঙাওরিঙৈদা খজীক্তং ঙাঙনবা ব্রারগসু অতৈ মতমদদি মপূক-মপাউ ফৈ, নুপী-অঙাং লুনা তৌই, ঙাঙন-শক্লবা নুংঙাই। ইবোহল বাবুদি নেশা নুংশা অমত্তা শীজিন্নদে, জ্ঞান তানা ফজনা ঙাঙনদ্রবদি ব্রা হায়বদা পাক য়াগনবা মীতা নত্তে। ময়ামসিগী মথক্তা শাগৈগী পিবানি হায়দুনা ওম্থোক্লা চাউথোক্লা লৈ। মাগী ফবা অমনা অদুক পূকচেল পীকপা মীদি নত্তে। নুপী-অঙাংদা থম্মোয় পেশ্খগনবা মীসু নত্তে। অহানবা উনবা মাবু মশক মুন্না খঙদবা মীনদি ওম্থোক্লা নাপল তৌখ্রেদা হায়রম্বসু য়াওই। দেববর্ত্তদি মফি-মরোল নানবা, নান্দবা থোইদোক্লা খনবীবা মীতা নত্তে। ইবোহল বাবুদি শেৎলি চারিবশিংদু ওম্থোক্লা মচু তানা শেৎ চায়। অমা হেক্তা শেৎচিন চাশিনবা তৌদে, মতম চঙনা খল্লগা শেৎ চায়। মাগী মতৌদুদা ওফিসতুদা থবক তৌবী মচীন য়াওবী মৌনহা খরনা অসুম্না হায়রকপসু য়াওই, "ঐখোয়সু শাগৈগী পিবাদা লৈহৌদবসি চাকইকো।" মখোয়গী ব্রাদুবু মাবু কল্লক্তুনা, নুংশিদনবু হায়রিব্রা নৎত্রগনা মাবু লক্লরিব্রা? খনবদা

ফনা লুবা থবক্লি।

মোহিনি ইবোহল বাবুগী থোইচৎনবা মওং-মতৌদু হৈনদ্রবসু মাগী থবক্কুগী য়েংদুনা মহাক হৈননবা হোৎনবা তাবনি। মাগা ইবোহল বাবুগা ইহান হান্না উনবদু নুংথিল অমদনি। ডাইরেক্টরগীদা চঙখি হায়দুনা কুইনা ঙাইরবা মতুংদা উনবনি। মোহিনিসু মশক ফজবী নুপীশিংদা নুপাশিংগী অশোনবা লৈ খন্দুনা হান্না খরগা ফজদুনা লৈবগী মথক্তা মাগী লৈজবী মচুম তাবমখৈ কেশন্দুনা লাক্লগা শুমহৎপী শাথেক অমগা লোয়ননা আশা চাউনা ইবোহল বাবুবু ঙাইখিবনি। চাউর-চাউববা মন্ত্রি, ওফিসর কয়া মাগী ফজবগী লাংদা থুদুনা মায়পাকপগী পজেং-ফীরাল পাযদুনা লাকখিবনি। মদুগী ধৱাদুদনি মানা আশা চাউনা ঙাইখিবদু। অদুগা উনবা মতমদদি ক্লার্কতগী কারকপা হেড ক্লার্কতুনা থৌ-ৱা ইশা শাদনা হায়রকখিবনি, ‘‘ইবেম্মগী কেসতুগী মরমদা ডাইরেক্টরগসু ৱারী শানরবনি, ঐসু ভাব তাজরে। ঙসিদি থবক খজীক্তং চিল্লে। হয়েং ওইনা ফজনা ভাব তানা শানবসি।’’

ৱা খরদু হায়রল্লগা ইবোহল বাবুদু মঙোন্দা থোইনা পূক্লিং চঙবগী মওং উদনা মমাঙদা তারিবা ফাইলশিংদু হাংদোক্লুনা য়েংবা হৌখি। মোহিনি মীৎকৃপসিদা ইবোহল বাবুগী মওং-মতৌদুনা খম্মোয় মচেৎ তানা কায়হল্লে। অমুকসু হায়ফম খঙদনা মথম্মোয়দা অমুক হংজৈ, ‘মসিবু করম্বা নুপানোনে ?’ তৌফম খঙদনা মীৎকৃপ খরদি তিংঙক-মাইঙক্রুদুনা লৈরে। মাগী মওং-মতৌদু ভাব তারক্লমাল্লে মখা অমুক তাথবকই, ‘‘ইবেম্মা ৱারৌবীবা যাদে। ঙসিদি খজীক্তং চিনবননি।’’

ঙরাংগী মতৌদুদা নোংঙাল্লগসু মোহিনি হেড-ক্লার্ক উনবা চৎনিংখিদে। অদুবু মা চত্তবা য়াদবনি, মা অমসুং মাগী পীক্লিবা মচাগী য়েংদুনা। ওস্তোক্লা হৈনিংদনা ওফিস য়ৌরকখি। মানা খল্লম্বগী ওন্ন-তৈনবদা মা হেক চঙখিবদা মাবু হবাও-হরাও, তবাম-তবাম কৌশিল্লকই। মোহিনি মতৌদুদা ঙাইহাক্তংদি ঙকচান্নে। পিয়ন থাদুনা অচাপোৎ, চা-নুং লৈদুনা সেবা ফজল্লকই। হেড ক্লার্কতুগী থাজদনা সেবা ফজল্লকপদুনা মফম-মরাং খঙদনা হৈনদবা অমসু ফাওহল্লকই। মানা ৱাহৈ অমফাওবা হাযবা নংদ্রিঙৈদা ঙরাংগীদুগী মতাঙদা শেংদোরকখি, ‘‘ঙরাংগী ঐগী ট্রীটমেন্টতুদা ইবেম্মনা খজীক্তং পেনবীবমদবা য়াই। ৱারৌবীবা লৈরগদি ঐ মদুগী এপোলোজি তৌজরি। কমিশ্নরদগী ক্বারি অমা লাক্লুনা মদুগী পাউখুম পীদবা য়াদদুনা হোৎনবদা খরা চিনবদগী

তৌখিবনি, ৱারৌবীবা য়াদে।”

মোহিনি হায়রক্লিবদুগী পাউখুম পীরুদে অদুবু মপৃক্লিংদদি খল্লি— থোইদোক্লা ফত্তবদি নত্তেদনা।

ইবোহল বাবুগা তান্নদুনা মোহিনি মাগী থবক চঙবগী চে-চাং পূম্নমক থাগৎলে। মরক-মরক্তা সেক্রেটরিযেটতা ফাওবা চৎমিন্নদুনা চে-চাং লোইশিন্নবা হোৎনমিন্নরে। মহৌশাগী ইমান মান্নদবা ইবোহল বাবুগী মওং-মতৌদুদা ওফিসতুগী ৱারীগী নুংঙাইরবা টোপিক অমা ওইররে। করিগী নুংঙাইরোই ভিম্মগুম্না ৱাশক চেৎপনি হায়দুনা চীংজাওগুম্না লেঙদনা লৈরম্বা নুপা অমনা সনজীং নীকপদৌনা নীক্লকপসিদা। মদুসু মপূরোইবা লৈত্রবী লম য়ৌনা ফজবী শকহেনবী মৌনহা অমদা। মখোয় অনীগী ৱারীসিদি মীৱা ঙাঙনিংবা কনা কনাগুম্বদদি অপাৎপদা হয়ীং থাজিনবগুম্বনি।

মোহিনি মহাক্কী থবক্কী ৱাফম ঙাক নত্তবীদা ইবোহল বাবুগী মওং-মতৌদুনা মাবু শুমহৎপা হৌরক্লে। নুপা হায়বসিদি অসুম্না তৌগদবনি খনবা মতাংসু য়াওরক্লে। মপূক-মপাউ ফবা, হায়নবদা ইয়া য়াবা, মশাগী অকনবা ফিরেপ লৈজদবা নুপাবুদি চগন্নবা, মশাগী ফিরেপ লৈজবা, মতীং লৈবা নুপানবু হেন্না নুপা থোকপনি খল্লক্লে। পুন্সিগী মতাঙ কয়াদা পৈশানা, সঙ্গনা য়ারক্তবা মতাঙদদি মতীং লৈবা নুপানা হেন্না লাকচরকই। মাগী লৈখিদ্রবা মপূরোইবা দেববর্ত্ত মপূক-মপাউ ফৈ অদুবু মপূক্লিং ৱারকপদি ঙমজদে। ডোক্টরনা হীদাক থক্তনবা অকনবা ৱার্নিং কয়ারক হন্না তৌরবসু মাগী থায়নগী পার্টিদু থেংনরবদি শিবা কিদনা থকচিল্লগা অদুম লাকই। অমবোমদা ইবোহল বাবুদি মঙোন্দা থম্মোয়গী অশোনবা অমা লৈরে খঙলা ফাওবা কা হেন্না খূমাঙ চাওশিল্লক্তে। মখোয় অনীগী মরক্তা অসি ফাওবদি চঙশিনবা য়াবা, য়াদবা হায়দুনা লৈই অমদি চিংদুনা থম্মী।

ইবোহল বাবুগী মরমদা ওফিসকী মীশিংনা হেঞ্জিন্না ঙাঙননিংবগী মরম অমা, অনীসু লৈ। শাগৈগী পিবানি হায়দুনা ওন্থোক্লা চাউথোক্লা লৈ। শাগৈগী পিবা হায়বসি মী অমনা ওইনিংই হায়দুনা পাক হেক ওইবা য়াবসু নত্তে। শাগৈগী য়ূমকোক ময়ামদু পারি-পুরি ফাক্কৎনদুনা কৃপ্পা থিনরবা মতুংদা খ্বাইদগী মতীক চাবা নুপা অদুবু শাগৈগী পিবা হাপ্পরিবনি। পিবা ওইগদৌরিবা নুপাদুগী ইমুংদু মীওইবগী হৌন-লোনচৎ কায়দনা, নিয়ম-নীতি চুম্না পাল্লকপা ইমুং ওইগদবনি। মপা-মপুগী মরীদা মরী শাংনা পুকোক

য়ৌনা চৎথরকপা লীক্লম ওইগদবনি। পারি-পুরিগী লীক্লমদা অকায়-অতোই লৈতবা নিয়ম-নীতি চুম্না ময়ূম-মকৈ পান্দুনা ধারা-নালা পানবা, মতীক-মঙাল লৈবা নুপাদুবু শাগৈগী পিবা খল্লি। পিবা ওইগদৌরিবা মীশক্তু পংচা-চা, পংথক-থকচিনবা য়াদে। চাবা য়াবা য়াদবা, তৌবা য়াবা য়াদবা, নিয়ম-নীতি কয়া অমগী মনুংদা চৎনা হিংগদবনি। খরা পাকথোক-চাউথোক্লা হায়রগসু মৈতৈ নিংথৌ শাগৈগী পিবাশিংগী মকোক পিবারেলনি। শাগৈগী চাক্লোন কৎপা, লাই-তিনগী থৌরম কয়াদা শাগৈগী মহুৎ শিন্দুনা তাইনগদৌরিবনি।

অমুকখক্তসু ওফিসকী ময়াম চাক চানবদা ওফিসকী নুপা ময়ামদু হীদাক-নুংদাক থকপদগী ঙাওখৎনরক্তুনা লাঙনরকপা তাঞ্জা অমদা 'ঐদি শাগৈগী পিবানি, পংচা-চা, পংথক-থকচিনবা য়াদে' হায়দুনা ফৃক হৌগত্তুনা চৎখিবদা ময়াম ইঙক ঙক্লহৌই। মাগী মওংদু হায়নরগা য়াগদবা মীতা নত্তবনিনা তূমিন-তূমিন য়েংনবগা লৈনহৌই। ইবোহল বাবু চৎখ্রবা মতুংদদি ময়ামদু লাঙগদবা ইকায়নদুনা তূমিন-তূমিন চাক চানখি। মচীন য়াওবী অমনা হায়রকখি, "তা ইবোহলনা শাউদুনা ফৃক হৌগত্তুনা চৎখিবদু নুংবুদি নুংঙাইতে হায়ববু ঐখোয় ওফিসকী ঙাওবা পামজবা নুপা শক্তাশিং অসিগী হায়রগদি মদুনা হেক মতীক চায়।"

মাগী ব্রাদুদা অমসু মতেং পাংশিল্লকই, "ঙসিগী চাক জ্ঞান তানা ঈংনা চারিবসি তা ইবোহলগী ক্রেডিটনিকো। হয়েং নোংমা তান চাবা অমদা তা ইবোহলদা খূদোলপোৎ অমা পীরগা লাল্লে হায়দুনা এপোলোজি তৌগদবনি।"

মাগী ব্রাদু ময়ামনসু ফৈ ফৈ হায়দুনা মতেং পাংশিল্লকই। হৌজিক মতমগী ইকোম কোম্না, ইফা-ফাদোক্লা হিংনরবা মতমসিদা ইপা-ইপুগী চৎনবী অমা ঙাক্তুনা নাপল অমগা লোয়ননা হিংবা ঙম্লিবসি তশেংনা অচৌবা মগুণ অমনি।

ওফিসকী থবক তৌবদসু ইবোহল বাবু ওম্থোক্লা কৃপ্না চেকশিন্না তৌই। মথক থোংবা ওফিসরশিংনা লান্না তৌনবা হায়রক্লবসু মানা লাল্লি খনখ্রবদি লাই লাক্তুনা হায়রবসু য়াগদবা মীতা নত্তে। মাগী তৌফম থোকপদু তৌগনি হায়বা অচেৎপা ফিরেপ লৈবা মীতানি। তৌদবা য়াদে হায়দুনা কন্না হেক হায়জল্লক্লগনা 'নখোয় তৌগে হায়রবসু অদুম তৌখো; মদুদা ঐবু চেন্নহনবদি য়ারোই' হায়না লৈথোকখি। হেড ক্লার্ক ওইজরবসু মথক থোংবা ওফিসরশিংনা মাবু ব্যবহার তৌই। মাগী মখাদা লৈবা য়ু ডি সি, এল ডি

সি, পিয়নশিংনদি ইবোহল বাবুনবু য়ারবদি য়ারে হায়দুনা ওন্থোক্লা কিনা চৎনৈ। থবক মতেং পাংবীবগী ঙা অমা, হৈ অমা চাও হায়দুনা পীরম্বদা লৌহৌবা নত্তনা মীঙোন্দগী শিকি অমগী মরল লেম্না চাবা পান্না মীতা নত্তে। মতমসিগী পূংওন ওন্নবা মীশক্লি।

মাগী মপান্দগীনি হায়বা য়াই ওফিসসিনা হৌজিক ফাওবা স্কাণ্ডল থোক্তনা, ঈংনা তপ্পা চলাইবা ঙক্লিবসি। হৌজিক্কী মতমসিদদি ওফিসকী স্কাণ্ডল কয়ানা খবরগী লামায় কয়াদা খূরক হাঙদনা য়াওরবা মতম্লি। অমুকখক থৌদোক অমদা ইবোহল বাবুনা 'মাদি য়াবা ঙম্লোই' হাযদুনা শিখাং খাঙবদগী মমৈদদি মদুনা চাউনা দশা তারমগদবদগী ওফিসকী ইজ্জৎ, সম্মান কনবা ঙমহৌই। মাবু হায়বা ইন্দে হায়দুনা চীংদা ট্রান্সফর থাগনি হায়দুনা ধমকা তৌরম্বা ওফিসরশিংদু মমৈদদি মাবু য়াম্না থাগৎনখি। মাবু থাগত্তুনা হার্য়রিব্রা, লক্লদুবু হাযরিব্রা ওফিসকী মযাম্না হায়নখি, "হন্দক্তি ঐখোয়গী তাঙনা য়াওজবা পিবাসিনা শিরমগদবদগী ঐখোয় পূম্নমকপু কল্লে। লোং লিভ অব্রার পিবা।"

অফবা গুণ কয়ানা ইবোহল বাবুবু মতীক মঙাল চাউনা উরগসু মাগী মচিং-মশোন নাইবা মওং অমদি লৈ। অমুকখক চহী লোইশিল্লকপগী ওফিসকী চে-চাং কয়া লোইশিন্নবগী থবক্লা মৈ হৌববা মতমদা 'শাগৈগী লাই হবাওবা লৈ, মাদি শাগৈগী পিবানিনা য়াওদবা য়াদে' হায়দুনা ছুটি লৌথোকখিদুনা ওন্থোক্লা ৱানখি। ওফিসকী ওফিসবশিংনা চত্তুনা হায়রুবদগী লাই-তিনগী থৌবম লোইরগা ওফিস অমুক কারকখি। 'মখোয়গী পিবা হায়র্বাস মতা অমনি' হায়নখি।

ইবোহল বাবুনা মোহিনিদা অশোনবা লৈবগী মরমসু চাউনা লৈ। নহা ওইরিঙৈ পাখঙ কাবক-কাবক ফাগৎলকপা অদূরাইদা লৈহাউ কৌবী নুপী অমবু ওন্থোক্লা নুংশিজবম্মী। মহাক্লা নুংশিজবা অদুমাইনা লৈহাউনসু মাবু নুংশিজখিমাল্লে। মমৈদদি ফীভম্না যাদদুনা মখোয় অনী কাযনবা তাখি। মখোয় অনীগী নুংশিনবদু থম্মোয়গী কাচিন্দা লোৎশিন্দুনা কনা খঙহন্দনা থমখি। ঙসিদি মখোয় অনীসু ময়ূম-মকৈ পাল্লদুনা মচা-মশূ পাখঙ-লৈশাবী ফানরক্লে। কুইনা থম্মোযগী কাচিন্দা লোৎশিন্দুনা থম্লরবা লৈনমদু লৈহাউগা শকমান্নবী মোহিনিনা নোংথাংগুম্না অমুক ঙাল্লরবদা অমুক ফাওবকখি।

মোহিনিবু অহানবা উবদা ইবোহল বাবু থম্মোয়দা চিং লাউবা অমা ফাওখি। মীৎকূপ অমা অনীগী তুংদা কান্নদ্রবা, মতাং চাদনা হৌরকপা থম্মোয়গী ঈথক্লি খন্দুনা মথম্মোয়দু ফাজিন্দুনা থৈদোক্লবা হোৎনখি। মসিদগীনি মোহিনিবু অহানবা উনবদা

তরাম-তরাম তৌখিদবদু। মানা খনখি— নুপীসিনা ঐগী থম্মোয়গী খল কায়হল্লগনি। অদুবু অহীং নোংশোইবা অমা লৈহাউগা মোহিনিগগী ইতোৎ তোৎশিন্নখ্রবা শক্তমদুনা মাবু ওৎপা য়াবা মখৈ ওৎলবা মতুংদা নোংঙানবগী নুমিত্তা ওফিসতা লাকপদা মোহিনিবু তরাম-তরাম্না তৌখিবদু।

তশেংবদি ইবোহল বাবুদি মোহিনিগী মপূরোইবগী জগাদুদা দাই-ইন-হার্নেসতা থবক চঙবা য়ানবগী কন্না হোৎনবীরিবদু লৈহাউগী মফমদা লমন শিংদোক্লিবনি খনবা মতাঙসু য়াওরকই। নুংশিবগী লৈনমদি ব্লাইথুংনখিদ্রবসু থম্মোয়গী কাচিন্দদি অদুম্মক নুংশিবা মনমদি লৈহৌরি। মরক-মরক্তা বসন্তগী লৈনম পুবা নুংশিৎনা মশাদা শোক্লবগুমসু তৌরম্মী।

হৌজিক্তি সেক্রেটেরিয়েটবোমগী চে-চাং লোইশিনগদবদু লোইশিল্লক্তুনা মোহিনি থবক কাগদবা কুইশিল্লক্লে। থবক্কী চেন্থোক-চেনশিনগী অসুম লোয়নবদগী মোহিনি ইবোহল বাবুবু মপূক্লিংনা খোইদাবা অসুম হেল্লক্লে। অহানবদদি মহাক্কী থবক্তু ওইনবা ঈবাং মতেক অমা তৌরুবনি। হৌজিক্তি মাগী থম্মোয়বুসু থোইচৎনবা পিবাসিনা হৃদুনা পুদুনা চৎখ্রে। কবিগুম্না মহাক্লবু যাবিববদি মহাক্কী মফমদা লৈঙবা পুম্না কৎথোকপা ঙমগনি। অমরোমদনা ইবোহল বাবুনসু মোহিনিবু লুনা চান্না অদুম তৌই। মোহিনিনা মরক মরক্তা চিংনজরিবদি ইবোহল বাবুবু মানা পান্না মায়কৈদুদা লাকহনবা ঙমগদ্রা হায়র্বাসিদনি।

মোহিনিনা কন্না হায়জবদগী ইবোহল বাবু মোহিনিগীদা চাক চাবা লাক্লি। মাগীদা চৎলগা চাক-ঈশিং পংচা চাবীবা ইবোহল বাবু নত্তে। অদুবু মোহিনিনা মাগী থবক চঙনবগী কন্না হোৎনবীবগী লমন ওইনা চাক চাবা অমর্ত্তদি চাবীদবা যাদে হায়দুনা কন্না হায়জবদগী তঙায়ফদনা লাক্লির্বনি। অমবোমদা মতম অমদা থম্মোয়গী অরা পোথাফম ওইরম্বী লৈনম পুবী লৈহাউগী মকাদা মীৎকূপ অমত্তসু পোখার্জনিংলমগনি। মদুসু মপূরোইবা লৈত্রবী, শকহেনবী মোহিনিগী মকাদা।

হেক য়ৌখিবগা ইবোহল বাবুবু অচীকপা কা অমদা পোখাহল্লি। ঙমজবা হৈ-রা পুথোক্তুনা সেবা তৌজৈ। চাক চাবা তোক্লবা মতুংদসু ক্কা-পানা তৌদুনা অমুকসু সেবা তৌজৈ। ইবোহল বাবুসু ঙাইহাক্তুং ব্রাখল লিশাং থাদুনা লৈকায় কোয়দুনা শান্নৈ। মবক মবক্তা মফম খঙদনা শক্তম কযাসু উবগুম তৌই।

"তামো ঙসিদি নচলবু সেবা ফংহনবীয়ু।"

ঙাইহাক্কী মমাঙদা তরং অমদা অতোপ্পা সংসার অমদা লৈরুবদু খোঞ্জেলদুনা অমুক মহাকপু তাইবংপালদা হল্লকহল্লি। য়েংথোক্লুবদা জগৎকী নুপা পুম্নবু কামগী ঈপাক্তা লংথরগে হোৎনরিবী মোহিনিগী শক্তমদুনা মাবু মফম খঙদনা মীৎকৃপ অমা, অনীদি লমুক্লহল্লি। লৈহীনা চোন্না, নীক-নীক লাউনা য়াওরবী, পামজবা মবুংঙো মাগী মফমদা কথোকপদা পাম্মুবা লৈত্রবী মোহিনিগী কাম্না থূমহৎলবী হকচাংদুনা ইবোহল বাবুগী হকচাংদা ঙাথু-থেংথুদুনা শান্নরকই। ইবোহল বাবু পামজনা কৎলক্লিবা খূদোলদুবু লৌগদ্রা নৎত্রগনা মাগী পিবা অমা ওইবগী ফিদমদু ঙাক্কদ্রা? মীৎকৃপ অমা অনীদি মাগী ৱাখলনা লাম্বা ফংখিদে।

ইবোহল বাবু মাগী ৱাখলগী চক্রদগী নাম্থোকখিদুনা মোহিনিগী কাম্না থূমহৎলবা হকচাংদুবু চেৎনা কোনশিল্লগা শ্রু-শ্রু নৈরকই। মীৎকৃপ অমা অনী জ্ঞান তাদনা হৌখি। খঙহৌদনা খাক্লকপা নোংখোংগুম ইবোহল বাবু মোহিনিবু চেৎনা কোল্লম্বদু খংইন ইন্থোরকই অদুগা হায়রকই, "মোহিনি, নঙ ফিজোল ফজনা শেৎলগা ঐগী ইমাঙদা লাউ।"

মীৎকৃপ অমা, অনীগী মনুংদা নোংথাংগুম্না ওনখ্রিবা মওংদুদা মোহিনি চঙক-মাযঙক্লদুনা লৈ। মাগী য়াথংদু ইন্দ্রবদুদা ইবোহল বাবু হন্দক্তি ঙংলদুনা হায়রকই, "মোহিনি, নঙ ঐনা হায়রিবসি তাদ্রা? ফিজোল শেৎলগা ঐগী নাক্তা লাউ হায়বনি।"

হন্দক্তি মোহিনি হায়রিবদু জ্ঞান তারকপদৌনা হায়বা ইল্লবা মীগুম তূমিন্না চঙখিদুনা ফজনা শেৎ চারগা থোরক্লুনা মীৎকৃপ খরগী মতুংদা ইবোহল বাবুগী মাঙদা লাক্লুনা চৌক্রি অমা চিংশিন্দুনা ফম্লে। ইবোহল বাবু মানা হায়গদবু মখা তাথরকই, "মোহিনি, নঙ ঐবু লান্না খনগনু নঙগী পূক্লিংগী অপাম্বা ঐসু খঙই। ...নঙদি ঐগী পুন্সিগী খ্বাইদগী তাঙনা, কল্লকচনা থমজবা মীশকশিংগী মনুংদা অমনি। নঙগী পুন্সিনা অমোৎপা তৈরগা থীনা ঙাঙনগদবদু ঐ তাবা ঙম্লোই। নহাক নহা ওইরি, নহাক নুংঙাইনা ননীং-নখা তম্না, নশুং নমান্নবা অমদা নীংথিনা নয়ূম-নকৈ পান্দুনা নুংঙাইনা লৈবদু ঐ উবা পাম্মী। পেন্সন ফংগদবা চহী তরেৎ-নিপালখক্তা ঙায়রবা হনুবা ঐঙোন্দা লৈরগা নঙ করিসু পেল্লক্লোই। মীৎকৃপ অমগী ঈথিল ফাথবা ঙমদদুনা নঙ ঐগী পুন্সিনা মচোই মচোই তাবদু ঐ উবা পামদে। নঙদি চৎকদবা লম্বেল শাংলি। নঙনা নুংঙাইনা

লৈখিবদু ঐ উবা পাম্মী। ঐ নঙবু তশেংনা নুংশি। ঐনা হায়রিবসি নঙ য়াউ। মসিনা ঐখোয় অনীগী য়াইফবা ওইগনি।

মোহিনিগী থম্মোয় হকচাংদগী মপান থোক্কদৌ তৌরম্মী। মাগী থম্মোয়, ৱাখল করম তৌবি খল্লুবগী মতম শংদে। মানা থম্মোয়দা কন্না নীংজরিবদি 'মীৎকৃপসিমক মঙলান ওইহনবীরো' হায়বসিনি।

মথঙগী নোংঙানবগী ওফিসতা ঙাঙনরকই, "মপূরোইবগী মহুত্তা ডাই-ইন-হার্নেসতা থবক চঙনবগী তা ইবোহলগী মনাক্তা কন্না লাক্লম্বী মৌ নহাদু জোইন্ট হেক তৌবগা সাইডতা থাদোকখ্রমাল্লে। মদুবু কমদৌরিবা জাৎনো?"

রাশিনা ঙক্লপ্লা, "তা ইবোহলসি জাৎতি জাৎ অমনিকো। মখোয় অনীগী মতৌদু ঐখোয়দি জাৎ-জাৎ ময়াম অমা খল্লুরবনি। মখোয়গী পিবা হায়বসি জাৎ অমনিকো।"

রাশিগী ৱাদুদা লৈরেনতোম্বীনা থৌৱা ইশা শাদনা হায়রকই, "নখোযসু মাথা শাদনবা পিবাদা নয়ূম পালহৌবা য়াদ্রো।"

শগোলশেল
মার্চ ১০, ২০০৫।

## ফর্ষ্ট লভ

নুংশিবা নঙসে অঙাওবনি
অপাম্বা নঙসে হিংচাবনি।
লৈরমদ্রবা নঙনা
অসুক ফজবম্লোই তাইবংপানসি।
খূদোলনি পূম্নমকসি
নুংশিবা নঙগী।

— পুন্সি অমা, নুংশিবা অমা

মচানুপী সরিতানা পীরম্বা ঈ-মেল এড্রেসতু মাগী মখূত্তা তাদুনা লৈবা কুইরবনি। অদুবু নোংমতা ফাওবা কম্প্যুটর থাগত্তুনা ইন্টরনেট হাংদোক্তুনা করি করি মেল লৈবগে হায়বদু য়েংনিংলুদে। য়েংনিংলুদবগী মরমসু চাউনা লৈ। করম্মদি হরাওরুনি মাগী নুপা ওইবগী শাংলবা ইগো অমদা তাউদুনা লাকচবদু মাগী মচানুপী য়াইমদুনা করিসু লৈতনা

ইরায় লায়না য়েথৎলম্বগী মৈশাদু ঙসি ফাওবা ফাওরি। মমা মপাগী অপাম পামদা করিসু খন্দনা কয়াদা লায়না মাগী অনীংবা পাঙথোক্লিবা। মমাদবুদি মরক মরক্তা ফোন তৌরকমাল্লে, মঙোন্দদি ফোনসু তৌরক্তে। ঈ-মেল এড্রেসতুখক্তনি পীরম্লিবা। মতম অমদা নাউথী শারম্বা মচানুপীগা মাগা কয়াদা লাপ্পরবা।

হৈনিংদনা থাগৎলুবা কম্প্যুটরদু মথঙ মথঙ অখঙবা ৱেবসাইট খরা ওৎলবা মতুংদা মচানুপীনা পীরম্বা ঈ-মেল এড্রেসতুদা চঙদুনা য়েংলুবদদি সতিশ মাগী নাপল পুম্নমক নমখায়রকই। মাগী থম্মোয় মচানুপী সরিতাগী নুংশিবনা পাথোরকপগুম তৌরকই। ফরবসু, ফৎত্রবসু মাগী ঈ মতৃমদগী তাইবংপান ফাওবকখিবা মচানুপীনি, করিগীদি নুংশিরোই। চিঠিদু নুমিৎ তরানিমুক্কী মমাঙদগী মেল বোক্সতা য়াওরবা জাৎনি, মানা মেল বোক্সতু চঙলুদবনা খঙদবনি। মচানুপী সরিতানা মপাদা ওইনজদুনা শাংলবা চিঠি অমা ইরক্লি।

নুংশিরবা বাবা,

ঐনা য়ূমদুদগী খোঙ থাংদোক্তুনা চৎপা নুমিত্তগী বাবাগা ঐগগী মরী তৎনখিবগুম তৌরে। অদুবু বাবা, ঐসু ঙসিদা খঙলক্লি, মমা মপাশিংনা মচাগীদমক কয়ামুক ৱাজবগে হায়বদু। ঐগী শিয়োম্মুংদা মীতল্লিবা ইচা অসিগীদমক কদায়দা করি শোয়খিগদগে হায়দুনা হাপ্তা খূদিংগী, থা খূদিংগী ডোক্টরদা চেক চৎলি। হৌজিক্তদা খঙলক্লি-- বাবাগা ইমাগনা নচাবু কয়া ৱানা, কয়া নুংশিনা নাউকোনবীরক্লিবা...। ঐগীদমক্তদি বাবাগা ইমাগনা ঐনা শিয়োম্মুংদা মীতম্লকখিবা নুমিত্তুদগী ৱাবীবা হৌখ্রবনি। থা তরা নাউপুদুনা তাইবংপান ফাওরকখিবা নুমিত্তুদগী ঙসি ফাওবা নচাগীদমক ৱাবীদুনা লাক্লি। মসিগী লমন্দি নচানা মপোক তরেৎলক পুণ্য তৌদুনসু বাবাগা ইমাগগী লমন্দি শিংবা ঙমদনা অদুম তোন্দুনা লৈহৌরগনি।

অদুবু বাবা, মমা মপানা মচাগীদমক ৱাজবা নৎত্রগনা মচাশিংনা মমা মপাগী হোৎনজবা, মসিদা পাপ পুণ্যগী ৱাফম থিনদুনা লৈরগদি ঙসিগী ফজরবা তাইবংপানসি অসুক ফজরমদবসু য়াই। জ্ঞান, লৌশিং যাওদে হায়বিবা শা-উচেক ফাওবা মচাগী হাকন্দা মথৱায় থাদোকপা ঙম্মী। শা-উচেকশিংদগী লিশিংলক জ্ঞান লৈববা মীওইবনদি মচাবু কয়াম নুংশিরমগনি। মসি হায়দুনসু জ্ঞান ৱাৎনা লৈরবা শা-উচেকশিংসু মপূং মরৈ ফারক্তুনা মরোমদোম মচীঞ্জাক খূঞবা ঙম্লক্লগদি মনীং তম্না হিংজকনবা হাঙলবা

অতিয়াদা থাদোকখি।

বাবানা সৈলেশকা ঐগা পুন্সি লৈপুন শেম্লবা খোঙথাং অমা থাঙলকপদা বাবাগী অনীংবগী মতুং ইন্না তৌগদবনি, তৌরোইদবনি হায়বা ৱাফমদুদি মচা অমনা ফংজগদবা রাইট খরা মুন্দুনা পুবীখ্রা হায়দুনা ৱারৌজদবা ঙমদে। বাবাগা ইমাগনা নচাবু মহৈ-মশিং তম্বীদুনা চাউবা শারেপ ফারক্লবা মতমসিদদি অহাঙবা অতিয়াদা ইনীং তম্না পাইজরুনবা থাদোকপীগদবনি। ইমান্নবশিংগা লম্বা তৌবা ঙম্নবা নচাবু শিস্থা পাঙবা ঙমহনবীয়ু।

মথঙগী থাদগীদি নমাকনুপা সৈলেশ মাগী থবক মফম লোস এঞ্জেলিসতগী ছুটি লৌদুনা ঐগী নাক্তা থা মখায় অমদি লৈরগনি। ঐখোয় অনী ইতৈ ইনাও ওইরগসু থবক মফমদি মহাদেশ ৱাংম-ৱাংমদনি। থা অনী অহুমগী মনুংদা নুমিৎ তরানিখক উনবসিনা ঐখোয়গী পুন্সিনি। অদুবু ঐখোয় করিসু নুংঙাইতবা তৌদে। মোডর্ন লাইফকী শরুক অমনি।

মাগা ঐগসু হান্না খঙনরকপসু নত্তে। ইমাগা ইন্দোমচাগনা শীন্দুনা খঙনহনবনি। অদুবু মাদি অসুক্কী মতীক ফৈ, ফাগি হৈ, মিনুংশি চাউই। মাগা ঐগা মহাসাগর ৱাংম-ৱাংমদা লৈনরবসু নুমিদাং খুদিং ঐঙোন্দা ফোন তৌরক্কনি, মেসেজ থারক্কনি। ঐগী কম্প্যুটর হাংদুনা মেল চেক তৌরুরবদি মাগী মেসেজ অমদি শোয়দনা লৈরমগনি। অদুদগী ঐখোয় অনী ফোনদা ৱারী অমুক শানগনি। মহাসাগর ৱাংম-ৱাংমদা লৈনরবসু ঐখোয় অনীগী থম্মোয়দি নক্লা লৈমিন্নবদৌনা খল্লি। বাবাগী মিনুংশিনা নচাবু ঙাক শে
দুনা লৈরিঙৈ মতমদুদদি তাইবংপান অসি বাবাগী মিনুংশিনা থনখিদুনা বাবা লৈত্রগদি তাইবংপান অসিদা নচানা মীৎকূপ অমফাওবা হিংবা ঙমগদবা মান্দে। অদুবু নন্ধাকনুপা সৈলেশকা থেংনরবা মতুংদদি মানা ঐঙোন্দা হায়, ‘মীওইবা ওইনা পোক্লবদি ঈরোইবা হৈদুনা কনাগী মতেং য়াওদনা নশা নতোমতা তুরেল লাম্থোকপসু হৈগদবনি। মতম পূম্বদা অতোপ্পগী মতেং ঙাইদুনা লৈরগদি নীংতম্না হিংবগী নুংঙাইবা হায়বদু মশক খঙলরোই। থৌনা লৈনা, পুন্সি মশক খঙনা হিংগদবনি হায়।’

ইমাগা ইন্দোমচাগনা শীনবদু ঐদি ইচম চম্না য়ারুবনি। অসুক লুশিল্লক্কনি হায়বসু খল্লুদে। নোংমা ইন্দোমচানা ঐখোয়দা লাক্লগা ‘সরিতা নঙ হৌজিক্তি অঙাং নৎত্রবনি, য়ূম-কৈ পান্নবা তৌরসি’ হায়রম্বা নুমিত্তুদা ঐ পূমঙক ঙকখি। ইশাগী অশেংবা মশক্তু

নুমিত্তুদগী খঙবা হৌখি। মতম অসুক কুইবসি ইশাগী কেরিয়র শেম্নবা লাইরিক পাদুনা লাকখিবনি। নহা ওইবগী নুংঙাইবা, লাঙবা পূম্নমক নাথেদুনা লাক্লবনি। ইমান্নবীশিংনা বোয়ফ্রেণ্ড উনৈকা হায়বদু ঐনা মখোয়বু অখৎপীনি, মাঙলবনি খনখি। লাইরিক তম্বা লোইরবা মতৃংদা ইমান্নবী ময়াম অমা ময়ূম মকৈ পান্নখি। মদুদসু ঐনা খনখি— মখোয়শিং অসি অপঙবী ঙাক্তনি, কেরিয়রগী খন্দবী ঙাক্তনি। অদুবু নুমিত্তুদা ইন্দোমচানা 'অঙাংদৌনা অদুমাইনা পুন্সি চূপ্পা লৈবা য়াবা নত্তে। নঙগী খঙন-চান্নবা লৈরগনা নমাদা হায়বা ইকায়রগসু ঐঙোন্দা হায়রো। ঐখোয়না ফনবা অদুম শীনগনি। লৈত্রগনা ঐখোয়না শীনবসিদা য়াও। মমা মপা, অহল-লমন্না মচাগীদমক মাঙনবা কৈদৌঙৈদসু শীল্লোই' হায়রম্বদুনা মীওইবা সমাজগী চৎনবীগী লীপূনদু ঐঙোন্দসু তপ্না তপ্না পুনশিল্লকপদৌনা তৌখি।

ঐগীসু বোয়ফ্রেণ্ড লৈতবনিনা ইমাগা ইন্দোমচাগনা শীনবদু করিসু খল্লুদনা য়াথোকখি। লৈশাবী অমা ওইরগা বোয়ফ্রেণ্ড লৈতবগী ইকায়জবদু ঐঙোন্দা ফাওখি। ঐনা খ্বাইদগী শিংলে হায়দুনা খল্লুবদু ঐনা খ্বাইদগী অপঙবী ওইরম্লবা...? মখোয়না শীন্দুনা সৈলেশকা ঐগা রেষ্টুরেন্ট অমদা ইহান হান্না উনখি। মাসু মাগী থবক মফমদগী মমা মপানা ব্রাফমসিগীদমক কৌথোকপদগী ছুটি লৌদুনা থোরকপনি। ঐসু ইমাগা ইন্দোমচাগনা অরুবা ব্রা অমা তান্নগদবা লৈ থোরকউ হায়বদগী থোবকখিবনি। ঐখোয়গীনা ছুটি লৌথোক লৌশিন তৌবদু খরা ফৈ, মখোযগীদি ফোরেন কম্পানিনিনা ছুটি লৌবসি খরা লুই।

মাদি ইচম চম্মী, ঐবু অহানবা উবদা করিসু হঙ্গোইবা তৌদনা হরাও হরাও তৌদুনা ব্রারী শারকই, "নুপীনা মপান্দা থবক তৌবসি কমদৌই, নুংঙাইব্রা? ঐখোয স্বায়দদি নোক্রবীনবা, ঙাঙনবীনবসু য়াম্না লৈবনি।"

মাগী ইতিং তিংবা মতৌদুদা ঐসু করিসু হঙ্গোইবা পোক্লুদনা খুম্লুই, "নুংঙাই, করিসু খন্দেদা। মপূক মাংবা কাঙবুনা পংখন খনবগী ব্রানি।"

"ঐসু করিসু খন্দেদা। মপান খরা খরা থোক্তুনা থবক তৌনবসু ফৈ। নৎত্রগদি ঐখোয় স্বায়দা ঐখোয় মশেল ফুনগৎনদুনা লৈবনদি ঐখোয় মশেল নুংশিনদবা হেনগৎপা নত্তনা অতৈ করিসু তৌনিংঙাই লৈতে।"

"খরা খক্লা চেন্থবগী ব্রানি। মদুসু ব্রা ওইনা ঙাঙনরুবা কান্নবা জাৎ নত্তে।"

"মরক মরক্তা ঙসিগী সুমাইনা ব্বারী ব্বাতাই শানবা করিসু কায়দবা নৎত্রো?"

"করিসু কায়দেদা।"

মদুগী মতুংদা মাগা ঐগা ব্বারী য়াম্না শানখি। কোয়রুবা মফমশিংগী, তিন্নরুবা ইমান্নবশিংগী, থবক মফমগী ব্বারী কয়ানি। পাখঙ লৈশাবীগী নুংশি-নুংওনগী ব্বারীদি অমত্তবু য়াওখিদে। শাংলবা পুং অনীদু হৌখিবা খঙহৌদে। অচম্বা চাক্লেন অমা চারগা হল্লকখি। অহানবা উনবা নুমিত্তুদা মানা ঐবু পুমশুম শুম্বগুম তৌখি। নহানমখৈ উবা ঙল্লমদবা পুন্সিগী মায়কৈ কয়াসু উবা হৌরকখি।

অনীশুবা উনবা নুমিত্তদদি মানা ঐবু ফাগি তৌদুনা নোকহল্লকখি। ঐবু *রোমান হোলিডে* ফিল্মদা য়াওবা প্রিন্সেস অদুগুম্বনি হায়দুনা লক্লখি। ঐসু মানা লক্লবিবদু য়ানিংবগুম তৌখি। নুমিত্তুদগী য়ুমদা হল্লক্লগা বাবাগী চেকপলগুম্না ব্বাংনা খাজিল্লিবা মিনুংশিগা সৈলেশকী মনীং তম্না পাইরিবা থম্মোয়গা চাংদম্নবা হৌরকখি।

খরা লৈরগদি মাগী ছুটি লোইরে হায়দুনা মাগী থবক মফমদা হনখ্রে। ঐসু ঐগী থবক মফমদা হল্লে। কায়নরমদাইদা মাগী ফোন নম্বরগা, ঈ-মেল এড্রেসকা পীরম্মী।

নুমিদাং নুমিদাং মাগা ঐগা ইশা ইশাগী থবক মফমদগী হল্লক্লরগা ফোনদা ব্বাবী শানবা নৎত্রগনা কম্প্যুটর হাংদোক্লগা নেট চেটিং তৌনবদুনা ঐগী নহা ওইবগী নাথৈদুনা চৎলুরবা পুন্সিদু অমুক হল্লকপগুম তৌখি। মাগা ঐগা পাউ ফাওনরিবমখৈ ঐবু মঙোন্দা য়োৎচাবীনা য়োৎ অতৈ চিংশিনবগুম চিংশনবা হৌরক্লম্মী। ঐসু মঙোন্দা চিংশিল্লিবমখৈ নুংঙাইবগুম তৌরম্মী।

অমুকখক্তি মাগা ঐগা ছুটি থোকমিন্নসি হায়দুনা মতম অমত্তদা ছুটি পূন্না লৌমিন্নদুনা থোকমিন্নরকখি। ঐনা য়ুম থুনা য়ৌনবা হায়দুনা এরোপ্লেনদা পাইথোকখ্রসি হায়রুবদা 'মাদি য়ুম কৈ শাগদবা, শেমজিনগদবা য়াম্না লৈ। ইকনমি ওইদবা য়াদে' হায়দুনা মখাদা ট্রেনদা তোংদুনা থোকমিন্নরকই। খোঙচৎতু ঐগী পুন্সিগী খ্বাইদগী নুংঙাইবা খোঙচৎশিংগী মনুংদা অমা ওইখি। মখাদা ট্রেনদা চৎলমদ্রবদি মদুগী নুংঙাইবদু ফংলমদবসু য়াই।

তাইবং মীগী হৌনবা অচেংবা তাঞ্জা য়েংদুনা খুদোংচাবা লৌরক্কদবোই নীংখি। অদুবু মাদি অদুগুম্বা অপীকপা মীদি নত্তে। ঐবু কদায়দা করি শোয়খিগদগে হায়দুনা চেকশিন্না শেন্নবীরম্মী। ট্রেন মনুংদা য়োল্লকপা অহোঙবা অচাপোৎ চাদুনা, মেগাজিন

পাদুনা, ফাগি তৌন-তৌনদুনা নুংঙাইনা চৎলম্মী। নুমিদাংৱাইরমদনা মানা ইবা কবিতা পাদুনা তাহল্লম্মী নৎত্রেগনা মানা পাবকপা অঙকপা ৱারী কয়া লীদুনা ঐবু তাহল্লম্মী। বেঙ্গল, ওরিষা যৌরক্লবদা ট্রেন মনুংদা বাউল ঈশৈ শক্কুনা পৈশা নিবা লাক্লবদি পৈশা য়াম্না পীদুনা ঈশৈ হন্না হন্না শকহল্লম্মী। মানা হায়, বাউল ঈশৈগী শৈহেক শৈদাসি য়াম্না পামজৈ।

করিগুম্বা মতমদনা মাগী পুন্সিগী ৱারীসু লীদুনা তাহল্লম্মী। মাগীসু নুংশিনবা লৈরম্মী হায়। মানা নুংশিখিবা পুম্নমক্লা মশা মশাগী খুদোংচাবা য়েংদুনা মাবু থাদোক্কুনা চৎখি। অদুবু মাদি নুংশিবদা ঙাওজবা মীনি। মানা হায়, 'মাবু নুংশিবীবা কনাগুম্বা অমগা নুংশিবদা পূমঙাও ঙাওদুনা চৎখিবদু মহাক্লা পামজৈ।' নুমিদাংৱাইরমদা তারমদাই নুমিৎকী অমেঙবা মঙালনা ট্রেনদগী থোঙনাওদা লীৎশিল্লকপা মতমদা ট্রেন মনুংদা য়োনবা লাকপা অহোঙবা চা থক্কুনা নুংঙাইনা মতম লেল্লম্মী। নুমিৎ মমশিনখ্রবা ট্রেন মনুংগী ইলেক্ট্রিক বল্ব থানগৎনরক্লবা মতমদনা মানা ইবা কবিতা কয়া মশানা পাদুনা ঐবু তাহল্লম্মী। মানা হায়, মাদি কবি ওইবসি য়াম্না পামজৈ। করম্না কম্প্যুটবগী থবকসি তৌশিল্লুরিবনো খঙদে। ঐবু ইশা পান্দুনা অহাঙবা অতিয়াদা নীং তম্না পাইনিংদ্রা হায়। কবি ওইনিংদ্রা হংই।

ঙসিদি মশাগী হোৎনজমল খক্কুনা মহাক মল্টি নেশনল কম্পানি অমগী কম্প্যুটব প্রোগ্রামরগী থবক অসি ফংজবে। কনাগুম্বী অমত্তগা মবী থম্নদবসু কুইরে হায়। মবমদি মহাক হঞ্জিন হঞ্জিন থম্মোয কায়বা মা পামদ্রে হায়। অরোয়বদদি মহাক মহাক্কী থম্মোযবু থম্মোয শেংনা নুংশিবীবা, অনেম-অৱাংগী পল লৈতবা কনাগুম্বী অমগা থম্মোয়গী মবী থম্নবা পাম্মী হায়। মদু ঐবু ওইহনবীয়ু হাযদুনা ঈশ্বরবু খুকমজৈ হায়। অদুগা ঐগীনা মহাক্লা ঐগী অহানবা নুংশিবা...।

নোংমা ঐনা ফাগি তৌদুনা মঙোন্দা হায়, "ঐঙোন্দগী হেন্না ফবী অমমুক থেংনরবদি ঐবু থাদোক্কুনা চৎখিদৌবা মাল্লি।"

মানা ৱারৌরপ্না খুল্লকখি, "অদুক থম্মোয় পীকপা থবক্কু তৌগদৌ লৈরদি, নঙগা ঐগা খঙনরমদবসু য়াই। মদুমক তৌগদৌ লৈরবদি নঙোন্দা ঐগী অশেংবা ৱারীশিং কৈদৌবগী লীথোক্কদৌরিবা?"

"থাজ থাজবা ময়াম অমনা মশাগী খুদোংচাবা য়েংদুনা থাজবা হাৎনদুনা

চৎনখ্রবনি। মদুদা কনাসু করিসু হায়দ্রবনি। হৌজিক্কী মতমদদি থম্মোয়গী মরীকায়দু থোইনা লুনা লৌনদ্রবনি।"

"মদুনা মী মীগী ধর্ম্মনি। অদুক থম্মোয় পীক্লা খন্নগদৌ লৈরবদি নঙসু মমাঙগী ময়ামদৌনা ঐবু থাদোক্কনা চৎখো। মদুদা করিসু নুংঙাইতবা লৈতে। মসিদি পুন্সিসিদা থেংনদুনতা লাক্লবনি।"

মাগী লৌথুপ-লৌকোই লৈত্রবা পাউখুমশিংদুনা ঐবু পূমঙাও ঙাওহনখি। মহাক্না থেংনরমদ্রবদি পুন্সিসিদা নুংশিবা হায়বদু মশক খঙলমদবসু য়াই। য়োৎকী পোন মনুংগী অহাওবা চীঞ্জাক্তা চাবা মপানগী তাইবংপানগী ফজবা মশক্তি উবা ফংজদ্রবা মরায়বক থীরবী পোন মনুংগী তেনবাগুম পুন্সি লেল্লম্বসু য়াই।

ঙসি ফাওবা ঐনা ঙক্লিবদি পুন্সিসিদা কনাগুম্বা অমত্তগা মরী থম্নরক্রুবী ঐনা মাগা থেংনরুবদগী করিগী অসুক য়াম্না ঙাওরুরিবা? মাগী করি করম্বা মীশুম হৈবা মন্ত্র পায়বননো? বারী লাইরিক কয়াদা 'ফষ্ট লভ' হায়বদু অসুম্না তৌনবা জাৎলা? ফর্ষ্ট লভতদি কনাগুম্বা কনাগুম্বী খরনা থবায় ফাওবা থাদোকপা ঙম্মী হায়বদু অসুম্না তৌনবা জাৎলা খনবা মীৎকৃপসু য়াওরকখি।

সৈলেশকা ইবানিগী নুপা নুপী ওইবগী ধর্ম্মগী তৌফম থোক্লবা কর্ম্মদু নহান্না চহী অমা ঙনখৎনা লোইশিল্লসি হায়বনি। অদুবু মানা নখোয় বাবাগী মমান্নবা ময়ামশিংদুনা লুহোংবা লাকপদা মমায় চোপ্তনবা খরদংদি শেমজিন শাজিন্নিংই হায়দুনা ঙাইদুনা লাকখিবনি। ঐনদি কুইনসু লৈরোইদবা নীনিদং হুম্নিদং লৈগদবদুবু হায়দুনা হেক্তা শমজিল্লসি হায়বনি। ঐবু ময়াম মাঙদা ইনাক খুনবা ইমুংগী নুপী লৌবা পাম্বা, ওপোরচুনিষ্ট ওইনা উখিনি হায়দুনা চহী অমা বানা ঙাইরগা কর্ম্মসি পাঙথোক্লবা লেপ্লখিবনি।

লুহোংবগী বা হৌদোরকপা মতমদা বাবানা 'অদুগুম্বা ইমুংদুদা ইচানুপী থাজনিংদে। লুহোংবা য়ারোই' হায়রকপা মতমদুদা হিমালয় চীংজাওনা ইথক্তা নম্থরক্লবোই নীংখি। খাঙবা ঙম্বগী বাংমা লানখি। ঐদি বাবাগুম্বা লাইরিক লাইশু হৈরবা, মতমসিগী অচৌবা ওফিসার অমনা অনেম-অবাং, ক্লাসকী বাফমসি লাপ্পা থমখ্রবোই নীংলুই। কুন্নমাথোইশুবা সেঞ্চুরি য়ৌরক্লবা মতমসিদা আইটীন সেঞ্চুরিগী ফ্যুডেলিজমগী মনম কোক্তনা লৈরম্বদু ঐ বাবাবু য়াম্না বারৌখি। বাবাগী মায়োক্তা শীংনবা পামখি। অদুনা বাবাদা হায়খি, 'পুন্সিসিদা ঐ কনাগুম্বা নুপা অমত্তগা মরী লৈনরক্নি। হন্দক্কী অসিসু ইমাগা ইন্দোমচাগানা শীন্দুনা

ওইখিবনি। অদুবু ঐ সৈলেশপুদি থম্মোয় শেংনা নুংশি। ঐ মাগা কায়নবা ঙম্লোই। লুহোংবা অসি তোকপা তারবদি ঐদি পুন্সি চূপ্পা যূম পাল্লরোই।' বাবানদি মতমদুদা ঐনা হায়রিবশিংদু ইচম চম্না পেন্দদুনা পংহায় হায়বনি খল্লম্লসু য়াই। ঐদি কর্ম্মদু পাঙথোক্লবদি মদুমক পাঙথোক্কে হায়দুনা চপ য়ুংনা লেপখ্রবনি। তান চাদ্রগনা ঐনা লৌখিবা ফিরেপ অদুদগী হেন্না শাথীবা ফিরেপ লৌরকপসু য়াই।

ঐগী অহানবা য়ানিংদবগী ব্রাকত্তু নুমিৎ মঙানি চূপ্পা ইয়াদা করিমত্তা তাদনা চরা হেনখিবদু বাবানদি ঐনা তৌরিবদু অঙাংনা মৈ কিদদুনা তৌরিবনি খল্লম্লসু য়াই। ঐখোয় ইমুংগী থৌদৌদুনা মরী-মতা, খঙন-চান্নবা, কয়ানা লাক্লুনা বাবাদা ঙাঙলখি। ঐসু অহানবা ওইনা বাবাদা উৎপা পামখি, মচা-মশূশিংগী পুন্সিগী ফিরেপ অমা লৌরকপা মতমদা মমা মপা ওইবশিংনা মচাগী হক মৎপীরোইদবনি। মমা মপা কনানা মচা মশূশিংবু ফহন্নিংদবা কনা য়াওবগে? অমরোমদা মখোয়বু মনীংতম্বা মীওইবা অমনি খন্দুনা মশাগী পুন্সিগী ফিরেপ অমা লৌজরকপা মতমদা মনীং মখা তম্বদু পীবীগদবনি হায়বা ব্রাফমদুসু নীংশিংবীগদবনি। মতমসি কুম্মাথোইশুবা সেঞ্চুরি য়ৌরবনি, আইটীন সেঞ্চুরিগী ফ্যুডেলিজমগী মতমদু লাপহৌরবনি।

ঐগী চরা হেনবগী মঙানিশুবা নুমিত্তা নচাবু নুংশিবীবদগী নচাগী অনীংবা থুংজরসনু হায়বদগীরা নৎত্রগা শাগৈগী মরী-মতাশিং, অহল-লমনশিংগী ব্রা হীক্তোক্লিংদবগীরা ঐখোয় অনীগী অনীংবা থুংজরো হায়রকখিবা নুমিত্তুদা ঐ ওন্থোক্লা নুংঙাইখি। স্বর্গ ইখূৎনা লাম্বা ফংবদৌনা নীংখি। ঐনা খনবদদি বাবানা নচাবু নুংশিবীবদগী শোয়দনা ফিরেপ অদু লৌরকপা ওইরমগনি নীংই।

বাবানা ঐখোয়বু নুংশিবীবগী ব্রাদু মঙোন্দা খঙহনবা মতমদুদদি নোংঙাল্লগা মহাক মহাক্কী থবক মফমদা হনখ্রগে হায়দুনা টিকেট কক্লুনা লৈরম্লে। মানা হায়, অসিগুম্বা থৌদোকসিদি মাগী লাইবক্তা ইতৎ-তত্তনা থোকপা থৌদোক্লি, মা করিসু নুংঙাইতবা তৌদ্রে। ছুটি লোইরে, থবক মফমদা থুনা চঙলক্লবা খঙহল্লকই হায়। ঐনা হায়, ছুটিদু টেলিফোনদা নুমিৎ তরানিদং শাংথনবা রিকেষ্ট তৌখো। য়াদে হায়রগনা অনৌবা থবক অমমম থিবা হায়বদুনি। নঙগুম্বা অমদদি হৌজিক্কী মতমদা থবক অমা থিবা হায়বসি অরুবা থবক নত্তে। মসিদি নঙগী ঐগী পুন্সিগী খ্বাইদগী মরুওইবা তাঞ্জা অমনি।

নুমিৎ নীনিগী মতুংদা মহাক্কী ছুটিদু য়ারে হায়দুনা হরাওনা ফোন তৌদুনা

খঙহল্লকখি। লুহোংবগী থৌরাং খরা খরা হৌরকপা মতমদুদা ঐনা সৈলেশতা উৎপা পামখি, ঐখোয় অনীনা লৈপুন শেল্লিবসি অমনা অমগী খুদোংচাবা য়েংদুনা শেন্বা নত্তে। অদুগা বাবাদসু মসিমসু উৎপা পামখি, ঐখোয় অনীনা লাইফ পার্টনর শেল্লিবসি অমাঙ-অতোঙগী, অনেম-অৱাঙগী পলদুগী ৱাংমদা থম্মোয়গী শেংলবা মরীদুনি। বাবানা বাবাগী লৈরিবা ষ্টেটসতু ঙাক্লবা অউনপোৎ মরী মরী পৈখৎলকপা মতমদুদা মীওইবগী নুংশিবগী মরীবু মপাস্থোংগী পোৎ-চৈ খরনা শেন্বা ঙন্বা নত্তে হায়বদুসু খঙহনবা পামখি। 'ঐখোয় অনীগী দরকার ওইরিবদি ফমুং অনীখক্কা অলমীড়া মচা অমখক্তগনি' হায়দুনা বাবানা নচাগীদমক তস্বীবা অউনপোৎশিংদু লৌদনবা ৱারেপ লৌখি। ফনা হায়দুনসু বাবাগা ইমাগনা তস্বীবা অউনপোৎশিংদু লৌদনা ফমুং অনীখক্কা, আলমীড়া মচা অমখক্তংগা লৌখিবদু বাবাদা শীংনগে হায়দুনা তৌখিবদি নত্তে। সৈলেশ ইবানিনা মীয়ামদা উৎপা পামখি মদুদি ঐখোয় অনীগী নুংশিবদি অনেম-অৱাঙ, অমাঙ-অতোঙ য়েংনদুনা শেমখিবা নুংশি লৈপুন নত্তে। থম্মোয় অনীগী ঈতিনফমদুনি।

বাবানদি ইচেগা ইতৈগদা তৌখিবগুম ধুম-ধাম, লৈবাক কুম্মৈ ওইনা হোঙনিংলমগনি। অদুবু বাবাসু অমুক্তা খন্থবীয়ুনে— মীওইবনা মশানা লৈজরিবা গ্রহ অসি লাস্থোক্কুনা সৌরজগৎ অসিগী অতোপ্পা গ্রহশিংদা থৱায় পানবা জীবশিং লৈরিব্রা হায়দুনা থিজিন-খোৎচিনবদা খূমাঙ চাওশিল্লবা মতমসিদা করিগী অনেম-অৱাঙ, অউনপোৎকী লমজেল— পূম্নমকসিবু অর্থ থোক্লিব্রনে? মসি হায় হায়দুনা বাবাদা নচানা তাকচবদি নচ্চদে। ঐখোয়গী অকোয়বদা থোক্লিবা মীৎনা উবা খরদু হায়জবনি।

ঐগী খোইজীখাদা মিতল্লিবা নশু অসিনা তাইবংপান ফাওরকপা মতমদুদা বাবাগা ইমাগনা মফম অসিদা লাকপীদুনা নশুবু মঙ্গল অশীর্ব্বাদ পীবীয়ু। অরোয়বসিদা নচানা বাবাদগী মঙ্গল নিজরি।

নহাক্কী নচানুপী
সরিতা, পেরিস
সরিতা@য়াহুদোটকোম

যুমশকৈশা
এপ্রিল ০৬, ২০০৫।

# মিং থোন্দ্রিবা থৌদোক

ইশিল্লি ইতিহাসকী লামায়শিংদা
ঈখেং তারবা থৌদোকশিংনা
লমদমসিগী কাচিন-কোয়াশিংদগী
পৈখৎলকপা অৱাবা ৱারীশিংনা।
শেল্লি যুগসিগী ইতিহাস
হক মৎপীখ্রবা মীওইশিংগী।
— লমদম অমা, ইতিহাস অমা

লাইবক ফবা হায়দোইরা, লাইবক থীবা হায়দোইরা ঐহাকথক্তা লৈবাক ৱাথোক ওইরবা থৌদোক অমদি থোক্লেদনা...। থোকখ্রিবা থৌদোক্তুগী অচুম-চুমদগী ৱাফম্না অমা ওইখ্রগা থৌদোক্তুগী মতাঙদা মীয়ামসিনা পঙঙাঙদা ঙাঙনৈ। য়েংঙুদনা লমদমসিদা ফোঙলিবা খবরগী অহানবা লামায়শিংদা চাউনা চাউনা ইনরক্লিবসি...

"থৌদোক অসি লমদমসিদা মীয়ামগী পুন্সি অমসুং লন-থুম ঙাক্নবা লৈরিবা সিক্যুরিটি ফোর্সশিংনা লমদমসিগী মীয়ামশিংবু খম থেংনা উশিত্তবগী খমথেংবা মশক্তুনি। অসিগুম্বা থৌদোক-ৱাথোকশিংতনা মীৎকূপ কাংদনা থোক্লবা মতমসিদা অসিগুম্বা সিক্যুরিটি ফোর্সশিংগী লম য়ৌনা মী উশিত্তবগী থৌদোক অমমুক থোকহনবসি লমদমসিগী প্রজাশিংবু মখোয়না তূমিৎ-কাঙদৌনা খনবগী ৱানি।"

কনানো অমনা অমুক খবরগী কাচিনসিদা লেটর টু এডিটরদা পীক্লা ইবক্লিবসিনা, "লমদমসি শাহিং চাবশিংগী লমদম অমা ওইরক্লবনি। লমদমসিদা মীওইবগী হকপু ইকায়খুম্নবগী খুদম মচেৎ অমফাওবা লৈতে।"

ঐসু খঙই, লমদমসিদা মীওইবগী হকপু ইকায়খুম্নবা হায়বসি ওন্থোক্লা হৈনখিদ্রবা, হাক্কজন্নবা থৌওং অমনি। লমদমসিগী মীওইশিংসিসু ওন্থোক্লা পাঙখিদ্রবা হায়বদুনি। য়েংঙুদনা মখোয়না কয়ামুক পাঙদবগে হায়ববু মখোয়গী মথক্তা হঞ্জিন-হঞ্জিন ওৎ-নৈবদা মখোয়না করিসু হায়জবা ঙমদনা মখূৎ পুন্দুনা ফমদুনা লৈথোকপা ঙম্লিদনা...। মখোয়না ঙাইহিরবসি অসিগুম্বা অনৌবা থৌদোক অমমুক থোক্লবা মতূংদা মখোয়গী ঈ শাগৎপদুনি।

অচ্চা! তৃক্কচন্দ্রা? ঐবু মখোয়না থৌদোক থোকফমদুদা ঐগী ইশাদা পিস্টোল অমগা গ্রেনেড অমগা য়াওরম্মী হায়দুনা মরাল শীজিল্লক্লি। মসিবু লৈবাক মীয়ামসিনা হেক্তা থাজরগদ্রনে? ঐবু ইমানা পোকঙৈদগী নোংমৈ নৎত্রগা বোম হায়বদু অঙাং ওইরিঙৈদা মেলাদা চানা শাবা নোংমৈ অমা ইমানা লৈবিখিবদুদগী ইখূৎসিনা নোংমৈ হায়বদু অমুক্তবু শোকচদ্রি। অদুগা থৌদোক অর্সিদি অসুক শাথীবা বদনাম... নোংমৈ, বোম পুদুনা চৎলম্বগী। য়েংউ, পুলিস ওফিসার অসিনা কয়া লায়না প্রেস কন্ফরেন্স অসিদা ঐবু লালহৌবগা শম্নবা মীনি হায়দুনা ইবাল অমা পীশিল্লিবা, নোংঙাল্লগদি মানা ঙাঙখিবা ময়াম অসিনা অচুম্বা শাদুনা খবর-কাগজশিংগী লামায়শিংদা চবাক চবাক য়াওরক্লগনি।

"নহা অসিগী মশাদগী নোংমৈ পিস্টোল অমগা গ্রেনেড অমগা থৌদোক থোকফমদুদগী ফংই। প্রেসকী ইচীন-ইনাওশিংসু য়েংবীয়ু— মাঙসিদা লৈজরে, ঐখোয়না ফংই হায়রিবা খূৎশু-খূৎলায়শিংদু। লালহৌবা গ্রুপ অমগী ওভরগ্রাওণ্ডদা থবক তৌবা মীওইনি।"

পুলিস ওফিসারদুনা ফারকপনি হায়রিবা পিষ্টোলদুগা গ্রেনেডতুগা প্রেসমেনশিংদা য়েংহল্লি। প্রেসমেনশিংদুনা খুৎলায়শিংদুদা মুন্না মুন্না য়েংই। খরা অমনা খুৎলায়শিংদু কেমেরা পুথোক্লুনা ফোটো নম্বসু য়াওরি। মখোয় অমা, অনী তোঙান্না ৱারী শাবসু য়াওই– 'মসিদি নহানমুক ফারপদুগা চপ মান্নে। শাফল্লা, লৈফল্লা অমদি চপ মান্নরে।' পুলিস ওফিসারদুদা ডিজিটেল কেমেরা পায়বা প্রেসমেন নহা অমনা হংই, "ঐখোয়গী আই ও সাহেবতা হংজনিংবা অমনা থৌদোকসিদা চেন্নরিবা নহা অসিবু লালহৌবগা শন্নৈ হায়বগী এভিডেন্সসিবু নোংমৈসিগা গ্রেনেডসিগা ফংই হায়বসিনা অদুম য়াবীরব্রা? মমাঙদা কেস চেন্নখিবা লৈবা জাৎলা? অশেংবা শম্নখিবা ওইরবদি গ্রুপতুগী মমিংদু মীয়ামদা ফোঙদোকপীবা য়ারোইদ্রা?"

ওফিসারদু প্রেসমেন নহাদুগী ৱাহংদুদা মকোক হোৎলগা নোকফেৎ তৌই। ঙাইহাক্তং ৱাখল খল্লগা খুন্নকই, "মসিগী চপ চাবা এভিডেন্স ঐখোয়গীসু লৈজে। হৌজিক্কী ওইনদি ঐখোয়গী ইনভেষ্টিগেশনদা অকায়বা লৈগদবনা ডিপার্টমেন্টকী কনফিদেন্সিএল ওইনা থমজরে। মতাঙ চারবা কালদা প্রেসকী ইচীন-ইনাওশিংদা খঙহঞ্জরক্কনি।"

কয়া শাথীখ্রবনো? ঐবু লালহৌবগা শম্নবা মীশক অমা ওইরবা...? নোংমতং থেঙনা হল্লকপদা ঐগী ইমাদুনা কয়াদা ৱাজখিবা... পাউসি তারগা ঐগী ইমাদু থাজরমগদ্রা নৎত্রগা থাজরল্লোইদ্রা? ঐগী ইমাদু অপঙবীনি, লাইরিক হৈতবীনি। অহানবদা থাজরমদ্রবসু মীনা অসুম ঙাঙশিল্লকপদগী মমৈদদি থাজরক্কনি। ঐগী ইমানা ঐবু থাজদ্রবা? হা ঈশ্বর! ঐদি লোইরেদনা... প্রেসমেনশিং নখোয়সু খরা তকখৎলুদনা... খরদং তকখৎলবদি অচুম্বদু ইবায় লায়না থোরক্কনি। নখোয়গী কলম মচীন্দা লমদমসিগী মরায়বক তোংদুনা চৎলিবনি। থৌনা খরদংদি ফগৎলুদনা... লমদম অসি অসিগুম্বা থৌদোক ৱাথোকশিংনা পীক থল্লবনি। নখোয়গী পাউদম্না লমদমসিগী অমত্তা ঙায়রবা আশানি।

ঐ হৌজিকসু নীংশিংলি ঐগীদমক্তা ৱাজরবী ইমাদুনা নোংমা থবক অমা চৎথোক্লুবদা লম্বীদা ইমান্নবা ময়াম থেংনদুনা খজীক থেঙদোকখিবদা ইমানা থৱায় ৱানা ঐ হেক উবদা হায়রকখিবদু, "ইবোচৌবা নঙবু খরা খরা ঙন্না হল্লকউনে। মতম ফত্তবসিদা ইমা নুংশা থীনে।"

"করিসু নুংশা থীরুনুদা, ইমা! ঐ ঙসি ফাওবদা কনাদা করিসু লাল্লুবা লৈত্রি। অদুনা ইমা, ঐ করিসু তৌরোইদা।"

"মতম ফত্তবসিদা থায়নগী অদুমাইনা ইয়াং য়াংনা, ইচম চম্না খনবা য়াবা মতম নত্তেনে। খুদোংথীববু নংলবা নরাল শুক্লৈ লৈত্রবসু নথক্তা নরালনা চবুন চবুন হৈংথরক্লগদবনি।"

ইমা নঙগী ৱাশিংদু ঙসিদি কয়াদা চুমখ্রবা? লাইফাওগুম থোক্লবা? ইমা নঙনা হায়বা ইঞ্জরম্লবদি অসিগুম্বা দষাসি তাজরম্লোইদবনি। ঐনা মতমদুদা খনখি– ইমা নঙদি লাইরিক হৈতবীনি, অপঙবীনি। হৌজিক্তদা খঙলকই, ঙসিগী অশিংবা, লাইরিক হৈবা ময়ামসি লাইরিক-লাইশু হৈতবা, মমা-মপানা পোক্লকখিবা ঙাক্তনি।

ঐনা ঙক্লিবদি থৌদোক থোকফমদুদা ঐগী ইশাদা করম্না নোংমৈ অমসুং বোম য়াওরম্লিবা? অসিগুম্বসি শেমজিন-শাজিন তৌনবা ফিল্ম ডিরেক্টরগুম্বা মীসু লমদমসিদা লৈববরা? ঐসু পঙখ্রবা হায়বদুনি লালহৌবা নহারোলশিংগা সিফাইশিংগা নোংমৈ কাপ্নবদা মরাল লৈজদ্রবা মীচম প্রজা ময়াম অমা অথীবা বদনাম ফংদুনা শিখিবা ভারিদা য়াওরিবদুনি। ময়ামদু থৌদোক্তুগী মৈশা লৈরিঙৈদা খরা লাঙলম্বা নত্তনা মথৌ ওইনা কোইচেল চেন্দুনা মরালগী মতীক চাবা দন্দি পীহনখিবা কয়াম্লু য়াওববগে? শোয়দুনা শিখিবা মীচম প্রজাশিংবু অথীবা বদনাম পীনবা নোংমৈ, বোম সপ্লায় তৌবা মীসু মতমসিদা লৈরে হায়বদা করিবু ঙক্লিংঙাই লৈবগে? মখোয়না অসিগুম্বা কারবারসি তৌদুনা হিংই। মখোয়গীসিনা করম্বা পুন্সি...? মখোয়সু তান চাদ্রবদি নাকল অনীমক্কী দবল ষ্টেগুর্ড ওইদুনা খূবাক চাবসু ভারিদা য়াওরিবনি।

ফনা হায়দুনসু মসিমদি ঐ য়াবা শুকঙম ঙম্লোই। ইচম চম্না ক্লবকী সেক্রেটরি মচা অমখক ওইনা লৈজবা ঐবু শীংথাদুনা ৱাংনা থাংগৎপীবা ঐ য়াবা শুকঙম ঙম্লোই। কনাগুম্বনা মসিবু লাইবক ফর্বনি হায়না খল্লগসু ঐদি শুকপাম পামজদে। ঐবু ঐগী পুন্সিসিদা লমদমসিগী মীয়ামগী শীংথানিংঙাই ওইবা থবক কবিবু তৌখ্রবগে? ঐগী মিংদা রাজনীতি শান্নবীগনু

ঐনা ক্লবকী সেক্রেটবি ওইখিবদু মরুওইবা জেনরেল সেক্রেটরিমকসু নত্তে। ক্লবনা তৌগদবা অমসুং তৌখিবা থবকশিংবু মীয়ামদা খঙহন্নবা তৌবা পব্লিসিটি সেক্রেটরি মচা অমখক্লি। মদুসু ঐনা অয়াম্বসু তৌদে ক্লবকী নহারোল অতৈনা য়ৌ য়ৌ

তৌদুনা ঐগী মিংদা তৌবীবনা অয়াম্বনি। ঐবু পব্লিসিটি সেক্রেটরি খনখিবা মতমদুদসু ঐদি মতীক চাজদে, অতোপ্পা মতীক চাবা অমা ওইহনবীয়ু ফনা কন্না হায়জবনি। ময়াম্না মথঙ মথঙ য়ৌ য়ৌ তৌরকপদুদা মমৈথংদদি ইকায়রক্কুনা ফমদু লৌখিবনি। মহৌশানা ঐসে খরসু ইকায় থীগল্লি। লনাইগী থবক চিন্দুনা কন্নবু য়াওরুদে মখোয়না তৌবিবনা অয়াম্বনি। ঐগী সহি য়াওদবা য়াদবা মতাং লাক্লগনা খরা চেকশিনবগী ৱানি।

হৌজিক্তি ঐহাকথক্তা লৈবাক ৱাথোক ওইরবা থৌদোক অমা থোক্লবনিনা ঐসু হৌজিক্তি হীরো ওইবেদনা... ঐগীদমক্তা ৱাথোক লাম্থোক ময়াম অমা থোক্লেদনা...। বন্দ, ব্লোকেড, ধরনা ময়াম অমসু ঐহাকথক্তা থোকউ তল্লম্লে। মসিনা ঐগী করম্বা পূণ্যগী ফল?

ঐহাক ইশানা ইয়া য়াজনিংদ্রবসু থৌদোকসিদগী ঐবু লৈবাক মীয়ামগী থবক য়াম্না তৌরম্বা হীরো অমা ওইরকপদুদি মীঙোন্দা ৱারী শারুদ্রবসু ইথম্মোয়সিদা খজীক্তংদি হরাওই। ঐনা ওস্থোক্লা পেঞ্জদ্রিবদি ৱাথোকসিদা মথংগী ইলেক্সনদা কেণ্ডিডেট ওইগনি হায়বা সোসিএল ৱার্কর নহা অসিসু য়াওশিল্লক্কুনা ৱাথোকসি কা হেন্না চাউথোকহন্দুনা মাগী মথঙগী ভোটকী কেম্পেন মার্নাশিল্লকপসিনি। য়েংউনে, ঐগসু অমুক্তা নীংথি-নুংঙাইনা উনখিদ্রিবা মানা ঐবু মাগা নক্না খঙনবা শাদুনা কয়া নুংশিনা ঙাঙলিবনো।

"ইনাও মালেমঙানবা মরমদম মরৈকায়বু য়াম্না নুংশিজবা, মীয়ামগীদমক খনবদা মশাগী মরন্নাইগী করিসু খনখিদ্রবা মীশক অমনি। মরক মরক্তা উনবা মতমদা তামো লৈকায়সিগী অসিগুম্বা অমত্তংদি তৌহৌসি হায়বসি মানা তোয়না হায়বা ৱাহৈনি। মীয়ামগীদমক্তা মপুন্সি কথোক্লবা মীশক অমদা অসিগুম্বা থৌদোক অমা থোকখিবসি ঐখোয় পুম্নমক্না তূমিন্না লৈশিনফম থোক্তে। অসিগুম্বা থৌদোকসি মতূংদা অমুক থোরক্তনবা হন্দক্কী তাঞ্জা অসি ঐখোয় খূদিংনা করিগুম্বা খরদি তৌফম থোকই।"

ঐঙোন্দা লাইবক থীবা থৌদোক অদু থোকখিবগীদমক ঐবু নুংশিবীবা করিসু কায়দে, ঐগী ইরায়বক ফবনি। অদুবু ঐবু কা হেন্না ৱাংনা থাঙ্গৎপীবা ঐদি পামজদে। ঐনা অমুক্না হেন্না পামজদ্রিবদি ঐবু রাজনীতিৱালাশিংগী কাংদ্রুম ওইহন্দুনা অমনা অমুক কাও, অমনা অমুক কাও তৌবদুনি। য়েংউদনা, হোম মিনিষ্টবগী চার্জসু পুরিবা চীফ মিনিষ্টব অসিনা প্রেস কন্‌ফরেন্স অসিদা ঙাঙলিবসি।

"ঐহাক মীয়ামগী অপাম্বা খঙজৈ। মীয়াম্না পাল্লিবদু ঐ শোয়দনা তৌহঞ্জগনি। অদুবু থৌদোক অসিদা মীওই খরনা তোংশিন্দুনা রাজনীতি শান্নবদি তৌবীগনু তশেং-তশেংবা মীয়ামগী ঈহৌ অমা ওইহনবীয়ু। লৈবাকসিদা আইন হায়বা অমদি লৈবনিনা আইনগী ওইবা তৌফম থোকপা পুম্নমক তৌনবা শেম শাবা লোইজরে। রিটয়র্ড জজ অমবু চ্যেরমেন ওইহন্দুনা ইনক্বাইরি কমিসন শেমদুনা থিজিনহনগনি। কমিসনগী রিপোর্ট মতুংইন্না মরালগী মতুং ইন্না মতীক চাবা দন্দি পীগনি। ইনক্বাইরি লোইবা ফাওবদি মীয়াম পূম্নমক ঈংনা লৈবীনবা অপীল তৌজরি।"

বাহ! কয়াদা ফজখ্রবা ৱাঙাঙনো? লমদম অসিগী সি এম ওইবদা মতীক চায়। অদুবু কয়াদি কুইরে ইনক্বাইরি কমিসন কয়ানা মীয়াম্বু মীনমদুনা লাক্লিবসি। ইনক্বাইরি কমিসন কয়াগী রিপোর্টনা অলমাড়ী মনুংদা মীকপ থোক্তুনা তূমদুনা লৈখিবা কয়াদি য়াম্মে।

মতমসিগী নুংসিৎসি জাৎতা অমনি। করম্বনা অশেংবনো, করম্বনা শেংদবনো মফম খঙনদ্রবা মতম্নি। মপুন্সি চুপ্পা অমা মশাগী ওইজবা হায়বদু মচেৎ অমত্তা থিদনা মীয়ামগীদমক মপুন্সি কখোকখিবা অমসু থৌদোক অমদগী মীরৈহৎ ওইখিদুনা মাগী মোংফমদা লৈ মনা অমা কৎপীনবা লৈতনা মতমগী ঈরোন্নুংদা লূপখি। ইতিং তিংনা, কনাগী মীচঙদা যাওজদবা কনা অম়না হীরো ওইখিবসু কয়া অমনি। মসিবু মশা মশানা তৌজরুবা কর্মগী ফলনি হায়সিরা?

ঐগীদমক লমদম অসিগী মীয়াম্না জে এ সি অমদি শেল্লেদনা। মীয়াম অমনা চীফ মিনিষ্টরগী বংগ্লো মমাঙদা লাউরুরেদনা... অদুবু মসিবু করিবু কান্নরিবগে? অসিগুম্বা থৌদোকসিদি মখোয়দদি তোয়না থোকমন্দুনা করিসু খল্লক্রুবা মতম্নি। লমদমসিগী মীয়ামগী থম্মোয়সু নূং ওল্লবনি। মখোয়গী পুন্সিদা অশি-অনা কয়া থেংনমন্দুনা মখোয়না মসি অৱা-অনা ওইনা লৌরক্তুনা শান্নবা মখল অমা ওইনা লৌরক্লুবা মতম্নি।

বেদনা, ঐগী মতম অমগী থৱায়দগী হেল্লবী, ঙসিদি মাগী থম্মোয়সু তপ্পা তপ্পা ওল্লক্লি। মতম অমদা ঐখোয় অনী হিংলবসু হিংমিন্নসি, শিরবসু শিমিন্নসি ৱাশক্লখিবনি। ঙসিদি মখোয়গী মমানা হায়বদা মাসু য়ানীংবা ফোঙদোক্তুনা মঙক তপ্পা তপ্পা হাইরদুনা তারি।

"ইবেম্মা, নঙগী থম্মোয়দা ফাওরিবদু ইমাহোয়সু খঙদবা নত্তে। অদুবু নখোয়

নহানা খল্লিবশিংদু লোইনা চৎনবা য়াবদি নত্তে। শিরবসু শিমিন্নসি, হিংলবসু হিংমিন্নসি হায়বা ৱাদুদি ৱারী-লাইরিক, সেনিমা-ড্রামাগী ৱানি, অশেঙবা তাইবংপানদা চৎনবা য়াবা নত্তে। অৱাংগী ননে ইবেমহলসিনা নহানৱাই মানা চোং ফন্দুনা শিরনি হায়দুনা তৌখিবদু নঙসু উহৌরিবনি। হৌজিক্তি নঙগী মামা ডোক্টরসিগা কয়া নুংঙাইনা পাল্লবনো? কান্নদে, হৌখ্রবদি হৌখ্রে। হৌজিক্তি অৱাবা ৱাখল খল্লুরনু নন্দোমচাখোয় ঐখোয় ময়াম্না হায়রিবসিদা য়ারো।”

মমাসিসু থোকখ্রে। মমাগী ৱাসিদা বেদনানা করিসু খুমদ্রবা... মাসু ৱাফমসিদা য়ানিংবা ঊৎলদুনা তপ্না তপ্না মঙক হাইরি। ঐগী বেদনাবু অসুক থুনা হোংলবা...?

হা ঈশ্বর! ঐ তাইবংপান অসি য়েংজনিংদ্রে। মীরেলশঙ অসিদা তাদুনা লৈরিবা ঐগী হকচাং অসি চৎনবীগী মতুংইন্না মৈ থাদোকপীদুনা মথৌ মঙম পাঙথোকপীরো। ঐগী থৱায় মীরেলসিনা অহাঙবা মালংদা তিঞ্জখ্রগে। ঐগী থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংসিনা উতৃপ তাবগুম মীরেলশঙ অসিদা লৈরক্লিবসি কয়াদি কুইরে। সিফাইগা নহারোলশিংগা নোংমৈ কাপ্পখিবা নুমিৎ অদুদগী ঙসি ফাওবা লৈরক্লিবসি ঙসি কুন্নিদি শুবল্লগনি। থা ফারক্লদি অনক্লেম দেঠ বোডি ওইদুনা ম্যুনিসিপালিটিদা শিন্নখিদুনা মওং-মবীল তাদনা পোৎলোইখিবসু য়াই। নঙসু লমদমসিদা কয়ারক হন্না উখ্রবনি, ওঠোরিটি কাঙবুগা মূক্ক্বদগী লাইবক থীরবা থৱায় য়াওদ্রবা হকচাং কয়ানা চৎনবীগী মথৌ মঙম পাঙথোক্তনা মফম মরাং খঙদনা, মওং মরীল তাদনা লোইশিনখিবা। লমদম অসিদি মতা অমনি, অহিংবা মীওইদি লায়রদনা থৱায় য়াওদ্রবা অশিবা হকচাং ফাওবা মশাগী ফংফম থোকপা হকতু ফংজদ্রবা লমদম অমনি। মীরেলশঙ অসিদা মখা তানা লৈথবা ঐ অমুক হন্না পামদ্রে। ঐগী অরোয়বা মথৌ মঙমদু পাঙথোকপীরো। ঐগী খাঙবা ঙম্বগী পনখৈ ৱাংমা লাল্লক্লে।

লৈবাকপোকপা

মে ০৩, ২০০৫।

## কায়নবা

চৎলি পুন্সিগী শাংলবা লম্বেলসি
ইথৌ কয়ানা কোকথক্তা নল্লদুনা
খরনা চৎখি নুংঙাইনা
খরনা হৌখি অৱাবা মীৎকৃপশিংগা।
অদুবু থাদোকপা তাখি
পামজনা লৌখিবা শিন্থা অমদি
অকোয়বগী অহোংবা কয়ানা
নমদুনা নৎত্ৰগা ইশানা য়ানিংদনা।
— শিন্থা অমা, পুন্সি অমা।

"ভায়, ঐদি শিন্‌ফম অসিদগী মতম খরদংদি লাপথোকপা তারে। শিনফম অসিদা অমুক হল্লকপা তারবসু ৱাখল-পূক্লিং মান্নবা ঐখোয় খরা পূল্লগা পার্টনরশিপ ওইবা

ফার্মগুম্বা নত্তনদি অমুক হল্লক্করোই। নখোয় ঐখোয় নুংশি চান্নবা পূল্লম্বনি থৌদোক ব্রাথোক থোক্রবা মতমদদি তাক্লসি, কাউনগুমসি।"

ব্রাহৈশিং অসি হায়রগা মনাবীরদু মাগী মমাঙদা লৈরিবা কুইনা চিংলুদ্রবা চাদু অমুক চিংই। ঐসু খঙই মনাবীরনা অসিগুম্বা ফিরেপ অমা নোংমা শোয়দনা লৌরক্কনি হায়বসি। অদুবু অসুক থুনা লৌরক্কনি হায়বদি থাজখিদবনি। পাউমী হায়বা শিন্‌ফমসিদা অসুক পামজনা চঙলকখিবা মানা ঙসি শিন্‌ফম অসি থাদোক্কুনা চৎলগনি হায়বসিদা মাগী পেন্দবা অমদি শোয়দনা লৈরমগনি। মাগী পেন্দবা কয়া লৈ হায়বদুদি মরক মরক্তা, মচেক ময়াদা খরা খরা ফোঙদোরকপদগী খঙবা কুইরবনি। থেমজিনবা ওইনা হায়রুই, "নঙনা তোকপগী মতাংদা প্রোপ্রাইটরদদি খঙহনখ্রব্রা?"

"নহান নোংমা ষ্টাফ ময়াম মীটিং তৌবা লোইরগা হাইফেৎতি ইঙ্গিৎ পীখ্রবনি। মাসু খন্নসি অদুম হায়, থবক ওইনদি পাঙথোরক্ত্রি। এডিটরনদি মতম খরদংদি অব্রাবা খাঙমিন্নসি হায়বনি। অদুবু থেঙথবা য়াদ্রে, পুন্সিসি য়াম্না তেল্লি। মখোয়গী য়াকা য়েংলিঙৈদা থবক ইতৌ তৌদ্রিঙৈদা অহল ওইশিনখিবনা হানবা তারে।"

মাগী অচেৎপা ফিরেপ্তুদা ঐ করি হায়গদবনো হায়ফম খঙদে। চৎনবা য়াবা নৎত্রগদি ব্রাফৈ কয়া ঙাঙগন্দবা মনাবীরনি। মরক মবক্তা লম শাংনা প্রোগ্রাম চৎপা মতমদা মানা হেক হেক হায়বদু নীংশিংই– লীও, ঐখোয় পাউমীশিংনা হ্যমেন রাইট ভাইওলেট তৌবগী পাউ কয়া ফোঙদুনা মীয়ামগী রাইট ফংনবা অচৌবা থবক কয়া তৌরি। মীয়াম্না ঐখোয়না তৌরিবা থবকশিংদুগীদমক থাগৎপা ফোঙদোকপীরি, ইকায় খুম্নবা উৎপীরি। অদুবু ঐখোয় পাউমী ইশাগীদি প্রোপ্রাইটরশিংদা ব্রাহে অমত্তসু হায়বা ঙমদ্রি। মসিসু অতোপ্পনা খঙলবদি ওন্থোক্রা নোক্লিংখ্রবা মওংনি। জ্ঞান তাদনা অমুক হংলুই, "শিন্‌ফমসি থাদোক্লগা করি করিদি তৌগে হায়না খল্লি।"

"মতম খরদি অমদা সেটল তৌদ্রিফাওদি অফং অফংবা তৌবা তাবনি। লীও পূকচেল পীথগনুনে, অতোপ্পনদি মীনা কল্লক্করবা সরকারগী অব্রাংবা পোষ্ট কয়া থাদোক্কুনা ভোট লেপ্তুনা লাইবক ফাওবা য়েংনরি। মখোয়গী মরক্তগী মরায়বক ফবদি অমা অনীখক্তনি। অদুবু শিন্‌ফম অসি তৌবগা পুন্সি চূপ্পা হিংবসু য়ারোইদবা শিন্‌ফম অসি থাদোক্কুনা অতোপ্পা শিন্‌ফম অমমুক পায়দুনা লাইবক য়েংবদা করিগী কিরুফম লৈবগে?"

মানা হায়রিবশিংদুদা অচুম্বা ব্রাফম কয়া য়াওরি হায়বা ঐসু খঙই। অদুবু করি উপায়দি লৈরি, লৈরিবা ফীভমসিদা অসুম্মক লেনবা নত্তনা। পাউমী হায়বা শিন্‌ফম অসি পামদুনা চঙলকখিবা কয়া অমা ময়ূম মকৈ পাল্লবা মতূংদা শিন্‌ফম অসি থাদোক্কুনা অতোপ্পা শিন্‌ফম পায়নখিবা ইমীৎসিনা উরবনি। খঙদবা কনা অমনদি শিন্‌ফম অসিদা চঙলবদি সঙ্গ চাউই হায়দুনা কল্লক্করবসু বন্দ ফাওবা ছুটি লৈতবমখৈ ওম্থোক্কা চিন্না শিন্‌ফম অসি তৌজরিবা পাউমীশিংগী তলবতি হৈক্রে মনাদা য়োম্বনি। মীয়াম্না ছুটি ফংদুনা য়ূমদা নুংঙাইনা পোখাদুনা লৈনরবসু অৱা-অনা থিদনা চেন চোংদুনা মীয়ামগী সেবা তৌজরিবা পাউমীগী পুন্সিনি।

য়ূম-কৈ পান্দ্রিবঁগে পাখঙ ওইরিঙৈদা কন্না চেন চোংলম্লবসু য়ূম-কৈ হেক পানবগা য়ূমগী নুপী অঙাংশিংনা শিন্‌ফম অসিদগী তোক্লো হায়বদি শোয়দ্রবনি। নোংফূং ঙানবদগী থোকখ্রগা নোংয়াই ইতু য়ৌরগা য়ূমদা হল্লকপা, মদুদগী ফংলকপা তলবতুনা হিংবসু য়াবসু নত্তবা নুপী অঙাংনদি করম্না হরাওগনি। লমদমসিগী পাউমীশিংগী পুন্সিদি কখোকপা ঙাক্তেনি। মপান লমগী অচৌবা ষ্টাব্লিশমেন্ট গ্রুপকী পাউমী ওইখ্রগনা ধাম অমনি। লম মচাসিগী পাউমী ওইবদি কখোকপা ঙমদ্রবদি পাউমী ওইবা তোকপা তাবনি। ঐগী ব্রাখলগী চক্রদু থুগাইরদুনা মনাবীরনা অমুক হায়রকই, "লীও, পাউমী ওইরগদি খরা এডভেঞ্চরস ওইয়ুনে। ইশাগী হক ফাওবা তানবা ঙমদবা ঐখোয়না করম্না লৈবাক্কী, সমাজগী হক তানবগী পাউ ইবা ঙমগনি? প্রোপ্রাইটরনা করিগুম্বা মীৎকূপ অমদা তাম্থোরকপা য়াই হায়বগী অকিবদু লৈরগদি করম্না ঐখোয়না নীংতম্না থবক তৌবা ঙমগনি।"

"শিন্‌ফম অসিদা লৈরিবা ঐখোয় খূদিংমক্কী হৌজিকমক্কী লাইবক্তি অসুম্না অসুম্মক হিংবা তাবনি। ঐখোয় অমা, অনীনা হৌরুবদি ভিক্টিম ওইদুনা তোক্কনি।"

"অদুবু অহৌবা অমা হায়বদু লৈত্রগদি অসুম্মক হোংদনা ফীভমসিদা লৈবা তাবনি। ভিক্টিম ওইদনবা থৌরাংদুদি ঐখোয় ইশানা শেম্বা তাবনি।"

মানা হায়রিবদুগী অর্থ ঐসু খঙই অদুবু ফীভমসিদা করি উপায়দি লৈ। থবক অমা ফংবদা অসুক ব্রানরবা মতম্নি। সরকারগী নৎত্রগসু প্রাইভেট ষ্টাব্লিশমেন্ট গ্রুপ অমগী থবক অমা ফংবা হায়বসি খীৎকী নত্তে, য়াম্না মমল য়াম্লবা জাৎনি। পাউমী হায়বা শিন্‌ফমসি শেল য়াম্না থোকপা শিন্‌ফম অমা ওইদ্রগসু মীনা উশিৎপা শিন্‌ফম অমনি।

হৈজ-শিংজরবদি অটৌ অশাং সঙ্গ শেমহৌবা য়াবা শিন্‌ফম্নি। অমরোমদনা পঙলগনা চৈ ফজনা চাবা য়াবা শিন্‌ফম্নি। চৈ চাবা খক্তা নত্তে লাইবক থীরগদি পুন্সি মাঙবা ফাওবা য়াওরিবনি।

অমুকখক ইলেক্সন ময়াদা আর্মি কাঙবুনা মখোয়না ইলেক্সনগীদমক চেকশিন-থৌরাং লৌখৎলিবদু মীয়ামদা খঙহন্নবা হায়দুনা পাউমী কাঙবু অমা হেলিকোপ্টর তোংহন্দুনা মখোয়না থাপ্লবা চীংনূং মানুংদা শেম শারিবদু য়েংহল্লি। মনাবীরগা ইবানিসু হেলিকোপ্টর হায়বসি পাক পাক তোংবা ফংবা নত্তে, বোইংদি পৈশা পায়রবদি তোংবা ফংবা য়াই হায়নদুনা আর্মিগী টুর প্রোগ্রামদু থরায় য়াওনা শরুক য়ারুই। খঙন-চান্নবা ময়াম্না মীগী মচাদি মরায়বক ফবনিনা পাউমী ওইহৌবনিনা হেলিকোপ্টর তোংবসু ফংহৌরে হায়দুনা লক্লরকপসু য়াওই। অদুগা মথঙগী নহারোলগী প্রেস কন্‌ফরেন্স অমা চৎপা মতমদদি কয়াদা নাতৈ চাদনা হায়রকস্ত্রে। মতুংদদি হেলিকোপ্টরগা তোংনিংলুদ্রে। অদুগা প্রোপ্রাইটরনদি কয়াদা লাযনা হায়রকখ্রবা...। মসিগী হায়রুরবদি মনাবীরনা লৌরক্লিবা খোঙথাংসি চুল্লবনি। পাউমীশিংগী লাইবকসি কাল্লে ফৃবা, কান্দ্রে ফৃবগী ফীভমদনি লৈরিবসি। খুদোংথীবা নংলিবসি মপৃ নত্তে, পাউমী কাঙবুদনি। মখোয়গীদি য়াদ য়াদ্রগা খবর ফোঙদ্রবসু অতোপ্পা কারবার অমা তৌখিবা য়াই।

মতম অমা পাউ-চে, খবর ফোঙবসি পৈশা ফংবা শিন্‌ফম অমা ওইরমদ্রবসু ঙসিদি পৈশা য়াম্না তানবা ঙস্না শিন্‌ফম অমা ওইরবনি। পৈশা তানবা য়াই খঙবদগী পৈশা পায়বা মীওই কয়াসু কারবার অসিদা য়াওশিল্লক্লবনি। মতম অমদদি পাউচে খবর ফোঙবা হায়বসি পৈশাগী ব্রা ঙাক নত্তবীদা শিন্‌ফম অসিবু পামজমনবনা ঈৎতুনা চঙলকখিবা ঙাক্তনি। মদুনবু মশানা পাউমীসু, এডিটরসু ওইবগা কম্পোজিটরসু ওইরগা অযৃক্তা অমুক হোকরসু ওইবা ঙস্না মীওই থোরকখিবনি। পামজবা অমা য়াওদ্রগদি মদুবু পৈশানা তৌহনবা য়াগদ্রা?

হৌখিবা চহী মরী মঙা অসি শিন্‌ফম অসিদা অব্রা-অনা থিদনা লোয়নরক্লবনি মনাবীর ইবানি। করিগীনো প্রেস মনুংদসু ঐখোয় অনীনা ব্রাখল মান্নরুবনরা ঐখোয় অনীনা খরা হেন্না চান্নে। এডিটর, জোইন্ট এডিটর, সব-এডিটরশিং নুমিদাং খবর লোইশিনবগী পাল্লি তানবা মতমদসু মাসু য়াওনা ঐগী পাল্লি তাবা নুমিৎশিংদা, মাগী

পাল্লি তাবা নুমিৎশিংদসু ঐসু য়াওনা পূন্না পূন্না লোইশিনমিন্নবনি। মানা মরক মরক্তা হায়বা ব্রাফম অমসু ঐঙোন্দা মতম পূম্বদা নীংশিংদুনা লৈহল্লি।

"ঙসিগী চঙ ফংনা লৈখা তারবা, মোৎলবা লমদমসিগী অমত্তা ঙায়রবা অরোয়বা আশাদি ঐখোয় পাউমীশিংদা লৈরবনি। মতমসিগী অকন-অথৌশিংসিনা খ্বাইদগী কিরিবসি মখোয়গী মমিংসি ফত্তবা থৌদোক ব্রাথোক অমদা চেন্নদুনা খবরদা য়াওরকপদুনি। মসি খঙনা ঐখোয়না থবক তৌবা তাবনি।"

মাগী ব্রাফমশিংদু মতমসিদদি লাইগী লাইফাওগুম্বনি। অদুবু মাগী থোইদোকপা মগুণ অমনা থৌদোক অমনা নৎত্রগা পাউ অমনা মঙোন্দা য়ৈরুরগা থক্তোক্লককপা মতমদা ব্রাখল খন্নবা মচাক ময়াম অমা য়াওরগা থোরকপসিনি।

কুইনা চিংলুদ্রবা চাদু অমুক চিংই। নহানমখৈ উদুনতা লৈরবা মাগী মশক্তু নহানমখৈ কুইনা উরুদ্রবা মীশক অমগুম মুন্না অমুক য়েংলুই। মাগী মমায় থোইনা শোম্বুবা, হুম্বুবগী মমি থোইনা উদে। থাজরিবা ফিরেপ্তুদা হেন্না চেৎশিনবগী মশক অমদি মাগী মমায়দা উবা ফংই।

"ইচল রনিতানদি নঙগী ফীরেপসিগী মতাংদা করি করিদি হায়।"

"মাদি নহান্না তোক্লোবু হায়রবনি, ঐনা য়াদদুনা খাঙবনি। ইচানুপীদুগা ঐখোয় অহুমখক হিংবগীদমক্তদি য়েন খরা লোইরগা অঙাং খরা ট্যুশন তৌরগা হিংবা অদুম য়াই। নোং ফূং ঙানবদগী থোকখ্রগা নোংয়াই ইতু য়ৌরগা হল্লকপা অদুগা ফংলিবা তলবতুনা চৎনবসু য়াবা নত্তবা শিন্‌ফমদুবু তোকথোকও হায়দুনা নহান্না হায়রবনি। ঐগী নুপীনে হায়বগী ব্রা নত্তে থম্মোয়দি ঐঙোন্দগী হেন্না চাউই।"

মানা অসুক থৌনা ফরিবসিদি ইচল রনিতাননিদনা। ইচল রনিতা মশক য়াম্না ফজদ্রগসু ব্রাখলদি তমজনিংঙাইনি। মখোয়না অনীনা লুহোংদ্রিঙৈ লৈশাবী পাখঙ ওইরিঙৈদগী ঐগা খঙনদুনা লাক্লবনি। লুহোংলবা মতুংদা ইচল রনিতাদু ইংলিশ স্কুল অমদা মোর্নিং সেসনদা পুরে। য়ামদ্রবসু তলব লুপা লিশিং অমগা চামঙারোমদি ফংই। য়ামদ্রবসু খরা ফংলিবদুনা ইমুং মনুংদদি মতেং ফনা য়াম্না ওইনরবনি। পৈশা য়াম্না ফংদ্রগসু মপূরোইবনা তৌজরিবা পাউমী হায়বা শিন্‌ফমদুদা মাগীসু অপেনবা লৈজে। লুহোংবা মতুং থা অনী অহুম লৈরগা ঐবু চাক চরা অমত্তংদি কৌজগে হায়দুনা চৎলুবদসু ইচল রনিতানা কয়া থৌনা ফনা হায়রকখ্রবা, "তামো, ঐদি মখোয় দাগা তৌরিবা

শিন্‌ফমসি অদুম থৱায় য়াওনা তৌবীয়ু হায়জরিবনি। পুন্সিদা ঐনা পামজবা শিন্‌ফম অমা তৌবা ফংজবা হায়বসিদগী হেন্না নুংঙাইবা অতৈ করি লৈরিবগে? পৈশাদি তাল্লগা ফংই অদুগা থবক তৌবদা অপেনবা ফংবা হায়বদুদি পৈশা লৈরগা ফংদবসু য়াই।"

"অদুবু ইচল ইবেম্মা, হিংবা হায়বসিদা পৈশাসু চঙলকই। শিন্‌ফম অসি তৌবনা পৈশা-নুংশা মরাঙ কায়বা হায়বদুদি লাপথ্রবা আশানি।"

"ঐসু ইংলিশ স্কুল অমদা পুনবা হায়দুনা ঙাঙনরি। মদুমগা য়াবগদি খরমখৈ মেন্নবা য়ারগনি।"

ঐখোয় অনীগী ৱারীদু তূমিন্না তারম্বা মনাবীরদু মাগী ওইবা মত অমা থম্লকই, "রনিতাগা উনরমদ্রবদি ঐসু নহান্না পাউমী হায়বা শিন্‌ফম অসিদগী তোক্লম্বসু য়াই। ঙসি ঐনা শিন্‌ফম অসিদা থৱায় য়াওশিনবা ঙল্লিবসি মাগী মপান্দগীনি।"

ঐসু খল্লি— মীওইবগী পুন্সিদা পামজবা খরদং তৌরমদুনা মায়কৈ অমদা মায় পাক্লা চঙশিনবা হায়বসিদা লৈমিন্নরিবা নুপা নুপী অনীগী মত মান্নবা, অমনা অমবু শৌগৎনবা চঙই। নুপা নুপী অনীদি হকচাং তোঙান তোঙাঞ্জরবসু থম্মোয়দি অমত্তনি। ইচল রনিতাগী থম্মোয়সিমক নৎলমদ্রবদি মনাবীর মী অতৈগুম ময়ূম মকৈ হেক পানবগা পাউমী ওইবগী শিন্‌ফম অসি থাদোক্লম্বসু য়াই।

লমদমসিগী লো এণ্ড ওর্ডরগী ফীভমসিদদি পাউমীগী শিন্‌ফমসি হৈ-শিংনা, নাক-য়েৎ য়েংনা চৎত্রবদি মায়কৈ খূদিংমক য়েক্লবনা পীক থল্লি। শেন্নহৌদ্রবা মীৎকৃপ অমদা থৱায় মঙা অসি থরোই অহাম্বগুম্না পেৎ লাউনা লোইশিনখিবসু য়াবিবনি। থেনখাং কয়ারক্তা নাকল অনীমক্তগী কাল্লে ফৃবা, কান্দ্রে ফৃবগী ফীভমদা লৈখ্রবনি। নাকল অমদা খজীক্তং হেঞ্জিল্লুবদা নাকল অমনা লান্না লৌখিদুনা খুদোংথীবা কয়াসু মায়োক্লরিবনি। লাপ্লবা চীং মান্দা ইশাগী খুদোংথীবা কয়া নাচুংদনা প্রেস কন্‌ফরেন্স চৎলিবনি। প্রোপ্রাইটবগীদি পাউমীদুনা পাউ লৌবা চৎপদা লম্বী লমখাংদা থেংনবা অৱা-অনা, খুদোংথীবদু নত্তে মাগীদি খবর কোপি য়াম্না চৎপা, এডভর্টিজমেন্ট য়াম্না ফংবা, ইনকম হেনগৎলকপদুনি। য়াম্না নোক্লিংলিবদি প্রোপ্রাইটরনসু পাউমীশিংগী ফীভম ফগৎনবা হেক হায়দ্রিমখৈ, তক্লদ্রিমখৈ মশানা খঙনা অমুক্তা খন্নবা হোৎনদে। পাউমী মশানসু অত্তাই হেক তাদ্রিমখৈ হোৎনদে। মসিদা ওইবমাল্লে মনাবীরনা য়ুনিয়নগী মীটিং অমদা অতম্না ফোঙদোরকখিবদু।

"ঐখোয় মেম্বরশিংনা মনিসনা ৱেজ বোর্ড ফোর জর্নেলিষ্টকী রেকমেণ্ডেশনশিং চৎনহন্নবা কন্না হোৎনফম থোক্ত্রা? মসি নৎত্রবদি ঐখোয়গী তুংগী আশাসি তশেংনা কিনিংঙাইনি।"

মাগী ব্রাদু নহারোল অতৈ খরনা শৌগৎনরক্লগসু ডিসিজন লৌবা ঙম্বা ইগজেক্যুটিভ বোডিগী কাঙবুনদি থোইনা পূক্লিং চঙনা তাবিখিদে। মাগী ব্রাদু মরু ওই হায়না খন্দবগীরা নৎত্রগনা মনিসনা ৱেজ বোর্ডকী ব্রাফমদু পাঙথোক্লবা হোৎনরুবদা মশা মশাগী ফীভম শোক্লক্লদবদু খল্লুবগীরা মাগী ব্রাদু নীংথি নুংঙাইনা খন্নবিখিদ্রে। মাগী ব্রাদু নীংথি নুংঙাইনা খন্নবীদ্রবদুদা মথব্রায় শোক্লবা মনাবীরনা মীটিং লোইরগা হল্লকপদা লম্বীদা ঐঙোন্দা হায়, "লীও, নঙসু খল্লুনে। ঐখোয় ইশা ইশাগী ফীভম ফগৎনবা থবক খরদং তৌসি হায়বদা অসুক শোল্লিবসি করিগীনো? ঐখোয় খূৎলায় পায়দুনা লান হৌসি হায়বদি নত্তেদনা। লমদমসিদা প্রেস তৌরিবসিদি লমদমসিগী থবক ফংদবা নহারোলশিংগী ইনর্জি এক্সপ্লোইড তৌবনি।"

কয়াদা চুমথ্রবা মাগী ব্রাদু। অতৈ লমদা পাউমী ওইবগী শিন্‌ফমসি প্রিভিলেজ গ্রুপ ওইনা লৌনরবসু লমদমসিদদি স্যুডো প্রিভিলেজ গ্রুপনি। পাউমী ওইবগী মীচম প্রজাশিংনা ফংবা ঙমদবা খুদোংচাবা খরা ফংবদুদা ঙাওখিদুনা পাউমী ওইনা অদুম লৈনবনি।

ঐসু মতম খবগী মমাঙদদি পাউমী হায়বা শিন্‌ফমসি অসুক্কী মতীক পামজরম্মী। পামজবদুনা চিংদুনা অৱা-অনা থিদনা চীংদা-মান্দা, থাপ্লবা মফম কয়াদা কনা কনা চৎকেগে হংদ্রিঙৈদা 'ঐ চৎলুগে' হায়দুনা চোংথোক্লিবনি। ইশাগী খুদোংথীবা কয়া খল্লুদনা স্কুপ ওইবা পাউ কয়া ইদুনা শিন্‌ফম অসিবু চাওখৎনবা, মীনা ইকায় খুম্নবা কয়া হোৎনরম্মী। অদুবু ঙসিদি ঐসু থৌনা হল্লকপগুম তৌরে। খুদোংথীবা তারগা ইরন্নাইগী, মহৈ ফংলগনা মপূগী। অদুবু মীচম অমনা লৈবাক মীয়ামগীদমক মশক থোকপা থবক খরা তৌবা ঙম্বসি পাউমীগী শিন্‌ফম অসিখক্তনি খন্দুনা ঙসি ফাওবা থাঙদুনা লাক্লিবনি।

শিন্‌ফম অসিদা ঐগী খ্বাইদগী চান্নরবা মরূপ মনাবীর ঙসিদগী অমুক কায়নরগনি। শিন্‌ফম অসিদা মা অমুক হল্লকপসু য়াই, হল্লক্তবসু য়াই। থম্মোয়সিদা লৈতাফম খঙনা চীক চীক লাউবা অমা ফাওরকপগুম তৌরকই। মনাবীরদি কয়াদা থৌনা

ফরিবা...। মশামক্কী পুন্সিদা চৎকদবা, চৎলোইদবা লম্বেল কয়াবু খন্দোক খঞ্জিন তৌবা ঙম্লি। মতম অমদা মানা হায়খিবশিংদুগা মানা তৌথোরক্লিবসিগা কয়াদা চান্নবিবা...। প্রেসকী চিল্লবা মরক্তা ঙাইহাক পোত্থাদুনা ৱারী-ৱাতাই শাবা মতমদুদা মানা হেক হেক হায়বদুবু,

"লীও, হৌজিক্কী মতমদা মী ওইগে হায়রবদি ইমোশননা নঙ নশাবু হুমদুনা চৎহনগনু কান্নদবদা ইমোশনল হেং ওভর লৈহনগনু কান্নদবা মরীদি খরা খরা থদৎপা তম্মু।"

অদুনরা মানা পামজবা শিনফম অসিনদি মাগী অনীংবদু থুংহনবা ঙম্লরোই খল্লক্লদুনা শিনফম অসি থাদোক্তুনা চৎলগে হায়রিবসি। অদুবু মানা ৱাফম অসিদা অমদি পল্লি— শিনফম অসিদা অমুক হল্লকপা তারবসু ৱাখল পূক্লিং মান্নবা ঐখোয় খরা পূল্লগা পার্টনরশিপ ওইবা ফার্মগুম্বা নত্তনদি অমুক হল্লক্লবোই।

অসুম্নদি লৈবা য়াদবনিনা মঙোন্দা হায়রুই, "ঐসু প্রেসতা ঙৈহাক্তা হাইজিল্লুখিগে। ঐসু কয়াম কুইনা অসুম্না লৈখিগদগে খঙদে... নোংমা নঙনা লৌরিবা ডিসিজন অসিগুম্না ঐসু লৌরকপসু য়াই। শিবু শিদ্রবদি নখোয় ঐখোয় পূন্না থবক অমুক তৌমিন্নরকপসু য়াই। ঈশ্বরনা নঙগী থবক থৌরম খুদিংমক্তা অফবা মঙ্গল পীবীবা ওইসনু।"

"মরূপকী বর লেপ্পমক ফংবা ওইজগে।"

হোটেলগী অতাবা পৈশা পীথোক্লম্লগা মপান থোরক্লে। অদুদগী ঐখোয় অনী খূৎ শোক্লবে। ষ্ট্রীট লেম্পকী মমি-শান্মীবা মৈঙালদুদা মনাবীরদু তপ্না তপ্না চৎখ্রে। পঙঙান ঙান্দবা মৈঙালদুদা মৈরানবীদুনা শান্নরিবদু জ্ঞান তাদনা ফনা কুইনা য়েংলুই। ঐসু ঙসিগী পাউ খরা ইহৌনবা প্রেসকী মায়কৈরোমদা লাক্লে।

ইরাই

জুন ০৩, ২০০৫।

# অহুমশুবা নুপী

শক্তম কয়া নুপী নঙগী
লীরক্লি ৱারী যুগ অমদগী অমদা
ফজবগী, নুংঙাইবগী, অৱাবগী।
শীংথানরি নগুণ কয়াবু
নপালতনা ঙাক্লিবনি
পাগী পারমসু, পৃগী পূরমসু।
— নুপী অমা, ফৃরুপ অমা।

"থোইনু নঙবু, ঐনা নহান হায়বদুবু করি খল্লিগে?"

পোৎফম থংননা ফল্লিবা মচে চন্দ্রশখীনা নুংথিল তাল্লক্কী পোৎ লৈবা মীসু ইলাক লাক্কবা তাঙ্গাদুদা ৱারী শাবোই মাগী ৱা অমা তকশিল্লকপোই তৌদুনা হায়রকপনি। মচে চন্দ্রশখীনা ৱা অমা হায়রকপসি ঙম্মোই হায়দুনা ফৎ কঙ্খোকপসি মহাক ঙমজদে।

ঙমজদবগী মরম হায়ববু কৈথেলসিদা থোরক্লুনা পোৎফম মচা অমা ফমজদুনা লৈচীল নোংফাই থাংদুনা লৈরুরবা মাগী পুক্সিসিদা মঙাল খঙীক-খঙীক উরক্লিবসি মচেসিগী মপান্দগীনি। করিগুম্বদা থম্মোয়গী ঈথক-ইপোম ফাজিনবা ঙমহৌদদুনা খংহায় খংজিন ওইনা হেক হায়দোক্লুগদ্রা হায়দুনা পাখৎচরিবনি।

"ইচে ঐবু করি হায়দোইনো খঙদেদা... ঐনা লাইবক অসুম থীদুনা লৈগনবদুদা হন্দকমুকসু লাইবক থীগদ্রা হায়দুনা খল্লিবনি।"

"মীবু অসুম লাইবক থীদুনা লৈগদ্রা? নঙনা চৎলগা নচানুপা চাউথ্রোক চাউবা অমা পোকথোক্লগা মহারাণীগুম লৈগদবদুবু...। অহানবগী নুপী অনীদুনা নঙোন্দা য়েৎকদবা করিসু লৈত্রে। করিগী অদুক য়াম্না খঞ্জিল্লিবনো? অমনা স্কুলগী প্রিন্সিপালনি, অমনা ওফিসকী থবক তৌবীনি। নঙগী হায়ববু মাগীদমক মচানুপা অমা পোক্লুবদুনি।"

"অদুবু ইচে ঐসু নুপী অমুক পোক্লবদি কমদৌবা... মসিসু তম্বা ঙম্বা নত্তে।"

হন্দক্তি চন্দ্রশখীদু পাক হেক খুন্নক্তে। পাক হেক খুম্বা য়াবা ব্রাফমসু নত্তে। নুপী অমনা নুপা অমদা ময়ূম পাল্লগা মচানুপা পোক্কনি হায়বসিবু পাক হেক হায়বা য়াবা ব্রাফম্লনে? অমরোমদা অমুকসু শাউনিংবা পোক্লুই মদুদি বিজয় বাবুদু নুপী অনী থিরে মচানুপা অমফাও য়াওদ্রে, মচানুপী ঙাক্তা পোক্লে, অদুনা ধারা মৃৎপা তারে। ধারা মৃত্তনবা থোইনুবু অহুমশুবা নুপী ওইবীয়ু, মচানুপা পোকপীয়ু হায়রি। মসিবু নুপী হায়বা কাঙলূপসিবু হন্থনা য়েংবা নৎত্রনে? মচানুপীদি মী নৎত্রব্রা, মচানুপা খক্তনা অচঙবা মী ওইরব্রা...?

"অদুবু মানদি নঙনা শোয়দনা ঙমগনি হায়রি। মীসু থাজবা অমা লৈদুনা হায়রিবনি।"

"ইচে অদুবু মাগীদুবু ঐ নৎত্রবদি য়াদবা জাৎলা?"

"খঙদে মানা নঙবু পামজবা অমা লৈমাল্লে। পামজবা অমা য়াওদনদি অসুক কুইবসি ঙংদুনা কৈসু লৈরোই।"

পোৎ লৈবা মী অমা-অনী লাকপদগী চন্দ্রশখীদু মাগী পোৎ য়োনবদা অমুক পূক্লিং চঙখ্রে। থোইনু খল্লি, মাগী ফীভমসিদা মীনা উশিত্তদুনা য়ানি হায়দুনা সেকেণ্ড ব্রাইফসু নত্তনা অহুমশুবা নুপী ওইনবা হায়রক্লিবনি। অমুকসু খল্লকই– মপূরোইবগী ময়ূমগী মীশিংনা মব্রা চাথোকপী হিংচাবী হায়দুনা কয়াদা পেন্না চৈরকখ্রবা অদুগা অমুকসু মানা

পোকচরিবা ময়ূমগী মীশিংনফাওবা অমঙ্গলনি হায়দুনা মীৎয়েং অমা য়েংলিবশিংদুগী মমাঙদা বিজয় বাবুগুম্বা লৈবাক্লা শকখঙনরবা অচৌবা ওফিসার অমদা অহুমশুবা নুপী ওইনা লৈখিবা– অদু ওইরগদি ঙাঙননিংবা কাঙবুগী ময়াদি কুল্লেদনা। মাবু পোকপী মমা অদুমত্তং লৈজরম্লবদি অসুক লাইবক থীরমদবসু য়াই। ঙসিদি অপোকপী মমাদুসু লৈত্রবনিনা তাইবংপালসিদা মাগী কনাসু লৈতবগুম তৌখ্রে। পোকমিন্নবা মবুং অমা লৈবদুসু মনম্মগী খূদোনবীদা উংখিদুনা মাবু মীতোপ অমদৌনা খল্লবনি। ফীভম অসিদা বিজয় বাবুগুম্বা মীশক অমনা মাগীদমক ফৈগাক ফৈনা লেপ্পিবা মাগীদি স্বর্গ খূৎনা লাম্বা ফংবগা চপ মান্নরবনি।

থোইনু লুত্রা ওইজরগসু চহী কুম্লাতরুক কুম্লাতরেৎকী তগৎ-তগৎ তেক্লিবা মৌ নহানি। অদুগা অমরোমদা বিজয় বাবুদি নহাগী মতম লোইশিল্লরুবা চহী য়াঙ্খেমাথোই য়াঙ্খেনিথোইগী অহলনি। অদুবু নহাগুম তগৎ-তগৎ তেক্লি, মশা-মউ ফরি, ফজবা ফিরোল শেৎ-চারি। মাগুম্বা চহী লৈশিল্লবা নুপা নত্তনদি মশূং-মমান্নবা কনানদি বাজারদা লূকমাই পানবী মঙোন্দা থম্মোয়গী ব্রা হায়বীরকনি। বিজয়বাবুসু অহানবগী নুপী অনীদুগী মচা মঙাদুগী মনুংদা মচানুপা অমত্তংবু য়াওরম্লবদি মঙোন্দা মীৎচিনা ফাওবা য়েংলক্লমদবসু য়াই।

“এঙ্গাংসিবু কয়াগীনো? করিনো অমত্তা খুমদ্রিবসিবু নুংথিলসিদা মঙগা মঙলব্রা?”

থোইনু খংপ্রেক খংই। তশেংনা মঙ মঙলুরবা জাৎনি। হৌখ্রবা পুক্সিগী ঈচেলনা মঙ-হাগুম তম্নরবা মীৎকৃপ্লুনি। মাগী মওংদুদা খজীক্তং ইকায়বা পোকচৈ। খোঞ্জেলদু য়েংলুদ্রগসু মা খঙই খোঞ্জেলদুগী মপৃদুননি মাবু মাথা অসুক শাহল্লিবদু।

“চুম্না ব্রাখল অমা খল্লুবনি। মদুদা ঙৈহাক্তং... এঙ্গাং হায়ব্রা করিনোমা হায়খিদাই?”

“এঙ্গাংবুদি হায়নে। থোইনু, নঙবু হকচাংগা ঙমদ্রব্রো?”

মদুদগী মরী-মরী ঙাঙথরকই। কোয়চৎ চৎলুবগী ব্রারে ঙাইহাক্তংবু হুমাং হন্দোকখিগে হায়দুনা মচে চন্দ্রশখীগা মাগগী মরক্তা লৈবা অহাঙবা মচেৎতুদা করিমত্তা হায়বা নংদ্রিঙৈদা মনাক্তা লৈরিবা মোড়াদু লামদুনা ঙেক লাউনা ফমথরকই। অসুম্না ইকোই কোইদবগী মওংদা শম-শম তৌশিল্লকপদু থোইনু হৈনরক্তে।

"সাহেবহোয়গী ফিরোল অফবদুবু ঐখোয়গী অমোৎপা মরকসিদা ফম্বদা নুংঙাইগদ্রনে?"

"কৈদৌই হায়বগে? নঙনা ফমহন্নিংদবগী ব্রা ওইরবদি খঙদ্রে।"

হঙ্গোইবা, কোইবগী মওং থোইদোক্লা লৈতবা মাল্লি। কৈদৌবগী কোইরুনি, মাদি মসিগীদমক মথৌমক ওইনা মফমসিদা লাক্লিবনি। মদুগী মথক্তা অচৌবা ওফিসার ওইদুনা শায়াম থেংনদুনা লাক্লবা মীশক্লি। থোইনু বিজয় বাবুগী ব্রাশিংদু খুমদনবা ফনা কন্না হোৎনবনি অদুবু বিজয় বাবুগী ব্রাহংশিংদুনা মাবু নম নমদুনা খুমহল্লি। ফনা কুইনা ঙাঙলম্লগা চৎলগে হায়দুনা এঙ্খাং মপূল অমা পায়রগা হৌগৎখ্রে। চৎত্রিঙৈদা মচে চন্দ্রশখীগী মনাক্তা চঙশিল্লগা লোন্না করি করিনো খরসু ঙাঙনখি।

ঙাইহাক লৈরগদি পোৎ লৈবা মীসু অমুক লাক্রে। ঙসাইগী ব্রারীদু অমুক মচে চন্দ্রশখীনা মখা চখরকই, "থোইনু ঐবু করি হায়খো হায়রিবনো?"

"ইচেনা ফনবা অদুম খরা হায়বীখ্রো।"

"নঙগী ব্রা অমা তাদনা ঐনা করি ফনবা হায়খো হায়রিবনো? ইচেদি নঙগী ফনবা হায়বনি ফত্তনবা হায়বদি নত্তেকো।"

থোইনুসু হৌখিবা নুমিৎ কয়ানিসি মচে চন্দ্রশখীনা ব্রাফমসি হৌদোক্লকখিবা নুমিত্তগী করি হায়গদবনো খঙদনা চমম্লদুনা লৈরক্লিবনি।

সমাজসিদা মা মপোক ফত্তবী অমা হায়বদু ওইরুবদুনা থোইনু চহী কুন্থ্রাতরুক কুন্থ্রাতরেৎকী মৌ নহা অমা ওইজরবসু হৌজিক্তি মপূরোইবা লৈত্রবী লুখ্রাবী হায়বদু ওইরবনি। মশক-মতৌ ফজবী অমা নৎত্রবসু মা অথীবী অমদি নত্তে। মাগী তরু-তরুবা পূকচেল লৈজে অদুবু মপোক ফত্তবী অমা ওইরবদুনা মাগা শোক্ল-শম্নরুবদা অমঙ্গল ওইরগদবী লাইবক থীবী হায়বদু ওইরবনি।

থোইনু অহানবগী নুপাদু কুঠি -নুংথি য়েংনদুনা পক্লে হায়দুনা হোঙখিবনি। অদুগদি লুহোংবা মতুং চহী ফাদনা থা মাপল হায়রকপা অদুব্রাইদা খংলাক খংজিন ওইনা অহীংদা মঙলাক্লদুনা লৈখিদবনি। পূক্লুংদসু মচা অমত্তসু য়াওহৌদে। নৌনা য়ুম্বাল্লকপগী ইকায়বগী পল্লোন লাম্থোকপা ঙমদ্রিঙৈদা মব্রা চাথোকপী হায়বা হূ তরেৎকুম খারবা মহাওদু অমুক তংজখি। মাবু কয়ারক হন্না মপূরোইবগী ময়ুমগী মীশিংনা শিরাপ তৌবিখি। মাদি লাঞ্জদবীনি অদুবু সমাজসিনা মাবু মরায়বক্লা মব্রা-মপূরোইবা চাথোকপী

হিংচাবী তাহনখি।

মচাসু য়াওহৌদ্রবী, শিরাপ কয়ানা য়োল্লবী থোইনু মপূরোইবগী কুমওন ফীরোই ফাওবা নংদনা মপামদা হল্লকখি। ফীরোই মতমদা ফাওবা মাবু য়ূমদুদা খোঙ্গুল তারক্তনবা হায়দুনা ব্রা মচেৎ অমফাওবা তাকপিরকখিদে। মাসু মতম শাংনা লৈমিন্নরমদ্রবসু মতম খরদং লৈমিন্নরম্বা মপূরোইবগীদমক ঈশ্বরদা লৈ মনা অমত্তং ওইরবসু কৎচনিংলম্বনি। মদুগী খুদোংচাবা অদু ফাওবা মঙোন্দা ফংহনখিদ্রে।

মপামদা হল্লক্লগসু মপূরোইবগী ময়ূমদা ফংখিবা চৈনা অদুদগী করিসু হন্থখিবা নত্তে। মতম অমদা চাক পৃখম অমত্তদা চামিন্নরম্বা মবুংদুনা ফাওবা মঙোন্দা য়েংলকখিবা মীৎয়েং, মা খাঙবা ঙমখিদে। মাবু নুংশিনা লোয়নরম্বী মনম্মগী তাঞ্জা য়েংল-য়েংলগা কাপ্পকখিবা ব্রাহৈগী তেঞ্জৈ কয়ানা মাগী থম্মোয় থূম্না পানখি। মা ওম্হোক্লা ব্রানা খাঙখি। করিগুম্বা মীৎকৃপ্তুদি তাইবংপান অসি থাদোক্তুনা চৎলসিরা খনবা মীৎকৃপসু য়াওখি।

কদায়দা চৎলগা করি তৌরগা খজীক্তং ফগনি কন্না খল্লিঙৈ তাঞ্জাদুদা মচে চন্দ্রশখীনা মাগা পোৎফম থংননা ফম্মিন্নবা হনুবীদুগী পোৎফমদু হাঙলে। হনুবীদুগী মচা-মশূশিংদু লোইনা সরকারগী থবক ইনখাং তৌনবা ঙাক্তা ঙাইবদগী পোৎফমদু ফম্বীনবা লৈত্রে, মঙোন্দা ফমগেরা হায়দুনা ব্রারী শারকপদা করিসু খল্লুদনা 'ফমগে' হায়খিবনি। তৌবগীদি মচে চন্দ্রশখীনা লৈকায়গী মরূপ তিন্নবদা ব্রারী ব্রাতাই শানবদা মাগী ব্রারী শীৎ নান্না খঙলবনি। মপান ইপান খরা খরা থোক্লগদি খরা ফগদ্রা হায়দুনা নহা ওইজরবসু কৈথেলগী লূকমাই পানবী ওইনিংব্রা হায়দুনা খজীক্তং কাঙথোক্লবদা হরাও-হরাও য়াখিবনি। কৈথেলসিদা থোক্লক্তুনা মমীৎ-মমায় খজীক্তংবু পাঙলমদ্রবদি ইমূংদুদা মনম্মগী অখাবা মীৎয়েং মরক্তা স্বর ফুনগত্তুনা শিরম্বসু য়াই।

কৈথেলসিদা লাক্লিবা মখল মখাগী মীয়াম থেংনবদা মাগী পুল্সিগী অব্রাবা ব্রারীদি ফনা য়াম্না কাউরবনি। কৈথেলসিনা মাগী পোখাফম ওইরবনি। খরনা তশেংনা এঞ্জাং লৈবা লাকপা, খরনা নহা ওইরিবী মাগী মতৌ য়েংনিংদুনা এঞ্জাং লৈবা শাশিন্নরবা, খজীক্তংবু ওইজহৌরবদি হায়বা কাঙবু অমা, এঞ্জাং য়োনবনবু কয়া য়াম্না তোংলমগদগে হায়বা পূকচেল চাউবা কাঙবু অমা, কয়া কয়ানি মানা নোংমদা থেংনরিবসি। ময়ামসিগী মরকসিদা মানা কয়া হৈনদ্রিবসি নুপা অহল্লোন হনু লমচা কাঙবু, হান্না ওফিসারগসু ওইরম্বা কাঙবু অমনা পুল্সিরোল শান্নবগী মওংদা এঞ্জাং কন্না লৈখৎলকপসিনি।

মখোয়সিগী কাঙবুসিনি মীরক-নারক য়েংলগা ব্রেক ফাদবা নুপা নুপীগী ইরাং চেনবা ৱাহৈ কয়া মঙোন্দা কাপশিল্লকইবসি। অসিগুম্বা কয়াসি অহানবদদি হৈনরমদ্রবসু হিংনবগী লাম্বেংনবদা থৈদোক-থৈজিন তৌবা ঙসিদি ফনা য়াম্না হৈরে হায়বা য়ারে।

ময়ামসিগী মরকসিদা তশেংনা অতম্ননা মাগী থম্মোয়দা চক-চক থিল্লক্লিবসি বিজয় বাবুনি। অহানবদা এঞ্জাং লৈবা খরা খরা লাক্লম্বদগী মাগী ধারা মৃত্তনবগী অরুবা ৱাফম অমা মঙোন্দা থাংজিল্লকপনি।

চুম্না এঞ্জাং লৈবা লাকপা নুপা নহাশিংগা এঞ্জাং য়োলহৌনবা ঈরাং চেনবা ৱাহৈ অমা অনী ঙাঙনবনা ঙাঙনবনি। তশেংনা নুপা নুপীগী অরুবা ৱাফম অমা য়াওশিল্লকপসি মা কয়া হৈনজদবনি। হৈনদে হায়রগসু বিজয় বাবুনা নোংম-নোংমগী খৃমাঙ চাওশিল্লকপদগী নাম্থোক্তুনা চৎপা কৈসু ঙমদ্রে।

করিগুম্বদা থোইনু খল্লকপসু য়াওরকই— নুংশিৎ-নুংশা মরকসিদা কৈথেলসিদা ফৌদুনা লৈগদবগী শরুক বিজয় বাবুগী অহুমশুবা নুপী ওইখ্রসিরা...। বিজয় বাবুনসু ইশেং শেংনা অদুম হায়, 'নচে অনীদুনসু নঙোন্দা য়েৎকদবা কবিসু লৈতে। ঐদি অঙাং নুপা অমা য়োক্লসি হায়বনি। অদুবু মখোয়না তশেং তশেংনা নঙগী ওইবা ঈ অমদি খোঙ্গুল মৃত্তনবা লৈহৌবা ফৈ হায়বদগী ৱাফমসি য়ৌরক্লিবনি। মসিগী ৱা ঙাক নত্তবীদা নঙোন্দা ঐগী পামজবা অমসু লৈ। থোইনু, ঐনা থাজে নঙনা ঐঙোন্দা ইচানুপা অমা শোয়দনা পীবা ঙমগনি। নঙনা ঐগী অরোয়বা আশানি।'

নোংমসু পোৎফম লোইশিল্লগে হায়দুনা তৌরিঙৈদা হীদাক ঙাউরি-ঙাউরি ফৎ লাউনা হাইজিল্লক্লগা হায়রে, "থোইনু ঐবু কয়াম কুইনা ঙাইখো হায়বিবনো? কৈথেল কৃল্লকপা নুমিৎ অমদা ঐনা নঙবু ফাদুনা পুবসু ঙম্মী। অদুবু ঐগী ফীভম অমসুং চহীসিনা মদুমক্তি তৌনিংদে। মদুগী মথক্তা মশানা য়াদবা নুপী অমা নমদুনা লৌবসু পামদে।"

থোইনু ঙাঙলক্লিবদু করি খুমগদবনো খঙদে।

মদুদগী গাড়ী তোংফম ফাওবা মাগী মতুংদা করি করিনো ঙাঙদুনা ইন্নরকই। অমত্তবু মুন্না তারুদে। জীপ মনুংদা ফম্লবা মতমদুদা জ্ঞান খজীক্তং তাবোই নীংই। মানা অমুকসু মপৃক্লিংদা অকিবা ফাওরক্লিবদি 'করিগুম্বা মাসু মচানুপা পোকপা ঙমদ্রবদি কমদৌবা?'

থোইনুবু বিজয় বাবুগী অহুমশুবা নুপী ওইনা লাকপা ঙমহনখিবদু নুমিত্তুগী

মনম্মগী থাঙদগী হেন্না থৌরবা ৱাহৈশিংদুননি। তৌবগীদি মবুংগী মচানুপাগী পরীক্ষাগী মঙ্গল ওইনবা পূজা তৌবদা মাবু য়াওহন্নিংদবদগী অতম্না থারকখিবা হূ চেল্লবা ৱাহৈশিংদুননি, "ইচাগী অফ-নুংঙাই তানখৎলকপগী পূজা-নুংজা তৌবসি শিগৈজন অমা লৈরিবসিনা মঙ্গলগা অমত্তা ওইরোইদৌরি। নুংতিগী চৎপগী চৎপা কৈথেলদা কোক হেক চৎখিগে হায়দে।"

থোইনু ময়ানুপাগীদমক ঈশ্বরদা থম্মোয় শেংনা করিগুম্বা খরদি নিজনিংই। 'নুংঙাই য়াইফনা, তেক্ত-কায়দনা পুন্সি নুংশাংনা পাল্লু' হায়দুনা ময়ানুপাগী মকোক্তা নাম্বীদুনা বর পীজনিংই। অদুবু বর পীরুবদি লায়রদনা অফবা থৌরম অসিদা মাবু য়াওবীরনু হায়দুনা তাল্লি।

নুমিৎতু মকোক চেকখাইবমখৈ ৱাখলগী লাঞ্জাও থেংনদুনা কৈথেল য়ৌরকখিবনি। কৈথেল য়ৌরক্লগনা বিজয় বাবুগী ধারা মৃত্তনবগী দাবী। খাঙবা ঙম্লক্ত্রদুনা খংহায় খংজিন ওইনা হায়দোকখি, "তাইবুংঙোবু ঐবু হৌজিকমক পুদুনা চৎপা ঙমগদ্রা?"

"অদুক লায়বা ৱাদুবু... মদুগী ৱাহৈদুনি নহান্দগী ঙাইদুনা লাক্লিবসু।"

ইথা থাজদনা নুমিত্তুদগী থোইনু বিজয় বাবুগী অহুমশুবা নুপী ওইখি। মনম্মগী নুমিত্তুগী ৱাহৈশিংদু বর অমসুং শাপ অনীমক পূনখি।

হান্না হায়বগুম্লদনা বিজয় বাবুগী ময়ূম য়ৌরবদসু অনৌবা নুপী অমা পুশিল্লকপগী ৱা-লান করিসু থোক্লখিদে। মদুগী মহুৎ খঙন-চান্নবা ময়াম অমনা বিজয় বাবুদু মৌ নহা অমা পুরক্লমাল্লে হায়দুনা য়েংবা লাক্লখি। হান্না লৈরম্বা মচে অনীদুনসু মাবু উবদা হরাও-হরাও অদুম তৌই। মানা খজীক্তং ইকায়খিবদি মচে অহলদুনা নোংমা লৈকায়গী মৌ খর লাকপদা হায়খিবদুনি।

"হারবু ফখ্রমাল্লে, লাকপবু থা অমত্তং ঙায়রি থাগী খোঙকাপ্পু লাক্ত্রমাল্লে।"

মৌ নহা অমনা অমুক ফেঞ্জিল্লকই, "ঐখোয়গী ইচেতোন অসিসু নহানি। ইতৈবুংঙোসিসু অহল খজীক্তং ওইজবগী ৱানি, মশা-মউ ফবদি ঐখোয় স্বায়দা টারজান হায়দুনা হায়নরিবনি।

অদুগা মখোয় মশেল য়েংনরগা ৱা লাউনা নোকখি।

থাগী খোঙকাপ লাক্ত্রে হায়বদৈদি থোইনুদু মহারাণীগা চপ মান্নম্রে সেবা

তৌরিবা। ইমুংগী থবক ইনখাং খরা-খরা তৌজবদুসু 'নশা ব্রাহনগনু' হায়দুনা মুন্দুনা থবক অমত্তা তৌহন্দ্রে। বিজয় বাবু মা মশা সরকারগী অচৌবা থবক অমা তৌবগী মথক্তা মখোয়গী ইমুংদু মপা-মপূ হাক্তক্তগী মচীঞ্জাক চাবা ইমুং ওইরকপনা থবক ইনখাং নোম্বীনবা মী ভারিদা লৈ। ময়ুম মকৈসু কোনুংগুম্বনি। চৎথোক খোৎতোকপদা জীপ কার খোঙনেৎনরিবনি। অপাম্বা অমত্তং হায়খিবদা য়ৌরকপনা হাল্লি।

অসুক নুংঙাইনা লৈরবা মতমসিদা থোইনুনা মরক মরক্তা নুংশা থীবা পোক্লিবদি মাগী গর্ভদা মীতম্লক্লিবা বিজয় বাবুগী মচা অসিনা নুপী ওইনা পোক্লক্কদ্রা হায়বসিনি। ব্রাখল অসিনা মাবু কবিগুম্বদসু নুংঙাইহনবা ঙমহন্দে। মাগী মওঙদু খঙলবা মপূরোইবনা থেমজিন্দুনা হেক হেক হায়, "থোইনু অব্রাবা ব্রাখল খল্লুনুনে। নঙ শোয়দনা নচানুপা পোক্কনি। ঐনা নঙবু অহানবা উবদা খনখি, নঙনা ঐঙোন্দা ইচানুপা অমা শোয়দনা পীবা ঙমগনি।"

মপূরোইবগী ব্রাদুনা থোইনুবু ঙাইহাক নুংঙাইহল্লবসু ঙাইহাক লৈরগদি হান্নগী হান্না নুংশা থীবদি কোক্ত্রি।

থা শুরক্লুনা হোস্পিটলদা পুখৎপদসু থোইনু লাই নীং-নীংদুনা চৎখি– ঈশ্বর ইবুংঙো ঐগী পোক্লক্কদৌবিবা ইচা অসি নুপা ওইহনবীয়ুকো। মসিনা ঐগী পুন্সি অমসুং ইপূরোইবগী পুন্সিবু মপূং-মরৈ ফাহনগদৌরিবনি। মসিনা ঐগী অরোয়বা আশানি।

অঙাংসি চাউমল্লি সি এস তৌদ্রবদি য়াররোই হায়দুনা ডোক্টরনা হায়বদগী ওপরেশন ঠিএটরদা পুশিল্লে। ওপরেশন ঠিএটরদা চঙলমদাইদসু ময়াম্না 'থোইনু ব্রাগনু, নঙগীদমক ঐখোয় লৈরি' হায়দুনা পূক্লিং চাউখৎনবা ব্রা ময়াম অমা হায়বীরকই। মীরক-নারক য়েংলগা মপূরোইবনা মনাকোং ময়াদা হায়রকখি, "নচানুপা চাউথোক চাউবা অমা পোক্লগা থোক্লকউ।"

মপূরোইবগী ব্রাদুনা থোইনুবু পূক্লিং খজীক্তং চাউখৎহল্লি।

ওপরেশন ঠিএটরদগী থোক্লক্লবা মতুং জ্ঞান খজীক-খজীক লাক্লবা ফাওবা থোইনু মমীৎ পাঙথোক্কদবা কিদুনা পাঙথোক্ত্রে। করিগুম্বা মাগী মচাদুনা নুপী ওইরম্লবদি হায়বগী অকিবনা অমুক্কা শোম্থহল্লে। অদুবু অরোইবা ওইনা মাগী থৌনা পাঙ্গল পূম্নমক শীজিন্নদুনা মমীৎ অনীদু তপ্না পাঙথোরকই। মাগী অকোয়বদা খঙন-চান্নবা, মরী-মতা ময়াম অমনা মোমোন নোক্লুনা মঙোন্দা য়েংলকই। থোইনু নাকন্দা লৈরিবা পোকপদা

ঙায়রিবা মচানুপাদুদা অমুক নুংশিনা য়েংই।

খঙহৌদনা কপ্পকখিবা মচাগী খোঞ্জেলনা থোইনু মঙগী তাইবংদগী তাইবংদা হল্লকহল্লি। মচানুপাদুবু নুংশিনা মথানুংদা চেংনা কোনশিঞ্জরুই। চহী কয়াগী মতুংদা অহানবা ওইনা থোইনু মোমোন নোকচরকই অদুগা মশা মতোমতা অমুক শোঞ্জে— ঐমুক লাইবক ফবীসিবু লৈরিগদ্রা?

শগোলশেল

জুলাই ২৮, ২০০৫।





য়াজমনি অয়েকপম ইং ১৯৬৪ দা ইম্ফালগী শগোলবন্দ তেরা লৌক্রাকপম লৈকায়দা পোকই। অয়েকপম ভৈগ্যাচন্দ্র অমসুং অয়েকপম ওংবী লৈমহল দেবী অনীগী মচানুপী অহুম অমসুং মচানুপা অনী, মঙাগী মনুংদা মহাক্লা মরিশুবনি। মহৈগী থাক এল এল বিনি। ইম্ফালদা ক্ষোঙলম্বা পাউচে হুইয়েন লানপাঙগী কলমনিষ্ট ওইরম্মী। হৌজিক হৌজিক্লা মতমগী য়াকাইরোলগী বেগুলর কলমনিষ্ট ওইরি। ইম্ফাল অমসুং গুৱাহাটিদা ফোঙবা মণিপুরীগী থাগী চেফোঙ খরগীসু কোলম ইরম্মী। মণিপুর য়ুনিভরসিটিদা নন-টীচিং ষ্টাফ অমা ওইনসু থবক তৌরি। ৱারীমচাদা নত্তনা রেডিও অমসুং ষ্টেজপ্লেসু ই।